# মৈতৈ য়ূম্‌সারোল্‌

( হনূন য়েংসিল্লব অমদি হেনূন চাউথোক্লব খূৎনম্‌ )

নাউরোইবম্‌ ইন্দ্রমনি




এন্‌, আই, পব্লিকেসন্‌
সগোল্‌বন্দ, নাউরেম্‌থোং, ইম্ফাল্‌



অহানবা খূৎনম্ - ১৯৯৫
অনীসুবা খূৎনম্ - ১৯৯৭
অহুম্সুবা খূৎনম্ - ২০০৪



লুপা ১০০/-

লাই য়েক্পা

অরিবম্ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা
খোংমল্ মংজিল, ইম্ফাল্
অমসুং
নাউসেক্পম্ গিতচন্দ্র সিংহ
উরিপোক্, ইম্ফাল্

লাইরিক্ নম্ফম্
ইমোইনু প্রিন্টর্স
খোয়াথোং, ইম্ফাল্

মখুম্ নম্ফম্
অমর ওফ্সেত্ প্রিন্টর্স
উরিপোক্, ইম্ফাল্

এন্. আই. পাব্লিকেসন্না্গীদমক্ ফোংদোকপা
নাউরোইবম্ জয়ালক্ষ্মি
সগোল্বন্দ, নাউরেম্থোং, খুমন্থেম্ লৈকাই,
ইম্ফাল্ - ৭৯৫০০১

# অইবগি ৱারোল্

মালেম্ তাইবংপান্ব অসিদ লৈরিব অহিংব, থৱায়পান্ব খূদিংমক্ন মহৌসাগি ওইব অঙ্গং-অসা, নোংজু-নুংসা অমদি য়েক্লব কয়াগি খুদোংথীবদগি মসা মসাবু ঙাক্থোক্চদুন নুংঙাইন হিংজনবগিদমক্ মফম্ চাব য়েংদুন মকোল্, মহুম্ নৎত্রগ লৈফম্ সেম্নৈ। তাইবং মীওইবগিসু য়ূম্ হায়বসি তঙায়ফদব, চঙ্দব য়াদ্রব পোৎসক্সিংগি মনুংদ অমনি। য়ূম্গি মনুংদ লৈরগ তম্থীরব সা-কৈ, নোংজু-নুংসা অমদি হূরান্-চীষ্টী কয়াদগি ঙাক্থোক্নব উপাই ওইনরিবনি।

মীওইবন চাওখৎত্রিঙৈ মতম্দ লৈকূ লৈরাইদ মোংব য়ূম্ ওইনরম্বদগি মথং-মথং লৌসিং হেন্গৎলক্কুন অমদি চহীচা কয়াগি মীরোল্ন তাক্পীরম্ব, সিন্নবিরম্ব ৱাখল্ লৌসিং কয়ান ঙসিদি ৱাগি উগিদদি হেন্দোক্কুন ৱাং-চাউরব চেক্কি, নূংগি ফূরা দলাল্ কয়াসু সানরে। অদুবু ঙসি সাইন্সন খম্ থেংন চাওখৎলব মতম্ অসিদসু য়ূম্ অম সাব মতম্দ মৈতৈ ঐখোয়গি ইপা ইপুসিংন

থম্বিরম্ব চৎনবী অমদি অকৃপ্‌প য়ূম্‌সারোল্‌গি কাঙ্‌লোন্‌সিং ঙাক্‌ন ঙসিসু চৎনরি। কনানসু অকৃপ্‌প, অরুব য়ূম্‌সারোল্‌গি নিয়ম্ কাঙ্‌লোন্‌সিংবু থওইদব ঙম্‌নদে।

মৈতৈগি লাই ওইশ্রব ইপা ইপুসিংন য়ূম্ সাবগি অফ-ফত্তগি কৃপ্লব কাঙ্‌লোন্ কয়াবু তুংগি মীরোল্‌সিংগিদমক্ লাইরিক্ ওইন ইদুন থম্বিরম্মি। হায়রিব কৃপ্লব, লুরব কাঙ্‌লোন্‌সিং অসি য়ূম্ সাবগি সিন্‌ফম্‌দ চঙ্‌লুব মীওই খরতন খঙ্‌নব নত্তন মী অয়াম্বনদি খঙ্‌নদে। অসিগুম্ব য়ূম্‌সারোল্‌গি অকৃপ্‌প অরুব কাঙ্‌লোন্‌সিংবু খোম্‌জিঞ্জরগ লাইরিক্ ওইন পুথোক্‌চদুন ঈরৈবাক্‌চা খ্বাই খিবিক্ক লোয়নন খঙ্‌মিন্নবগি ব্রাখল্‌লোন্দ লাইরিক্ অসি পুথোক্লব হোৎনজবনি।

মী অমগি পুন্সিদ য়াম্দ্রবদ য়ূম্ অম হায়বসিদি অয়াম্বন সানরিবনি। মরম্ অসিন য়ূম্ সাগদৌরিব, য়ূম্‌গি য়ূম্বুরেল্ ওইগদৌরিব অমদি ওইরিব মীওই খূদিংমক্‌ন য়ূম্‌সারোল্‌গি কাঙ্‌লোন্ অসি খরগি মখৈদি খঙ্‌জিন্‌ব তঙায়ফদে হায়ন লৌজে। য়ূম্ সাবিব মীন য়ূম্ সাবিব মতম্‌দ অসোয়-অঙাম য়াওখিদুন য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈরব মতম্‌দ অব্রা-অনং, অসি-অনা কয়া থোক্কুন অব্রাব, খুদোংথীব কয়া অম থোক্‌প য়াই। কাঙ্‌লোন্ খঙ্‌ব মীগিদি অসোয়-অঙাম্, অরান্-অহুই কয়াদু য়েংসিন্‌জহৌরগ নুংঙাই য়াইফব, চাওখৎপ, চাদা-নাউদা মরাং কায়ন অমদি পুন্সি নুংসাংন হিংজব য়াই।

য়ূম্‌সারোল্‌গি কাঙ্‌লোন্ কায়ন, লান্‌ন য়ূম্ সাদুন লৈরুবদগি মৈহৌ লাংপোক্ থোক্‌প, অসি-অনা তোয়ব, চাওখৎপ নুংঙাইব ঙম্‌দব, তৌরু তৌরুব খূদিংদ মপা চুম্‌দব, য়ূম্ অদুগি মখাদ লৈব ঙম্‌দদুন য়ূম্ অদু থাদোক্‌প, ময়ূম্ ইংখোল্ পূন্‌ন য়োন্‌থোক্‌প, চহী ওন্দন য়ূম্বু সিব নৎত্রগ ইমুং তুম্ন মূৎপনচিংব কয়া অম ঐখোয়গি নুংতিগি পুন্সিদ মীৎন উনরিব, থেংনরিব ঙাক্‌নি। মরম্ অসিন য়ূম্‌সারোল্‌গি অফ-ফত্তগি কাঙ্‌লোন্ খঙ্‌লবদি

**থোক্‌হন্নীংদব ফত্তব পূম্বদগি ঙাক্‌থোক্‌চহৌব অমদি কন্‌জব ঙম্‌হৌগনি হায়বসি অরেপ্‌প থাজজবনি।**

লাইরিক্‌ অসি সেম্‌গৎনব হোৎনবদ ঐবু নুংসিবিদুন পঙ্‌চাউ চাউদ্রবসু ''য়ুম্‌সারোল্‌'' পূয়া অনীখক্‌ পীনবিরক্‌খিব পাবুং শ্রীনামৈরাক্‌পম্‌ ইবোচৌব সিংহ অমসুং হাইফেৎ মপূং ফান চাউব য়ুম্‌সারোল্‌ অমখক্‌ পীনবিরক্‌খিব ওজা শ্রীনিংথৌজম্‌ মনিজাউ সিংহ অনীবু তৌবিমল্‌ খঙ্‌ব উৎচবগ লোয়নন থাগৎপ ফোঙ্‌দোক্‌চরি।

হায়রিবসিং অসিগি মথক্ত লাইরিক্‌ অসিগি অৱাৎ-অপা কয়া মেন্‌খৎনব হোৎনবদ অঙম্ব মতেং পাংবিরক্‌খিব মীওইসিংগি মনুংদ পাবুং পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম্‌ খেলচন্দ্র সিংহ, ওজা শ্রীখুলেম্‌ চন্দ্রসেখর সিংহ, ঐগি ইপুবোক্‌ খুমন্থেম্‌ মনিগুন্‌ মৈতৈ, ঐগি মরূপ্‌ শ্রীখাইদেম্‌ মনিবাবু সিংহ, জ্যোতিষ ভুষন, হৈঙাঙদগি ইপুবোক্‌ শ্রীনাউরোইবম্‌ ইবোতোন্‌ সিংহ, তেরা লৌক্রাক্‌পম্‌ লৈকাইদগি শ্রীকাঙ্‌জম্‌ অঙাংহল্‌ সিংহ হায়রিব অখঙ্‌ অহৈসিং অসিন য়ুম্‌সারোল্‌গি কূপ্‌লব মচাক্‌ কয়া পীবিরক্‌প অমদি তাক্‌পীরক্‌পগিদমক্‌ থম্মোয় সেংন থাগৎচরি লোয়নন সিংঙম্‌দ্রব লমন্‌ তোল্লবনি।

লাইরিক্‌ অসিবু নহারোল্‌ সাহিত্য প্রেমি সমিতি, ইম্ফাল্‌ন খৃ: ১৯৯৯ দ **'চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌব সনাগি মেডল্‌'** পীদুন ঈকাইখুম্নব উৎপীখিবগিদমক্‌ নহারোল্‌ সাহিত্য প্রেমি সমিতি, ইম্ফাল্‌বু অইবগি মায়কৈদগি ঙম্‌খৈ লৈতন থাগৎপ ফোঙ্‌দোক্‌চবগ লোয়নন তৌবিমল্‌ খঙ্‌ব উৎচরি।

অরোইব ওইন লাইরিক্‌ অসি ঙাসেপ্পম্‌ দেবান্‌ সিংহন ডি.টি.পি. তৌবগি অচৌব থৌদাং লৌবিখিব অমদি লাইরিক্‌ অসিবু নম্বগি অহক্‌প থৌদাং লৌবিখিব 'ইমোইনু প্রিন্টর্স' কি প্রোপ্রাইটর খাঙেম্বম প্রিসোরজিৎ

মীতৈ অমদি মহাক্কি প্রেসকি ইচিল্ ইনাও কয়ান অচিন্ব কয়া লৈদুনসু থৱায় য়াওন হোৎনবিদুন মতম্ চান লাইরিক্ অসি পুথোক্পা ওম্হন্বিবগিদমক্ তৌবিমল্ খঙ্বা উৎচবগ লোয়নন থাগৎপ ফোঙ্দোক্চরি অমদি হায়রিব মীওইসিং অসিগি লমন্ মতম্ পূম্বগি ওইন তোন্সিন্দুন লৈরগনি।

নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি

ইম্ফাল্, সগোল্বন্দ, নাউরেম্থোং, খুমন্থেম্ লৈকাই,

তাং ১০। ১২। ২০০৪ ইম্ফাল্ - ৭৯৫ ০০১ (মনিপুর)

## য়াওফম্ তাক্প

| শীরম্ | | লামায় |
|---|---|---|

# ১. ৱাহৌদোক্

য়ূম্ হায়ব ৱাহে অসিমক্ করম্ব মতম্দগি সীজিন্নব হৌরক্পগে হায়বগি মতাংদ চপ্ চান হায়বদ লুন থোক্লবসু ইতিহাসকি য়াম্ন ওল্লিঙৈ মতম্ হায়বদি খৃষ্টগি অহান্ব চহীচাগি অদুৱাইদগিদি য়ীম্ হায়ন সীজিন্নরম্বগি ৱাফম্ থেংনৈ। য়ীম্ হায়ব ৱাহে অসিদগি লোন্থৈ লাক্নুন ওসিগি মীরোন্ন য়ূম্ হায়ন পাক্ সন্ন খঙ্নরি। য়ূম্বু অরিব ৱাহৈদ মখল্ মখা কয়া থোক্ন হায়বদি মোংব, সঙ্গাই, অয়ীম্, অয়ূম্, ঈরাল্, ঈচীং, ঈরাল্ মোংবয়ায়, ঈরাল্ লোন্লেম্য়ায়, ঈরাল্য়ায়, ইসাইকোল্, মোংব য়ূম্দাংসাং, মোংব য়ূম্লেল্ হায়বনচিংব ৱাহৈসিং অসিন সৈথানরম্ব কয়া লম্দম্ অসিগি অরিব লাইরিক্সিংদ তোয়ন থেংনৈ।

তাইবং মীওইবন হিংলিঙৈ পুন্সিদ অয়ুক্কি নুমিদাংগি লৈফম্ ওইনরিব, চাদা নাউদা সন্দোক্নুন য়ূম্বান্ পুন্সি লেন্নফম্বু 'য়ূম্' হায়ন খঙ্নৈ। অতৈ থৱায়পান্বসিং তীল্-কাঙ্, উচেক্-ৱায়া, সা-ঙানচিংবসিংগি লৈফম্নুন "মকোল্", লাই লাৎফম্, লাই থম্ফম্বুন লাইসঙ্ হায়ন খঙ্নৈ। মীওইব

অমন পোক্‌পদগি সিবফাওব হিংননবগি সিছা-সিল্লম্, সূরি-চংলিব, নোম্‌লি-লীক্‌লিবপূম্ব য়ূম্‌গি মখাদ, মনুংদ লৈরগ পূন্নমক্ তৌরিব, পাণ্ডথোক্‌নরিব ঙাক্তনি।

তাইবং মীওইবগি পুন্সিদ তঙায়ফদন চঙ্‌দব য়াদ্রব পোৎচঙ্ খর লৈ। খুদম্ ওইন লৈননব য়ুম্, সেৎননব ফি-রোল্, চাননব চীঙ্গাক্ হায়রিবসিং অসি মী ওইন হিংবদ অমত্ত ৱাৎপ য়াদে। অসিগুম্ব হিংবদ চঙ্‌দব য়াদ্রব পোৎচঙ্ অম ওইরিব য়ুম্ অসিবু মীপুম্ খূদিংন থৱায় হক্‌চাংবু নুংসিনবগুম্ নুংসিনৈ। কনানসু মসাগি ময়ূম্বু কুইন থাদোক্তুন লৈব ঙম্‌নদে। চৎকদব কোয়গদব কয়া চৎন কোয়নরুরবসু সূক্‌সোয় সোয়দন য়ূম্‌গি মখাদ হঞ্জিল্লক্‌প হায়বসি সোয়দ্রবনি। মীগি ময়ূম্ নুংঙাইব, ফজবদুদ কনানসু কুইন লৈনীংদে। মসাগি মল্লব, অথীব ময়ূম্বুন হেন্ন মমল্ য়াম্ন, নুংসিন খন্নব ঙাক্তনি।

তাইবংপান্‌সিদ লৈরিব, হিংলিব থৱায়পান্‌বসিংগি মনুংদ মীওইব হায়ব অসিন খ্বাইদগি লৌসিং লৈজরবসু মহৌসাগি অঙ্গং-অসা কয়াদগি ঙাক্‌থোক্‌চনব অথাব, অকন্‌ব, উন্‌সা পান্দে। অমোন্‌ব, অরুম্ব মতু হৌদে। লম্‌লক্কি তম্‌থিরব সা-কৈগি মখূৎতগি মসাবু ঙাক্‌থোক্‌চনব পাঙ্গল্ লৈতে। অথৌব য়া অমদি খূজিন্ পান্দে। হায়রিবসিং অসিদগি ঙাক্‌থোক্‌চদুন হিংজনব য়ূম্বু চঙ্‌দব য়াদ্রব পোৎসক্ অম ওইন লৌনরিবনি।

মীওইবন চাওখৎত্রিঙৈ, লৌসিং মপূং ফাদ্রিঙৈ অমদি মীসীং য়াম্‌দ্রিঙৈ মতম্‌দদি হান্ন লৈকূ-লৈরাইদ, লৈখুল্-সুরুংদ য়ূম্ ওইনরম্বদগি নোংম-নোংমগি অসুম্ অসুম্ ৱাখল্ লৌসিং হেন্‌কৎলক্‌প, অনৌ অনৌব লৌসিং কয়া লাক্‌প অমদি নোংম নোংমগি মীসীং হেন্‌কৎলক্‌পদগি লৈকূ-লৈরাইদ, লৈখুল্-সুরুংদ লৈনরম্বদগি মফম্ মফম্‌সিং অদুগি, অকোয়বগি খুদোংচাব য়েংদুন, অফংব মচাক্ মথুম্‌সিং উ-ৱা, নাপী-সীংবী, সীংউৎ-সীংনাং উনা-ৱানানচিংব পোৎলম্ চৈরম্ কয়াগি মতেংন য়ূম্ কৈ সাদুন লৈব হৌনরক্‌খি।

মতম্গি মতুং ইন্না লৌসিং লৈরক্পা, হেন্না চাওখৎলক্পা, অনৌবা, হেন্না ফবা পোৎচাক্, খুৎসু খুৎলাই পুথোক্নরক্পা, লম্বী থোং ফরক্পনা অতোপ্পা লমগি মীওইসিংগি য়ূম্সা কৈসাগি মওং মতৌ, মচাক্ মথুম্গি ৱাখল্ লৌসিং কয়া উরক্পা অদুনা ঙসিদি উগি ৱাগি য়ূম্দগি হেন্দোক্লুনা চেক্কি, নুংগি, অচৌবা, অৱাংবা, মথোল্ কয়াগি য়ূম্ সানরক্লে। মসিনা য়ূম্সারোল্গি ইতিহাসতা মতম্না পুরক্পা অহোংবা, অওন্বা য়াওন্নি। মতম্ কয়াগি মমাঙ্দগি কিন লুনা চৎচরক্পা অকৃপ্পা মৈতৈগি য়ূম্সা কাঙ্লোন্দা পীরক্পা মতম্গি অকন্বা সাফূনি। ঙসিদি অসিগুম্বা মতম্গি য়াওন্না পুরক্পা চৈথেং কয়া অসিনা অনৌবা য়ূম্সা কৈসাগি মওংদা অয়াম্বা সানখিদুনা থায়নগি ইপা ইপুসিংগি য়ূম্সা মওং ''য়ূম্জাউ লাইখল্ তাবা'' পঙ্না উবা ফংনরক্তরে। লৈকাই অমগি, খুল্ অমগি মনুংদা হান্না অহল্ লমন্না সাবিরম্বা, থম্বিরম্বা অমা অনীদং উবা নত্তনা অনৌবা য়ূম্সা মওংনা লোইনা মহূৎ সিন্খ্রে। মসিমক্ মতম্ কুইনদগি চৎনদুনা লাক্লবা মৈতৈগি ঈনাৎতা য়াম্না লাইবক্ থীবা তাংকক্নি। মতম্ খরগি মনুংদা পূম্মাঙ্ মাঙ্খ্রগদবা, অমুক্ উবা ফংলরোইদবা মৈতৈগি ফজখ্রবা, চীং লেম্খ্রবা য়ূম্সা মওংনি।

মৈতৈ হায়বা কাঙ্লুপ্ অসি য়েল্হৌঙৈদগি হৌনা তোপ্ তোপ্পা য়ূম্সা কাঙ্লোন্ নীংথিনা লৈজরক্পা, ঙাক্চরকপা কাঙ্বুনি। চাওখৎলবা মতম্গি অকন্বা সাফূনা হুম্খিদুনা মৈতৈগি লাইখল্ তাবা য়ূম্জাউগি সক্তম্ উবা ফংজিল্লক্রুবসু তসেংনা য়ূম্সারোল্গি কাঙ্লোন্ পূম্মাঙ্ মাঙ্খিবদি নৎত্রি। চাউখৎলবা মতম্গি অফবা, অকন্বা মচাক্ মথুম্গি তোঙান্ তোঙান্বা য়ূম্সা মওং কয়ানা ঈনাৎকি সক্তম্ কায়থরক্লবসু ইপা ইপুসিংনা চৎনরক্পা য়ূম্সারোল্গি চৎনরোল্ খরদি কনানসু থওইদবা তৌনদ্রি। ইংখোল্গি মওং য়েংনা য়ূম্ফম্ খন্বা, পরিং তিংবা, য়ূম্গি কা য়াৎপা, যাত্রা হুন্বা অমদি সঙ্গাবনচিংবা কয়াদা য়ূম্সারোল্গি কাঙ্লোন্ নিয়ম্ ঙাক্লা তৌনরি। পোক্পা সিবা হায়বসি মহৌসাগি নিয়ম্ ওইবনা খুন্নাই অসিগিসু অপোক্ অসিগি চৎনবি

থৌরম্ কয়া পাঙ্থোক্পদ তোপ্ তোপ্প চৎনরোল্, খুন্নাইরোল্ লৈজে। অসিগুম্ব থৌদোক্ থৌরম্সিং অসিগ মরী লৈনন লৈনরিব য়ূম্গি মনুংদ পাঙ্থোক্কদব, তৌগদব থৌরম্সিংগ মরী লৈনন য়ূম্সা কাঙ্লোন্ নাইন অদুম্ সানরি অমদি ঈনাৎকি ওইব কাঙ্লোন্ থিদুন নিয়ম্ চুম্ন য়ূম্ সাব অদুম্ চৎনরি।

অমরোম্দ সেল্ চঙ্ন, মতম্ কয়া চঙ্ন তোপ্ তৌরগ ইসান লৈনব সাজরিব য়ূম্ অদুগি মখাদ, মনুংদ লৈরগ নুংঙাই য়াইফ তান্গে, ইচা ইস্ পোক্তুন পুন্সি নুংসাংন, নুংঙাই মতোল্ লোম্ন, খূয়া তুসীৎন হিংগে হায়বগিদমক্ সানরিব য়ূম্নি। অদুন অফব অচুম্ব য়ূম্সারোল্গি অকূপ্প নিয়ম্ কাঙ্লোন্ ইন্ন য়ূম্ সাদুন নুংঙাই য়াইফব, চাওখৎপ পুন্সি মরেল্ অম ওইনবগিদমক্ য়ূম্ সাহৌব তঙায়ফদে। সেল্ অমদি মতম্ চঙ্ন সারুব য়ূম্ অদুগি মনুংদ চঙ্দুন লৈরুরগ তুংদ ফত্তব থৌদোক্ ৱাথোক্, মীসি মীনা, ইমুং মনুং অকায় অতোই লাক্লবদি তুংদ নীংঙম্দব কয়া লাক্প য়াই। অসিগুম্ব থোক্হন্নীংদব থৌদোক্ ৱাথোক্ কয়া থোক্লক্পদ অমদি অৱা অনা তারক্পদ অখঙ্ অহে থিদুন য়ূম্সা কাঙ্লোন্ কায়বৱ হায়ন য়েংহন্নরিবনি।

কনাগুম্বন নুংঙাই য়াইফন, পুন্সি তোল্লোইন হিংজগে, লৈজগে খন্ন সাজরুব য়ূম্ অদুগি মনুংদ চঙ্দুন লৈরুরগ য়ূম্গি য়ূম্বুরেল্ সিব-নাব, য়ূম্ ইংখোল্ য়োঙ্হোক্পনচিংব ফাওব য়াওনরিবনি। মরম্ অসিন য়ূম্সারোল্গি কাঙ্লোন্ নীংথিন খঙ্ব মীওই তান্নদুন অসোয় অঙাম্ লৈহন্দন য়ূম্ সাহৌব ফৈ। য়ূম্ সাব লোইদুন সঙ্গাবগি থৌরম্ অমদি য়ূম্গি লাইনিংথৌ, লৈমরেন্গি খুবম্ য়াদুন তৌফম্ থোক্প ঈরাৎ থৌনি, লাইনীং লাইসোল্ পাঙ্থোক্তুন য়ূম্গি মনুংদ হোংজিল্লগ লৈহৌবন তুংদ নীংঙম্দব কয়া লাক্পদগি কল্হৌব ঙম্গনি। অসিগুম্ব কাঙ্লোন্ নাইন, নিতি নিয়ম্ চুম্ন সাদুন লৈখিব য়ূম্ন পূক্লিং লুম্ন, লৌসিং থোক্ন, নুংঙাই য়াইফন, চাওখৎন অমদি পুন্সি তোল্লোইন পান্ব ঙম্ই।

মৈতে য়ুম্‌সারোল্‌গি চৎনরক্‌প য়ূম্‌সা কাঙ্‌লোন্দ থোইদোক্ হেন্দোক্ল অচৌব অহোংব অমদি অওন্‌ব তাংকক্ লাক্‌খিবসি। খৃষ্টগি অনীসুব চহীচাগি মতম্‌দ পান্‌খিব য়োইমোংব তাউথিংমাং মচীন্ মনাওগি হাক্তক্ত কা মাপল্‌গি য়ুম্‌জাউ সাব হাক্তক্তগি হৌরে। মচীন্ মনাওন কংলাদ কা মাপল্‌গি য়ুম্‌জাউ সাবদ নুংসিৎ কন্ন সীৎপদ ৱাতোল্ অনী চীল্লোক্লবগি পান্দম্ লৌন য়ূম্ সাবদ য়াঙ্ নাইব হৌখি। নোংমদোল্ অতিয়াদ চুমিথাঙ্ খান্‌ব উরুবদগি মসিগি পান্দম্ লৌন য়ূম্ সাই তাবদ কোন্‌তক্ল তাহন্‌ব হৌখি। হায়রিবসি হৌজিক্ হৌজিক্ ইগি নৎত্রগ জিংঘন কৃপ্প য়ূম্‌দ নাকল্ য়েৎলোম্ মায়রোম্‌গি সাই তাবদ কোন্তক্ তাহন্‌বগি চৎনবি অম লৈরিবসিনি। মসিগি মতুং হৌজিক্ হৌজিক্ মৈতৈগি য়ূম্‌জাউ লাইখল্ তাব সাবদ সনা য়ূন্বী হায়দুন অম হাপলিবসি মৈদিংঙু খাগেম্বগি সনা হাক্তক্ত হৌদোক্‌খিবনি। মসিবু নিংথৌন হৌদোক্‌খিবনি হায়দুন সনা য়ূন্বী হায়ন খঙ্‌নখি অমদি খঙ্‌নরি। সনা য়ূন্বী হাপ্প হৌদোক্লুন সীজিন্নরম্ব অসিন লাইখল্‌গি সরূক্ত অথোল্ অরং হাপ্তুন তোংঙান্‌ব মৈতৈগি তোপ্ তোপ্প য়ূম্‌সা কাঙ্‌লোন্‌গি মওং অমদি খূৎ-সা হৈবগি থোইদোক্‌প মগুন্ ফোঙ্‌দোক্‌ই। মসিন মৈতৈগি য়ূম্‌জাউবু য়েংবদ তোপ্ তোপ্প চীং লেম্ব, য়েংবদ লূম্ লূম্ লাউন ফজব মসক্ অম থোক্‌ন উরিবনি।

মৈতৈগী হান্নদগি চৎনরক্‌প য়ূম্‌সারোল্ মখল্‌সিং খুদম্ ওইন সঙ্‌বী সঙ্গাই, সঙ্গোয়, মখা সঙ্গোয়, অৱাং সঙ্গোয়, সীঙ্গে অমদি ফৌগেনচিংবসিংগি মথক্ত হান্ন লৈজরম্ব অরিব ঈনাৎকি ওইব লাইনীং লীচৎ থাদোক্লুন হিন্দু ধর্ম চৎলুবদগি অনৌব য়ূম্‌সা মওং কয়াসু মতম্‌গি মতুং ইন্ন হাপ্‌চিল্লক্‌খি। হিন্দুগি ওইব লাই কয়া লাৎপ, নীংব হৌনরক্‌খিদুন লাই কয়াবু নীংন লাৎনফম্ লাইসঙ্-মন্দির, মাগুব্‌নচিংবগি অনৌব য়ূম্‌সা কাঙ্‌লোন্ নৌহৌন হাপ্‌চিল্লক্‌খি। গুরু সঙ্‌সা হায়দুন তোপ্ তোপ্প মখল্ মওংগি য়ূম্ সাবগি কাঙ্‌লোন্ লাক্‌খি। হায়রিব অনৌব মখল্‌গি য়ূম্‌সা মওংসিং অসিগিসু তোংঙান্ন কায়ব য়াদব অকক্লব নিতি-নিয়ম্, কাঙ্‌লোন্ কূপ্ন লৈ। হায়রিবসিং

অসিসু মৈতৈগি য়ূম্সারোল্গি মনুং চন্নিল্লক্কুন মৈতৈ য়ূম্সারোল্গি কাঙ্লোন্দ হেন্না পাক্থোক্ চাউথোরকখি।

মৈতৈগি য়ূম্সারোল্গি য়াম্না ফজব, থাক্ য়াম্না ৱাংব ৱাংউলোন্সু লৈ। মৈতৈগি য়ূম্সারোল্গি ৱাংউলোন্দ য়ূম্ অসি তাইবং মীওইবগি হক্চাং কয়াৎকি সক্তম্ লাক্ন সাখিবনি হায়বগি ফজরব ৱাংউলোন্ অসিনি। মৈতৈগি য়ূম্ সাবগি নুংগি ওইব ৱাখল্লোন্দ নোংপোক্ নোংচূপ্ ঈন্না সারিব য়ূম্জাউ লাইখল্ তাব অসি তাইবং মীগি হক্চাংন সন্ সান খূরু খুদক্ কুন্দুন লৈবগি ফিভম্ লৌরগ য়ূম্গি য়াঙ্ন তাইবং মীগি য়াঙ্লেন্ অমদি য়ূম্গি উরা হুম্দাংন তাইবং মীগি হক্চাংগি য়াঙ্লেন্ সরূ পোলাংগ পাংখক্নি হায়ন লৌই। অমুক্ অয়ুক্ নুমিদাং খান্বি মৈ মূৎতন খান্বি মৈফম্ লিংনরিব মঙাং লুৱাং অমদি খুমন্ গুরু অহুম্গি সক্তম্ লৌরিব য়োৎসবী মখোঙ্ অহুম্ন খান্বী মৈফম্ পুরিব অমদি তাইবংগী নুংঙাই য়াইফ, অহোঙ্ অচাউ, লন্চাক্ লন্কুবিদুন নোংদম্ নোংখায়বিরিবী ইমোইনু অহোঙ্ অচাউবীগি খুভম্ লিংনরিব ফুঙ্গা মৈফম্বুন তাইবং হক্চাংগি খোয়দৌ মাগ পাংখক্ পান্দম্ ওইন লৌনৈ।

তাইবং থৱায় কয়াবু য়োক্নরিব, তরা মথেল্ লূক্কোয় হৌনফম্, য়েন্লাং মথেল্ লাঙ্নফম্, ৱাল্হৈবী ইমান লেঙ্দন ফম্দৌ লাংনফম্ ওইরিব তরা ফূহৌফম্ চাক্খুম্বুন তাইবং হক্চাংগি নুংসাম্বব হোন্নফম্ ওইনরিব থবোম্বীগ পাংখক্ ওইন লৌনৈ। তাইবং থৱায় খিবিক্কি পলেম্ মমা সক্লিবি, তাইবং থৱায় খিবিক্পু চাদা লাইহুইবিরক্পী, ফম্বাল্ চৈথিল্ লিংদুন ঈরাৎ থৌনিজরিবী ইমা লৈমরেল্ সিদবীগি ফম্লেন্ মকাইফম্, লৈমরেল্ মকাইফম্বুন তাইবং হক্চাংগি ঈসিং য়াফম্গ পাংখক্ ওইন লৌনৈ।

চৎলম্ ফান্সাং কা, সঙ্বী সঙ্গাইগি মাঙ্গোল্ য়েৎলোম্ ওয়রোম্গি ফক্লাং অনী অসিবু তাইবং নমু হক্চাংগি সমু খোঙ্ অনীগ পাংখক্নি হায়ন লৌনৈ। মোংব সঙ্গাই য়ূম্জাউগি চঙ্থোক্ চঙ্সীন্ তৌনফম্ য়ূম্গি থোঙ্জাউবুন তাইবং সমু হক্চাংগি খাগি থোঙ্জাউগ পাংখক্নৈ।

লাইনিংথৌ সনা কাগি সম্বোং থংব কাচিন, তাইবং থৱায় খিবিক্পু অয়ুক্ ঙন্ন কোম্বাবিব, নুমিদাং ঙন্ন কোন্সিন্বিব য়ূম্গি মপু লাইনিংথৌগি মকাইফম্, তাইবং গুরু সিদবগি ফম্নফম্নি হায়দুন তাইবং সমু হক্চাংগি লৱাই লেন্ফুনি হায়ন লৌনৈ। অসিগুম্ব মোইরাং লাইজিগি সম্বোং কাচিন্বু লাইনিংথৌ সনামহীগি খুভম্ য়ান লাৎনৈ।

য়ূম্গি ফিথূপ্ ফিরেপ্পু তাইবং হক্চাংন নোংচূপ্ ওন্ন খূক্উ খুদক্ সন্ সান কূন্ন লৈবগি মওঙ্নি হায়বসি অতোপ্প অখঙ্ অহৈসিংগি তোংঙানব মত্ত তাইবং নমু হক্চাংন নোংপোক্ মায়কৈ ওন্ন খূক্উ খুদক্ সন্ সান কূন্দুন লৈরগ তাইবং সমু কোক্ন লৈখা তম্ন য়েংদুন লৈবগি ফিথূপ্নি হায়বগি ৱাংউলোন্সু তোপ্ন লৈরি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে তোংঙান্ তোংঙানব খেৎনব ৱাখল্লোন্, ৱাংউলোন্ লৈজরবসু মৈতৈ ঐখোয়গি মহৌসাদগি লৈননব সারিব য়ূম্ সঙ্বী সঙ্গাইবু নমু তাইবং মীগি সমু হক্চাংগি ফিথুপ্ ফিরেপ্ অমদি সমু হক্চাংগি হক্চাং কয়াৎকি সক্তম্গি মওং তম্ন সাখিবনি হায়বগি থূপ্লব ৱাংউলোন্ অসিবুদি অতোপ্প কাঙ্লূপ্, মীতোপ্ মীরাল্চাসিংগি মমাঙ্দ থোইদোক্ন চাউথোক্চনীংঙাই, লেম্জনীংঙাইনি হায়ন লৌদব ঙম্দে।

## ২. য়ূম্ পুথোক্প

মৈতৈগি অরিব লাইরিক্ "য়ূম্সারোল্" পুয়াদ তাইবং মপুন নমু তাইবং মীওইবন লৈননব য়ূম্ সাব হৌদোক্পিদুন ইহান্ হান্ন য়ূম্ পুথোক্পিরম্বগি মতাংদ মখাগি অসুম্ন থম্বিরম্মি। " অতিংকোক্ কুরুন অতিয়া সিদবদ নমু তাইবং মীওইবগি লৈননব মফম্ সেম্মু হায়খি। অতিয়া সিদবন অমুক্ কোঞ্জিন্ তুথবদ মীওইবগি লৈননব মফম্ সেম্ননব সিদ্ধা পীখি। কোঞ্জিন্ তুথবন অতিয়া সিদবগি য়াথং পাঙ্ননব ফৈজোম্ কুঞ্জা কাওদুন, কোয়েৎ সলাই য়েৎতুন, লুপা লুপ্তিন্ মেঞ্জা থৌগল্ য়ান্দন যাত্রা উয়েং থারে। হান্ন উব অদু উইন্ কৌই। মথংন তাংথক্ নাইদে হায়দুন থাংজি কৌই। নাহাইবদি তাইরেল্ কৌই। কুরুন পীবনি খঙ্লদন হুং হা লাউন পুরক্লে। তলা চাউথোই ফাদরে, পামেল্ ৱাংথোই ৱাংদ্রবদ পরিং লাইসোন্ থারে, সরী নামুংনরে, পান্নাও সিংনাও তারে।" অসুম্ন তাইবং মীওইবন লৈননব য়ূম্ সাব হৌখিবগি ৱারী লৈরি।

লাইবুংথৌ মাপল্, লাইনুরা তরেৎন তাইবং মীন লৈননব য়ূম্ সাব হৌখিবগি অতোপ্প ৱারী অমসু লৈরি। 'চীঙ্ভু লাইপুংথৌ মাপল্গ খোইমোম্ লাইরুরা তরেৎক কৌদুন সিন্থা পীরে। মরাল্ তম্মো মোংব য়ূম্ সারো হায়দুন লাইপুংথৌ মাপলন য়ূম্ তম্লে, লাইরুরা তরেৎন ই কূপ্লে। সদু য়াঙ্গেল্ন মোংব য়ূম্ কূপ্পবু ইগি ইতোল্ন ওন্খৎন কূপ্পবদ, মসিদি নোংমদোল্ লাইজ খীক্ফেন্ চঙ্গনি হায়দুন সীথোক্লে। লোইনমক্পু সীথোক্পদি হৌনদরে হায়দুন থৌখাম্লবদ ৱাঙম্ সুদোন্ তান, অহান্বগি ইদি ইতোন্ন হঙ্গৎন কূপ্পবু খাক্হৌরে। অসুম্ন অহান্বদ লৈকূ সঙ্সা তম্, লৈরায় য়ূম্ ওইনরম্বদগি মোংব য়ূম্হৌ তম্খিয়ে, পোংসঙ্বু সাখিয়ে।''

অসুম্ন ইহান্ হান্ন লাইবুংথৌ মাপল্গ লাইনুরা তরেৎকন নমু তাইবং মীওইবন লৈননব সাব হৌখিব য়ূম্ অদুবু ''পোংসঙ্'' হায়ন কৌনখি। লাইনুরা তরেৎন য়ূম্ কূপ্প মতম্দ ইগি ইতোন্ন মথক্ ওন্খৎন কূপ্পবু লোইনমক্ সীদোক্খ্রগ হান্ন কূপ্প হৌখিব ইখোক্ন মখারোম্দ ওন্থদুন কূপ্খিব সীদোক্খিদ্রব সরুক্ অদুবু নীংসিংব ওইন হৌজিক্ য়ূম্ সারগ ইন য়ূম্ কূপ্পদ অহান্ব কূপ্প হৌব ইগি সরুক্ ইখোক্ন মখা ওন্থন কূপ্প চৎনরিব অসিনি। লাইনুরা তরেৎন ইহান্ হান্ন ইগি ইখোক্ন মখাদ ওন্থদুন কূপ্প সরুক্ অদুবু খাঙ্গৎতুন থম্নব ৱান কক্তুন সেম্ব চৈ মকক্ অমমম্বু ''সাইখাঙ্'' কৌদুন হাপ্খি। লাইনুরা তরেৎন হাপ্খিব ৱা মকক্ সেম্ব ''সাইখাঙ্'' হাপ্খিব অদুবু ঙসি য়ূম্ সাদুন ই কূপ্প মতম্দ সাইগি ইখোক্ খাঙ্গৎনব সাইখাঙ্ পরেং অম হাপ্নরিবসি ৱারী অসিবু নীংসিংদুন চৎনরক্লিবনি।

লাইবুংথৌ মাপল্গ লাইনুরা তরেৎকন ইহান্ হান্ন তাইবং মীগি লৈননব সাখিব য়ূম্ ''পোংসঙ্'' হায়বসিন মৈতৈ য়ূম্সারোল্গি ইতিহাসত খ্বাইদগি অহৌব মীওইবগি লৈননব য়ূম্নি। পোংসঙ্ হায়রিব য়ূম্ অসিদি য়াম্ন চম্ব, মখোঙ্ মরিখক্ য়ুংলগ মথক্ন ইন হেক্ত পাক্খল্ ওইন কূপ্সিন্ব, ফক্লাংন অফংব সীংউৎ সীংনাংন অকোয়ব হেক্ত খাজিন্ব মওংগি

যুম্‌সানি। অসিগুম্ব যাম্ন চম্ব অহান্‌ব যুম্‌সা মওং অসিদগি নোংম নোংমগি তাইবং মীওইবগি ব্রাখল্ লৌসিং হেন্‌গৎলক্‌প, তোংঙান্ তোংঙান্‌ব মচাক্ মথুম্ কয়াগি খূৎসু খূৎলায় কয়া পুথোরক্‌পন মরম্ ওইদুন তপ্ন তপ্ন যুম্‌সা কাঙ্‌লোন্ চাওখৎলক্কুন মমৈদ কাঙ্‌লোন্ কূপখ্রব সঙ্‌বী সঙ্গাই "যুম্‌জাউ লাইখল্ তাব" ফাওবগি থাক্ যৌরক্‌খিবনি।

# ৩. ইংখোল্গি মরম্

কনাগুম্বা মী অমন ইংখোল্ অমগি মনুংদ যূম্ সাগে হায়ন নীংলবদি যূম্ সাগদৌরিব ইংখোল্ অদুগি মরম্ মুন্ন য়েংহৌব ফৈ। তীল্লম্ লাইরম্ থোক্পনচিংব লৈরম্লবসু অখঙ্ অহৈ নীংথিন তান্নরগ যূম্ সাদ্রিঙৈদ থৈদোক্ থৈজিন্ তৌহৌগনি। তীল্লম্ লাইরম্ থোক্প মফম্দ যূম্ সাদুন লৈরবদি যূম্ অদুদ লৈরিব মীসিং অদু অৱা অনা, মীসি মীনা নংগল্লি। মরম অদুন ইংখোল্ অমগি মনুংদ যূম্ সাব মতম্দ অফব, পক্লব, তীল্লম্ লাইরম্ থোক্তব মফম্ খল্লগ যূম্ সাগনি। মসিন যূম্ অদুগি মনুংদ লৈরগ নুংঙাই য়াইফন, পুন্সি নুংসাংন অমদি ইমুং মপাল্ মরা তপ্ন, ঈংন পান্ব ঙম্মি। হায়রিব মওং অসি মমাঙ্গৈ ইপা ইপুসিংগি হাক্তক্তগি তৌনরক্প, চৎনরক্পন ঙসিগি মীরোল্ ফাওবন অদুম্ চৎনরি। কনাগুম্বন হান্নন খঙ্হৌ উহৌদদুন যূম্ সাদুন লৈরুরবসু অখঙ্ অহৈ থিরগ নীংথিন য়েংথোক্হনব ফৈ। তীল্লম্ লাইরম্ থোক্পনচিংব লৈরম্লবসু কোক্লব থৈদোক্ থৈজিন্ তৌহৌবন তুংদ থোক্হন্নীংদব থৌদোক্ ৱাথোক্ কয়া থোক্লক্কদবদগি কল্হৌব ঙমগনি।

## তীল্লম্‌ লাইরম্‌ থোক্‌প

য়ুম্‌ সাদুন লৈগদৌরিব নৎত্রগ লৈনরিব ইংখোল্‌ খুদিংমক্কি মফম্‌ মফম্‌গি মখা পোন্ন তোংঙান্‌ তোংঙান্‌ব মখল্‌গি ইংখোল্‌ মখল্‌ কয়া লৈ। হান্নদগি মী তাদুন লাক্লব ইংখোল্‌ ওইজরবসু ইংখোল্‌ অদুদ লাইরম্‌ থোক্‌প ইংখোল্‌সু কোঙ্গায়নি অদুগ হান্ন মী তাদব লৌবুক্‌ লম্‌হাঙ্‌ ওইন লৈরম্ব কয়া নৌন খোপ্‌চিন্দুন লৈননব ইংখোল্‌ ওহ্নোক্‌পদগি হান্ন তীল্লম্‌ লাইরম্‌ থোক্‌প মফম্‌ ওইন লৈজরম্ব কয়া ফুন্‌জিন্দুন য়ুম্‌ সাদুন লৈসিন্‌খিব য়াই। মহৌসা মীসিং য়াম্‌লম্‌দ্রিঙৈদদি ইংখোল্‌ য়াম্ন মরাং কায়নরম্মি অমদি ইংখোল্‌সিংসু য়াম্ন পাক্‌ চাউনরম্মি। অদুবু হৌজিক্তি মীসিং নোংম নোংমগি হেন্‌গৎলক্কুন ইংখোল্‌ অমগি পাক্‌ চাউব য়াম্ন হন্থরক্লে। লৈফম্‌ চন্নরক্তবদগি অরৈব মফম্‌ য়েংদুন খুদোং থীনিংঙাই ওইব, য়ুম্‌ সাদুন লৈব য়াদব লাইরম্‌ থোক্‌প মফম্‌ কয়া খঙ্‌দবদগি লৈসিন্নবসু কয়া অমনি। অদুন অসিগুম্ব মফম্‌সিং অসি অখঙ্‌ অহৈসিংবু কূপ্ন, মুন্ন য়েংথোক্‌হনব য়াম্নমক্‌ তঙায়ফদে। তীল্লম্‌ অমদি লাইরম্‌ থোক্‌প কদাইবু কৌবগে হায়ব মখাদ পীরি।

**তীল্লম্‌ থোক্‌প :-** য়ুম্‌ সাদুন লৈনরিব নৎত্রগ লৈগদৌরিব ইংখোল্‌ অদু তীল্লম্‌ থোক্‌প হায়বদি অচৎ অওক্‌সিংগি মীৎয়েংফম্‌ ওইব, মীয়াম্ন চৎনরিব লম্বী সোরোক্ন কাপ্ন, লৈরক্‌ অমদি খোঙ্‌ লম্বী অসাংবন কাপ্ন মফম্‌বু তীল্লম্‌ থোক্‌প কৌই। অসিগুম্ব তীল্লম্‌ থোক্‌প মফম্‌দ য়ুম্‌ সাদুন লৈরবদি য়ুম্‌ অদুগি অঙাং-নুবী নাই, অরা-অনা নংঙি। তীল্লম্‌ থোক্‌প মফম্‌দ য়ুম্‌ সাদুন লৈরুরবদি লৈপল্‌ তাখৎতুন, উ-ৱানচিংব থাজিন্দুন নৎত্রগ ফক্‌লোংগুম্বন ৱাংন খাজিন্দুন নাখল্‌ অম পীরগ তীল্লম্‌ থোক্‌পদগি ঙাক্‌থোক্‌প য়াই।

**লাইরম্‌ থোক্‌প :-** ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ য়ুম্‌ সাদুন লৈগদৌরিব নৎত্রগ লৈনরুরব মফম্‌ অমবু লাইরম্‌ থোক্‌প হায়বদি লাইন হঙ্গৎ হন্দা চৎফম্‌ ওইব লম্বীন থেংব, লাইগি য়াথোক্‌ফম্‌ থোক্‌প, লাইগি মরম্‌ থোক্‌প অমদি অসাব নুংসিৎ সীৎপ মফম্‌বু লাইরম্‌ থোক্‌প কৌই। লাইরম্‌ থোক্‌প মফম্‌দ

খঙ্দদুন য়ূম্ সাজিন্দুন লৈরুরবদি মীসি মীনা, ঙাওব ফৈব থোক্কল্লি। অদুন অসিগুম্ব ফত্তব থোক্হন্নীংদব কয়া থোক্তনব লম্ অদুবু কোল্লিব লাই অদু মসক্ খঙ্নি ঈরাৎ থৌনিজগনি। লোয়নন লাইরম্ থোক্প মফম্ অদু নীংথিন য়েংলগ মপা অদুদ মফম্ চাব য়েংদুন হোংঙু পাম্বী থাজিল্লগ লাইরম্ অদু থৈদোক্ থৈজিন্ তৌব য়াই নৎত্রগ হীরম্ অসিদ মুম্ন খঙ্-হৈরব মীওইসিংগ তান্নরগ থৈদোক্হন্বসু য়াই। অসুম্ তৌরবদি খুদোংথীব কয়াদগি মাঙ্জৌনন ঙাক্থোক্চহৌব ঙম্গনি।

## ইংখোল্গি মওং অমদি মখল্

য়ূম্ সাদুন লৈগদৌরিব ইংখোল্গি মওং-মতৌ অমদি মখল্ য়াম্মি। মওং-মতৌ খেৎনবগি মতুং ইন্ন লৈবদ ফগদব, ফরোইদব কয়া অমসু খায়দোক্ই। চাউরাক্ন য়ূম্ সাদুন লৈনগদৌরিব ইংখোল্গি মওং-মতৌ অমদি মখল্ অসি মখাগি অসুম্ন খায়দোক্প য়াই।

১. **সামু নম্দা তাব :** ইংখোল্ অমগি শরুক্ত মখা, নোংচুপ্, সম্ভোং অমদি কৌক্রু লাইজিরোম্দ ব্রাংখৎপ মখল্বু সামু নম্দা তাব হায়ন কৌই। অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্দ য়ূম্ সাদুন লৈরবদি লন্ থুম্ মরাং কায়, ওইজ ওইথক্ ফংঙি, নুংঙাই য়াইফৈ, পুন্সি নুংসাংন মচা মসু ধারা নালা য়াম্মি। অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্ অসি অফব মখল্গি ইংখোল্নি।

২. **থেঙ্গু নম্দা তাব :** ইংখোল্ অমগি ময়ায়গি সরুক্ন ব্রাংখৎলগ নোংপোক্, মখা, নোংচুপ্, অব্রাং হায়রিব মায়কৈ মরিমক্ অসিদ নেম্থব ইংখোল্গি মওংবু থেঙ্গু নম্দা তাব হায়ন কৌই। অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্ অসিদি মখল্ খুদিংগি মীওইন য়ূম্ সাদুন লৈবদ ফৈ। অসিগুম্ব ইংখোল্দ লৈব মী অদু থৌনা ফৈ, নুংঙাই য়াইফৈ অমদি লন্ থুম্ মরাং কায়। অফব মখল্গি ইংখোল্নি।

৩. **হিংচাব লম্দা তাব :** ইংখোল্গি নোংপোক্ মৈরম্ অমদি চীংখৈ হায়রিব মায়কৈসিং অসিগি শরক্ত নেম্থব ইংখোল্গি মওংবু হিংচাব লম্দা তাব হায়ন কৌই। অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্দ য়ূম্ সাদুন লৈব ফত্তে। লন্ থুম্ চঙ্দে। মচানিপা, সা-সন্নচিংব অসি অনা নংঙি।

৪. **লিন্গি নম্দা তাব :** ইংখোল্গি ময়ুং নোংপোক্ নোংচুপ্কি শরক্কন সাংব, মখা অমদি অৱাংগি মায়কৈদ তোঙ্লগ ময়ায়ন কুৎতক্ তৌব মখল্গি ইংখোল্বু লিন্গি নম্দা তাব কৌই। অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্দ য়ূম্ সাদুন লৈব মী অদুদি পূক্নিং নুংঙাইতে, অসি অনা নংঙি। মতু মচা মাঙ্ব থোক্ই অমদি খোঙ্থাং খূদিংগি য়েক্লব চাওখৎলি। অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্দ লৈব ফত্তে।

## ইংখোল্গি অফ ফত্তগি খুদম্ চাংদম্ য়েংব

১. উ, ৱা, উরী, হীদাক্-লাংথক্ মরাং কায়ন হৌব, নাপী কন্ব, লৈতেন্ মান্নব, লৈহাও চেন্ব মখল্গি ইংখোল্দ য়ূম্ সাদুন লৈরবদি খ্বাইদগি হেন্ন ফৈ। লন্ থুম্ অৱাৎপ লৈতে, নুংঙাই য়াইফন পুক্সি নুংসাংন পাল্লি। অদুগ লৈক্রক্ চৎপ, সরূ লৈব, লৈসৌ সৌব, অমদি অতোঙ্ অকুৎ নাইব ইংখোল্দদি কৈদৌঙৈদ য়ূম্ সাদুন লৈরোইদবনি। অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্দ য়ূম্ সাদুন লৈরবদি লন্-থুম্ মাঙ্ঙি, পুক্সি তেল্লি, অৱা-অনা কয়া নংঙি। লৈক্রক্ চৎপ মফম্দ লৈরবদি অসি অনা থোক্ই। লৈহাও লৈতব মফম্দ লৈরবদি লন্ মাঙ্ঙি। সরূ সয়াঙ্ লৈব মফম্দ লৈরবদি মতম্ লৈব খিবিক্ত অৱা-অনা নংঙি অদুগ অকুৎ অতোঙ্ তৌব মফম্দ লৈরগন য়েক্লব চাওখৎলি।

২. লৈগদৌরিব ইংখোল্ অদুগি মরাক্ অমদি ময়ুংগি খূদুপ্ মসীংগ খুঙ্গং অদুগি মমিংগি খোঙ্হোক্ মসীংগ তিন্সিন্নগনি। তিন্সিন্নবগি তারক্লিব ফল্ অদুদ মসীং মরিন অমুক্ পুরিগনি। পুরিনবদ তারক্লিব ফল্ অদুদ অমুক্ য়ূম্গি য়ূম্বু অদুগি মমিংগি খোঙ্হোক্ মসীংগ অমুক্ তিন্সিন্নরগ

তারক্লিব ফল্ অদুদ মসীং অহম্মন য়েন্থোক্ককনি। য়েন্থোক্পগি অরেম্ব মসীং অদুন অম লেম্লবদি অহিংবনি, মসীং অনী লেম্লবদি মান্নবনি অদুগ মসীং অমত্ত লেমদ্রবদি মফম্ অদু অসিব লম্নি। অসিব লম্দ লৈরবদি মতম্ লৈব খিবিক্ত লন্, মী, মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্ অমদি নুংঙাই য়াইফব পূম্নমক্ মাঙ্ঙি। অসিব লম্দ কৈদৌঙৈদ লৈরোইদবনি।

৩. ইংখোল্ অদুগি মনুংদ যুম্বু অদুগি খূদুপ্ অম সাংব, খূদুপ্ অম পাক্প, খূদুপ্ অম লুব কোম্ অম তৌথোক্কনি। তৌথোক্লিব কোম্ অদুদগি খোংতোরক্লিব লৈবাক্ অদুন অমুক্ হন্ন কোম্ অদু ফুন্জিন্গনি। ফুন্জিন্ব মতম্দ কোম্ অদু লৈপাক্ন থল্লগ লেম্লবদি খ্বাইদগি হেন্ন ফৈ। চপ্ মান্নরবদি ময়ায় ওইন ফৈ অদুগ লৈপাক্ অদু ব্রাৎলবদি ফৎত্রে। লৈপাক্ ব্রাৎলব মফম্ অদুদ যুম্ সাদুন লৈরবদি অব্রা অনা, মীসি মীনা নংঙি।

৪. ইংখোল্ অদুগি মনুংদ মথক্কি চাংয়েং অসিগুম্ন যুম্বু অদুগী খূদুপ্ অম সাংব, খূদুপ্ অম পাক্প, খূদুপ্ অম লুব কোম্ অম তৌগনি। তৌথোক্লিব কোম্ অদুদ ঈসিং হন্ন হন্ন হৈদুন ঈসিংন পিক্ থল্হন্গনি। কোম্ অদুগি ঈসিং অদুন ময়েং তাথদন লৈরবদি খ্বাইদগি হেন্ন ফৈ। য়াম্ন থুন মীৎকুপ্ অমগি মনুংদ ঈসিং অদু কংগ্রবদি ফত্তে। ঈসিং অদুন ময়েং খংতা তাদ্রব লোয়নন তপ্ন তপ্ন কংথরক্প মতম্দ য়েৎলোম্দ লৈন লৈন কংলবদি নুংঙাই য়াইফৈ। অদুগ ওয়রোম্দ লৈন লৈন কংলবদি ফত্তে অসি অনা থোক্ই।

৫. মথক্কি চাংয়েং অসিগুম্ন কোম্ অম তৌগনি। কোম্ অদুদ ঈসিং হন্ন হন্ন হৈদুন পিক্ থল্হন্গনি। কোম্ অদুদগি খোঙ্কাপ্ ১০০ চৎথোক্লুরগ অমুক্ হল্লকতুন কোম্ অদুদ য়েংবদ কোম্ অদুগি মনুংগি ঈসিং অদু সক্সক্ মরি থোক্পগি সক্সক্ অম ঈসিং লেম্দুন লৈরম্লবদি ফত্তে। তংখাই অম ঈসিং লৈরম্লবদি ময়ায় ওইন ফৈ। ঈসিং অদুন তংখাইদগি হেন্ন লেম্লবদি য়াম্ন ফৈ।

৬. মথক্কি হান্নগি চাংয়েং অসিগুম্ব কোম্ অম তৌগনি। কোম্ অদুদ নুমিৎ তাবফাওব ঈসিং লেপ্তন হন্ন হন্ন হৈগনি। অয়ুক্ য়াহৌরক্লগ য়েংব

মতম্‌দ হায়রিব কোম্‌ অদুদ ঈসিং তূংদুন লৈরম্লবদি য়াম্ন ফৈ। ঈসিংদি তূংদুন লৈরম্‌দ্রবসু লৈখোম্‌ ঙাক্ত লৈরম্লবদি ময়ায় ওইরপ্‌ন ফৈ। অদুগ লৈক্রক্‌ চৎতুন লৈরম্লবদি ফৎত্রে ইমুং মনুং মাঙ্‌ তাক্‌ই। অদুগুম্ব মফম্‌দ য়ূম্‌ সাদুন খক্‌ লৈরোইদবনি।

৭. য়ূম্‌ সাদুন লৈগদৌরিব, য়ূম্ফম্‌ ওইগদৌরিব মফম্‌ অদু সন্‌পোৎ খোইদোক্কনি। সন্‌পোৎ খোইদোক্‌প মতম্‌দ উ, চেক্‌, চক্ৰা-ৱাইক্ৰা, উৎ, নূং, সক্ৰা অমদি লিন্নচিংব লৈপাক্‌ মনুংদ লৈরম্ব থেংনরবদি লৈরম্‌লিব পোৎলম্‌সিং অদুগি মতুং ইন্ন অফ ফত্তগি ফল্‌ মখাদ পীরিব অসুম্ন লৌগনি।

১ — উ লৈরম্লবদি মৈদগি অকিব ফংঙি। মৈহৌ লাংপোক্‌ নংগল্লি, ফত্তে।

২ — চেক্‌ থেংনরবদি লন্‌-থুম্‌, ওইজ-ওইথক্‌ ফংঙি, ফৈ।

৩ — উৎ নৎত্রগ মৈতাল্‌ থেংনরবদি লন্‌-থুম্‌ য়াঙ্‌ব, অসি অনানচিংব নংগল্লি, ফত্তে।

৪ — নূং থেংনরবদি নুংঙাই, লন্‌-থুম্‌ মরাং কায় ফৈ।

৫ — সক্ৰা থেংনরবদি ইমুং-মনুং, সাগৈ-নাতৈ তুম্ন মাঙ্‌ঙি, ফত্তে।

৬ — লিন্‌ থেংনরবদি লিন্দগি অকিব নংঙি, ফত্তে।

৮. য়ূম্‌ সাননবগি মখোঙ্‌ য়ুংননব উখুল্‌ তৌবদ লৈপাক্‌ মনুংদ নূং থেংনরবদি সনা লুপা ফংঙি। চেক্‌ থেংনরবদি মখল্‌ মখা অয়াম্ব লন্‌-থুম্‌ অমদি চাওখৎপ ফংঙি। পৈসা থেংনরবদি মখল্‌ খূদিংমক্কি নুংঙাইব ফংঙি। কোরীনচিংব ধাতুগি মখল্‌সিং থেংনরবদি তৌরু তৌরুব হীরম্‌ খূদিংমক্ত চাওখৎপ ফংঙি।

৯. য়ূম্‌ সাননব য়ূম্ফম্‌ ওইগে খল্লিব মফম্‌ অদু য়ূম্‌ সাদুন লৈবদ ফগদ্র নৎত্রগ ফরোইদ্র হায়ব য়েংনব য়াম্ন চম্ব পাম্বে অমন মফম্‌ অদুগি লৈপাক্‌





অদু লৈরোল্ অহুম্দং তৌথোক্লগ লৈপাক্ অদু খর লৌদুন লৈদ মহাও তংদুন য়েংব মতম্দ অথুম্ব, ওইনম্ব মহাও লৈরবদি য়ূম্ফম্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈবদ অফব য়ূম্ফম্নি হায়ন লৌব য়াই। মফম্ অদুগি লৈপাক্ অদু লৌদুন মহাও তংবদ অখাব, অসীন্ব নংত্রগ নম্থিব মনম্ নম্বনচিংব ওইরবদি হায়রিব মফম্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈবদ অফব য়ূম্ফম্ নংত্রে হায়ব খঙ্গনি। অদুগুম্ব মফম্ অদু নত্তব অতোপ্প চানব, অফব মফম্ অম খল্লগ য়ূম্ সানব তৌগনি।

মথক্ত পীখ্রিব চাংয়েংসিং অসিগি মতেংন য়ূম্ সাদুন লৈগদৌরিব ইংখোল্ নংত্রগ য়ূম্ফম্ অর্দুগি অফ-ফত্তগি খূদম্ চাংদম্ য়েংলগ অফব মফম্ খন্দুন নুংঙাই য়াইফব, লন্-থুম্ চেন্ব, মচা-মসূ চাদা নাউদা মবাং কায়ান পুন্সি নুংসাংন নাদ য়েক্তুন লৈজব ঙম্নব কূপ্ন মুন্ন খল্লগ য়ূম্ সাহৌব ফৈ।

## খূৎলৌগি মতেংন ইংখোল্গি মওং য়েংব

কনাগুম্ব মী অমন য়ূম সাগে হায়ন খন্ব মতম্দ য়ূম্ সাগদৌরিব ইংখোল্ অদুগি মওং মতৌ, তীল্লম্ লাইবম্ লৈব, লাইফম্ লৈব, লৈপাক্ মনুংদ সক্ন সয়াঙ্নাচিংব ফত্তব পোৎ চৈ ফুমদুন লৈব, হায়্ন পাৎ কোম্নাচিংগা লৈনম্বদগি কুন্জিনাখব, ইংখোলগি অনেম্ অরাং, লৈকূৎ লেতোঙ্, য়ূম্ সাদুন লৈবদ ফগদব মফম্, ফবোইদব মফম্নাচিংব কয়া খূৎলৌগি মতেংন নীংথিন, কূপ্ন খঙ্ব ঙম্মি। হায়রিব কাঙ্লোন্ অসি মহৌসাদগি সীজিন্নদুন লাক্পন হৌজিক্

| | | |
|---|---|---|
| ২-ক | ৭-অ | ৬-উ |
| ৯-চ | ৫-স | ১-ম |
| ৪-ল | ৩-ত | ৮-প |

খূৎয়েক - ১

হৌজিক্সু অখঙ্ অহে অহল্ লমন্সিংন অদুম্ পীজিন্নরিব কাঙ্লোন্নি। খুৎলৌগি মতেংন ইংখোল্গি মওং মতৌ, অফ-ফত্ত য়েংনব তোংঙান্ তোংঙান্ব কাঙ্লোন্ অনীখক্ মখাদ পীরি।

**অহান্ব মখল্গি কাঙ্লোন্ঃ** য়ূম্ সাগে খন্জরিব মীসক্ অমন মহাক্ন য়ূম্ সাদুন লৈগদৌরিব ইংখোল্ অদুগি মওং মতৌ, অফ-ফত্ত, অফব য়ূম্ফম্ খঙ্গে হায়রবদি মখাগি কা মাপল্গি খুৎয়েক্ অসিগি কাখল্সিংদ ইরিব ময়েক্সিং অসিগি মনুংদ মুন্ন খল্লগ মহাক্ন নম্নীংব মফম্ অম খল্লগ খুদোঙ্গীন নম্গনি। নমলু নম্লুব কা নৎত্রগ ময়েক্সিং অসিগি মতুং ইন্না ফল্সু তোংঙান্ তোংঙাল্লি। নমলু নম্লুরিব মফম্সিং অদুগি অফ-ফত্ত ফল্সিং মখাদ পীরি।

**২-কঃ** খুৎয়েক্ অসিগি "২-ক" গি মফম্দ নম্লবদি মী অদুন য়ূম্ সাদুন লৈগদৌরিব ইংখোল্ অদুগি মনুংদ ইংখোল্ অদুগি মোইরাং লাইহুজি থংব মফম্দ হান্ন খোং অম লৈরম্মি। ইংখোল্ অদুগি নোংপোক্ থংব সরুক্ত লৈকুৎ লৈতোঙ্ লৈ। মনীং থংব লম্খৈদ ককুঙ্গী ঈরা তাব লৈ। য়ূম্ সাদুন লৈগে খল্লবদি ইংখোল্ অদুগি খা থংব সরুক্ত লৈথদুন লৈরবদি ফগনি। ঙাক্পীবদি লাইহনি ফৈ। লাইরম্দি সেন্ন লৈ, তীল্লম্দি কোইন থৈন লৈ। ইংখোল্ অদুগি অতোঙ্ অকুৎ মান্নদে। মচীন্ঙেঁ হৌগৎলক্পদ ৱাজরবসু পোলোইদদি ফৈ।

**৯-চঃ** খুৎয়েক্ অসিগি "৯-চ" হায়ন ইরিব কা অসিদ নম্লবদি ইংখোল্ অদুগি ময়ায়দ য়ূম্ সাদুন লৈব ফৈ। ইংখোল্গি মৈরম্ থংব মফম্দ পাৎ কোম্ লৈরম্মি। মহীক্ মতাং চেন্ব মফম্নি। লাইগি য়াথোক্ফম্নি। ইংখোল্গি নোংচূপ্ত লম্লৈমগি লান্ফম্ লৈ। মৈবী, সঙ্ঙাইসেল্ তাখি। তীল্লম্সু সোক্লম্মি। থক্কি লাইরম্ ইনিল্ ফংঙি। অদুম্ ওইনমক্ লম্ অদুবু সেল্লিব লাইবু থৌনিজরগ লৈব য়াই।

**৪-লঃ** খুৎয়েক্ অসিগি "৪-ল" হায়ন ইরিব কা অসিদ নম্লবদি য়ূম্ সাদুন লৈগে খল্লিব ইংখোল্ অদু তীন্খুল্ ফাওই। ইংখোল্ অদুদ লৈবদ ইমুং ঈসৌ লাংগনি। অকা অকূম্ নাইগনি। অৱা অনাগি মতম্ন সাংঙি অদুগ নুংঙাইব, অঈংবগি মতম্দি কুইদে। হায়রিব ইংখোল্ অদুদ লৈব পাম্লুনু। মীগি মিসৌ চঙ্ঙি। সরোয় ঙারোয়গি লান্ফম্নি। মীচম্ন লৈবদ ৱাগদব ইংখোল্নি। লৈতব য়াদদুন লৈব তারবদি ইংখোল্গি মথারোম্দ খব চঙ্ডসিন্ন লৈবগ খাঙ্ঙু। লম্ অদুবু কোন্ব লাইবু থাগোন্নৌ।

৩-তঃ পীরিব খুৎয়েক্ অসিগি "৩-ত" হায়ন ইরিব কাখল্ অসিদ নম্লবদি য়ূম্ সাদুন লৈগে খল্লিব ইংখোল্ অদুগি মৈরম্ থংব মফম্দ লাই অম লৈ। ইংখোল্ অদু হায়রিব লাই অদুন কোল্লিবনি। ইংখোল্গি মেইৱাং সহ্লোং পাংব মায়কৈবোম্দ অহিংদ ঙৌন চেল্লি। অঙাং নুবীসিংদ কিন থংন নাগনি। ইংখোল্গি নোংচুপ্ত লৈপূং অম লৈরম্মি। অকূৎপ মফম্ অদুদি কূম্লুগনু লাই চেল্লি। তাউরোইনাইব্ন ঈরাৎ থৌনিজৌ ফগনি। ইংখোল্ অদু মান কোল্লিবনি।

৮-পঃ খুৎয়েক্ অসিগি "৮-প" হায়ন ইবিব কাখল্ অসিদ নম্লবদি মী অদুন লৈগে খল্লিব ইংখোল্ অদুগি মখা থংব মায়কৈরোম্দ হান্ন পাংথী কোম্থী লৈরম্মি। মখা থংব মায়কৈদ লৈপূং অমসু লৈরম্মি। ইংখোল্গি নোংপোক্ থংবদ অহোব মখূল্ অমসু লৈ। মফম্ অদুদ মৈখু, চূমিথাঙ্গুম্ব মচু সেংদব উবনি। ইংখোল্গি নোংচূপ্ থংবরোম্দ নেম্মি, নোংপোক্ন তোঙ্ঙি। অৱাংলোম্দ চঙ্সিল্লগ লৈরবদি ফৈ। মচাক্ মরল্ চঙ্গনি। অফব ইংখোল্নি লৈব হৈরবদি নুংঙাইগনি।

**১-মঃ** খুৎয়েক্ অসিগি "১-ম" হায়ন ইরিব মফম্ অসিদ নম্লবদি লৈগদৌরিব ইংখোল্ অদু থায়ন মীন লৈরম্লব ইংখোল্নি। ইংখোল্ অদুগি

মখা থংব মায়কৈন নেম্মি। পোৎ ফুম্মাঙ্নব অম লৈ। ইংখোল্‌গি অৱাংথংব সরুক্ত হান্ন লৈপুং অম লৈরম্মি। অঙৌব মচুগি লাইন্‌ কোল্লি। লাইরম্‌দি থৈন লৈ, তীল্লম্‌সু থেংঙি ফৈ। ইংখোল্‌ অদুদ য়ুম্‌ সাদুন লৈবদ লৈম নিংথৌন সক্‌ খঙ্ব অফব য়ুম্ফম্‌ ওইগনি।

**৬-উঃ** খূৎয়েক্‌ অসিগি "৬-উ" হায়ন ইরিব কাখল্‌ অসিদ নম্‌লবদি লৈগদৌরিব ইংখোল্‌ অদুগি নোংপোক্‌ থংব মায়কৈদ ককৗ ঈরা তাব লৈ। মখা থংব মাযকৈরোম্‌দন পোৎ ফুম্মাঙ্নব লৈ। ইংখোল্‌ অদুগি কৌব্রু লাইজি থংবরোম্‌দ হূই হৌদোংগুম্ব অম অহিংদ চেল্লি। চূম্‌থাঙ্‌ মচু সেংদব, অৱাউব থোক্‌ই। ইংখোল্‌গি নোংপোক্‌লোম্‌ন নেম্মি। মৈরম্‌দ পাৎ, কোম্‌, লাইরম্‌ লৈরম্মি। লৈবদ অফব মখল্‌গি ইংখোল্‌নি। কুম্‌গি লাক্‌য়েন্‌ তাইয়ু ফগনি।

**৭-অঃ** খূৎয়েক্‌ অসিগি "৭-অ" গি মফম্‌দ নম্‌লবদি য়ুম্‌ সাদুন লৈগদৌরিব ইংখোল্‌ অদুগি নোংপোক্‌ থংব মায়কৈদ হূইগুম্ব অমন ঙৌন থোক্‌প লৈ। ইংখোল্‌গি নোংপোক্‌ লাইজিদ হান্ন কোম্‌ অমসু লৈরম্মি। ইংখোল্‌গি নুংসিৎলম্‌দ চুমিথাঙ্‌ থোক্‌ই। নূং তাব অম লৈ। ইংখোল্‌গি মখাগ অৱাংগ তোঙ্‌ঙি। ময়ায়ন কূৎলি। অঙৌব লাইন কোন্‌ব ইংখোল্‌নি। মাগি য়াথোক্‌ফম্‌নি। লৈব যাব অফব ইংখোল্‌নি।

**৫-সঃ** খূৎয়েক্‌ অসিগি "৫-স" হায়ন ইরিব কাখল্‌ অসিদ নম্‌লবদি য়ুম্‌ সাদুন লৈগে খল্লিব ইংখোল্‌ অদুগি ময়ায় খায়ন লাইরম্‌ অম লৈ। তাউরোইনাইগি হিগারম্‌নি। ইংখোল্‌গি মৈরমদ তীল্লম্‌ লৈ। নোংপোক্তন লম্‌লৈমগি লম্বীনি। অৱাং থংবদ খোং অম লৈরম্মি, হিগারম্‌নি। ইংখোল্‌ অদুদ য়ুম্‌ সাদুন লৈবদ কুইন খাঙ্‌দুন লৈব ঙম্‌লোই। লৈগে হায়রবদি তাউরোইনাইবু ঈরাৎ থৌনিজৌ ফগনি।

**অনীসুব মখল্গি কাঙ্লোন্ঃ** মথক্কি খূৎলৌগি মতেংন ইংখোল্গি অফ-ফত্তগি মরম্ য়েংনব খূৎয়েক্ ১দ পীরিব অসিগ চপ্ মান্নব কাঙ্লোন্গি খূৎলৌ মখল্ অমসু পীরি। কাঙ্লোন্ অসিগি মতেংনসু ইংখোল্ অমগি অফ-ফত্তগি মওং মতৌ, করম্ন মফম্দ য়ূম্ সাদুন লৈবদ ফগদগে নৎত্রেগ ফরোইদগে হায়বনচিংব মাঙ্জৌনন খঙ্জহৌনব পাম্নে অম ওইন অদুম্ সীজিন্নব য়াই। কাঙ্লোন্ অসিগিসু মসিগি তোংঙান্ তোংঙান্ব কাখল্সিংদ নম্লুবদি তোংঙান্ তোংঙান্ব ফল্সিং মখাদ পীরি।

| | | |
|---|---|---|
| ৬-ক | ৮-অ | ৫-ব |
| ৭-জ | ৯-স | ৪-ম |
| ৩-ত | ২-ভ | ১-প |

খূৎয়েক্ - ২

**৬-কঃ** মথক্কি "৬-ক" হায়ন থারিব কাখল্ অসিদ নম্ব মী অদুগি ইংখোল্ অদুদি মোইরাং লাইজিরোম্ থংব নাকন্দ পূখ্রি অম লৈ। মাঙ্সোক্কি লপ্লেন্ কাগি সাইজিন্ তাফম্দ মী অনীগি মকোক্কি সরূ লৈপাক্ মনুংদ খূনীং অম খূবোম্ অমমুক্কি চাংদ লুন ফুম্দুন লৈ। য়ূম্গি মনীংগি অরাং থংব মায়কৈদ কক্ঈ ঈরা তাব মফম্ লৈ। মমাঙ্লোম্দন তোক্পগ সামুগ লৈ। ইংখোল্গি মখা থংব সরূক্ত থৈদোক্লুন লৈরবদি ফৈ।

**৭-জঃ** মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি "৭-জ" হায়ন থারিব কাখল্ অসিদ নম্ব মীগিদি মী অদুগি ইংখোল্দি ইমুং ময়ায় ফম্মেন্গিদি মৈরম্ থংব মফম্দ খোং অসাংব অম লৈ। মদুদ মখোঙ্ মখূৎ লোম্ব লাই অম লৈ। ইংখোল্গি নোংপোক্ থংব সরূক্ত লম্মৈথান্বী থোক্ই। ইংখোল্গি মৈরম্লোম্দ সঙ্ঙাইসেন্ তাখি। লম্লৈমন ঙাক্প ইংখোল্নি। নোংচূপ্ত হঞ্জিল্লগ য়ূম্ সাদুন লৈরবদি ফগনি।

৩-তঃ খূৎয়েক্ অসিগি "৩-ত" হায়ন থারিব কাখল্ অসিদ নম্লবদি মী অদুগি ইংখোল্ অদু মৈবী পাই। নোংলাই লৈ। মী লৈব ঙম্লোই। ইংখোল্ অদুদ লৈব মীদি ইমুং মূৎকনি। সোরারেল্গুম্ব মতীক্ মথৌনা লৈব, মগুন্ লৈব মী ওইরবসু খাঙ্‌ব ঙম্লোই। ইংখোল্ অদুদ লৈগে খল্লগনু।

৮-অঃ খূৎয়েক্ অসিগি "৮-অ" হায়ন থারিব কাখল্ অসিদ নম্ব মীগিদি মী অদুগি ইংখোল্ অদুগি নোংচূপ্ থংব মায়কৈদ লম্হূইগুম্ব লাই অম লৈ। মোইরাং লাইজি থংব মায়কৈদ কোম্ অম লৈ। মফম্ অদুদ লাইম্ন অম লৈ। ইংখোল্ অদুগি কৌব্রু লাইজি থংব মায়কৈরোম্দ চূমিথাঙ্ খাম্লি। ইংখোল্ অদুগি ময়ায়দ নূং অম লৈ। ইংখোল্ অদুগি মওংদি অরাংগি সরাক্ন লেম্মি, ময়ায়ন তোঙ্‌ঙি। নোংপোক্ অপান্বগি কায়দোংফম্লি। নোংচূপ্ থংব মফম্দ হঞ্জিল্লগ নোংপোক্ অপান্ববু নীংদুন লৈরবদি ফগনি।

৯-সঃ খূৎয়েক্ অসিগি "৯-স" হায়ন ইরিব কাখল্ অসিদ নম্ব মীগি ইংখোল্দি নাবি কারন্দ তাউরোইনাইগি হিগারন্ ওইরি। ইংখোল্গি মৈবম্ থংব মফম্দ লাই অম লৈ। ইংখোল্গি নোংপোক্ থংব মফম্দ মীগুম্ব মরোল্ থোক্প অম লৈ। ইংখোল্গি অরাংলোম্দ খোং অম লৈ। উ অমসু হৌই। মফম্ অদু লাই অভৌব থোক্প মফম্নি। মফম্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈব যাদে। মোইরাং লাইজি থংব মফম্দ হঞ্জিন্দুন তাউরোইনাইবু খুরুম্দুন লৈরবদি কৈ। হার্যাবিব ব্রাফর্ম্সি য়াম্ন লুব ব্রারম্লি সোয়হন্গনু। য়ৈখায় থিন্গাইব, লাইন চঙ্‌ব ঙম্দবনি।

২-ভঃ খূৎয়েক্ অসিগি "২-ভ" হায়ন ইরিব কাখল্ অসিদ নম্লবদি মী অদুগি ইংখোল্দি ফুঙ্গা মৈফম্দ নোংমৈ সীংজঙ্ তাব অম লৈ। ইংখোল্গি মোইরাং লাইজি থংব মফম্দ হিগারম্ অম লৈ। উথুম্ পাম্বী অমগ তাইরেল্ পাম্বী অমগ তৌই। মফম্ অদুদ লাইমু থোক্ই। হৈন সিংন লৈরবদি ফগনি।

৫-বঃ খূৎয়েক্ অসিগি "৫-ব" হায়ন ইরিব কাখল্ অসিদ নম্লবদি মী অদুগি ইংখোল্গি নোংপোক্ থংব মায়কৈদ কক্ঈ ঈরা তাব অম লৈ।

লৈপাক্ মনুংদ উ অমসু ফুমদুন লৈরিবনি য়েংঙু। মফম্ অদুদ ঈগুম্ন ঙাঙ্ব লাই অমসু লৈ। ইংখোল্গি কৌব্রু থংব মায়কৈদ চক্রগি মসক্কুম্ব, হৌদোংগুম্ব লাই অম লৈ। ইংখোল্গি নোংচুপ্ থংব মফম্দ নেম্মি। মফম্ অদুদ য়ুম্ সাদুন লৈব ফে।

৪-মঃ খুৎয়েক্ অসিগি "৪-ম" হায়না থারিব কাখল্ অসিদ নম্লবদি মী অদুগি ইংখোল্ অদুদি হান্ন মীন লৈরম্লব ইংখোল্নি। ইংখোল্ অদুদ লৈববদি নিংথৌ অমদি অঙম্ অথৌসিংন সক্ খঙ্গনি। ইংখোল্ অদুগি মখা থংব সরাক্ন নেম্মি। পাৎ, কোম্ মান্ব অমসু লৈ। ইংখোল্ অদুগি অৱাংথংব সরাক্ত লৈপুং অম লৈ। মদুদ লাই অঙৌব থোক্ই।

১-পঃ খুৎয়েক্ অসিগি "১-প" হায়না থারিব কাখল্ অসিদ নম্লবদি মী অদুগি ইংখোল্দি মখারোম্দ পোৎ অম লৈ। পুং অমসু লৈ। ইংখোল্গি নোংচুপ্ থংব সরাক্ত চুমিথাঙ্ খাম্লি। মৈখু মচু মান্ব লাই অমসু লৈ। ইংখোল্গি নোংচুপ্ চিথেক্ত কোম্ অম লৈ। মদুদ ঈগুম্ন ঙাঙ্ব লাই অম লৈ। ইংখোল্গি নোংচুপ্ থংব সরাক্ন নেম্মি, অৱাং থংব সরাক্ন তোঙ্গাঙ। ইংখোল্ অদুদ য়ুম্ সাদুন লৈবদ ফে।

## য়ুম্ফম্দগি সরা-ঙারা লৌথোক্লব

ইংখোল্ অমগি মনুংদ য়ুম্ফম্ মাপল্গি কাখল্ কায়াৎ মাপল্ থোক্ন খায়দোক্নুন লৈ। অসিগুম্ব তোংঙান্ তোংঙান্ব য়ুম্ফম্সিং অসিদ য়ুম্ সাদুন লৈব তারবদি য়ুম্ফম্ ওইগে খল্লিব মফম্ অদুদ সরা-ঙারানচিংব [redacted] পোৎলম্ চৈরম্সিং লৈপাক্ মনুংদ ফুমদুন লৈব্র লৈতব্র হায়ব হান্ন মাঙ্জৌনন খঙ্দোক্হৌরগ অখঙ্ অহৈ তান্নদুন লৌথোক্ সেংদোক্হৌব য়াই। নৌন য়ুম্ সাননব য়ুম্ফম্ নৎত্রবসু হান্ন য়ুম্ সাজিন্দুন লৈত্রব য়ুম্ফম্ ওইরবসু খঙ্হৌ- য়েংহৌদবদগি লৈপাক্ মনুংদ সরা-ঙারা কয়া ফুমদুন লৈরম্ব য়াই। অসিগুম্ব পোৎলম্ চৈরম্সিং অসি নীংথিন তৌথোক্ খোত্তোক্লগ লৌথোক্প য়াই।

অমরোম্দ মতম্ কুইন মী লৈনদবদগি লম্হাঙ্ ওইন লৈরুরব নৎত্রগ হান্ন লম্হাঙ্, লম্লেম্ ওইন লৈরম্বদগি নৌন লৈননব ইংখোল্ ওম্ভোক্পনচিংব মফমসিংদ হায়রিব সন্না-ঙান্নানচিংব ফত্তব পোৎসক্ কয়া ফুম্দুন লৈরম্ব য়াই। অসিগুম্ব ফত্তব পোৎসক্সিং ফুম্দুন লৈব মফম্দ য়ূম্ সাদুন লৈরুরবদি ইমুংগি মী সিব, য়ূম্গি মখাদ লৈনীংদব, থোক্হন্নীংদব ন্নাথোক্ লান্থোক্ কয়া থোক্প, মচাক্ মরল্ মাঙ্-তাক্পনচিংব কয়া থোক্প য়াই। মরম্ অসিন য়ূম্ সাদ্রিঙৈদ য়ূম্ফম্ ওইগদৌরিব মফম্ অদু মুন্ন য়েংথোক্লগ মখাদ পীরিব কাঙ্লোন্ অসিগি মতেংন ইংখোল্গি করম্ব মফম্দ সন্না-ঙান্না লৈবগে নৎত্রগ লৈতবগে হায়ব য়েংব য়াই।

অহান্বদ য়ূম্ সাগদৌরিব ইংখোল্ অদু মখাগি লাইয়েক্ অসুম্ন য়ূম্ফম্ মাপল্ থোক্ন খায়দোক্কনি। য়ূম্ফম্ মাপল্ অদুদ মখাগি ময়েক্শিং অসি ইগনি।

| | | |
|---|---|---|
| প | ব | ক |
| স | জ | চ |
| হ | য় | ত |

খূৎয়েক্ - ৩

মথক্কি কাথল্ মাপল্ থোক্ন খায়দোক্তুন য়েক্লিব খূৎয়েক্ অসিগি কা কাদ ইরিব ময়েক্শিং অসিন হৌব নৎত্রবদি য়ূম্ফম্ অদুদ সন্না-ঙান্না লৈতে হায়ন লৌগনি।

**কাঙ্লোন্ ঃ** কাঙ্লোন্ অসিগি মতুং ইন্না যূম্ সাদুন লৈগদৌরিব ইংখোল্ অমগি মনুংদ করম্ব মফম্দ সরূ-ঙারূ লৈবগে হায়ন য়েংগে হায়ব তারবদি ইংখোল্ অদুদ যূম্ সাদুন লৈগদৌরিব মীওই অদুদ মখাগি অসুম্ব হায়হন্গনি।

যূম্ সাগদৌবিব মীসক্ অদুন বামোন (ব্রাহ্মন্) ওইরবদি মহাক্ন অপাম্ব নৎত্রগ অনীংব লৈ অমগি মমিং হায়হন্গনি। হায়বক্লিব লৈ অদুগি মমিংগি অহৌব ময়েক্ অদু লৌগনি।

সুদ্র নৎত্রগ অতোপ্প সাগেগি মীওই ওইরবদি যূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন অপাম্ব, অনীংব হৈ অমগি মমিং হায়হনগনি। মীসক্ অদুন হায়দোরক্প হৈ অদুগি মমিংগি অহৌব ময়েক্ অদু লৌগনি।

যূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন দুপীমচা ওইরবদি তুরেল্গি মমিং হায়হন্গনি। মহাক্ন হায়রক্প তুরেল্ অদুগি মমিংগি অহৌব ময়েক্ অদু লৌগনি।

অসুম্ব লৈ, হৈ অমদি তুরেল্নচিংবসিংগি হায়রক্লিব মমিংসিংগি অহৌব ময়েক্সিং অদু লৌরগ ময়েক্সিং অদুগি মতুং ইন্না ইংখোল্গি করম্ব মফম্দ সরূ-ঙারূ লৈবগে হায়বদুগি ফল্ মখাদ উৎলি।

**প.** যূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন হায়রক্প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্গি মমিং অদুগি অহৌব ময়েক্ অদুন "প" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি খূদুপ্ অমগি মখা লুন মী অসিবগি মরূ লৈ। হায়রিব মীগি মরূ অসি লৌথোক্রবদি মফম্ অদুদ যূম্ সাদুন লৈবদ মচা মসু লৌনদে। যূম্ অদুগি যূম্নু সি, ফত্তে।

**স.** যূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন হায়রক্প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্গি মমিং অদুগি অহৌব ময়েক্ অদুন "স" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি "স" হায়ন ইরিব যূম্ফম্ অসিগি অৱাংলোম্ থংব মফম্দ বামোন্গি সরূ

ওইরবসু, অসৈ অমাইগি সরূ ওইরবসু লৈপাক্‌ মনুংদ খূদুপ্‌ অনীগি মখা লুন ফুমদুন লৈ। হায়রিব লৈপাক্‌ মনুংদ ফুম্‌দুন লৈরিব সরূ অদু লৌথোক্‌ত্রবদি মফম্‌ অদুদ য়ূম্‌ সাদুন লৈবদ মচাক্‌ মরল্‌ মাঙ্‌-তাক্কনি, নুংঙাইব ঙম্‌লোই।

**হ.** য়ূম্‌ সাগদৌরিব মীসক্‌ অদুন হায়রক্‌প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্‌গি মমিংগি অহৌব ময়েক্‌ অদুন "হ" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্‌ অসিগি "হ" হায়ন ইরিব য়ূম্ফম্‌ অসিগি নুংসিৎ লম্‌দ লৈপাক্‌ মনুংদ খূদুপ্‌ মরিগি মখা লুন মীগি সরূ লৈ। হায়রিব মীগি সরূ অসি লৌথোক্‌ত্রবদি মফম্‌ অদুদ য়ূম্‌ সাদুন লৈবদ য়ূম্‌ অদুগি য়ূম্বু অদু ৱাথোক্‌ লান্‌থোক্‌ য়াম্‌মি, ফত্তে।

**ব.** য়ূম্‌ সাগদৌরিব মীসক্‌ অদুন হায়রক্‌প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্‌ মমিংগি অহৌব ময়েক্‌ অদুন "ব" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্‌ অসিগি "ব" হায়ন ইরিব য়ূম্ফম্‌ অসিগি লাইজিগি লম্‌দ সওম্‌, কৈ নৎত্রগ অতোপ্প লম্‌সাগি সরূ লৈপাক্‌ মনুংদ খূদুপ্‌ অমগি মখা লুন ফুম্‌দুন লৈ। হায়রিব লম্‌সাগি সরূ অসি লৌথোক্রবদি য়ূম্ফম্‌ অদুদ য়ূম্‌ সাদুন লৈবদ য়ূম্‌ অদুগি য়ূম্বুগি সাগৈ নাতৈগি মীওই সিব-নাব থোক্‌ই, ফত্তে।

**জ.** য়ূম্‌ সাগদৌরিব মীসক্‌ অদুন হায়রক্‌প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্‌ মমিংগি অহৌব ময়েক্‌ অদুন "জ" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্‌ অসিগি "জ" হায়ন থারিব কাখল্‌ অসিগি য়ূম্ফম্‌গি ময়ায় চবুক্‌ত মীগি সরূ ওইরবসু, য়োংগি সরূ ওইরবসু, য়োৎ ওইরবসু লৈপাক্‌ মনুংদ খূদুপ্‌ অনী মখায়রোম্‌ লুন ফুমদুন লৈ। হায়রিব পোৎসক্‌ অসি লৌথোক্রবদি মফম্‌ অদুদ য়ূম্‌ সাজিন্দুন লৈবদ মচা-মসু লৌনদে, য়ূম্‌ অদুগি য়ূম্বু সি, ফত্তে।

**য়.** য়ূম্‌ সাগদৌরিব মীসক্‌ অদুন হায়দোরক্‌প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্‌গি মমিংগি অহৌব ময়েক্‌ অদুন "য়" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্‌ অসিগি "য়" হায়ন ইরিব য়ূম্ফম্‌ অসিগি নোংচূপ্‌ লম্‌দ লৈপাক্‌ মনুংদ খূদুপ্‌ মঙাগি মখা

লুন অঙাংগি সরূ লৈ। হায়রিব লৈপাক্ মনুংদ ফুম্দুন লৈরিব অঙাংগি সরূ অদু লৌথোক্ত্রবদি য়ূম্ফম্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈবদ য়ূম্ অদুগি য়ূম্বু সি। য়ূম্ অদুগি মখাদ লৈনীংদে, ফত্তে।

ক. য়ূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন হায়রক্প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্ মমিংগি অহৌব ময়েক্ অদুন "ক" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি "ক" হায়ন ইরিব য়ূম্ফম্ অদুগি লৈপাক্ মখাদ খূদুপ্ অহুম্গি মখা লুন লম্সাগি মরূ লৈ। হায়রিব লম্সা মরূ অসি লৌথোক্ত্রবদি মফম্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈবদ নিংথৌদ লঙ্জব য়াম্মি অদুবু মচাক্ মরল্দি চঙ্ঙি।

চ. য়ূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন হায়দোরক্প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্গি মমিং অদুগি অহৌব ময়েক্ অদুন "চ" ওইরবদি খূৎয়েক্ অসিগি "চ" হায়ন ইরিব য়ূম্ফম্ অসিদ লম্সাগি সরূ লৈ। লৈপাক্ মনুংদ খূদুপ্ অহুম্গি মখাদ লুন য়োংগি সরূ লৈ। হায়রিব সরূ অসি তৌথোক্লগ লৌথোক্ত্রবদি মফম্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈবদ য়ূম্ অদুগি য়ূম্বু সি, ফত্তে।

ত. য়ূম্ সাগদৌবিব মীসক্ অদুন হায়দোরক্প লৈ, হৈ নৎত্রগ তুরেল্গি মমিংগি অহৌব ময়েক্ অদুন "ত" ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি "ত" হায়ন থারিব য়ূম্ফম্ অদুগি নুংসিৎ লম্দ হূইগি সরূ লৈ। লৈপাক্ মনুংদ খূদুপ্ অনীগি মখাদ লৈ। হায়রিব হূইগি সরূ অসি লৌথোক্ত্রবদি মফম্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈবদ অকি-অখং নংঙি, ফত্তে।

## ইংখোল্গি মওং অফ-ফত্ত

লৈনরিব নৎত্রগ লৈনগদৌরিব ইংখোল্সিংগি মখল্, মওং য়াম্মি। তোংঙান্ তোংঙান্ব মখল্ মওংগি ইংখোল্ কয়া লৈ। ইংখোল্গি নোংপোক্ থংব সরূক্ নেম্লগ নোংচুপ্ থংব সরূক্ন ব্রাংলবদি ইংখোল্ অদুদ লৈবদ চাওখৎলি, নুংঙাই-য়াইফব ওই, মচাক্ মরল্ চঙ্ঙি, লন্-থুম্ ফংজে, ফৈ।

ইংখোল্‌গি অৱাং থংব সরূক্‌ন নেম্‌লবদি সেল্‌-থুম্‌ চঙ্‌ঙি, ঈনাক্‌ খুল্লি, ফৈ। ইংখোল্‌গি মখারোম্‌ থংব সরূক্‌ন নেম্‌লবদি সেল্‌ চৎলি, সেল্‌ তূংব ঙম্‌দে, লায়রৈ, অৱা-অনা নংঙি ফত্তে।

## য়ূম্‌ সাদুন লৈবদ ফত্তব ইংখোল্‌

য়ূম্‌ সাদুন লৈগে খল্লিব ইংখোল্‌ অদু হান্নন ইংখোল্‌ অদুদ লৈবদ নুংঙাইগদ্র ৱাগদ্র হায়ব মাঙ্‌জৌনন কূপ্ন য়েংহৌব য়াম্ন তঙায়ফদে। মরম্‌ অসিন লৈনগদৌরিব ইংখোল্‌ অদুগী অফ-ফত্ত মসক্‌ খঙ্‌ন-লৈননব হোৎনগনি। অৱা-অনা নংগদব, খুদোংথীগদব নুংঙাইব ঙম্‌লোইদব ফত্তব মখল্‌গি ইংখোল্‌দ কৈদৌঙেদ লৈরোইদবনি। য়ূম্‌ সাদুন খক্‌ লৈনরোইদব ফত্তব মফম্‌ নৎত্রগ ইংখোল্‌দি —

১. ইংখোল্‌গি মায়কৈ মরিমক্ত ৱা হৌব, চহী য়াম্‌লব উজাউসিং হৌব, উমংলাইগি মফম্‌, নিংথৌ নৎত্রগ অঙম্‌ অথৌন হান্ন লৈরম্ব ইংখোল্‌ অমদি মী কৌনবদ তাব ফংলোইদব লম্‌হাংনচিংব মফম্‌দ য়ূম্‌ সাদুন লৈব ফৎতে।

২. লৈরক্‌ নৎত্রগ লম্বীন ৱাইব, মীগী মীৎয়েংফম্‌ ওইব মফম্‌দ য়ূম্‌ সাদুন লৈব ফৎতে। তঙায়ফদন লৈতব য়াদদুন লৈব তারবসু মীগী মীৎয়েংফম্‌ থোক্‌প মপাদ লাইসঙ্‌গুম্ব নৎত্রগ থবক্‌ সূফম্‌ ওইনব য়ূম্‌নচিংব সাদুন থল্লগ মীৎয়েংফম্‌ মরম্‌ থৎনব হোৎনগনি নৎত্রগ উ-ৱা থাজিন্দুন অমদি ফক্‌লোংনচিংবন থাজিন্দুন মীগি মীৎয়েংফম্‌ থোক্‌তনব হোৎনগনি।

৩. লৈকাই অমগি নৎত্রগ খুল্‌ অমগি সম্থোং কাচিন্‌ থোক্‌প মফম্‌দ লৈব ইংখোল্‌দ য়ূম্‌ সাদুন খক্‌ লৈরোইদবনি, ফৎতে।

৪. খুল্‌গি নৎত্রগ লৈকাইগি মী পোৎলোইফম্‌ ওইব মোংফম্‌গি মনাক্‌, তুরেল্‌ নৎত্রগ চীংগি মনাক্‌ নক্‌ন লৈনব য়ূম্‌ সাবসু ফৎতে।

৫. মওং মরিল্ চুম্দব ইংখোল্ হায়বদি চিথেক্ অহুম্ নাইব মতোল্ তুম্ব, ফিরাল্ মতোল্ মান্ব, ময়ায় সূপ্ল হায়রিব ইংখোল্সিংসিদ য়ূম্ সাদুন লৈব ফৎতে।

## য়ূম্ সাদুন লৈবদ ফব ইংখোল্

য়ূম্ সাদুন লৈননবগীদমক্ অফব ইংখোল্ খন্ব হায়বসি য়াম্ন মরু ওই। অফব মখল্গি ইংখোল্দি চিথেক্ মরি নাইব, সরেং মতূপ্ সাব অদুগ ইংখোল্গি ময়ায়ন থেংগু মনম্গুম্ তোংতক্ তৌব ইংখোল্দি লৈবদ য়াম্ন নুংঙাই, চাওখৎলি।

# ৪. য়ূম্ফম্

য়ূম্ সাদুন লৈগদৌরিব ইংখোল্গি তোংঙান্ তোংঙান্ব মখল্গি ইংখোল্সিংসু লৈ। মতম্ অমদ য়ূম্ সাদুন মী লৈনরম্লগ লৈব ঙম্দদুন চৎখিব নৎত্রগ ইমুং মনুং মূৎখিবদগি মতম্ কুইন লম্হাঙ্ ওইদুন লাক্লব ইংখোল্, তীল্লম্ লাইরম্ থোক্প মফম্দ ইংখোল্ খোপ্চিন্দুন লৈননব ইংখোল্ ওইনরুবদগি তীল্লম্ লাইরম্ থোক্প ইংখোল্ ওইব, লাই তীন্ন তম্নব অমদি নোংথি নোংমংব কান্দ উহৈদব মসক্ মওং নৎত্রগ পোৎসক্নচিংব উব, সোইরেল্নচিংবগি সরূ সয়াঙ্নচিংব ফুম্দুন লৈখিব মফম্ হায়রিব মওংসিং অসিগি ইংখোল্ ওইরবদি ইংখোল্ অদুদ য়ূম্ সাদুন লৈবদ য়াম্ন খুদোং থীনিংঙাই ওই।

মরম্ অসিন অসিগুম্ব মখল্গি ইংখোল্সিংদ য়ূম্ সাদুন লৈত্রিঙৈদ নীংথিন, মুন্ন কূপ্ন থিজিল্হৌব অমদি অখঙ্ অহে কয়া তান্নরগ ফত্তব পূম্ব কোক্নব হৌনবী ঈরাৎ থৌনি, তীল্লম্ লাইরম্ থৈদোক্ থৈজিন্ অমদি ফত্তব পোৎলম্ চৈরম্সিংবু নীংথিন সেংন লৌথোক্ খোৎতোক্হৌরগ য়ূম্ সাহৌবন ফৈ। নৎত্রবদি অৱা অনা, মীসি মীনা, ইমুং মূৎপনচিংব থোক্হন্নিংদব কয়া থোক্লক্প য়াই। হান্নন মাঙ্জৌনন য়াম্ন চেক্সিল্হৌগনি।

## য়ূম্ফম্ য়েংনব

কনাগুম্ব মীওই অমন য়ূম্ অম সাগে হায়ন খন্‌ব মতম্‌দ করম্ব য়ূম্ফম্‌দ য়ূম্ সারগ ফগদগে হায়ব য়েংননব তোংঙান্‌ব কাঙ্‌লোন্ অমসু লৈ। কাঙ্‌লোন্ অসিগি মতুং ইন্নসু মচাক্ মরল্ চঙ্‌গদব, চাব-থক্‌প ব্রাৎলোইদব অমদি খুদোংথীব, অব্রা-অনা নংলোইদব য়ূম্ফম্ খঞ্জহৌব য়াই। কাঙ্‌লোন্ অসিগি মতুং ইন্ন অফব য়ূম্ফম্ খন্‌গে হায়রবদি য়ূম্ সাগদৌরিব মী অদুগি মসাগি পোক্‌পগি থব্রান্‌মিচাক্ মসীংদ অতিংঙাদগি মসীং ৩ (অহুম্) লৌরগ তিন্‌সিন্‌গনি। তিন্‌সিন্‌বগি অতাব ফল্ অদুদ মসীং নিপাল্‌ন য়েন্‌গনি। য়েন্‌থোক্‌পদ লেম্‌লিব মসীংগি মতুং ইন্ন তোংঙান্ তোংঙান্‌ব ফল্‌সিং মখাদ মথং মথং পীরি।

১. য়েন্‌বগি অরেম্ব মসীং অদু ১ (অম) লেম্‌লবদি সেক্‌নল্‌নি। ইংখোল্ অদুগি নোংপোক্ থংব সরাক্ত য়ূম্ সাউ মচাক্ মরল্ চঙ্‌গনি, নুংঙাই য়াইফগনি।

২. য়েন্‌বগি অরেম্ব মসীং অদু ২ (অনী) ওইরবদি মৈখুনি। ইংখোল্‌গি মৈরম্ থংব সরাক্ত য়ূম্ সারবদি ফগনি নৎত্রবদি অনা অয়েক্ য়াম্মি, নুংঙাইব ঙম্‌লোই, ফত্তে।

৩. য়েন্‌বগি অরেম্ব মসীং অদুন ৩ (অহুম্) ওইরবদি নোংসানি। ইংখোল্‌গি খা থংব সরাক্ত য়ূম্ সাদুন লৈরবদি মিংচৎ চাউই, মীন সক্‌খঙ্ মায়খঙ্‌গনি, ফৈ।

৪. য়েন্‌বগি অরেম্ব মসীং অদুন ৪ (মরি) ওইরবদি লম্‌হূইনি। ইংখোল্‌গি নুংসিৎলম্‌দ য়ূম্ সাদুন লৈয়ু। চাব থক্‌প ব্রাত্তে, মচাক্ মরল্ চঙ্‌ঙি নৎত্রবদি অব্রা-অনা, লায়র-অনং নংঙি।

৫. য়েন্‌বগি অরেম্ব মসীং অদুন ৫ (মঙা) ওইরবদি তল্‌বনি। ইংখোল্‌গি নোংচূপ্ থংব মফম্‌দ য়ূম্ সাদুন লৈয়ু। অকল্ অথৌ থোক্‌ই।

৬. য়েন্‌বগি অরেম্ব মসীং অদুন ৬ (তরুক্) ওইরবদি লানি। ইংখোল্‌গি লীক্‌লম্‌লোম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈয়ু নৎত্রবদি লাই চেল্লি, মচাক্ মরল্ মাঙ্ঙি ফত্তে।

৭. য়েন্‌বগি মসীং অদুন ৭ (তরেৎ) ওইরবদি সামুনি। ইংখোল্‌গি অৱাং থংব সরাক্ত য়ুম্ শাদুন লৈরবদি ইমুং মপূক্ লূমম্মি, লন্-থুম্ মৱাং কায়ন চঙ্‌ঙি। মচা মসূ অফব ফংজৈ।

৮. য়েন্‌বগি অরেম্ব মসীং অদুন ৮ (নিপাল্) ওইরবদি কানি। ইংখোল্‌গি লাইজিরোম্ থংব সরাক্ত য়ুম্ সাদুন লৈরবদি চাব থক্‌প রাংত্রে, লন্-থুম্ চঙ্‌ঙি।

য়ুম্ফম মাপল্‌গি মমিং অমদি মফম্

| | | |
|---|---|---|
| চীংখৈ<br>লঙ্‌জা য়ুম্ফম্ | নোংপোক্<br>ফীরাল্ য়ুম্ফম্ | মৈরম্<br>মৈপু য়ুম্ফম্ |
| অৱাং<br>সামু য়ুম্ফম্ | সঙ্গাই<br>য়ুম্ফম্ | মখা<br>নোংসা য়ুম্ফম্ |
| কৌব্রু<br>লোলা য়ুম্ফম্ | নোংচূপ<br>তম্ফা য়ুম্ফম্ | সফ্লোং<br>লম্‌হুই য়ুম্ফম্ |

*খূৎয়েক্-৪*

য়েল্‌হৌঙৈদগি হৌন মৈতৈগি চৎনরক্‌প য়ুম্সারোল্‌গি মতুং ইন্ন ইংখোল্ অমগি মনুংদ য়ুম্ফম্ মাপল্ থোক্‌ন খায়দোক্লুন লাক্‌ই। ইংখোল্‌গি

ময়ুং অমদি মফৈদ চপ্ মান্নন মথক্কি শূৎয়েক্-৪ দ য়েক্তুন তাক্লিব অসুম্ন সরূক্ অহুম্-অহুম্ থোক্ন য়েন্থোক্লগ পাক্প চাউব চপ্ মান্নব সরূক্ মাপল্ ফংগনি। হায়রিব সরূক্ মাপল্ অসিগি সরূক্ অমমম্বু য়ুম্ফম্ অমমম্ কৌই। য়ুম্ফম্ মাপল্ অসিগি মমিংসু তোংঙান্ তোংঙান্ন লৈ। য়ুম্ফম্ মাপল্গি মমিংসিংদি—(১) চীংখৈদ লঙ্জা য়ুম্ফম্ (২) নোংপোক্ত ফিরাল্ য়ুম্ফম্ (৩) মৈরম্দ মৈখু য়ুম্ফম্ (৪) অৱাংদ সামু য়ুম্ফম্ (৫) ময়ায়দ সঙ্গাই য়ুম্ফম্ (৬) মখাদ নোংসা য়ুম্ফম্ (৭) কৌব্রুদ লোলা য়ুম্ফম্ (৮) নোংচূপ্ত তম্ফা য়ুম্ফম্ অমদি (৯) সঙ্খোংদ লম্হূই য়ুম্ফম্ হায়রিব য়ুম্ফম্ মাপল্ অসিনি।

য়ুম্ফম্ মাপল্ অসিদ য়ুম্ সাদুন লৈবদ অফ-ফত্তগি মরোল্সিংসু তোংঙান্ তোংঙান্ন লৈ। অদুবু মী-মীগি ওইন পোকপ নুমিৎ-নুমিৎকি পক্লব য়ুম্ফম্ হায়দুন অমুক্সু তোপ্ন লৈ। কনাগুম্ব মীসক্ অমন য়ুম্ সাগে হায়ব মতম্দ য়ুম্ফম্ মাপল্ অসিগি মনুংদ করম্ব য়ুম্ফম্দ য়ুম্ সাদুন লৈরগ ফগদগে হায়ব মুন্ন কূপ্ন য়েংলগ পক্লব, অফব য়ুম্ফম্ খল্লগ য়ুম্ সাগনি। মসিন অৱা অনা, খুদোংথীব কয়াদগি ঙাক্থোক্চহৌবত নত্তন নুংঙাই য়াইফব, পুন্সি নুংসাংব, চাদা নাউদা মরাং কায়ন পান্জব ঙম্গনি।

## য়ুম্ফম্ মাপল্গি অফ-ফত্ত

ইংখোল্ অমগি মনুংদ লৈব য়ুম্ফম্ মাপল্গি তোংঙান্ তোংঙান্ব য়ুম্ফম্সিংদ য়ুম্ সাদুন লৈবগি অফ-ফত্তগি মরোল্ তোপ্ন তোপ্ন লৈ। অসিগুম্ব য়ুম্ফম্ মখল্সিং অসিদ য়ুম্ সাদুন লৈবগি অফ-ফত্তগি মরোল্ খঙ্ন মাগি মাগি পক্লব, অফব য়ুম্ফম্ খল্লগ য়ুম্ সাগনি। য়ুম্ফম্ মাপল্গি মনুংদ য়ুম্ সাদুন লৈবগি অফ-ফত্তগি মরোল্ য়ুম্ফম্-য়ুম্ফম্গি ওইন তোপ্ন-তোপ্ন মখাদ পীরি।

১. **ফিরাল য়ুম্ফম্ :** ফিরাল্ য়ুম্ফম্দ য়ুম্ সাদুন লৈরবদি ঈনাক্ খুল্লি, চাব থক্প ৱাংতে, লন্-থুম্ চেল্লি। অফব য়ুম্ফম্নি, লৈব য়াই।

২. **মৈখু য়ুম্ফম্ :** মৈখু য়ুম্ফম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈরবদি মতম্ অয়াম্বদ ইমুং মনুং খৎন চৈনব তৌগল্লি। অব্রা-অনং নংদুন ইমুং মৈসা লাংগল্লি। ঈংন, তপ্ন, নুংঙাইন পান্‌ব ঙম্‌দে। য়ুম্ফম্ অসিদ য়ুম্ সাদুন লৈব ফত্তে।

৩. **নোংসা য়ুম্ফম্ :** নোংসা য়ুম্ফম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈরবদি অকল্ অথৌগ মায়য়োক্‌নগল্লি। লিংজেল্ ফৈ, অকল্ অথৌগি থবক্ তৌই। য়ায়মরপ্ ওইন ফব য়ুম্ফম্‌নি।

৪. **লম্‌হূই য়ুম্ফম্ :** লম্‌হূই য়ুম্ফম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈরবদি মচাক্ মরল্ চেল্লি, চাব থক্‌প ব্রাৎকন্দে অদুবু হূরাল্ চিঙ্গী নংদুন পোৎমাঙ্ চৈমাঙ্ নংগল্লি। য়ুম্ফম্ অসি য়ায়মরপ্ ওইন ফব মখল্‌গি য়ুম্ফম্‌নি, লৈব য়াই।

৫. **তম্‌ফা য়ুম্ফম্ :** তম্ফা য়ুম্ফম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈরবদি মচাক্ মরল্ ব্রাৎতে, লন্-থুম্ চেল্লি, চাব-থক্‌প ব্রাৎতে, ঈনাক্ খুল্লি। ইমুং মনুং অব্রাৎ অপা লৈতন ঈংন, নুংঙাইন পাল্লি। য়ুম্ফম্ অসিদ য়ুম্ সাদুন লৈবদ অফব মখল্‌গি য়ুম্ফম্‌নি।

৬. **লোলা য়ুম্ফম্ :** লোলা য়ুম্ফম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈবদি মরল্ চেন্দে, লন্-থুম্ চঙ্‌দে, সূজরুব নোম্‌জরুবদ কান্নব ফংদে, অব্রা-অনা নংদুন লায়রগল্লি। য়ুম্ফম্ অসিদ য়ুম্ সাদুন লৈব ফত্তে।

৭. **সামু য়ুম্ফম্ :** সামু য়ুম্ফম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈবদি ইমুং-মনুং ঈং-তপ্ন পাল্লি। মচাক্ মরল্ মরাং কায়ন ফংজৈ, ঈনাক্ খুল্লি। সূরু নোম্‌লুব খিবিক্ কান্নব ফংদুন নীংব থুংঙি। য়ুম্ফম্ অসি অফব মখল্‌গি য়ুম্ফম্‌নি।

৮. **লঙ্‌জা য়ুম্ফম্ :** লঙ্‌জা য়ুম্ফম্‌দ য়ুম্ সাদুন লৈরবদি ইমুং মনুংদ অব্রা অনা নংগল্লি। মচাক্ মরল্ চঙ্‌দে। অসি-অনা তোয়দুন নুংঙাইন ঈংন পান্‌ব ঙম্‌দে, ফত্তে।

৯. **সঙ্গাই য়ূম্ফম্ :** সঙ্গাই য়ূম্ফম্দ য়ূম্ সাদুন লৈব তারবদি লিংজেল্ ফব, মতীক্ মথৌনা লৈব, মতীক্ মগুন্ চাউব, মপূক্ সেংব মীন লৈরবদি য়াম্ল ফৈ। মীন সক্খঙ্ মায়খঙ্ব, খূৎকন্ পাঙ্গন্ব ওই। মপূক্চেল্ লেপ্তব, মরিংজেল্ য়াওদব মীন লৈবদি ঙম্লোই, ইমুং মনুং মূৎলি। নিংথৌদি সঙ্গাই য়ূম্ফম্দ য়ূম্ সাদুন লৈগনি। অতৈ য়ূম্ফম্দদি নিংথৌন লৈনব য়ূম্ সাহৈদে। য়ূম্ফম্ মাপল্গি মনুংদ অফব য়ূম্ফম্নি হায়দুন মীচম্ন সঙ্গাই য়ূম্ফম্দ য়ূম্ সাদুন খক্ লৈরোইদবনি। মতীক্ চাদ্রবদি খাঙ্ব ঱ায়।

মথক্কি ইংখোল্ অমগি মনুংদ লৈব য়ূম্ফম্ মাপল্গি মনুংদ অফব য়ূম্ফম্ কয়া লৈরবসু সঙ্গাই য়ূম্ফম্দগি খর হঙ্গরগ তম্ফা য়ূম্ফম্ খর সোক্ল সাব য়ূম্ফম্ন খ্বাইদগি ফব য়ূম্ফম্নি হায়ন মমাঙ্ঙৈদগি হৌন ইপা ইপুসিংন চৎনদুন লাক্ই। হৌজিক্ হৌজিক্সু হায়রিব মওং অসিদ মী অয়াম্বন য়ূম্ সানৈ।

অমরোম্দ হায়রিব য়ূম্ফম্ সঙ্গাই য়ূম্ফম্দগি খর হঙ্গন তম্ফা য়ূম্ফম্ সোক্ন য়ূম্ সাব হায়বসিন মৈতৈগি য়ূম্সারোল্দ কাঙ্লোন্ চুন্বসু হেল্লি। মরম্দি মৈতৈগি মমাঙ্ঙৈদগি চৎনরক্প অতৈ য়ূম্সা মখল্সিং হায়বদি মমাঙ্ সঙ্গোয়, মখা সঙ্গোয়, অৱাং সঙ্গোয়, সিন্নাইসঙ্, চাবোক্সঙ্, য়াওঙ্সঙ্, ফূহৌসঙ্, কৈ হায়রিব ইংখোল্ অমগি মনুংদ ইমুং অমগি তঙায়ফদব সঙ্ ময়াম্ অসি হায়রিব য়ূম্ফম্ অসিদ য়ূম্ সারবদি পূম্নমক্ মাগি মাগি সাফম্ থোক্প মফম্সিংদ কাঙ্লোন্ নাইন সাবদ অপন্ব, অকায়ব লৈতে। লোয়নন য়েংবদ অমদি লৈবদ মপূং ফাব য়ূম্বাল্গি মওং অম উব ফংঙি। অসিদসু নত্তন মৈতৈগি চৎনবীগি থৌদোক্-থৌরম্, লুহোং- কৈহোঙ্ব, অসি-অনাগি থৌরম্, উৎসব, চাক্চা- হৈজাম্নব অমদি চাবোক্-নাউসোংগি থবক্ থৌরম্ কয়া পাঙ্থোক্পদ খুদোংচাব হেল্লি।

## অফব য়ূম্ফম্‌

অফব লৈব য়াব য়ূম্ফম্‌দি নোংসা, সাম্নু, তম্ফা (তন্‌ব নংত্রেগ সন্দম্ব) হায়রিব য়ূম্ফম্‌ অহুম্‌সিন য়ূম্ফম্‌ মাপল্‌গি মনুংদ খ্বাইদগি ফব য়ূম্ফম্‌সিংনি। ইংখোল্‌গি লম্‌খৈদ লৈব লৈপল্‌দগি য়ূম্ফম্‌ য়ৌব ফাওবদ লৈপল্‌গি ময়ায়দগি লম্‌সীং ওন্‌সিল্লক্‌পন য়ূম্‌গি মমাঙ্‌ উখোক্‌তেন্‌ য়ৌব ফাওবদ লম্‌সীং চঙ্‌ থোক্‌হন্‌গনি।

## পোক্‌প নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্‌

ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ লৈব য়ূম্ফম্‌ মাপল্‌গি মনুংদ য়ূম্‌ সাদুন লৈবগি অফ-ফত্তগি মরোল্‌সিং তোপ্ন- তোপ্ন লৈজরবসু মী মীগি ওইন মাগি-মাগি পোক্‌প নুমিৎকি পক্লব, অফব য়ূম্ফম্‌ হায়দুন তোংঙান্ন অমুক্‌সু লৈ। নুংঙাই-য়াইফন, অৱাৎ-অপা লৈতন অমদি পুন্সি নুংসাংন পান্‌গে হায়রবদি য়ূম্‌ সাগদৌরিব মী-মী অদুগি পোক্‌প নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্‌ খঙ্গরগ য়ূম্‌ সাদুন লৈবন নুংঙাইব, চাওখৎপ ওইগনি। চয়োল্‌ অমগি নুমিৎ তরেৎনিগি মনুংদ পোক্‌প মীওইসিংগি মাগি-মাগি পোক্‌প নুমিৎকি পক্লব, য়ূম্ফম্‌সিং মখাদ তোপ্ন-তোপ্ন পীরি।

**নোংমাইজিং পোক্‌প :** নোংমাইজিং নুমিৎত পোক্‌প মীগি মপোক্‌ নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্‌দি ফিরাল্‌ য়ূম্ফম্‌ অমদি নোংসা য়ূম্ফম্‌নি। য়ূম্ফম্‌ অনী অসিগি মনুংদ অপাম্ব, খুদোং চাগদব অম খল্লগ য়ূম্‌ সাদুন লৈব য়াই। ইমুং-মনুং ঈংন-তপ্‌ন, নুংঙাই য়াইফন পান্‌ব ঙম্‌গনি।

**নিংথৌকাব পোক্‌প :** নিংথৌকাব নুমিৎত পোক্‌প মীগি মসাগি পক্লব য়ূম্ফম্‌দি নোংসা য়ূম্ফম্‌ অমদি সামু য়ূম্ফম্‌ অনী অসি পক্লে। নুমিৎ অসিদ পোক্‌প মীন য়ূম্‌ সাব তারবদি মসাগি পক্লব য়ূম্ফম্‌ অনী অসিগি মনুংদ খুদোং চাগদব অপাম্ব অম খল্লগ সাব য়াই, ফৈ।

**লৈপাক্পোক্প পোক্প :** লৈপাক্পোক্প নুমিৎত পোক্প মীগি মসাগি মপোক্ নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্দি সামু য়ূম্ফম্নি। নুমিৎ অসিদ পোক্প মীন সামু য়ূম্ফম্ অসিদ য়ূম্ সাদুন লৈবদি ইমুং মনুং ঈংন নুংঙাইন লৈগনি।

**য়ূম্সকৈস পোক্প :** য়ূম্সকৈস নুমিৎত পোক্প মীগি মসাগি পোক্প নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্দি ফিরাল্ য়ূম্ফম্ অমদি লম্হূই য়ূম্ফম্ অনী অসিনি। মসাগি পোক্প নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্ অনী অসিগি মনুংদ খুদোং চাগদব, পক্লব অপান্ব য়ূম্ফম্ অম খল্লগ য়ূম্ সাদুন লৈব য়াই।

**সগোল্সেন্ পোক্প :** সগোলসেন্ নুমিৎত পোক্প মীগি মসাগি মপোক্ নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্দি লঙ্জা য়ূম্ফম্ অমদি সামু য়ূম্ফম্ অনী অসিনি। মপোক্ নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্ মখল্ অনী অসিগি মনুংদ খুদোং চাগদব য়েংলগ অপান্ব মফম্ অম খন্দুন য়ূম্ সাব য়াই।

**ঈরাই পোক্প :** ঈরাই নুমিৎত পোক্প মীগি মসাগি মপোক্ নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্দি ফিরাল্ য়ূম্ফম্ অমদি মৈখু য়ূম্ফম্ হায়রিব য়ূম্ফম্ মখল্ অনী অসিনি। নুমিৎ অসিদ পোক্প মীন য়ূম্ সাব তারবদি হায়রিব য়ূম্ফম্ মখল্ অনী অসিগি মনুংদ অপান্ব, খুদোং চাগদব অম য়েংলগ য়ূম্ সাদুন লৈব য়াই, পক্লে।

**থাঙ্জ পোক্প :** থাঙ্জ নুমিৎত পোক্প মীগি মসাগি মপোক্ নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্দি নোংসা য়ূম্ফম্ অমদি সামু য়ূম্ফম্ হায়রিব য়ূম্ফম্ অনী অসিনি। মসাগি মপোক্ নুমিৎকি পক্লব য়ূম্ফম্ মখল্ অনী অসিগি মনুংদ খুদোং চাগদব মফম্ অম য়েংলগ য়ূম্ সাব য়াই।

**লেঙ্দ্রব য়ূম্ফম্**

মহৌসা মমাঙ্উৈদগি হৌন লাই ওইখ্রব ইপা ইপুসিংন চৎনদুন লাক্খিব লেঙ্দ্রব য়ূম্ফম্ খর অকক্লব ইংখোল্ অমগি মনুংদ থম্বিরম্মি।

কনাগুম্ব মীওই অমন মাগি ইংখোল্‌ অদুগি মনুংদ লাইসঙ্‌, ব্রাল্‌হৌসঙ্‌, অমাংসঙ্‌, কোৎ নৎত্রগ ফৌগৈ, য়াওঙ্‌সঙ্‌, চাবোক্‌সঙ্‌, সঙ্গোল্‌ অমদি সিন্নাইসঙ্‌নচিংব সাগে হায়ব মতম্‌দ হায়রিবসিং অসি করম্ব মফম্‌দ সাগদগে হায়বদু তোপ্‌ন-তোপ্‌ন মাগি-মাগি সাফম্‌ পীরম্মি। হায়রিবসিং অসি থোইন তৌহৈব তৌহৈদবগি ব্রাফম্‌ নত্তন পীরম্‌লিব অকক্লব য়ূম্ফম্‌সিং অসিদ সারগ সীজিন্নবদ হেন্ন নুংঙাইব, খূৎলোয়ব অমদি মফম্‌ চাবদগি হায়রিবসিং অসি পূম্নমক্‌ন নিয়ম্‌ অম ওইন চৎনরক্‌প ওইরম্বসু য়াই। অদুবু হান্নদগি চৎনবী অম ওইন চৎনদুন লাক্‌পন হৌজিক্‌ হৌজিক্‌সু অদুম্‌ নিয়ম্‌ অম ওইন অদুম্‌ চৎনরি।

হায়রিব ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ লৈব লেঙ্‌দ্রব য়ূম্ফম্‌সিং মখাদ মাগি-মাগি মফম্‌ তোপ্‌ন-তোপ্‌ন পীরি।

১. **লাইসঙ্‌ :** ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ লাইসঙ্‌ সাগে হায়রবদি চীংখৈদ সাগনি। মসিন পুজা-লাংজা তৌব, খুরম্‌-খাজংবনচিংবদ খুদোং চাবত নত্তন নুংতি নুমিৎ খূদিংগি থবক্‌-ইন্‌খাং চৎথোক্‌ খোৎতোক্‌লম্‌দাইদ খুরুম্‌জরগ চৎচব য়াই।

২. **ব্রাল্‌হৌসঙ্‌ :** ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ ব্রাল্‌হৌসঙ্‌ সাব তারবদি মৈরম্‌দ সাগনি।

৩. **কৈ :** ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ কৈ হায়বদি ফৌগৈ নৎত্রগ সীঙ্গৈ সাব তারবদি নোংচূপ্‌ত সাগনি।

৪. **সঙ্গোল্‌ :** সা-সন্‌ থম্‌নব সঙ্গোল্‌ সাব তারবদি নোংপোক্‌ত সাগনি।

৫. **য়াওঙ্‌সঙ্‌ :** ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ য়াওঙ্‌সঙ্‌ সাগে হায়ব তারবদি য়ূম্‌গি অব্রাংদ সাগনি।

৬. **চাবোক্সঙ্ :** ইংখোল্ অমগি মনুংদ চাবোক্সঙ্ সাগে হায়ব তারবদি মসিসু য়ূম্গি অৱাংদ সাগনি।

৭. **সিন্নাইসঙ্ :** সিন্নাইসঙ্ হায়বসি মপূং ওইন ফিসা লোন্সানচিংব থবক্-ইন্খাং সূফম্-নোম্ফম্বু সিন্নাইসঙ্ হায়ন খঙ্নৈ। হায়রিব সিন্নাইসঙ্ অসি সাগে হায়ব তারবদি য়ূম্গি অৱাং থংব সরূক্ত সাগনি।

৮. **ফূহৌসঙ্ :** ফূহৌসঙ্ হায়বদি চান-থক্নব সীন্-লাঙ্ফম্, থোং-থাক্ননব সঙ্বু ফূহৌসঙ্ হায়ন খঙ্নৈ। য়ূম্ খূদিংগি তোংঙান্ন ফূহৌসঙ্ থম্নদ্রবসু কনাগুম্বন ফূহৌসঙ্ অসি তোংঙান্ন সাগে হায়ব তারবদি মসিসু ইংখোল্গি অৱাং থংব সরূক্ত সাগনি।

# ৫. য়ূম্‌সারোল্‌ মখল্‌

মৈতৈগি য়ূম্‌সারোল্‌দ মপূং ওইন মী অয়াম্বন লৈনরিব য়ূম্‌জাউ লাইখল্‌ তাব (সঙ্‌বী সঙ্গাই) অসিগি মথক্ত তোংঙানব য়ূম্‌সা কাঙ্‌লোন্‌ লৈব য়ূম্‌ মখল্‌ মাপল্‌ থোক্‌ন খায়দোক্‌ই। হায়রিব য়ূম্‌সা মখল্‌ মাপল্‌ অসি সাবগি নিতি নিয়ম্‌ অমদি কাঙ্‌লোন্‌ অমত্ত মান্নদে লোয়নন মখল্‌সিং অসিগি সীজিন্নবগি মরম্‌সু তোপ্‌ন তোপ্‌ন লৈ।

হায়রিব য়ূম্‌সারোল্‌ মখল্‌ মাপল্‌ অদুদি- (১) য়ূম্‌ **লাইখল্‌** তাব (সঙ্‌বী সঙ্গাই) (২) **গুরু সঙ্‌সা** (জগমোহোন্‌) (৩) **মান্দোপ্‌** (৪) **লাইসঙ্‌** (৫) **তওৎ** (৬) **তমং** (৭) **মথা সঙ্গোয়** (৮) **মমাঙ্‌ সঙ্গোয়** (৯) **হোজঙ্‌** হায়রিব মখল্‌সিং অসিনি।

## ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ লৈব য়ূম্‌সারোল্‌ মাপল্‌

মমাঙ্‌ঙৈ মীসিং য়াম্‌দ্রিঙৈ ইংখোল্‌ মরাং কায়ন, চাউন চাউন লৈনরম্‌লিঙৈ মতম্‌দদি ইংখোল্‌ অমগি মনুংদ মপূং ওইব মী লৈননব

**সঙ্বী সঙ্গাইগি** মথক্ত অতোপ্প তোংঙান্ তোংঙান্ব **হীরম্** কয়া, থৌদোক্ **ৱাথোক্** কয়াদ সীজিন্নবব য়ূম্ মখল্ কয়াসু সাদুন থম্নরম্মি। অসিগুম্ব **সীজিন্নফম্** তোপ্প-তোপ্প লৈব য়ূম্ মখল্সিং অসি চাউরাক্ন মখল্ মাপল্ থোক্ন খায়দোক্লুন থম্লম্মি। **ইংখোল্** অমগি মনুংদ লৈব য়ূম্সারোল্ মখল্ মাপল্ অদুদি - (১) **সঙ্বী সঙ্গাই** (২) **মমাঙ্ সঙ্গোয়** (৩) **মখা সঙ্গোয়** (৪) **অৱাং সঙ্গোয়** (৫) **সিন্নাইসঙ্** (৬) **কৈ** (৭) **চাবোক্সঙ্** (৮) **য়াগুঙ্সঙ্** অমদি (৯) **ফূহৌসঙ্** হায়রিব মখল্সিং অসিনি।

মতম্ অমদ য়ূম্ মখল্সিং অসি সুন লৈব ইমুং অদুবু নুংঙাই যাইফব ইমুংনি হায়ন খঙ্নরম্মি। মৈতৈগী ইমুং অমদ মথক্কি য়ূম্ মখল্সিং অসি তঙায়ফদন য়ূম্ মখল্ অহুম্ নৎত্রগ মরিদি হৌজিক্কি মতম্সিদসু অদুম্ অয়াম্ব ইমুংদ লৈনরি।

## য়ূম্ মখল্

মৈতৈ খুন্নাইগি পুন্সিরোল্দ তোংঙান্-তোংঙান্ব হীরম্ অমদি সীজিন্নফম্ খেৎনবগি মতুং ইন্ন য়ূম্সা কাঙ্লোন্ অমদি কায়াৎ মান্নদব য়ূম্ মখল্ কয়াগি মমিং তোংঙান্- তোংঙান্ন থোন্দুন তোপ্ন তোপ্ন খায়দোক্লুন লৈ। য়ূম্ মখল্সিং অসিগি সাফম্গি মতুং ইন্ন সীজিন্নফম্সু তোংঙাল্লি অদুগ সীজিন্নফম্ খেৎনবগি মতুং ইন্নসু মাগি-মাগি সাফম্গি মফম্ খেৎনৈ। তোংঙান্- তোংঙান্ব মখল্, মওংগি য়ূম্ অমদি মমিং তোপ্প- তোপ্প থোন্দুন লৈরম্লিব য়ূম্ মখল্সিংগি সাফম্ অমসুং সীজিন্নবব হীরম্সিং মখাদ অমমম্ত ওইন তোপ্প- তোপ্প নৈনদুন উৎলি।

১. **সঙ্বী সঙ্গাই ঃ** য়ূম্ মখল্ খূদিংমক্তগি খ্বাইদগি মরু ওইব য়ূম্ মখল্দি সঙ্বী সঙ্গাই ''য়ূম্জাউ লাইখল্ তাব'' হায়রিবসিনি। য়ূম্গি য়ূম্নুরেল্ন মপূং ওইন লৈনরিব, লাইনিংথৌ সনামহী অমদি ইমা লৈমরেল্ সিদবীগি খুবম্ য়াদুন লাৎনরিব য়ূম্জাউ লাইখল্ তাববু সঙ্বী সঙ্গাই হায়ন খঙ্নৈ।

সঙ্‌বী সঙ্গাই অসি সাবগি যুম্সারোল্ কাঙ্‌লোন্না অতৈ যুম্ মখল্সিংদগি খ্বাইদগি কৃপ্প, লুব হেল্লি। ইংখোল্ অমগি মনুংদ হায়রিব সঙ্‌বী সঙ্গাই অসি মফম্ চান সঙ্গাই যুম্ফম্দগি খর হন্থন তম্ফা যুম্ফম্ সোক্লপ্ন সারবদি অতৈ যুম্ মখল্সিং মাগি মাগি সাফম্ থোক্প মফম্ য়েং- য়েংদুন সাবদ মফম্ চাব হেল্লি।

সঙ্‌বী সঙ্গাই অসি মসিগি মনুংদ লৈগদব মীসক্সিংগি থাক্ খেৎনবগি মতুং ইন্ন যুম্গি কা মসীংসু খেৎনৈ। সঙ্‌বী সঙ্গাইগি কা মসীংসি কা মাপল্, কা তরেৎ, কা মঙা অমদি কা মরি হায়ন খায়দোক্তুন লৈ। কা খেৎনবগি মতুং ইন্ন লৈগদব মীসক্সু খেৎনৈ। খুদম্ ওইন নিংথৌন লৈননব সঙ্‌বী সঙ্গাইদি কা মাপল্ সাগনি। অঙম্ অথৌ, অচৌব ফম্নাইব মীওইসিংন কা তরেৎকি যুম্দ লৈগনি অদুগ মীচম্সিংগি যুম্দি কা মঙা নৎত্রগ কা মরিগি সাগনি। কা মঙাগি যুম্দি সানীংঙি হায়দুন হেক্ত সাব য়াদবসু লৈরি। মবম্দি পাখংবন কোন্ব লম্দ কা মঙাগি যুম্ সাব য়াদবগি অরুব নিয়ম্ লৈ। সঙ্‌বী সঙ্গাইগি মমাঙ্ অমদি মনীং অনীমক্ত লাইখল্ তাব য়াদবগি অকৃপ্প নিয়ম্সু লৈরি। কনাগুম্ব নিপা অমগি পুন্সিদ যুম্ অমুক্ত সাদ্রিব মীসক্ ওইব তারবদি মহাক্কি পুন্সিদ ইহান্ হান্ন সাব যুম্ অদু মমাঙ্ অমদি মনীং অনীমক্ লাইখল্ তাহৈদে। মতুংদ অমুক্ সাব যুম্দদি মনীং-মমাঙ্ লাইখল্ তাব যুম্ সাব য়ারে।

নিংথৌন লৈননব কা মাপল্ লৈব সনা সঙ্গাইগি কা খুদিংমক্কী মমিং তোপ্প- তোপ্প লৈ। কা মাপল্গি তোংঙান্ তোংঙান্ব মমিংসিংদি-

(১) লাইনিংথৌ সনা কা (২) তরা চউম্ কা (৩) নে নে য়াইপ্ কা (৪)ফদিবি মৈরিং কা (৫) ইমোইনু অহোঙবী কা (৬) লৈম অরেম্বী খোঙ্‌হাম্ কা (৭) পীতঙ্‌ঙা লীক্লু লৌথিবী নোংগা কা (৮) অঙৌব পুরৈরোম্ব কা অমদি (৯) লাইনিংথৌ পাখংব চৎলম্ ফান্সাং কা হায়রিব মমিংসিং অসিনি।

হৌজিক্ হৌজিক্ মী অয়াম্বন সানরিব কা মরিগি য়ুম্‌জাউদদি মনীংগি চাক্‌খুম্ কাদ লাইনিংথৌ সনা কাগ, তরা চউম্ কাগ পুন্সিল্লগ কা অম ওইবনি। লপ্‌লেন্ কাদ নে নে য়াহীপ্ কা, ফদিবি মৈরিং কা, ইমোইনু অহোঙ্‌বী কা, লৈম অরেম্বী খোঙ্‌হাম্ কা, পীতঙ্‌ঙা লীক্‌লু লৌথিবী নোংগা কা হায়রিব কা মখল্ মঙা অসি পুন্সিল্লগ কা অম সাবনি। লুখুম্ কাদন অঙৌব পুরৈরোম্ব কা অমসুং মাংগোন্দ চৎলম্ ফান্‌সাং কা ওইরগ পূম্ন কা মরিগি য়ুম্ সানবনি।

মহৌসা মমাঙ্‌ঙৈদগী হৌন মৈতৈগি য়ুম্‌জাউ "সঙ্‌বী সঙ্গাই" দি মমায় নোংপোক্ ওন্ন সাব চৎনরক্‌ই। হায়রিব মৈতৈ য়ুম্‌জাউ অসিন মমায় নোংপোক্ ওন্ন সাবগি খুদোংচাব কয়ামরুম্‌সু লৈ। য়ুম্‌জাউন নোংপোক্ ওল্লগ সূমাং অম ফজন তরু-তরু, তনান্-তনান্‌ন থম্ব অসিন মৈতৈ খুন্নাইগি চৎনবী, হৈনবী, অসি-অনাগি, লুহোং- কৈহোঙ্‌বগি থবক্ থৌরম্ কয়া পাঙ্‌থোক্‌পদ খুদোং চাবত নত্তন য়ুম্‌জাউগি মখা, অবাং, নোংপোক্ত তোংঙান্ তোংঙান্‌ব হীরম্‌সিংগিদমক্ মখা সঙ্গোয়, অবাং সঙ্গোয় অমদি মমাঙ্ সঙ্গোয়নচিংব সাবদ মফম্ চাব, খুদোংচাব হেল্লি। অসুম্ন ইংখোল্ অমগি মনুংদ কাঙ্‌লোন্ চুম্ন মাগি-মাগি মফম্ চান য়ুম্, সঙ্গোয়নচিংব সাদুন পান্‌ব য়ুম্বান্ন চীং- লেম্ব, মপূক্ লূম্ব হেল্লি।

মৈতৈগি য়ুম্‌জাউন নোংপোক্ ওন্ন সাব অমদি মসিগি তোপ্ তোপ্ন য়ুম্‌সা মওং অসিন অতৈ য়ুম্বাল্‌লোন্‌গি পুন্সিদ হেন্ন কাঙ্‌লোন্ চুম্ব অমসু ওই। য়ুম্‌গি য়ুম্বুরেল্‌ন য়ুম্‌গি মাঙ্গোল্ ফম্মেন্দ ফম্‌দুন মচা মসূসিংগি অসোয়ব লম্‌চৎ কয়া চেক্‌সিন্ন য়েংদুন ব্বারক্-ব্বাতেম্বদ খুদোং চাহল্লি। ইমুংগি মহৌসাগি কায়াৎ মওং অমদি ইমুংগি মওং অসিনসু য়ুম্ অদুগি মনুংদ লৈব মখা থাব মীওই কয়াগি লম্‌চৎ-সাজৎনচিংব অসোয়-অঙাম্ কয়া নীংথিন য়েংসিন্দুন য়ুম্বুরেল্ অদুন ব্বারক্-ব্বাতেম্ব, পূক্‌মেন্-পাওমেন্নব ঙম্মি। হায়রিবসিং অসিদসু নত্তন নুমিৎন নোংপোক্ত থোক্‌লক্‌পন মরম্ ওইদুন অয়ুক্‌কি মতম্‌দ য়ুম্‌গি

মমাঙ্গুগি থোঙ্‌জাউ হাংদোক্‌পদ ইমুংগি লময়ায় ফাওন চাক্‌খুম্‌ কা য়ৌন নুংসা মঙাল্‌ন ফাওজিন্দুন চঙ্‌ব ওম্বন ইমুং মনুংদ মহীক্‌-মতাং লায়ন হাৎতোক্‌প ঙম্‌মি। মসিমক্‌ বিজ্ঞান্‌গি মীৎয়েংদ য়েংবদ য়াম্ন নিয়ম্‌ চুম্ব য়ুম্‌সা কাঙ্‌লোন্‌নি হায়ন লৌব য়াই।

হৌজিক্কি মতম্‌দদি মৈতৈগি য়ুম্‌সা মওংদ য়াম্ন চাউন অহোংব অম লাক্‌প উরে। সঙ্‌বী সঙ্গাইসি য়ুম্‌জাউ লাইখল্‌ তাবগি মহূৎত কা অহুমগি খা-ঝাং ফৈন সাব খূৎসান নম্‌ন সানরে। তসেংবমক্তি মৈতৈগি য়ুম্‌সারোল্‌গি মরম্‌দ ইরম্ব লাইরিক্‌সিংদদি কাঙ্‌লোন্‌ অসিগি য়ুম্‌সারোল্‌দি ইরম্ব থেংনদে। অমরোম্‌দ হৌজিক্কাল্‌গি কা অহুম্‌গি নৎত্রগ কা মরিগিবু ওইরবসু ফৈন সানরিব য়ুম্‌সা মওং অসিদি মমাঙ্‌ সঙ্গোয়গি ফিথূপ্‌-ফিরেপ্‌পু মনীংদ চিংথরক্‌লগ মী লৈননব সঙ্‌বী সঙ্গাই ওইন সানবনি হায়ন লৌব য়াই। মসি তসেংবদি য়ুম্‌সা মওং অসিন লৈবদ হেন্ন নুংঙাইব অমদি অতৈ দরকার ওইব অহেন্‌ব কা কয়া মথং-মথং এল্‌ সেপ্‌, ইউ সেপ্‌নচিংব হায়দুন মমাঙ্‌ থংব সরূক্‌ নাক্‌ য়েত্ত কা তপ্‌থোক্‌প য়াব অমদি মনীংগি সরূক্তসু অহেন্‌ব কা কয়া তপ্‌থদুন সীজিন্নবদ হেন্ন খুদোং চাব লৈবদগি য়ুম্‌সা মওং অসিবুন মীয়াম্ন হেন্ন পাম্‌নন সানখিব ওইবসু য়াই।

অদুবু য়ুম্‌সা মওং অসিদ সাবদ মৈতৈগি অকূপ্প য়ুম্‌সারোল্‌গি কাঙ্‌লোন্‌ ঙাক্তবদি নত্তে। হৌবদগি লোইবফাওব কাঙ্‌লোন্‌, নিয়ম্‌ কায়দন সাব অদুম্‌ চৎনৈ। তৌবদবু য়ুম্‌জাউ লাইখল্‌ তাবগি মনুংদ লেঙ্‌দন খুবম্‌ য়ানরিব লাইগি মফম্‌সিং থিবদ খর লুন থোক্‌ই। লাইনিংথৌ সনামহীগি খুবম্‌দি মসাগি য়ুম্‌গি সম্বোং কাচিন্দ লেঙ্‌দন খুবম্‌ য়ানরবসু ইমা লৈমরেল্‌ সিদবী অমদি ইমোইনু ইমা অহোঙ্‌ অচাউবীগি লেঙ্‌দব খুবম্‌ য়ানরিব ফুঙ্গাগি মফম্‌নচিংবদি ইমুং-ইমুংগি ওইন মান-মান থম্‌নীংব, লাৎনীংব মফম্‌দ পঙ্‌থম্‌ থম্‌নব, পঙ্‌লাৎ লাৎনবগি মওং অম উব ফংঙি। মসিমক্তি মৈতৈগি হান্নদগি চৎনরক্‌প কাঙ্‌লোন্‌দ মওং মরিল্‌ নাইদব অমনি হায়ন লৌব য়াই।

২. **লাইসঙ্ :** লাই লাংফম্, লাই থম্‌ফম্ অমদি লাইগি য়ুম্‌বু লাইসঙ্ হায়রগ খঙ্‌নৈ। লাইসঙ্ সাব মতম্‌দ নোংপোক্ অমদি মখা ওন্ন সানৈ। লাইসঙ্ সাবগি চপ্-চাব অকক্লব, অরেপ্প নিয়ম্ অম লৈত্রবসু মহৌসাদগি হৌন লাইসঙ্ অয়াম্ব কা অমগি কায়াৎত সানৈ। অদুগ অকোয়ব মায়কৈ মরিদ পরিক্রমা চৎনব মাঙ্গোল্ মতেক্ অম অকোয়বদ হাপ্‌নৈ। লাইসঙ্গি অকোয়বদ মাঙ্গোল্ মতেক্ কোয়ন হাপ্‌ত্রবসু মমাঙ্‌দ মাঙ্গোল্ মতেক্ অম হাপ্পসু অদুম্ চৎনৈ। অদুগ মৈতৈগি লাইসঙ্‌দদি অয়াম্বন অকোয়বদ মাঙ্গোল্ মতেক্ হাপ্প চৎনদে। মমাঙ্গি মাঙ্গোল্ মতেক্ অমতমক্ হাপ্‌নৈ।

৩. **মান্দোপ্ :** মান্দোপ্ লৈরবদি লাইসঙ্ লৈগনি। মান্দোপ্ অয়াম্ব লাইসঙ্গি হেক্ মমাঙ্‌দ সানৈ। লাইগি থবক্ থৌরম্, উৎসব-মেলা, ধর্মগ মরী লৈনব হরাউ-কুম্মৈনচিংব মান্দোপ্‌ত পাঙ্‌থোক্‌নৈ। মান্দোপ্‌তি অয়াম্বন মরাক্ ময়ুং পাক্‌প সাংব হাইফেৎ মান্নন সানৈ। মান্দোপ্‌কিসু ময়োল্‌গি সরূক্ অমদি অকোয়বদ মী ফম্নব সরূক্ তোংঙান্ন কোয়ন থম্‌নৈ। মান্দোপ্ সাবগি কাঙ্‌লোন্ তোপ্‌ন লৈ। মান্দোপ্ সাবগি যাত্রাদি লাইসঙ্গি মায়ওন্ মতুং ইন্ন মাগি যাত্রা মফম্ তোপ্‌ন লৈ। মান্দোপ্ যাত্রাগি মমায়দি লাইসঙ্‌লোম্‌দ লাইদ ওন্‌সিন্দুন য়েংহন্‌গনি।

৪. **জগমোহোন্ :** জগমোহোন্ লৈরবদি মান্দোপ্‌কুম্ন লাইসঙ্ লৈগনি। জগমোহোন্‌গিদি মরাক্ ময়ুং নাইন সাগনি। ময়ায়দ মখোঙ্ য়ুংনদে অদুবু কায়াৎতি কা অহুম্ নৎত্রগ মরিগি সাব চৎনৈ, কা মঙাদি সানদে। লাইসঙ্ সাব ঙমদ্রব মতম্‌দ জগমোহোন্‌দ থবক্-থৌরম্ অয়াম্ব পাঙ্‌থোক্‌নৈ। জগমোহোন্‌গি মথক্ কূপ্পদি সঙ্‌মায় য়াওহন্দন য়াঙ্‌দগি হেক্ত নাক্-য়েৎ নাকল্ অনীমক্ত লাইখল্ তাথনৈ। হায়রিব জগমোহোন্‌গি য়ুম্‌সা অসিবু গুরু সঙ্‌সা হায়রগসু খঙ্‌নৈ। য়ুম্বী মখোঙ্ মসীংসু কাগি কায়াৎ খেৎনবগি মতুং

ঈন্ন মসীং খেৎনগনি অমদি সাবগি কাঙ্‌লোন্‌সু মসাগি ওইন তোপ্প লৈ। মখোঙ্ নিপাল্, তরা অমসুং তরানিথোইসু অদুম্ পাক্-চাউবগি মতুং ঈন্ন য়ুংব য়াই। য়ূম্‌জাউ লাইখল্ তাবগি লাইখল্‌গি সরূক্ত য়াওরিব অথোল্ অরংগ জগমোহোন্‌গি নাক্-য়েত্ত তারিব লাইখল্‌গি অথোল্ অরংগি সরূক্ক খেৎনব খর লৈ।

৫. **মমাঙ্ সঙ্গোয় :** মমাঙ্ সঙ্গোয় হায়বসি মমাঙ্ হায়বদি য়ূমগি নোংপোক্ত খা-ৱাং ঈন্ন ফৈন সাব সঙ্গোয়নি। অয়াম্বন মমাঙ্ সঙ্গোয় অসি কা অহুম্‌গি সানৈ। ময়ায়দ মখোঙ্ য়ুংনদে। মখা, নোংপোক্ অমসুং অৱাং হায়রিব মায়কৈ অহুম্দ ফক্‌লাং খাজিল্লগ নোংচূপ্ থংব মায়কৈগি সরূক্ক লোয়ৰী অনীখক্ য়ুংলগ ঈহাঙ্ হাঙ্‌হন্‌ব খূৎসানি। মমাঙ্ সঙ্গোয়গি সীজিন্নফম্ তোপ্প লৈ। ইংখোল্ অমগি মনুংদ থোক্‌প অসি অনাগি পাঙ্‌থোক্‌ফম্ থোক্‌প থবক্‌সিং, কূম্মৈ-ফিয়োংনচিংব থবক্ থৌরম্‌সিংদ তিল্লরিব মীয়াম্‌গি ফম্‌ফম্ ওইনৈ। মরম্ অসিন মমাঙ্ সঙ্গোয়বু নীংথিন তরু-তনান্ন থম্‌নৈ। মমাঙ্‌ঙৈদগি হৌন ইংখোল্ অমগি মনুংদ মমাঙ্ সঙ্গোয় হায়বসি তঙায়ফদন থম্‌নদুন লাক্‌ই। মৈতৈ খুন্নাইগি পুন্সিরোল্‌দ সঙ্গোয় অসিগি কান্নব, সীজিন্নফম্ অমদি মরূ ওইব তোংঙান্ন লৈ।

৬. **অৱাং সঙ্গোয় :** অৱাং সঙ্গোয় অসি য়ূম্‌জাউ অমদি সূমাঙ্‌গি অৱাং থংব সরূক্ত মনীং মমাঙ্ ঈন্‌ন য়ুংন সাব সঙ্গোয়নি। অয়াম্বন সঙ্গোয় অসি কা অহুম্‌দি তঙায়ফদন সানৈ। মসিসু ময়ায়দ মখোঙ্ য়ুংনদে অদুগ মনীং, অৱাং অমদি নোংপোক্ হায়রিব মায়কৈ অহুম্‌মক্ ঈকোয় কোয়ন ফক্‌লাং খাজিন্‌ব খূৎসানি। হায়রিব সঙ্গোয় অসি ইংখোল্ অমগি মনুংদ তঙায়ফদব অম ওইদ্রবসু মসিগি সীজিন্নফম্ অমদি কান্নবদি তোপ্প লৈ। অসি-অনা অমদি লাই-তীল্‌গি থবক্ থৌরম্ লাক্‌পদ হায়রিব অৱাং সঙ্গোয় অসিদ লাইগি মফম্ নৎত্রগ লেঙ্‌সিন্‌ফম্ ওইনৈ। অতৈ মতম্‌সিংদ

সা-সন্‌নচিংব থম্‌ফম্‌, পুন্‌ফম্‌ নৎত্রগ সিন্নাইসঙ্‌নচিংব তোপ্ন সাব ঙম্‌দ্রবদি অৱাং সঙ্গোয়দ থবক্‌-ইন্‌খাঙ্‌ সৃফম্‌-নোম্‌ফম্‌ ওইনৈ। তঙায়ফদ্রবদি সীং য়েন্নচিংব পৈফম্‌, থম্‌ফম্‌ ওইনসু অদুম্‌ সীজিন্নব য়াই।

৭. **মখা সঙ্গোয় :** মখা সঙ্গোয় অসি য়ুম্‌জাউ অমদি সৃমাঙ্‌গি মখা থংব সরুক্ত মনীং মমাঙ্‌ ঈন্ন য়ুংন সাব মওংগি সঙ্গোয়নি। হায়রিব সঙ্গোয় মখল্‌ অসিসু ময়ায়দ মখোঙ্‌ য়ুংনদে অদুগ অয়াম্বন কা অহুম্‌দি তঙায়ফদন সানৈ। সঙ্গোয় অসিসু মনীং, মখা অমদি নোংপোক্‌ হায়রিব মায়কৈ অহুম্‌দ কোয়ন ফক্‌লাং খাজিন্‌ব মওংনি। সঙ্গোয় অসি তঙায়ফদব অম ওইদ্রবসু মসিগি সীজিন্নফম্‌ অমদি কান্নব তোপ্ন লৈ। ইংখোল্‌ অদুগি মনুংদ মীয়াম্‌ তিন্‌ব থবক্‌ থৌরম্‌ থোক্‌লক্‌পদ তিল্লরিব মীসিংগি ফম্‌ফম্‌ ওইনৈ। অতৈ মতম্‌দ অরূ-অহেন্‌গি পোৎ-চৈগি থম্‌ফম্‌সু ওইনৈ। সঙ্গোয় অসিগি য়াম্নমক্‌ তঙায়ফদব কান্নব হীরম্‌ অমন করিগুম্ব হান্ন লৈনরিব য়ুম্‌জাউ অদু সেম্‌জিন্‌ সাজিন্‌ব নৎত্রগ নৌন য়ুম্‌ অম সাব মতম্‌দ মখা সঙ্গোয় অসিদ সঙ্‌গুম্‌ফম্‌ ওইনৈ নৎত্রগ পোৎ-চৈ হোংদোক্‌ হোংজিল্‌ তৌফম্‌ ওইনৈ।

৮. **য়াওঙ্‌সঙ্‌ :** য়াওঙ্‌সঙ্‌ হায়বসি ইমুং অমগি নৌন য়ুম্বাল্‌ পুন্সিদ চঙ্‌সিল্‌লক্‌লিব মচা মমৌগি য়ুম্বাল্‌ কাঙ্‌লোন্‌ চৎফম্‌ ওইব য়ুম্‌নি। য়াওঙ্‌সঙ্‌ অসি সাব তারবদি মপূং ওইব সঙ্গাই য়ুম্‌জাউগি অৱাংথংব সরুক্ত সাগনি। য়াওঙ্‌ হায়বদি নিংঙোল্‌বু য়াওঙ্‌ কৌই। নিংঙোল্‌দি ফম্মেন্দ লৈহৈদে। য়াওঙ্‌সঙ্‌ অসি মপুং ওইব য়ুম্‌জাউদগি তোপ্ন সাব তারবদি মী লৈনব য়ুম্‌নিন য়াম্‌দ্রবদ কা অহুম্‌দগি তান সাব য়াদে।

৯. **চাবোক্‌সঙ্‌ :** চাবোক্‌সঙ্‌ হায়বসি য়ুম্‌গি নুপীসিংন অঙাং উনফম্‌ অমদি মৈনীং কুম্‌ফম্‌নি। চাবোক্‌সঙ্‌ অসি য়ুম্‌জাউদগি তোপ্ন, তোখাইন সাব তারবদি মসিসু য়ুম্‌জাউগী অৱাং থংব সরুক্ত ওইন সাগনি, ফম্মেন্‌দদি

সাহৈদে। চাবোক্‌সঙ্‌ তোপ্‌ন সাদুন নিয়ম্‌ চুম্ন অঙাং উনব অমদি মৈনীং কূম্ব হায়বসি কাঙ্‌লোন্‌ চুম্ব য়ূম্বাল্‌ পুল্লিনি।

১০. **সিন্নাইসঙ্‌ :** সিন্নাইসঙ্‌ হায়বসি য়ুম্‌গি মীওই, নুপী-অঙাংসিংগি সেম্বোক্‌ লম্বী ওইনব নৎত্রগ ইমুং মনুংগী চঙ্‌দব য়াদব পোৎলম্‌ চৈরম্‌ ফিরোল্‌নচিংব সাব-খোৎপ অমদি অতৈ-অতৈ থবক্‌-ইন্‌খাং সূফম্‌ নোম্‌ফম্‌বু সিন্নাইসঙ্‌ হায়ন খঙ্‌নৈ। মতম্‌ অমদদি লং-তু নাইব, ফিসা লোন্‌সাগি থবক্‌ অসি ইমুং খূদিংগি তৌদব য়াদব সিন্‌ফম্‌ ওইনরিঙৈদদি য়ুম্‌খোঙ্‌ খূদিংগি সিন্নাইসঙ্‌ অম লিংব হায়বসি তঙায়ফদব অম ওইনরম্মি। কনাগুম্বসিংন সিন্নাইসঙ্‌ তোপ্প সাব ঙমদ্রবসু অতৈ সঙ্গোয় নৎত্রগ য়ুম্‌গি মাঙ্গোল্‌ মাঙ্‌সোক্কি জাগাদ থবক্‌-ইন্‌খাং সূফম্‌ নোম্‌ফম্‌ ওইনরম্মি। হায়রিব সিন্নাইসঙ্‌ অসি তোপ্প সাব তারবদি সঙ্‌বী সঙ্গাইগি অৱাং থংব সরাক্ত সাগনি। সিন্নাইসঙ্‌সিদ থবক্‌ ইন্‌খাঙ্‌ সূ-নোম্নব খূৎসু খূৎলাইনচিংবসিংগিসু থম্‌ফম্‌ ওইনৈ।

১১. **ফূহৌসঙ্‌ :** ফূহৌসঙ্‌ হায়বসি চাক্‌ য়েন্‌সাং থোং-থাক্‌নব অমদি চাফম্‌ থক্‌ফম্‌ ওইনব মফম্‌নি। অয়াম্ব ইমুংন ফূহৌসঙ্‌ তোপ্প থম্‌লুদ্রবসু চাক্‌খুম্‌ কাদ অদুম্‌ থোং-থাক্‌প, চাব-থক্‌প তৌনৈ। কনাগুম্বন ফূহৌসঙ্‌ অসি তোংঙান্ন, তোপ্প থম্‌দুন থোং-থাক্‌প, চাব-থক্‌পগি থবক্‌ তৌনৈ। ফূহৌসঙ্‌ অসি সঙ্‌বী সঙ্গাইদগি তোপ্প সাদুন থম্‌গে হায়ব তারবদি য়ুম্‌গি অৱাং থংব সরাক্ত সাগনি।

১২. **কৈ :** কৈ হায়বসি ফৌ-চেঙ্‌ থম্‌ফম্‌ নৎত্রগ সীং-য়েন্‌ পৈফম্‌, থম্‌ফম্‌বু কৈ হায়ন খঙ্‌নৈ। চহী অমগি চানব ফৌ-চেঙ্‌ অমদি চহী অমগি থানব সীং-য়েন্‌নচিংব তোংঙান্ন কৈ সাদুন থম্‌নৈ। ফৌ থম্‌নব কৈবু ফৌগৈ অদুগ সীং থম্‌নব কৈবুন সীংগৈ হায়ন তোপ্প-তোপ্প খঙ্‌নৈ। হায়রিব কৈ অসি সাব তারবদি য়ুম্‌গি মনীংদ নৎত্রগ চীংখৈ থংব সরাক্ত সাগনি।

# ৬. য়ূম্ হৌব

কনাগুম্ব মী অমন য়ূম্ সাব মতম্দ মহাক্ন সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি অফ-ফত্ত য়েংগে হায়রবদি য়ূম্ সাননবগি তিংলিব পরিং অদুগি ময়ুং অমদি মফৈগি অসাংব অদু খূদুপ্ মসীং ওহ্লোক্কনি। ময়ুং অমদি মফৈ অনীগি খূদুপ্ মসীং অদু তিন্সিন্নগনি। তিন্সিন্নবদ তারিব মসীং অদুদ মসীং নিপাল্লন য়েন্থোক্কনি। য়েন্থোক্পদ লেম্লিব মসীং অদুগি মতুং ইন্না য়ূম্ অদু সাবদ কৈ-ফত্তে হায়ব ফল্ খঙ্গনি।

য়ূম্ সাগদৌরিব য়ূম্বু অদুন নোংমাইজিং নুমিত্ত পোক্প মী ওইরবদি য়েন্থোক্পদ লেম্লিব মসীং অদু অনী ওইববদি কৈ। য়ূম্বু অদু নিংথৌকাব নুমিৎত পোক্প মী ওইরবদি মসীং অহুম্ লেম্ব কৈ। য়ূম্বু অদুন লৈপাক্পোক্প নুমিৎত পোক্প মী ওইরবদি মসীং মরি লেম্ব কৈ। য়ূম্সকৈস নুমিৎত পোক্প মী ওইরগন মসীং মঙা লেম্ব কৈ। সগোল্সেল্ নুমিৎত পোক্প মী ওইরগন মসীং তরুক্ লেম্ব কৈ। ঈরাই নুমিৎত পোক্প মী ওইরবদি মসীং তরেৎ লেম্ব কৈ। থাঙ্জ নুমিৎত পোক্প মী ওইরগন সুন্য লেম্ব কৈ।

য়েন্থোক্পদ লেম্লিব মসীং অদুন অম লেম্ব ওইরবদি যূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ মাঙ্ তাক্প, যূম্মু সিব নংঙি ফত্তে।

## থা ১২ গি মনুংদ যূম্ সাব য়াব-য়াদব থা

চহী অমগী মনুংদ থা ১২ হায়ন খায়দোক্কুন লৈরিব অসিগি মনুংদ যূম্ সাব য়াব থা ৬ অমসুং যূম্ সাব য়াদব থা ৬ হায়দুন খায়দোক্ই। যূম্ সাব তারবদি যূম্ সাব য়াব থা ৬ কি মনুংদ পক্নব নুমিৎ, থাবান্নচিংব কূপ্ন য়েংলগ যূম্ সাগনি। যূম্ সাব য়াদব থা ৬ গি মনুংদদি যূম্ থক্ সারোইদবনি। করিগুম্ব তঙায়ফদন সাদব য়াদদুন সাব তারবদি ফত্তে।

**যূম্ সাব য়াব থা :** চহী অমগি থা ১২ গি মনুংদ যূম্ সাব য়াব থাসিংদি (১) **ইঙা থা** (২) **ইঙেন্ থা** (৩) **মেরা থা** (৪) **হিয়াঙ্গৈ থা** (৫) **ফাইরেন্ থা** (৬) **লম্তা থা** হায়রিব থা ৬ অসি ফৈ।

**যূম্ সাব য়াদব থা :** চহী অমগি থা ১২ গি মনুংদ যূম্ সাব য়াদব থাসিংদি (১) থবান্ থা (২) লাংবন্ থা (৩) পোয়নু থা, (৪) ৱাক্চীং থা, (৫) সজিবু থা, (৬) কালেন্ থা হায়রিব থা ৬ অসিন যূম্ সাব য়াদব, ফত্তব থাসিংনি।

## যূম্ সাবগি ফম্

কনাগুম্ব মীওই অমন যূম্ সাগে হায়ন খন্ব মতম্দ সানীংঙি হায়দুন হেক্ত সাব য়াদে। চহী চহীগী মতুং ইন্ন তোংঙান্-তোংঙান্ব ফম্গি ফম্ফম্ লৈ। ফম্সিং অসিগি মনুংদ যূম্ সাব য়াব ফম্, য়াদব ফম্ হায়দুন খায়দোক্কুন লৈ। মীসক্ অমন যূম্ সানীংলবদি মসাগি চহী কয়া সুরবগে হায়ব হান্ন খঙ্দোক্লগ চহী অদুদ করি ফম্দ ফম্লিবগে হায়ব মুন্ন য়েংথোক্কনি। যূম্ সাব য়াদব ফম্দ ফম্লম্লবদি ফন সানীংলবসু যূম্ সাব য়াদে। সাদব য়াদদুন সাব তারবদি পাঙ্দে।

মী খূদিংমক্কি মসাগি চহী মসীংগি মতুং ইন্ন চহী অদুমগি ফম্লিব ফম্ অমমম্ লৈগনি। ফম্ অসি মথং মনাও নাইন মখল্ নিপাল্ থোক্ন খায়দোক্তুন লৈ। ফম্সিং অদুদি— (১) সন্ (২) সামু (৩) হৌদোঙ্ (৪) কাক্য়েন্ (৫) কৈ (৬) নোংসা (৭) উচি (৮) লিন্ হায়রিব ফম্সিং অসিনি। ফম্ মখল্ নিপাল্ অসিগি মনুংদ য়ূম্ সাব য়াব ফম্সিংদি— সন্, সামু, কাক্য়েন্ অমসুং উচিনি। হায়রিব ফম্ মখল্ মরি অসিগি মনুংদ অমদ নৎত্রগ অমদ ফম্ব চহীদ য়ূম্ সাব য়াই। য়ূম্ সাব য়াদব ফম্সিংদি— হৌদোঙ্, কৈ, নোংসা অমদি লিন্নি। ফম্ মরি অসিদ ফম্ব চহীদদি য়ূম্ সাব ফত্তে।

য়ূম্ সাগে খল্লিব য়ূম্বু অদুগি মসাগি চহী মতাংগি মতুং ইন্ন করি ফম্দ ফম্বগে হায়ব য়েংননব মখাদ ফম্গি লাইয়ূম পীরি।

**ফম্ য়েংনব লাইয়ূম্**




খূৎয়েক্ - ৫

মথক্কি লাইয়ূম্ অসিগি মতেংন মী অদুগি চহী মতাং অদুদ য়ূম্ সাব য়াব্র য়াদব্র হায়ব য়েংথোক্প য়াই। নিপা অমদি নুপী অনীগি ফম্ য়েংবগি কাঙ্লোন্ মান্নদে। নিপা নুপী অনীগি ফম্ য়েংনব কাঙ্লোন্ তোপ্ন-তোপ্ন মখাদ পীরি।

**নিপাগি ফম্ য়েংব :** যূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন নিপা ওইরবদি মথক্কি খূৎয়েক্-৫ গি ফম্ য়েংনব লাইয়ূম্ অসিগি কৈ হায়ন থারিব ফম্গি মফম্ অসিদগি অম হায়ন থীব হৌরগ ওয়ওইনন মথং মথং লৈদুন থীরক্পন মসাগি চহী অদুগি মসীংন তাব মফম্ অদুফাওব থীগনি। মসাগি চহী মসীংন তাব মফম্ অদুদ লৈরিব ফম্ মমিং অদু চহী অদুদ মী অদুন ফম্লিব ফম্নি। খুদম্ ওইন চহী ১ন কৈনি। চহী ২ন কাক্য়েন্নি। চহী অহুম্ন হৌদোঙ্নি। অসুম্ন মসাগি চহী মসীং অদুন য়ৌদ্রিব ফাওব লৈদুন থীগনি।

মখাদ নিপাগি চহী-চহীগি ফম্লিব ফম্ খঙ্নব হোৎতোক্লব মওং অম পীরি। হোৎতোক্লব মওং অসিগি মতেংন মসাগি চহী মসীং খঙ্দোক্লগ য়েংবদ হেক্ত ইরায় লায়ন চহী অদুদ ফম্লিব ফম্গি মসক্ খঙ্ব ঙম্গনি।

| ফম্ | চহী মতাং |
|---|---|
| কৈ | ১, ৯, ১৭, ২৫, ৩৩, ৪১, ৪৯, ৫৭, ৬৫, ৭৩, ৮১ |
| কাক্য়েন্ | ২, ১০, ১৮, ২৬, ৩৪, ৪২, ৫০, ৫৮, ৬৬, ৭৪, ৮২ |
| হৌদোঙ্ | ৩, ১১, ১৯, ২৭, ৩৫, ৪৩, ৫১, ৫৯, ৬৭, ৭৫, ৮৩ |
| সামু | ৪, ১২, ২০, ২৮, ৩৬, ৪৪, ৫২, ৬০, ৬৮, ৭৬, ৮৪ |
| সন্ | ৫, ১৩, ২১, ২৯, ৩৭, ৪৫, ৫৩, ৬১, ৬৯, ৭৭, ৮৫ |
| লিন্ | ৬, ১৪, ২২, ৩০, ৩৮, ৪৬, ৫৪, ৬২, ৭০, ৭৮, ৮৬ |
| ঊচি | ৭, ১৫, ২৩, ৩১, ৩৯, ৪৭, ৫৫, ৬৩, ৭১, ৭৯, ৮৭ |
| নোংসা | ৮, ১৬, ২৪, ৩২, ৪০, ৪৮, ৫৬, ৬৪, ৭২, ৮০, ৮৮ |

**খুদম্:**— মথক্কি হোৎতোক্লব মওং অসিগি মতেংন নিপা অমগি মসাগি চহী মতাংগি মতুং ইন্ন করি ফম্দ ফম্বগে হায়ব য়েংগে হায়রবদি মী অদুগি চহী মসীং ৪৫ নি হায়ন লৌরসি। অদু ওইরবদি নিপা অদু চহী অদুদ সন্দ ফম্লে হায়ব ইরায় লায়ন খঙ্ব ঙম্লে অদুগা চহী ৬০ নি হায়ন লৌরগন সামুদ ফম্লে হায়ব খঙ্ব ঙম্লে।

**নুপীগি ফম্ য়েংব ঃ** মথক্ত পীথ্রিব খূৎয়েক্-৫ গি ফম্ য়েংনব লাইয়ূম্ অসিগি মতেংন য়ূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন নুপী ওইব তারবদি মসাগি চহী মসীং খঙ্‌দোক্লগ সন্ হায়ন থারিব ফম্গি কাখল্ অসিদগি য়েৎওইনন মথং মথং লৈদুন থীরগ মসাগি চহী মসীং অদুন তাব মফম্দ ইরিব ফম্গি মমিং অদু চহী অদুমগি মসাগি ফম্লিব ফম্নি। খুদম্ ওইন চহী অমন সন্নি। চহী ২ ন সামুনি অদুগ চহী ৩ ন হৌদোঙ্নি। অসুম্ন মসাগি চহী মসীং অদু য়ৌদ্রিব ফাওব লৈদুন থীরগ করি ফম্দ ফম্বগে হায়ব থিগনি।

মখাদ নুপীগি চহী চহীগি ওইন ফম্লিব ফম্ অরায়ব মওংদ খঙ্‌ননব হোৎতোক্লব মওং অম পীরি। হোৎতোক্লব মওং অসিদ য়েংলগ য়াম্ন সন্ন অমদি লায়ন মসাগি চহী অদুদ ফম্লিব ফম্ মসক্ খঙ্‌দোক্প য়াগনি।

| ফম্ | চহী মতাং |
|---|---|
| সন্ | ১, ৯, ১৭, ২৫, ৩৩, ৪১, ৪৯, ৫৭, ৬৫, ৭৩, ৮১ |
| সামু | ২, ১০, ১৮, ২৬, ৩৪, ৪২, ৫০, ৫৮, ৬৬, ৭৪, ৮২ |
| হৌদোঙ্ | ৩, ১১, ১৯, ২৭, ৩৫, ৪৩, ৫১, ৫৯, ৬৭, ৭৫, ৮৩ |
| কাক্য়েন্ | ৪, ১২, ২০, ২৮, ৩৬, ৪৪, ৫২, ৬০, ৬৮, ৭৬, ৮৪ |
| কৈ | ৫, ১৩, ২১, ২৯, ৩৭, ৪৫, ৫৩, ৬১, ৬৯, ৭৭, ৮৫ |
| নোংসা | ৬, ১৪, ২২, ৩০, ৩৮, ৪৬, ৫৪, ৬২, ৭০, ৭৮, ৮৬ |
| উচি | ৭, ১৫, ২৩, ৩১, ৩৯, ৪৭, ৫৫, ৬৩, ৭১, ৭৯, ৮৭ |
| লিন্ | ৮, ১৬, ২৪, ৩২, ৪০, ৪৮, ৫৬, ৬৪, ৭২, ৮০, ৮৮ |

**খুদম্:**— মথক্কি নুপীগি ফম্ য়েংনব হোৎতোক্লব মওং অসিগি মতেংন কনাগুম্বা নুপী অমন য়ূম্ সাগে হায়ব তারবদি চহী অদুদ করি ফম্দ ফম্বগে হায়ব ইরায় লায়ন খঙ্‌ব ঙম্লগনি। খুদম্ ওইন নুপী অদুগি চহী মসীং ৪১ সুরে হায়ন লৌরসি অদু ওইরবদি চহী অদুদ সন্দ ফম্লে। চহী ৫০ নি হায়ন লৌরগন সামুদ ফম্লে হায়ব লায়ন খঙ্‌ব ঙম্লে।

য়ূম্ সাগদৌরিব মী অদুগি চহী মতাংগি মতুং ইন্ন চহী অদুদ ফম্লিব ফম্ অদু য়ূম্ সাব য়াব ফম্ ওইরবসু সাগদৌরিব মী অদুগি য়ূম্ সাগে খল্লিব কুম্ অদু করি গ্রহন য়ূম্গি মপু ওইবগে হায়বসু য়েংদব য়াদে। ফম্লোন্দ য়েংলগ সাব ফন ফদুনসু হাযবদি সন্, সামু, কাক্য়েন্ অমদি উচিদ ফম্ব কুম্ ওইরবসু চহী অদুদ মী অদুগি মপু রাহু, কেতু, লৈপাক্পোক্প, নোংমাইজিং অমদি থাঙ্জ হায়রিব গ্রহসিং অসিন য়ূম্গি মপু ওইব কুম্ ওইরবদি চহী অদুম য়ূম্ সাব ফত্তে। হাযরিব গ্রহসিং অসিন য়ূম্গি মপু ওইব কুম্দ সাদুন লৈরবদি অসি-অনা নংব, য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈরগ খোইসাউ-লিনসাউব পোক্প, মৈহৌ লাংপোক্ নংবনচিংব খুদোংথীব, অৱাব কয়া ফংঙি।

ফম্লোন্গি মতুং ইন্নসু য়ূম্ সাব য়ারব অদুগ নিংথৌকাবন মী অদুগি য়ূম্গি মপু ওইব কুম্দ য়ূম্ সারবদি য়ূম্ অদু মপূক্ ঈংঙি, য়াম্ন ফৈ। য়ূম্সকৈসন মপু ওইব কুম্দ য়ূম্ সারগন হৌনবী চুম্মি, ফৈ। ঈরাইন মপু ওইব কুম্দ সারবদি য়ূম্ মপূক্ তপ্পি, য়াম্ন ফৈ। সগোল্সেন্ন মপু ওইব কুম্দ যাত্রা হুন্দুন সারবদি য়ূম্ অদু সাবদ খূৎলৌ পল্লৌদে, য়ূম্ সাব নুংসিৎমুক্ য়াঙ্ন লোইসিন্ব ওম্মি, ফৈ।

## তাউরোইনাই য়ূম্সারোল্

তাউরোইনাই য়ূম্সারোল্ হায়বসি মৈতৈগি তোপ্-তোপ্প, য়াম্ন ওল্লিঙৈদগি মী অমগি য়ূম্ সাব য়াই-য়াদে অমদি ফৈ-ফত্তে হায়ব য়েংনব অরুব কাঙ্লোন্ অমনি। কাঙ্লোন্ অসি লাই ওইগ্রব ইপা ইপুসিংন চহী কয়াগি মমাঙ্দগি সীজিন্নদুন লাক্পন কাঙ্লোন্ অসি খঙ্ব মীওই কয়াদি হৌজিক্ হৌজিক্মক্ নীংথিন য়াম্ন লুন কাঙ্লোন্ অসিগি মতেংন য়ূম্ সাব য়াব্র-য়াদব্র হায়ব য়েংনরিবনি। কাঙ্লোন্ অসিগি মতেংন কনাগুম্ব মীওই অম য়ূম্ সাগে হায়ন খল্লবদি মসাগি চহী মসীং অমদি মসাগি পোক্প নুমিৎ খঙ্দোক্লগ চহী অদুদ নৎত্রগ করম্ব চহীদ য়ূম্ সাব য়াবগে হায়ব য়েংব য়াই।




খূৎয়েক্-৬

তাউরোইনাই য়ূম্সারোল্গি মতুং ইন্ন য়ূম্ সাব য়াব য়াদব য়েংগে হায়রবদি অহান্বদ য়ূম্ সাগদৌরিব নিপা নৎত্রগ নুপী অদুগি মসাগি চহী মসীং অমদি মসাগি পোক্প নুমিৎ খঙ্দোক্লগ মথক্কী খূৎয়েক্-৬ কি অয়েক্প লাইয়ূম্ অসিদ মপোক্ নুমিৎ নুমিৎকি মতুং ইন্ন মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিফাওব য়েৎওয়নন লৈদুন থীগনি। পোক্প নুমিৎ তোংঙান্বগি মতুং ইন্ন থীব হৌননব মফম্সু তোংঙাল্লি। মপোক্ নুমিৎকি মতুং ইন্ন হৌফম্ থোক্প মফম্দগি থীব হৌবন মসাগি চহী মসীং অদু য়ৌনব লৈদুন থীবদ তারু-তারুব মফম্ অদুগি ফল্ মতুং ইন্ন য়ূম্ সাব ফৈ-ফত্তে খঙ্গনি। চয়োল্ অমগি মনুংদ লৈরিব নুমিৎ তরেৎনিদ পোক্প মীওইসিংগি পোক্প নুমিৎ নুমিৎকি থীব হৌগদব অকক্লব মফম্সিং মখাদ তোপ্ল-তোপ্ল পীরি।

**নোংমাইজিং পোক্প :** নোংমাইজিং নুমিত্ত পোক্প মীগীদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি অহান্ব মসীং সাকোক্ হায়ন থারিব মফম্ অসিদগি হৌরগ য়েৎওয়নন মথং-মথং হায়বদি চহী ১দ সাকোক্, চহী ২দ সায়াঙ্, চহী ৩দ সামৈ অসুম্ন মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিব ফাওব থীগনি।

**নিংথৌকাব পোক্‌প :** নিংথৌকাব নুমিত্ত পোক্‌প মীগিদি মথক্কি খূৎয়েক্ত মসীং ২ হায়ন থারিব সাচীন্‌গি মফম্‌দগি থীব হৌরগ মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিফাওব থীগনি।

**লৈপাক্‌পোক্‌প :** লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত পোক্‌প মীগিদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি মসীং ৩, সাবুক্ হায়ন থারিব কা অসিদগি থীব হৌরগ মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিফাওব লৈদুন থীগনি।

**য়ুম্‌সকৈস পোক্‌প :** য়ুম্‌সকৈস নুমিৎত পোক্‌প মীগিদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি মসীং ৪, খূদুং হায়ন থারিব কা অসিদগি য়েৎওয়নন মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিফাওব লৈদুন থীগনি।

**সগোল্‌সেন্ পোক্‌প :** সগোল্‌সেন্ নুমিৎত পোক্‌প মীগিদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি মসীং ৫, সামৈ হায়ন থারিব কা অসিদগি থীব হৌরগ মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিফাওব য়েৎওয়নন মথং-মথং লৈদুন থীগনি।

**ঈরাই পোক্‌প :** ঈরাই নুমিৎত পোক্‌প মীগিদি মথক্কি খূৎয়েক্ অসিগি মসীং ৬, সায়াঙ্ হায়ন থারিব কাখল্ অসিদগি হৌরগ মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিফাওব মথং-মথং লৈদুন থীগনি।

**থাঙ্‌জ পোক্‌প :** থাঙ্‌জ নুমিৎত পোক্‌প মীগিদি মথক্কি খূৎয়েক্ মসীং-৬ কি ৭ সুব কাখল্ খূমাঙ্ হায়ন থারিব অসিদগি থীব হৌরগ য়েৎওয়নন মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিব ফাওব লৈদুন থীগনি।

য়ুম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুগি মপোক্ নুমিৎকি মতুং ইন্ন থীব হৌফম্ থোক্‌প মফম্‌দগি মসাগি চহী মসীং য়ৌদ্রিফাওব য়েৎওয়নন লৈদুন থীবদ চহী মসীংগি মতুং ইন্ন তারুব কাখল্ অদুদ ইরিব মমিং-মমিং অদুগি তোংঙান্ তোংঙান্‌ব মসাগি ফল্ লৈজৈ। ফল্‌সিং অসিগি মতুং ইন্ন চহী-চহী অদুদ মীসক্ অদুন য়ুম্ সাব য়াই নৎত্রগ য়াদে অমদি ফৈ নৎত্রগ ফত্তে হায়ব খঙ্গনি। তোংঙান্ তোংঙান্‌ব কাখল্‌সিংগি ফল্‌সিং তোপ্ন-তোপ্ন মখাদ পীরি।

১. **সাকোক্ :** সাকোক্কি মফম্দ তারবদি নোংমাইজিংনি ফত্তে। চহী অদুদ য়ূম্ সাব য়াদে। সারবদি ৱায়। য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ অৱা-অনং নংগনি, খুদোংথিব কয়া মায়য়োক্নদুন নুংঙাইব ঙম্দে।

২. **সাচীন্ :** সাচীন্গি মফম্দ তারবদি নিংথৌকাবনি ফৈ। চহী অসিদ য়ূম্ সাদুন লৈরবদি নুংঙাই য়াইফব, চাওখৎপ ওই। মচাক্ মরল্ চঙ্ঙি, জিব পান্ব চঙ্ঙি, ওইজ-ওইথক্ ফংজদুন পুন্সি নুংসাংন পাল্লি।

৩. **খূমাঙ্ :** খূমাঙ্গি মফম্দ তারবদি ফৈ। লন্-থুম্ মরাং কায়ন চঙ্ঙি, ওইজ-ওইথক্ ফংঙি। অদুবু ইমুং-মনুং ঈসৌ খরদি লাংগল্লি। চহী অদুদ য়ূম্ সাবদি য়ায়মরপ্ ওইন ফৈ।

৪. **সাবূক্ :** সাবূক্কি মফম্দ তারবদি য়াম্ন ফৈ। চহী অসিদ য়ূম্ সাদুন লৈরবদি লূপা চঙ্ঙি মচাক্ মরল্ খিবিক্ চঙ্দুন ইমুং-মনুং মরা তপ্ন, ঈংন নুংঙাই য়াইফন পান্ব ঙম্জে।

৫. **খূদুং :** খূদুংগি মফম্দ তারবদি ফত্তে। চহী অসিদ য়ূম্ সাদুন লৈরবদি লন্-থুম্ চৎলি, জিব পান্ব, অপান্-অরাক্ মপাল্ থোক্ই, অসি-অনা নংঙি ফত্তে।

৬. **সামৈ :** সামৈগি মফম্দ তারবদি য়ূম্ সাহৈদে। চহী অসিদ য়ূম্ সাদুন য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈরবদি লৈব ঙম্দে। য়ূম্ অদুগি য়ূম্মু অসি-অনা থোক্ই, য়ূম্গি যাত্রা ফূক্ই।

৭. **সায়াঙ্ :** সায়াঙ্গি মফম্দ তারবদি য়াম্ন ফৈ। চহী অদুদ য়ূম্ সাদুন য়ূম্ অদুগি মখাদ লৈবদ নুংঙাই য়াইফব, চাওখৎপ অমদি মচাক্-মরল্ চঙ্ব ওইদুন নুংঙাইব ফংঙি। মীন ঈকাই খুম্নৈ, ফম্ নাইব ফংঙি, সগোল্ সামু তোংঙি। অদুবু য়ূম্ সানব মচাক্-মথুম্, মপোৎ-মচৈ লাঙ্বদি খর ৱায়।

## মী-মীগি য়ূম্ হৌব ফব-ফত্তব থা

কনাগুম্ব মীসক্ অমগি মসাগি চহী অদুদ ফম্লোন্গি মতুং ইন্না ফম্লিব ফম্ অদু য়েংলগ য়ূম্ সাব হৌব য়াব অমদি য়াদব থা হায়দুন অমুক্ লৈরি। য়ূম্ সাগদৌরিব মী অদুগি মরক্ক থাদগি থীব হৌরগ থা মরি ফাওবদি তরং লক্লি কৌই। হায়রিব মরক্ক থাদগি থীব হৌরগ থা মরি ফাওব অসি য়ূম্ সাব হৌব ফত্তে। মরক্ক থা হায়বসি মী অদুন পোক্প থাদগি হৌন থীবদ মরিসুব থা অদু মরক্ক থা কৌই। মী অদুগি মরক্ক হুন্খিব থাদগি থীবদ থা তরুক্ অমদি থা নিপাল্ হায়রিব থা অনী অসিদ যাত্রা হুন্ব তৌহৈদে, ফত্তে। মী অদুগি মপোক্ থাদ যাত্রা হুন্বসু ফত্তে। মরক্ক থাদগি থীব হৌবদ থা মঙা, তরেৎ, মাপল্, তরা অমসুং তরামাথোই হায়রিব থা মসীংসিং অসিদ য়ূম্ সাব হৌব ফৈ।

## থান সিব মায়কৈ

চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ অসিদ থা-থাগি ওইন থান সিব মায়কৈ হায়দুন লৈ। থান সিব মায়কৈ অসি মমাঙ্ঙৈদগি হৌন ইপা ইপুসিংন য়াম্ন চেক্সিন্ন য়েংনরক্ই। লম্-তু চৎথোক্ চৎসিন্, সা-সন্ পুথোক্-পুসিন্, য়ূম্-কৈ হোংদোক্-হোংজিন্ অমদি য়ূম্ যাত্রা হুন্ব মতম্দ যাত্রা উ ঈন্বনচিংব পূম্নমক্ থান সিব মায়কৈদ তৌনদে অমদি ফত্তে। থান সিব মায়কৈ অসি থা ১২ গি থা-থাগি তোপ্ন-তোপ্ন মখাদ পীরি।

১. **সজিবু :** সজিবু থাদি চীংখৈ মায়কৈদ থান সি, মখা মায়কৈদ নিল্লি অদুগ নোংপোক্ত থোক্ই।

২. **কালেন্ :** কালেন্ থাদি থান অব্রাংলোম্দ সি, নুংসিৎলম্দ (কৌব্রু লাইহিজি) নিল্লি অদুগ মখারোম্দ থোক্ই।

৩. **ইঙা :** ইঙা থাদি থান নোংচুপ্ মায়কৈদ সি, সন্থোংলোম্দ নিল্লি অদুগ নুংসিৎলম্দ থোক্ই।

৪. **ইঙেন্ :** ইঙেন্ থাদি থান কৌব্রু মায়কৈদ সি, নোংপোক্লোম্দ নিল্লি অদুগ মৈরম্লোম্দ থোক্ই।

৫. **থৱান্ :** থৱান্ থাদি থান চীংখৈ মায়কৈদ সি, মখারোম্দ নিল্লি অদুগ নোংপোক্লোম্দ থোক্ই।

৬. **লাংবন্ :** লাংবন্ থাদি থান অৱাংদ সি, নুংসিৎলম্দ নিল্লি অদুগ মখারোম্দ থোক্ই।

৭. **মেরা :** মেরা থাদি থান নোংচূপ্ মায়কৈদ সি, সম্লোংদ নিল্লি অদুগ নুংসিৎলম্দ থোক্ই।

৮. **হিয়াঙ্গৈ :** হিয়াঙ্গৈ থাদি থান কৌব্রুরোম্দ সি, নোংপোক্লোম্দ নিল্লি অদুগ মৈরম্লোম্দ থোক্ই।

৯. **পোয়নু :** পোয়নু থাদি থান চীংখৈদ সি, মখা মায়কৈদ নিল্লি অদুগ নোংপোক্লোম্দ থোক্ই।

১০. **ৱাক্চীং :** ৱাক্চীং থাদি থান অৱাং মায়কৈদ সি, নুংসিৎলম্দ নিল্লি অদুগ মখা মায়কৈদ থোক্ই।

১১. **ফাইরেন্ :** ফাইরেন্ থাদি থান নোংচূপ্লোম্দ সি, সম্লোংদ নিল্লি অদুগ নুংসিৎলম্দ থোক্ই।

১২. **লম্তা :** লম্তা থাদি থান কৌব্রু মায়কৈদ সি, নোংপোক্লোম্দ নিল্লি অদুগ মৈরম্দ থোক্ই।

## অফব থৱান্মিচাক্

ইংখোল্ অমগি মনুংদ তোংঙান্-তোংঙান্ব মখল্গি সঙ্সিং সাব হৌবগি অফব থৱান্মিচাক্সিং লৈ। থৱান্মিচাক্সিং অদুদি — ১২, ১৫, ১৯, ২১, ২২, ২৩, ২৬, ২৭ হায়রিব থৱান্মিচাক্সিং অসিন পুব নুমিৎসিংদ তোংঙান্ তোংঙান্ব সঙ্সিং সাব হৌব ফৈ।

### অফব থা

তোংঙান্ তোংঙান্‌ব সঙ্‌সিং সাব হৌবগি অফব থাদি—লাংবন্‌, ৱাক্‌চিং, কালেন্‌, থৱান্ হায়রিব থা মরি অসিগি মনুংদ সাব হৌব ফৈ।

### অফব নুমিৎ

ইংখোল্ অমগি মনুংদ তোংঙান্ তোংঙান্‌ব সঙ্‌সিং সাব হৌবগি অফব নুমিৎসিংদি— নিংথৌকাব, য়ূম্‌সকৈস, সগোল্‌সেন্‌, ঈরাই হায়রিব চয়োল্ অমগি মনুং নুমিৎ মরিনি অসিগি মনুংদ অম খল্লগ সাব হৌব ফৈ। য়ূম্ সাব হৌবসু হায়রিব নুমিৎসিং অসিদ হৌরবদি ফৈ।

### য়ূম্ সাবগি সংক্রান্তি অফ-ফত্ত

য়ূম্ সাবগি অফব সংক্রান্তিদি ৩, ৫, ৭, ৯, ১২, ১৪, ১৬, ১৮, ২১, ২৩, ২৫ হায়রিবসিং অসিনি। সংক্রান্তি ৪, ১৩, ২২, ৩১ অসিদি ৱা কোংই, ফত্তে। সংক্রান্তি ৬, ১৩, ২৪ অসিদি হূরান্‌বন পোৎ-চৈ হূরাল্লি, ফত্তে। সংক্রান্তি ৮, ১৭, ২৬ অসিদি য়ূম্‌গি মী বিয়াথি থুংই, ফত্তে। সংক্রান্তি ১, ১০, ১৯, ২৮ অসিদি য়ূম্‌গী য়ূম্বু সি, ফত্তে। সংক্রান্তি ২, ১১, ২০ অসিদি য়ূম্ মৈ হৌই, ফত্তে। থৱান্‌মিচাক্ ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৭ অসিদি যাত্রাগ ইমুংগ তূন পরৈ পুন্‌ন ফত্তে, হূরান্‌বগিনি।

## ৭. থাবান্গি অফ-ফত্ত

থা অমগি মনুংদ লৈরিব নুমিৎ কুনথ্রানি অসিগি মনুংদ থাবান্ থাবান্গি ওইন লৈননব য়ূম্ সাব হৌব অমদি য়ুম্হোং-কৈহোং ফব-ফত্তব কয়া অম লৈ। য়ূম্ সাব মতম্দ থা অমগি মনুংদ লৈরিব থাবান্গি অফ-ফত্ত মুন্ন য়েংলগ য়ূম্ সাব হৌগনি। হায়রিব থা অমগি মনুংদ লৈব থাবান্সিংগি অফ-ফত্ত মখাদ পীরি।

নোংম পান্ব : থা অমগি নোংম পান্ব থাবান্দি নোংসান ঙাক্ই। নুমিৎ অসিদ য়ূম্ হৌব ফৈ, ওইজ ওইথক্ ফংঙি, মচাক্ মরল্ চঙ্ঙি।

নিনি পান্ব : থা অমগি নিনি পান্ব থাবান্দি ওক্ন ঙাক্ই। নুমিৎ অসিদ য়ূম্-কৈ সাব হৌব ফত্তে।

হুম্নি পান্ব : থা অমগি হুম্নি পান্ব থাবান্দি য়াউসিংন ঙাক্ই। নুমিৎ অসিদ য়ূম্-কৈ সাব হৌব য়াম্ন ফৈ।

**মরিনি পান্ব :** থা অমগি মরিনি পান্ব থাবান্দি লাইরেন্‌ন ঙাক্‌ই। নুমিৎ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে, লাই লৈ।

**মঙানি পান্ব :** থা অমগি মঙানি পান্ব থাবান্দি রাহুন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্গি সনা য়ুম্বী খিল্‌হৈদে। অতোপ্প অফব নুমিৎ অম য়েংলগ সনা য়ুম্বী হাপ্‌কনি।

**তরুক্‌নি পান্ব :** থা অমগি তরুক্‌নি পান্ব থাবান্দি কাল্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে।

**তরেৎনি পান্ব :** থা অমগি তরেৎনি পান্ব থাবান্দি লাইরেন্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে। লাই লৈ, অসি-অনা নংঙি।

**নিপান্‌নি পান্ব :** থা অমগি নিপান্নি পান্ব থাবান্দি হিংচাবন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌরবদি খোঙ্-খূৎত সৈনাইব নংঙি, ফত্তে।

**মাপন্নি পান্ব :** থা অমগি মাপন্নি পান্ব থাবান্দি কাল্‌ন ঙাক্‌ই। নুমিৎ থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে। য়ুম্গি উখোঙ্ য়ুংনব উখুল্‌গি লৈপাক্ তৌবসু ফত্তে, তৌহৈদে।

**তরানি পান্ব :** থা অমগি তরানি পান্ব থাবান্দি নুংসিৎন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব য়াম্ন ফৈ, লৈপাক্কি লৈম নিংথৌগ অফব মরী লৈনব ফংজৈ।

**তরামাথোইনি পান্ব :** থা অমগি তরামাথোইনি পান্ব থাবান্দি সামুক্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফৈ। নুমিৎ থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌরবদি য়ুম্ অদুদ লৈবদ লাইবু নীংজৈ।

**তরানিথোইনি পান্‌ব :** থা অমগি তরানিথোইনি পান্‌ব থাবান্‌দি নোংসান ঙাক্‌ই। থাবান্‌ অসিদ য়ূম্‌ সাব হৌব ফত্তে।

**তরাহুম্‌দোইনি পান্‌ব :** থা অমগি তরাহুম্‌দোইনি পান্‌ব থাবান্‌দি কাল্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্‌ অসিদ য়ূম্‌ সাব হৌব ফত্তে। য়ূম্‌ অদুদ লৈবদ মীসি-মীনা নংগনি।

**তরামরিনি পান্‌ব :** থা অমগি তরামরিনি পান্‌ব থাবান্‌দি ঈসিংন ঙাক্‌ই। নুমিৎ অসিদ য়ূম্‌ সাব হৌব ফত্তে, মীসি-মীনা থোক্‌ই।

**তরামঙানি পান্‌ব :** থা অমগি তরামঙানি পান্‌ব থাবান্‌দি লাইরেল্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্‌ অসিদ য়ূম্‌ সাহৈদে, ফত্তে।

**তরাতরুক্‌নি পান্‌ব :** থা অমগি তরাতরুক্‌নি পান্‌ব থাবান্‌দি কাল্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্‌ অসিদ য়ূম্‌ সাব হৌব ফত্তে, মীসি মীনা নংঙি।

**তরাতরেৎনি পান্‌ব :** থা অমগি তরাতরেৎনি পান্‌ব থাবান্‌ নুমিৎতি রাহুন ঙাক্‌ই। থাবান্‌ অসিদ য়ূম্‌ সাব হৌব ফৈ। মীন চাল্লি।

**তরানিপাল্লি পান্‌ব :** থা অমগি তরানিপাল্‌নি পান্‌ব থাবান্‌দি লাইরেন্ন ঙাক্‌ই। থাবান্‌ অসিদ য়ূম্‌ সাব হৌব ফত্তে, য়ূম্‌গি মী অহুম্‌ সি।

**তরামাপল্‌নি পান্‌ব :** থা অমগি তরামাপল্‌নি পান্‌ব থাবান্‌দি ঈসিংন ঙাক্‌ই। থাবান্‌ অসিদ য়ূম্বী মখোঙ্‌ য়ুংনব উখুল্‌ লৈপাক্‌ তৌহৈদে। য়ূম্‌ সাব হৌবদি ফৈ, লাইন চাল্লি।

কুন্নি পান্‌ব : থা অমগি কুন্নি পান্‌ব থাবান্দি নুংসিৎন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে।

কুন্মাথোইনি পান্‌ব : থা অমগি কুন্মাথোইনি পান্‌ব থাবান্দি সামুক্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌরবদি য়ুম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ নুংসিব নংঙি।

কুন্নিথোইনি পান্‌ব : থা অমগি কুন্নিথোইনি পান্‌ব থাবান্দি কাল্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফৈ, নুপী থিব ফংজৈ।

কুন্হুম্দোইনি পান্‌ব : থা অমগি কুন্হুম্দোইনি পান্‌ব থাবান্দি গোসাইন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসি য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে, লন্-থুম্ চৎলি।

কুন্মরিনি পান্‌ব : থা অমগি কুন্মরিনি পান্‌ব থাবান্দি সামুন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌবদি ৱাকোং-সিংকোং য়াম্মি, মীৱা-মীসা তায়, ফত্তে।

কুন্মঙানি পান্‌ব : থা অমগি কুন্মঙানি পান্‌ব থাবান্দি সামুন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে, ৱাকোং সিংকোং নংঙি।

কুন্তরুক্‌নি পান্‌ব : থা অমগি কুন্তরুক্‌নি পান্‌ব থাবান্দি কাল্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে।

কুন্তরেৎনি পান্‌ব : থা অমগি কুন্তরেৎনি পান্‌ব থাবান্দি রাহুন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফৈ।

কুন্নিপাল্‌নি পান্‌ব : থা অমগি কুন্নিপাল্‌নি পান্‌ব থাবান্দি লাইরেল্‌ন ঙাক্‌ই। থাবান্ অসিদ য়ুম্ সাব হৌব ফত্তে, লাই লৈ।

**কুন্মাপল্নি পান্ব :** থা অমগি কুন্মাপল্নি পান্ব থাবান্দি ঈসিংন ঙাক্ই। থাবান্ অসিদ য়ূম্ সাব হৌব ফত্তে, মীসি-মীনা থোক্ই।

**কুন্থ্রানি পান্ব :** থা অমগি অরোইব নুমিৎ কুন্থ্রানি পান্ব থাবান্দি নুংসিৎন ঙাক্ই। থাবান্ অসিদ য়ূম্ সাব হৌব ফৈ।

## লৈসা লৈব

চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ অসিগি থা-থাগি লৈসা লৈব নুমিৎ হায়দুন থাবান্ তোপ্প-তোপ্প লৈ। থা-থাগি ওইন লৈসা লৈব থাবান্সিংদ য়ূম্-সাবগি উখোঙ্ য়ুংনব উখুল্ তৌব, য়ূম্গি য়ূম্ফম্ থোন্ব, য়ূম্ সাবগি যাত্রা উরেপ্ হুন্ব হায়রিব থবক্সিং অসি তৌহৈদে। মরম্ অসিন থা অমগি মনুংদ করম্ব থাবান্দ লৈসা লৈবগে হায়ব মুন্ন কূপ্প য়েংলগ থবক্সিং অসি তৌগনি। লৈসা লৈব নুমিৎত পুখ্রি তৌব, লৈপাক্ তৌব অমদি যাত্রা তৌদুন লম্-তু চৎথোক্-খোৎতোক্পনচিংবসু তৌহৈদে, নামুংঙি। থা ১২ গি থা-থাগি ওইন লৈসা লৈব থাবান্সিং মখাদ পীরি।

১. **সজিবু :** সজিবু থাদি থা অসিগি ২১ (কুন্মাথোই) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

২. **কালেন্ :** কালেন্ থাদি থা অসিগি ১৯ (তরামাপল্) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

৩. **ঈঙা :** ঈঙা থাদি থা অসিগি ১৭ (তরাতরেৎ) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

৪. **ইঙেন্ :** ইঙেন্ থাদি থা অসিগি ১৫ (তরামঙা) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

৫. **থৱান্ :** থৱান্ থাদি থা অসিগি ১৪ (তরামরি) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

৬. লাংবন্ : লাংবন্ থাদি থা অসিগি ১১ (তরামাথোই) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

৭. মেরা : মেরা থাদি থা অসিগি ৯ (মাপল্) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

৮. হিয়াঙ্গৈ : হিয়াঙ্গৈ থাদি থা অসিগি ৭ (তরেৎ) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

৯. পোয়নু : পোয়নু থাদি থা অসিগি ৪ (মরি) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

১০. ৱাক্চীং : ৱাক্চীং থাদি থা অসিগি নীনি পান্ব থাবান্ নুমিৎত লৈসা লৈ।

১১. ফাইরেন্ : ফাইরেন্ থাদি থা অসিগি ২৬ (কুন্তরুক্) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

১২. লম্তা : লম্তা থাদি থা অসিগি ২৪ (কুন্মরি) নি পান্ব থাবান্দ লৈসা লৈ।

কেতু লৈখুন্ চঙ্ব

চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ গি তোংঙান্-তোংঙান্ব নুমিৎ, থাবান্সিংদ থা-থাগি ওইন তোপ্ন-তোপ্ন কেতু লৈখুন্ চঙ্ব থাবান্সিং লৈ। কেতু লৈখুন্ চঙ্ব থাবান্সিংদ য়ুম্ সাবগি যাত্রা উরেপ্ হুন্ব, য়ূম্নী মখোঙ্ য়ুংনব উখুল্ তৌব ফত্তে। পূথ্রি খোংবান্ তৌব, লৈপাক্ তৌব অমদি যাত্রা তৌদুন লম্-তু চৎথোক্-খোৎতোক্পনচিংবসু কেতু লৈখুন্ চঙ্ব থাবান্সিংদ তৌহৈদে, নামুংঙি । চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ গি থা-থাগি কেতু লৈখুন্ চঙ্ব থাবান্সিং তোপ্ন-তোপ্ন মখাদ উৎলি।

১. **সজিবু :** সজিবু থাদি থা অসিগি ৬ (তরুক্) নি পান্‌ব থাবান্ নুমিৎত কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

২. **কালেন্ :** কালেন্ থাদি থা অসিগি ১০ (তরা) নি অমদি ১১ (তরামাথোইনি) নি পান্‌ব থাবান্‌সিং অসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

৩. **ঈঙা :** ঈঙা থাদি থা অসিগি ৬ (তরুক্) নি পান্‌ব অমদি ৭ (তরেৎ) নি পান্‌ব থাবান্ নুমিৎসিং অসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

৪. **ইঙেন্ :** ইঙেন্ থাদি থা অসিগি ৪ (মরি) নি অমদি ৫ (মঙা) নি পান্‌ব থাবান্ নুমিৎসিং অসিদ কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

৫. **থবান্ :** থবান্ থাদি থা অসিগি ১০ (তরা) নি অমদি ১১ (তরামাথোই) নি পান্‌ব নুমিৎ নিনিসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

৬. **লাংবন্ :** লাংবন্ থাদি থা অসিগি ৩ (অহুম্) নি অমদি ৪ (মরি) নি পান্‌ব নুমিৎ থাবান্‌সিং অসিদ কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

৭. **মেরা :** মেরা থাদি থা অসিগি ৬ (তরুক্) নি অমদি ৭ (তরেৎ) নি পান্‌ব থাবান্‌সিং অসিদ কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

৮. **হিয়াঙ্গৈ :** হিয়াঙ্গৈ থাদি থা অসিগি নোংম পান্‌ব অমদি ১১ (তরামাথোই) নি পান্‌ব থাবান্‌সিং অসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি ।

৯. **পোয়নু :** পোয়নু থাদি থা অসিগি নিনি পান্‌ব অমদি হুম্‌নি পান্‌ব থাবান্‌সিং অসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

১০. **ব্রাক্‌চীং:** ব্রাক্‌চীং থাদি থা অসিগি ৬ (তরুক্) নি অমদি ৭ (তরেৎ) নি পান্‌ব থাবান্ অনী অসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

১১. **ফাইরেন্ :** ফাইরেন্ থাদি থা অসিগি ১০ (তরা) নি অমদি ১১ (তরামাথোই) নি পান্‌ব নুমিৎ নিনি অসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

১২. **লম্‌তা :** লম্‌তা থাদি থা অসিগি নিনি পান্‌ব অমদি হুম্নি পান্‌ব থাবান্ নুমিৎসিং অসি কেতু লৈখুন্ চঙ্‌ঙি।

**কেতুন লৈখুন্ চঙ্‌বগি কোক্লব থৌ :** কেতুন লৈখুন্ চঙ্‌ব নুমিৎ থাবান্দ করিগুম্ব ফিভম্‌ন য়াদদুন য়ুম্‌গি যাত্রা হুন্‌ব, য়ুম্বী য়ুংনব উখুল্ তৌবনচিংব হায়রিবসিংসি তঙায়ফদন তৌদব য়াদ্রব ওইরবদি ফত্তবসিং অসি কোক্লব থৌ তৌথোক্‌প য়াই। কেতুন লৈখুন্ চঙ্‌বগি ফত্তব কোক্লব থৌদি—লৈপাক্‌ন সামু ৯ (মাপল্) সারগ হামুক্, য়াইঙং তৈব চেঙ্ হায়রিব পোৎলম্-চৈরম্‌সিং অসি য়াওন থেম্‌দোক্‌লগ লীক্‌লম্‌দ হুন্দোক্কনি। হায়রিব থৌ অসি তৌরবদি ফত্তব পুম্ব কোক্‌ই।

**নামুংব**

চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ (তরানিথোই) অসিগি থা থাগি ওইন নামুংব নুমিৎ থাবান্ তোপ্প-তোপ্প অমুক্ লৈরি। থা-থাগি ওইন লৈরিব নামুংব নুমিৎ থাবান্‌সিং অসিদ অফব থবক্ তৌহেদে। য়ুম্ সাবগী যাত্রা উরেপ্ হুন্‌ব, য়ুম্ সাব হৌবনচিংব অমত্ত ফত্তে। যাত্রা তৌদুন লংফৈ-ঈফৈ চৎথোক্-খোৎতোক্‌পনচিংবসু ফত্তে। নামুংব নুমিৎ নৎত্রগ থাবান্দ হায়রিব থবক্‌সিং অসি তৌরবদি অব্রা-অনা তাগল্লি অমদি অফা অপুন্ নংগল্লি। চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ (তরানিথোই) গি থা থাগি নামুংব থাবান্‌সিং মখাদ পীরি।

১. **সজিবু :** সজিবু থাদি থা অসিগি ৬ (তরুক্) নি অমদি ৭ (তরেৎ) নি পান্ব থাবান্ নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

২. **কালেন্ :** কালেন্ থাদি থা অসিগি নিনি পান্ব থাবান্ নুমিৎ অসি নামুংব নুমিৎনি।

৩. **ইঙা :** ইঙা থাদি থা অসিগি ৮ (নিপাল্) নি পান্ব অমদি ২৩ (কুন্হুম্দোই) নি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

৪. **ইঙেন্ :** ইঙেন্ থাদি থা অসিগি ৬ (তরুক্) নি পান্ব অমদি ১১ (তরামাথোই) নি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

৫. **থৱান্ :** থৱান্ থাদি থা অসিগি নোংম পান্ব অমদি ১৫ (তরামঙা) নি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

৬. **লাংবন্ :** লাংবন্ থাদি থা অসিগি ৮ (নিপাল্) নি পান্ব অমদি ২৩ (কুন্হুম্দোই) নি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

৭. **মেরা :** মেরা থাদি থা অম চূপ্ন নুমিৎ ৩০ (কুন্থ্রানি) নি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

৮. **হিয়াঙ্গৈ :** হিয়াঙ্গৈ থাদি থা অসিগি নোংম পান্ব অমদি নিনি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

৯. **পোয়নু :** পোয়নু থাদি থা অসিগি নিনি পান্ব অমদি ১০ (তরা) নি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

১০. **ব্রাক্চীং :** ব্রাক্চীং থাদি থা অসিগি ১২ (তরানিথোই) নি পান্ব অমদি ২৭ (কুন্তরেৎ) নি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

১১. **ফাইরেন্ :** ফাইরেন্ থাদি থা অসিগি ১৩ (তরাহুম্দোই) নি পান্ব অমদি ১৯ (তরামাপল্) নি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

১২. **লম্তা :** লম্তা থাদি থা অসিগি নোংম পান্ব অমদি নিনি পান্ব নুমিৎ নিনি অসি নামুংব নুমিৎসিংনি।

**যূম্ সাই কক্পগি অফব থৱান্মিচাক্সিং**

যূম্ অম সাব লোইরগ যূম্ অদু কূপ্লিব মায়কৈ মরিদ মচৌ-মচা নাইন চোম্থরক্লিব অমদি হেন্থরক্লিব অহেন্ব ইগি সরূক্সিং চাং মান্নন কক্পবু সাই কক্প কৌই। যূম্ কূপ্প লোইরগ সাই কক্পগি থবক্ অসি নুমিৎ থাবান্ অমদি থৱান্মিচাক্কি অফ-ফত্ত য়েংদন হেক্ত কক্নীংব নুমিৎত কক্প য়াদে। যূম্ সাই কক্পগি অফব থৱান্মিচাক্সিং থৱান্মিচাক্ ২৭ কি মনুংদ তোপ্ন লৈ। যূম্ সাই কক্পগি অফব থৱান্মিচাক্সিংদি ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬ অমদি ২৭ হায়রিব থৱান্মিচাক্ মসীং মঙা অসিন পুব নুমিৎসিংগি মনুংদ খুদোং চাগদব অফব নুমিৎ থাবান্ য়েংলগ সাই কক্কনি। অতৈ লেম্হৌরিব থৱান্মিচাক্সিংন পুব নুমিৎসিংদদি যূম্ সাই কক্প ফত্তে।

**লৈখা, নোংথৌ অমদি লৈপাক্ সোক্প**

নুমিৎ অমদি থাদ গ্রহন্ তৌব, সঙায়সেল্ পাইব, য়ুহা হাব, থবিয়ূম্ সাব অমদি ধুমকেতু থোক্প হায়রিবসিং অসি উরবদি নুমিৎ ৭ নি সুদ্রিঙৈদ লুহোং-খোঙ্দোংবগি যাত্রা তৌব, লাইসঙ্ সঙ্গাব, যূম্ সাব অমদি যূম্ হৌব হায়রিব থবক্ থৌরম্সিং অমত্ত তৌহৈদে। মথক্ত পীরিবসিং অসি থোক্পবু লৈখা, নোংথৌ অমদি লৈপাক্পু উদন সোক্প কৌই।

## নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব অমদি লোয়নব

থ ১২ গি মনুংদ লৈরিব অকক্কব থাবান্ খর চয়োল্ অমগি নুমিৎ তরেৎনিদ তারবদি নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব নুমিৎ অমদি লোয়নব নুমিৎ হায়ন কৌই। অসিগুম্ব নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব অমদি লোয়নব থোক্প নুমিৎ থাবান্সিংদ য়ূম্ সাব হৌব ফত্তে। য়ূম্ হৌব ফত্তবত নত্তন লুহোংব অমদি লম্-তু চৎথোক্ খোত্তোক্প, থৌ-লাং চৎপনচিংবসু ফত্তে। হায়রিব নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক অনী অসিগি য়েক্নব অমদি লোয়নব নুমিৎ থাবান্সিং মখাদ তোপ্ন-তোপ্ন পীরি।

**নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব :**

১. **নোংমাইজিং :** নোংমাইজিং নুমিত্ত ১০ নি, ১১ নি পাল্লবদি নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব নুমিৎনি।

২. **নিংথৌকাব :** নিংথৌকাব নুমিত্ত থাবান্ ২, ৮ পাল্লবদি হায়রিব নুমিৎ অসি নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব নুমিৎনি।

৩. **লৈপাক্পোক্প :** লৈপাক্পোক্প নুমিত্ত থাবান্ ১, ১৭ পাল্লবদি হায়রিব নুমিৎ অসি নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব নুমিৎনি।

৪. **য়ূম্সকৈস :** য়ূম্সকৈস নুমিত্ত থাবান্ ৬, ১৩ পাল্লবদি হায়রিব নুমিৎ অসি নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব নুমিৎনি।

৫. **সগোল্সেন্ :** সগোল্সেন্ নুমিত্ত থাবান্ ১৯, ২৭ পাল্লবদি হায়রিব নুমিৎ অসি নুমিৎক থব্রান্মিচাক্ক য়েক্নব নুমিৎনি।

৬. ঈরাই : ঈরাই নুমিত্ত থাবান্ ৪, ১৫ পাল্লবদি হায়রিব নুমিৎসিং অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক য়েক্‌নব নুমিৎনি।

৭. থাঙ্‌জ : থাঙ্‌জ নুমিত্ত থাবান্ ২২, ২৭ পাল্লবদি হায়রিব নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক য়েক্‌নব নুমিৎনি।

নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব :

১. নোংমাইজিং : নোংমাইজিং নুমিত্ত থাবান্ ১৩ নি পাল্লবদি নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব নুমিৎনি।

২. নিংথৌকাব : নিংথৌকাব নুমিত্ত থাবান্ ২২ নি পাল্লবদি নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব নুমিৎনি।

৩. লৈপাক্‌পোক্‌প : লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত থাবান্ ২৭ নি পাল্লবদি নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব নুমিৎনি।

৪. য়ুম্‌সকৈস : য়ুম্‌সকৈস নুমিত্ত থাবান্ ১৭ নি পাল্লবদি নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব নুমিৎনি।

৫. সগোল্‌সেন্ : সগোল্‌সেন্ নুমিত্ত থাবান্ ৮ নি পাল্লবদি নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব নুমিৎনি।

৬. ঈরাই : ঈরাই নুমিত্ত থাবান্ নোংম পাল্লবদি নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব নুমিৎনি।

৭. থাঙ্‌জ : থাঙ্‌জ নুমিত্ত থাবান্ ৪ নি পাল্লবদি নুমিৎ অসি নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক লোয়নব নুমিৎনি।

## সা-সন্গি সঙ্গোল্ সঙ্গাবগি অফব থৱান্মিচাক্সিং

মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্নচিংবসিং থম্ননব সঙ্গোল্ সাবগি সঙ্গাব তারবদি মসিগি অফব থৱান্মিচাক্সিং লৈ। সঙ্গোল্ সঙ্গাব ফব থৱান্মিচাক্সিংদি— ১, ৫, ৯, ১১, ১৬, ২০, ২৩, ২৫, ২৭ হায়রিব থৱান্মিচাক্ মসীং ৯ অসিনি। অফব থৱান্মিচাক্সিং অসিন পুব নুমিৎ থাবান্ কূপ্ন-মুন্ন য়েংথোক্লগ সা-সন্গি সঙ্গোল্ সঙ্গাবগি থবক্ তৌগনি। অতৈ লেম্হৌরিব থৱান্মিচাক্সিংন পুব নুমিৎসিংদদি সঙ্গোল্ সঙ্গাব ফত্তে।

**অরিব থাচৎ অমসুং থা ১২ গি মমিং**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১. | সজিবু - থাচৎন | | ২. | কালেন্ - থাজলেং | |
| ৩. | ইঙা - থানুংসি | | ৪. | ইঙেন্ - থানৌতোন্ | |
| ৫. | থৱান্ - থায়াইলেন্ | | ৬. | লাংবন্ - কূপ্সনা | |
| ৭. | মেরা - কুপ্ত্রেং | | ৮. | হিয়াঙ্গৈ - থানৌলেং | |
| ৯. | পোয়নু - থানুংয়াই | | ১০. | ৱাক্চীং - লৈখম্ব | |
| ১১. | ফাইরেন্ - লৈনুংয়াই | | ১২. | লম্তা - য়াইখুতোন্ | |

**থৱান্মিচাক্ ২৭ কি মমিং**

মৈতৈগি থৱান্মিচাক্ কুন্তরেৎকি মমিং মথং মনাও নাইন লৈ। থৱান্মিচাক্ কুন্তরেৎ অসিগি মমিং মখাদ পীরি:—

(১) সজিক্ (২) থবা (৩) থাদোন্ (৪) থায়ায় (৫) সাচুং তেল্হৈব (৬) লীক্থা সাফব (৭) চীংচরোইবী (৮) চূংসেন্নুবী (৯) নোংথৌ নাকা (১০) নোংথৌ তুরেল্ (১১) নোংথৌ সামু (১২) সামু অপিসা (১৩) উপোংঙাবাই (১৪) মোইরাং সল্কোল্ (১৫) লুৱাং সল্কোল্ (১৬) নান্বম্ সল্কোল্ (১৭) ওক্পুরোয় (১৮) তাউহুইরেং (১৯)

তোংজেংনুবী (২০) উইতোংকোন্‌ (২১) খোংজোম্‌নুবী (২২) কোরৌনুবী (২৩) মনি মমৌ সিন্‌তাক্‌নবী (২৪) হাওরৈম ঈয়োংথাং (২৫) খাব লৈতাঙ্‌ (২৬) সল্‌পী লৈনীং (২৭) য়াব্রা খুরোল্‌।

**লাইসঙ্‌ অমদি ফৌগৈ সাবগি অফব থাবান্‌সিং**

লাইসঙ্‌ অমদি ফৌগৈ সাবগি যাত্রা হুন্‌ব তারবদি মসিগি অফব থাবান্‌সিংসু তোপ্প লৈ। হায়রিব লাইসঙ্‌ অমদি ফৌগৈ সাব তারবদি অফব থাবান্‌ খল্লগ যাত্রা হুন্দুন সাগনি। লাইসঙ্‌ অমদি ফৌগৈ সাবগি যাত্রা হুন্‌ব য়াব অফব থাবান্‌সিংদি ১, ১১, ১৫, ১৬, ২৭ হায়রিব থাবান্‌সিং অসিনি।

**মাক্‌মৈ থাবান্‌গি য়ুম্‌লাইথোক্‌**

থা অমগি মনুংদ লৈরিব নুমিৎ ৩০ নি অসিগি থাবান্‌ নুমিৎ নুমিৎকি ওইন য়ুম্‌লাইথোক্‌ অফ-ফত্তব লৈ। থাবান্‌ থাবান্‌গি য়ুম্‌লাইথোক্‌ ফব ফত্তব য়েংলগ য়ুম্‌ হৌব, লাইসঙ্‌ অমদি ফৌগৈ সাবনচিংবগি নুমিৎ নীংথিন য়েংথোক্‌লগ তৌব ফৈ। হায়রিব মাক্‌মৈ থাবান্‌গি য়ুম্‌লাইথোক্‌ অফব ফত্তব থাবান্‌-থাবান্‌গি ওইন মখাদ পীরি।

থা নোংম পান্‌বদি লাই চেল্লি। নিনি পান্‌বদি অব্রা-অনা নংঙি। হুম্‌নি পান্‌বদি ফৈ। ৪ নি পান্‌বদি ফত্তে। ৫ নি পান্‌বদি থব্রায় নুংঙাইন লৈ, ফৈ। ৬ নি পান্‌বদি ব্রাকোং সিংকোং নংঙি, ফত্তে। ৭ নি পান্‌বদি মী সি ফত্তে। ৮ নি পান্‌বদি খূদক্ত লন্‌-থুম্‌ তিংঙি, ফত্তে। ৯ নি পান্‌বদি য়ুম্‌দু অতিংঙানি ফত্তে। ১০ নি পান্‌বদি অফ-নুংঙাই ফংজৈ, ফৈ। ১১ নি পান্‌বদি য়ুম্‌গি য়ুম্বু সোন্‌দম্‌ নাদম্‌মি, ফত্তে অদুবু ফৌগৈ অমদি লাইসঙ্‌ সাবদি য়াম্ন ফৈ। ১২ নি পান্‌বদি য়ুম্‌দু মন্‌ত্রিঙৈদ ব্রাথোক্‌ ব্রাকোং নংঙি, ফত্তে। ১৩ নি পান্‌বদি য়ুম্‌ অদুগি মী অহুম্‌ সিগনি, ফত্তে। ১৪ নি পান্‌বদি মৈদগি অকিব, মিপাইব নংঙি, মৈহৌ-লাংপোক্‌ থোক্‌ই, ফত্তে। ১৫ নি

পান্বদি ব্রা অখংব, অকি তুজুংব নংঙি, ফত্তে। ১৬ নি পান্বদি য়ূম্ অদুগি মী অম সি, ফত্তে। ১৭ নি পান্বদ য়ূম্ হৌবদি লাই চেল্লি। ১৮ নি পান্বদ য়ূম্ হৌবদি মৈহৌ-লাংপোক্ নংঙি, মৈদগি অকিব নংঙি ফত্তে। ১৯ নি পান্বদি য়ূম্ হৌবদ য়ূন্ মপু সোল্লি ফত্তে। ২০ নি পান্বদি য়ূম্দুগি মখাদ লৈবদ অফব, নুংঙাইব ফংজৈ, ফৈ। ২১ নি পান্বদি অব্রা-নুংসি নংঙি, ফত্তে। ২২ নি পান্বদি মতু-মচা খঙ্জৈ। ফৈ। ২৩ নি পান্বদি লন্-থুম্ য়াম্ন তিংঙি, ফত্তে। ২৪ নি পান্বদি মৈদগি মিপাইব নংঙি, ফত্তে। ২৫ নি পান্বদি মীগি ফত্তব মব্রা-মপাউ তাব ফংঙি। ২৬ নি পান্বদি য়ূম্ অদুগী মী অহুম্ সি, ফত্তে। ২৭ নি পান্বদি লন্-থুম্, অপান্-অরাক্, অফব পোৎ-চৈ ফংজৈ, ফৈ। ২৮ নি পান্বদি মীগি থবক্ তৌরুবদ মীরা-মৈসা লাংঙি, মীগি মীপাউ অমদি ঈরাং য়াম্ন নংঙি, ফত্তে। ২৯ নি পান্বদি ব্রা ফত্তব তাব ফংঙি। ৩০ নি পান্বদি অফব পোৎ-চৈ, মমল্ য়াম্ব লন্-থুম্ ফংজৈ, ফৈ।

# ৮. পরিং

য়ূম্ অম সাব মতম্দ সাগদৌরিব য়ূম্ অদু করম্ব মফম্দ সাগদগে, কয়া য়াম্ল পাক্‌হন্-সাংহন্‌গদগে, কা কয়া লৈগদগে হায়বনচিংনগি চপ্ চাব পাক্-চাউব ফিরেপ্ অম খঙ্‌দোক্লগ য়ূম্ সাব হৌনবগিদমক্ পরিং হুন্‌বগি থবক্ অসি তৌদব য়াদ্রব অমনি। পরিং হুন্‌ব হায়বসি য়াম্ল লুব থবক্‌নি। মসিদ য়ূম্ অমগি যাত্রা মফম্, য়ূম্‌গি কা মসীং, কাসিংগি কাযাৎ, য়ূম্বী অমদি লোয়উ য়ুংননব মফম্, উখোঙ্‌সিংগি অরাও-অখূ, য়ূম্‌গি মায়ওন্, খায়ূম্ লৈব, য়ূম্লাইথোক্‌নচিংব নীংথিন চপ্‌চান লেপ্‌হৌগদৌরিবনি। মরম্ অসিন পরিং হুন্‌বগি থবক্ অসি য়ূম্‌সারোল্‌গি কাঙ্‌লোন্ কূপ্ন, মুন্ন খঙ্-হৈব মীসক্‌পু পরিং হুল্‌হন্‌গনি।

পরিং হুন্‌বগি য়ুংগদৌরিব চূক্‌সিং অসিসু হেক্ত তরাই-তরাইন য়ুংব য়াদে। চূক্ য়ুংবসু মসিগি তৌফম্ থোক্‌প কাঙ্‌লোন্‌সিং লৈ। থবক্ খূদিংমক্ অসি মাগি-মাগি কাঙ্‌লোন্ কায়দন তৌগনি। য়ূম্ অমগি অহান্‌ব পরিং থাদ্রিঙৈদ মখাগি লাইসোন্ অসি সোন্‌গনি।

**লাইসোন্:— "পরিং মপুদি মার্জিংনি। মমিংদি য়েকোতিংব কৌই।"**

**লাইসোন্** অসি হান্ন সোল্লগ পরিং থাগনি। পরিং থারগ য়ুংগদব চূক্ উরোং থাদ্রিঙৈদ হান্ন সোন্গদব লাইসোন্দি-

***" মৈরম্গি চূক্ মমিংদি লৈসাতাউ কৌই। চীংখৈগিদি নোংসাতাউ কৌই। মোইরাংলাইজিগি চূক্ মমিংদি নোংখোম্তাউ কৌই। উরোং চূক্কি মপু উরুঙ্বদি থব্রানুমিচাক্ কুরু সিদবনি। মমিংদি অঙ্গো কৌএ।"***

মথক্কি লাইসোন্ অসি য়ুংগদৌরিব য়েংদৌ চূক্কি মচীন্দ সোন্গনি। অদুগ চূক্ য়ুংব মতম্দ সোন্গদব লাইসোন্দি-

**"মহেন্দ্রি মমিংদি মী মনিক হুঁ তং লৈসং তরক্ কৌএ।"**

হায়রিব লাইসোন্ অসি সোল্লগ চূক্ য়ুংলগনি। চূক্ য়ুংব লোইরগ লং অহিংবন পরিং হুন্গনি। পরিং হুন্বগি লাইমিংদি-

***" লাই মমিংদি লৈপাক্পু ফা কৌএ। অতিংঙাবু কোং কৌএ।"***

হায়রিব লাইমিং অসি হায়দুন পরিং হুন্গনি। "য়ূম্গি মপুদি নোংপোক্ অপান্বনি। চূক্কি মপুদি সনামহীনি। নুংসাস্বরগি মপুদি পাখংবনি। পরিংগি মপুদি লৈমরেল্নি।" পরিংগি থৌরী অদুন খোয়রীনি। পরিং তিংবগি থৌরী অদু তৎপ য়াদে, তৌহৈদে। তৎলবদি য়ূম্ অদু সাব য়াদ্রে, অমুক্ হন্ব তারে। ফম্মেন্গি সূম্গি মমিংদি " **চেংঙারেল্**" কৌই। ফম্মেন্গি চূক্ য়ুংবদ " **চেংঙা নঙ্গি খুবম্ লেঙ্গনু**" হায়রগ য়ুংগনি। মোইরাং লাইজিগি সূম্ মমিংদি "য়ুচেংব" কৌই। মোইরাং লাইজিগি চূক্ য়ুংবদ " **য়ুচেং নঙ্ লেঙ্গনু**" হায়ন য়ুংগনি। কৌব্রুগি সূম্ মমিংদি "**য়ুহা**" কৌই। কৌব্রু সূম্গি চূক্ য়ুংবদ "**য়ুহা নঙ্ হাগনু**" হায়ন য়ুংগনি। চীংখৈ সূম্গি মমিংদি "**থব্রা**" কৌই। চীংখৈ সূম্গি চূক্ য়ুংবদ " **থব্রা নঙ্ নমায় লৈসিল্লু**" হায়ন য়ুংগনি।

পরিংন অতিংকোক্ কুরুনি। লাংসঙ্ন লৈমরেল্নি। পরিংন ইপানি, লাংসঙ্ন ইমানি। অতিংকোক্ কুরু ইপাগি মতীক্ ময়ায় য়েল্লূপ্ ফম্বী অথূপ্পবু কুরু ইপা মহাক্কি অমদি লৈমরেল্ ইমা মহাক্কি মতীক্ ময়ায়নি। পরিংন ফাদুন থম্লিব সঙ্ অদুবু **"লাংসঙ্"** হায়ন কৌই। ইপা কুরু অমদি ইমা লৈমরেল্ অনীগি মমিংবু **"পরিং লাংসঙ্"** কৌই, পরিং লাংসঙ্গি মমিং পূন্নমক্ **"সারি"** কৌই, **"মুনু খম্তোম্সু"** কৌই, **"তেক্কা কাতাং কাসেম্বসু"** কৌই। পরিংনে, লাংসঙ্নে অমদি য়ূম্ তম্বনে অহুম্মক্কি মমিংদি পরিংগি মমিংন **"মাক্সারি"**, লাংসঙ্গি মমিংন **"মুনু খম্তোম্"**, য়ূম্ তম্বগি মমিংন **" তেক্কা কাতাং কাসেম্ব"** কৌই। লাংসঙ্গি উরোং চূক্ হান্ন য়ূংবদু হেক্ত সৎপ ফূক্প তৌহেদে, নামুংঙি। পরিং হুন্বগি চূক্ সৎপদি চূক্সৎলোন্ন সৎকনি। মওঙ্ অমদি মরম্ খঙ্দন পরিং লাংসঙ্ হুন্ব ফত্তে। মওঙ্ খঙ্ব, মরম্ খঙ্ব অহৈব, অখঙ্ব মীবু কূপ্ন, মুন্ন য়েংলগ পরিং হুল্হন্গনি।

## পরিং লাংসঙ্ হুন্বগি থৌরম্

য়ূম্ অম সাবগি পরিং লাংসঙ্ হুন্বগি থৌরম্ অসি য়াম্ন মরু ওইব অমদি অরুব থৌরম্নি। থৌরম্ অসি সোয়দ-ঙাম্দন, অফব নিয়ম্ চুম্ব য়ূম্ অম ওইদুন নুংঙাই য়াইফন পান্ব ঙম্নব কাঙ্লোন্ চুম্ন পরিং লাংসঙ্ হুন্গনি। পরিং লাংসঙ্ হুল্লম্দাইদ তৌগদব থৌরম্ মসিল্, পোৎচঙ্-চৈজঙ্ অমদি লাইসোন্-তীন্সোল্নচিংব তোপ্প লৈ। মসিগি অকূপ্প মরম্ মখাদ পীরি। কাঙ্লোন্সিং অসি কায়দন পাঙ্থোক্লগ য়ূম্ অমগি পরিং লাংসঙ্ হুন্গনি।

**পোৎচঙ্ :** পরিং লাংসঙ্ হুল্লম্দাইদ তৌগদব থৌরম্ মসিল্গি চঙ্গদব পোৎলম্সিংদি সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি য়ূম্ফম্গি লম্য়ায় কারন্দ ফি মরাক্

তাব অম থারগ চেঙ্ লূক্ অহুম্ হাপ্কনি। থারিব ফি অদুদ অতৈ পোৎলম্সিং - পরিং তিংবদ য়ুংগদৌরিব চূক্সিং, লফোয় চঙ্ থোক্প লফাং অহুম, চূক্তুগি মথক্ত পরিং তিংনব লং নৎত্রগ থৌরী হায়রিবসিং অসি লোইন হাপ্কনি। সীল্লি লাঙ্লিব পোৎলম্ চৈরম্ পূন্নমক্ অদু ঈহান্ হান্ন তাইরেল্, পুংফাই অমদি লাংথ্রৈ হায়রিব পোৎলম্ অহুম্সি পূন্ন পায়দুন ঈসিং অসেংব নাহৈফ্ অমদ হাপ্লগ লূপতুন অনম্-অথৌ লাইসোন্ সোল্লগ অনম্ অথৌ কোক্থোক্কনি। মথংদি যূমদাই নাক্সেং অমদি অপোক্লোন্ সোন্দুন পোৎলম্ চৈরম্ পূন্নমক্ সেংদোক্কনি। পরিং লাংসঙ্ হুন্বগি পোৎলম্ পূন্ব সেংদোক্প লোইরগ পূংখন্বলোন্, পোংনিং লাইসোন্ অমদি উমংলোন্ সোন্গনি। মসিগি মতুংদ লক্ষ্মীৎলোন্ অমদি মায়কৈ তরাগি লাইসোন্ সোন্গনি।*

মথক্কি লাইসোন্সিং অসি সোন্ব লোইরগ পরিং লাংসঙ্ হুন্বগি চূক্তু যৈগনি। পরিং লাংসঙ্ হুন্বগি চূক্ যৈরম্দাইদ মখাগি লাইসোন্ অসি হান্ন হায়রগ যৈগনি।

লাইসোন্ :— *" হে কুরু লৈনুং খোঙ্হনূবী পরিং হুন্ব, লাংসঙ্ সূব, উলোই পান্ব, উলিং পান্ব, উরেং পান্ব মরিমক্পূ থব্রা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহা কৌই। সেক্মোম্ কাইবী পরিং লাংসঙ্থক্ত মিসেং খোংলিবগুম্বনু লীহৌরক্প হে কুরু নমিংবু মারমাব হায়ন কৌএ।"*

মথক্কি লাইসোন্ অসি সোন্দুন পরিং হুন্গনি। হায়রিব মথক্কি থৌরম্ মসিল্ অসি পরিং লাংসঙ্ হুন্ব খূদিংমক্ত তৌগদব মথৌ থৌরম্নি। হায়রিবসিং অসি কায়হন্দন, সোয়হন্দন পাঙ্থোক্কনি।

---

* পরিং হুল্লম্দাইদ সোন্গদব লাইসোন্সিং অসি মনীংদ য়াওরিব লাইসোন্গি সরাক্ত ফংগনি।

## চূক্সৎলোন্

য়ূম্ অমগি পরিং লাংসঙ্ হূন্বগি য়ুংলিব চূক্সিং অদু মফম্ মরাং খঙ্দন হেক্ত ফূক্তোক্ সৎতোক্প য়াদে, নামুংঙি। চূক্সিং অদু ফূক্পগি চূক্সৎলোন্ তোপ্ন লৈ। চূক্ সৎপ মতম্দ হান্ন য়ূম্ তম্বগি পরিং লাংসঙ্ হূন্বদ য়ুংখিব চূক্সিং অদুগি অহৌব অমদি অরোইব অদু মসক্ মুন্ন খঙ্হৌগনি। য়ুংলম্লিব চূক্সিং অদু য়ূম্ সাগদৌরিব মীসক্ অদুন হেক্ত ফূক্তোক্প, সৎতোক্প য়াম্ন লুই। চূক্ সৎপ তারবদি লাংসঙ্ চূক্তি লৈমরেল্নি। মরম্ অদুন লৈমরেল্ চূক্সৎলোন্ন চূক্ সৎকনি। লৈমরেল্ চূক্সৎলোন্গি লাইমিং লাইসোন্দি :-

**লাইসোন্ :–** *"লৈনুং থারুক্পী, অসে পিহৌ হো হৌ হো। হৌ হো। ফূক্ ফূক্লবনি, সৎলবনি। ঐন ফূক্প সৎপ নত্তে, ইমা লৈমরেল্ সিদবীন ফূক্পনি, সৎপনি সৎ সৎলবনে।"*

হায়রিব মথক্কি লৈমরেল্ চূক্সৎলোন্গি লাইমিং লাইসোন্ অসি সোল্লগ য়ুংলিব চূক্ অদু ফূক্কদবনি।

## পরিংন কাপ্প

য়ূম্ তম্ব মতম্দ য়ূম্ তম্লিব মী অদুন পরিং হূন্বগি লং নৎত্রগ থৌরী অদু অমুক্ত পায়য়ু হায়দুন পায়রগ চৎপদ য়ূম্ তম্লিব মী অদুন মপূক্ ফত্তদুন পরিংন কাপ্লক্লবদি মদুদ করিনো অম তৌরক্লে হায়ব খঙ্জহৌরবদি খূদক্ অদুদ পরিং পায়রিব মী অদু পরিংন কাপ্প চঙ্দনব মসা ভাক্থোক্চহৌব য়াই। পরিংন কাপ্প ভাক্থোক্নবদি মখাগি লাইসোন্ অসি সোল্লগ পায়রিব পরিং অদু নোম্দুন হন্গদবনি। হন্ন হন্ন কাপ্লক্লিবমখৈ হন্ন হন্ন সোন্দুন হন্গদবনি। পরিংন কাপ্প হন্নব লাইসোন্দি—

***লাইসোন্ :— "সংরৈ নচুন লৈথোক্পিও, মহীরেল্ সনামহী সো হং মী হং হুরু হং হল্লো। মঙোন্দ হল্লো কুরুগি য়াথংনে।"***

লাইসোন্ অসি সোল্লগ পায়রিব পরিংদু থোক্-থোক্ নোম্দুন হন্গনি। অসুম্ন তৌরবদি পরিং কাপ্লক্পদ চঙ্ব ঙম্লোই কাপ্লক্লিব মী অদুদ হন্জখিগনি।

**চূক্ য়ুংব অমদি পরিং পায়ব**

য়ূম্ অম নৌন সাবগি য়ূম্ তম্ব মতম্দ য়ূম্ সাগদৌরিব মী-মীদুগি পোক্প নুমিৎকি মতুং ইন্ন পরিং হুন্বগি পরিং পায়গদব মীসক্ অমদি চূক্ য়ুংগদব মীগি মসক্ তোপ্ন লৈ। মী অমন হেক্ত পরিং পায়হন্ব অমদি চূক্ য়ুংহন্ব য়াদে। মাঙ্-তাক্প য়াব কয়া লৈ। পায়ফম থোক্প, য়ুংফম্ থোক্প মীন পরিং অমদি চূক্ পায়হন-য়ুংহল্লবদি সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ পুন্সি নুংসাংব, লন্-থুম্, চাব-থক্প মরাং কায়ব, মিং চৎপ, মীন চান্ব, সা-সন্ অমদি নাই ফংজবনাচিংব অফ-নুংঙাই ফংজৈ। মরম্ অসিন য়ূম্ তম্ব মতম্দ করম্ব মীসক্ন পরিং পায়হন্গদগে অমদি চূক্ য়ুংহন্গদগে হায়ব কূপ্প-মুন্ন য়েংহৌগনি। মখাদ য়ূম্ সাগদৌরিব মী-মীগি মপোক্ নুমিৎকি মতুং ইন্ন করম্ব মীসক্ন পরিং পায়গদগে অমদি চূক্ য়ুংগদগে হায়ব নুমিৎ-নুমিৎকি ওইন তাক্লি।

১. **নোংমাইজিং পোক্প :** নোংমাইজিং নুমিত্ত পোক্প মীন য়ূম্ সারবদি সগোল্সেন্ নুমিৎত পোক্প মীন পরিং পায়হন্গনি অদুগ থাঙ্জ নুমিৎত পোক্প মীন চূক্ য়ুংহন্গনি। হায়রিবসি তৌরবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ পুন্সি নুংসাংঙি, লন্-থুম্ চঙ্ঙি, চাব-থক্প মরাং কায়, অনা-অয়েক্ য়াওদন পাল্লি। অদুবু সগোল্সেন্ পোক্প মীন পরিং পায়রগ নিংথৌকাব পোক্প মীন চূক্ য়ুংলবদি য়ূম্ অদুদ লৈব মী অদু মাঙ্ তাক্ই, অৱা-অনা নংঙি ফত্তে।

২. **নিংথৌকাব পোক্প :** নিংথৌকাব পোক্প মীন য়ূম্ সারবদি ঈরাই নৎত্রগ থাঙ্জ নুমিৎত পোক্প মীন পরিং পায়গনি অদুগ নোংমাইজিং নুমিৎত পোক্প মীন চূক্ য়ুংহন্গনি। হায়রিবসি তৌরবদি সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ লন্-থুম্, সনা লুপাগি মপু ওইব ফংজে। য়ূম্সকৈস নৎত্রগ সগোল্সেন্ পোক্প মীন পরিং পায়রগ লৈপাক্পোক্প নুমিৎ পোক্প মীন চূক্ য়ুংলবদি য়ূম্ অদুদ লৈবদ মীসি-মীনা নংঙি ফত্তে।

৩. **লৈপাক্পোক্প পোক্প :** লৈপাক্পোক্প নুমিত্ত পোক্প মীন য়ূম্ সাব তারবদি নোংমাইজিং নৎত্রগ থাঙ্জ নুমিৎ পোক্প মীন পরিং পায়হন্গনি। নিংথৌকাব নুমিৎত পোক্প মীন চূক্ য়ুংহন্গনি। হায়রিব অসি তৌরবদি য়ূম্ অদুদ লৈবদ মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্নচিংব ফংজৈ, মরল্ মথুম্ মরাং কায়ন চঙ্ঙি। সগোল্সেন্ নৎত্রগ ঈরাই নুমিত্ত পোক্প মীন পরিং পায়রগ য়ূম্সকৈস নুমিৎ পোক্প মীন চূক্ য়ুংলবদি য়ূম্ অদুদ লৈবদ অমাঙ্-অতাক্ নংঙি, সন্-নাই মাঙ্ঙি ফত্তে।

৪. **য়ূম্সকৈস পোক্প :** য়ূম্সকৈস নুমিত্ত পোক্প মীন য়ূম্ সাব তারবদি নোংমাইজিং নৎত্রগ নিংথৌকাব নুমিত্ত পোক্প মীন পরিং পায়হনগনি অদুগ লৈপাক্পোক্প নুমিত্ত পোক্প মীন চূক্ য়ুংহন্গনি। হায়রিবসি তৌরবদি সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ মিং চৎলি, মীন চাল্লি, চাব-থক্প মরাং কায়জে। ঈরাই নৎত্রগ থাঙ্জ নুমিত্ত পোক্প মীন পরিং পায়রগ সগোল্সেন্ নুমিত্ত পোক্প মীন চূক্ য়ুংলবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈব মতম্দ মীসি-মীনা থোক্ই, লন্-থুম্ মাঙ্ তাক্ই ফত্তে।

৫. **সগোল্সেন্ পোক্প :** সগোল্সেন্ নুমিৎত পোক্প মীন য়ূম্ সারবদি নিংথৌকাব নৎত্রগ লৈপাক্পোক্প নুমিত্ত পোক্প মীন পরিং পায়হন্গনি। সগোল্সেন্ নুমিত্ত পোক্প মীন চূক্ য়ুংহন্গনি। হায়রিবসি তৌরবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্, মীনাই-মীসন্, অমদি সনা লুপাগি মপু ওইব ফংজৈ। নোংমাইজিং নৎত্রগ থাঙ্জ নুমিৎত পোক্প মীন

পরিং পায়রগ থাঙ্জ নুমিৎ পোক্প মীন চূক্ য়ুংলবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ ইমুং-মনুং মাঙ্-তাক্ই, পুন্সি ময়েং তাই ফত্তে।

৬. **ঈরাই পোক্প :** ঈরাই নুমিত্ত পোক্প মীন য়ূম্ সাব তারবদি লৈপাক্পোক্প নৎত্রগ য়ূম্সকৈস নুমিত্ত পোক্প মীন পরিং পায়হন্গনি অদুগ সগোল্সেন্ নুমিৎত পোক্প মীন চূক্ য়ুংহন্গনি। অদু ওইরবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ মীন চাল্লি লন্-থুম্ অমদি অপান্-অরাক্ ফংজে। নোংমাইজিং নৎত্রগ নিংথৌকাব নুমিৎত পোক্প মীন পরিং পায়রগ থাঙ্জ নুমিৎত পোক্প মীন চূক্ য়ুংলবদি মাঙ্-তাক্ই, পুন্সি ময়েং থুন তাই ফত্তে।

৭. **থাঙ্জ পোক্প :** থাঙ্জ নুমিত্ত পোক্প মীন য়ূম্ সারবদি য়ূম্সকৈস নৎত্রগ সগোল্সেন্ নুমিৎত পোক্প মীন পরিং পায়হন্গনি অদুগ ঈরাই নুমিৎত পোক্প মীন চূক্ য়ুংহন্গনি। অদু ওইরবদি সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ হী-য়াই, সনা-লুপা ফংজে। লৈপাক্পোক্প নুমিৎত পোক্প মীন পরিং পায়রগ নোংমাইজিং নুমিত্ত পোক্প মীন চূক্ য়ুংলবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ অৱা-অনা অমদি নুংসিব নংঙি ফত্তে।

## নুমিৎ নুমিৎকি পরিং থাবগি মরোল্

নোংমাইজিং নুমিৎত পরিং থাবদি মী অফব লাক্ই। নিংথৌকাব নুমিৎত পরিং থাবদি পরিং অমুরক্ত চানৈ। লৈপাক্পোক্প নুমিৎত পরিং থাবদি পরিং মচা অম তৎলি। তৎত্রবদি কান্গে তৌই। য়ূম্সকৈস নুমিৎত পরিং থাবদি খূৎ হোংঙি। সগোল্সেন্ নুমিৎত পরিং থাবদি অহুম্লক্ত চানৈ, মী অফব উনৈ। ঈরাই নুমিৎত পরিং থাবদি মমাঙ্ নৎত্রগ মতুংদ থৌদোক্ অম থোক্ই। থাঙ্জ নুমিৎত পরিং থাবদি পরিং মঙারক্ত চানৈ, উ সুব, খেন্ তম্ব অনীমক্ত সোক্ই।

পরিং থাবদ পরিং তৎপ, উ অমদি চফ্ কায়ব, পরিং মকোই থোক্প তৌইহেদে। হায়রিবসিং অসি ওইরবদি পরিং অমুক্ হন্গনি।

# ৯. কা য়াৎপ

যূম্ অম সাব তারবদি সাগদৌরিব যূম্ অদুগি কা কয়া লৈহন্গদগে, কয়া য়াম্ন সাংহন্গনি অমদি কয়া য়াম্ন পাক্হন্গনি হায়বসি মাঙ্জৌনন লৈহন্নীংলিব কা মসীংগি মতুং ইন্ন যূম্গি কায়াৎ য়াৎথোক্প তাই। যূম্গি কা য়াৎপ মতম্দ কা মসীং মাপল্, তরেৎ, মঙা, মরি, অহুম্ অসুম্ হায়ন চৎনৈ। মমাঙ্ঙৈদদি মী-মীগি থাক্ মতুং ইন্ন লৈননব যূম্গি কাসু অকক্লব মসীং লৈরম্মি। খুদম্ ওইন নিংথৌগি লৈননব সনা সঙ্গায়গি কা মাপল্, অঙম্ অথৌ ফম্নাই-তুনাইবসিংগি লৈননব যূম্ কা তরেৎ, মীচম্ অয়াম্বসিংগি লৈননব যূম্ কা মঙা, মরি অসুম্ন চৎনরক্ই। হায়রিবসিংসি লাইখল্ তাব যূম্জাউ সাবগিনি। অদুবু হৌজিক্তি খা-ব্রাং ফৈন সাব যূম্ন নম্ন সাব চৎনরক্লব মতম্সিদদি কা অহুম্গিন অয়াম্ব সানরে। কনাগুম্বন কা মরি, মঙা নৎত্রগ চেক্কি নূংগি সাব তারবদি অকক্লব কা মসীং হায়ব লুরে। কা অহুম্গি খা-ব্রাং ফৈন সানরিব অফৈব যূম্গি কা য়াৎপ তারবদি ময়ায়গি কান খ্বাইদগী চাউহন্গনি। অব্রাং ইথং থংব কান খ্বাইদগি পীক্হন্গনি।

লাইনিংথৌ সনামহীগি কা ওইগদৌরিব মখা থংব কান অৱাং থংব কাদগি য়াম্ব্রবদ খূবাক্ অমরোম্দং ওইরবসু চাউব হেল্হন্গনি।

মপুং ওইন লৈপাক্ মীয়াম্, মীচম্সিংগি লৈননব কা মঙাগি নৎত্রগ মরিগি যূম্ লাইখন্ তাব সাবগি চৎনরক্প কায়াৎকি নিয়ম্ কাঙ্লোন্ খর করম্ন কা য়াৎকদগে হায়বগি মওং পীরি। কা মঙাগি যূম্ সাব তারবদি লপ্লেন্ কা অনী সুগনি অদুগ কা মরিগি যূম্ ওইব তারবদি লপ্লেন্ কা অমতমক্ লৈগনি। লপ্লেন্ কান যূম্ অমগি কা খূদিংমক্তগি চাউব হেল্হন্গনি। কা য়াৎপ মতম্দ চেক্সিন্গদবদি ফম্মেন্লোম্গি ফম্মেন্গি খূয়ারোম্গি কান লাওরবদি যূম্ অদুগি মপু সি। মাঙ্সোক্ন লাওরবদি লন্গি মপু ওইব ফংজে। মরম্ অসিন যূম্গি কা য়াৎপ লুই, কূপ্ন মুন্ন য়েংলগ কা য়াৎকনি। কা য়াৎপগি কাঙ্লোন্ কূপ্ন খঙ্ব অহৈব মীবু সাগদৌরিব যূম্ অদুগি কা নীংথিন য়াৎহন্গনি। কা য়াৎপদ নীংথিন য়েংহৌদ্রবদি লম্জে মপান্ থোক্প, কারন্ মপান্ থোক্প, যূম্লাইথোক্ তাবনচিংব থোক্পদগি ইমুং মনুংদ মীসি-মীনা, অৱা-অনা কয়া থোক্প য়াই। অসিদসু নত্তন য়োইমোংব কারন্, লাই কারন্, তাউরোইনাই কারন্, নোংমদোন্ কারন্, উসোই কারন্নচিংব কয়া অমসু লৈরি। পূম্নমক্সিগি লৈফম্ থোক্প, থম্ফম্ থোক্প মফম্দ কূপ্ন মুন্ন য়েংলগ থম্গনি।

যূম্ কা মরি লৈবগি কায়াৎ মওং খঙ্নব মখাদ খূৎয়েক্-৭ সুনদ কা-কাগি মমিংনচিংব উৎতুন পীরি।

## কা মরিগি কায়াৎ

যূম্গি কা য়াৎপদ ইমা লৈমরেল্ সিদবীগি খুবম্ য়ানরিব লপ্লেন্ কান যূম্ অমগি কা খূদিংমক্তগি চাউব হেল্হন্গনি। মরম্ অসিন ইমা লৈমরেল্ সিদবীবু "লৈমরেল্ কাজাউ য়াবী" হায়ন সৈথানরিবনি। লৈমরেল্ ইমাগি খুবম্ য়াফম্ ওইরিব লপ্লেন্ কান অতৈ কাসিংদগি পীক্লবদি যূম্গি যুম্বু সি, ইমুং অদু নুংঙাইব ঙম্লোই অৱা তুরৈ-ইরৈ চন্গনি।

নোংপোক্

| চীংখৈগি সূম্ | | | | মৈরম্গি সূম্ |
|---|---|---|---|---|
| | মাঙ্সোক্ | মাঙ্গোল্ | ফম্মেন্ | |
| | নিংগোল্ কা | | লুখুম্ কা | |
| | লপ্লেন্ | মাঙ্সোক্ | ফম্মেন্ কা | |
| | চাক্খুম্ কা | | সনামহী কা | |
| কৌব্রুগি সূম্ | | | | মোইরাং লাইহিজিগি সূম্ |

খুৎয়েক্-৭

## লম্জৈ মপান্ থোক্পা

য়ূম্গি পরিং হুন্বদ পরিং অদুগি মনীং মমাঙ্গি অসাংব অদু সরূক্ অনী থোক্ন থূপ্লগ মদুন তাব মফম্ হায়বদি য়ূম্ অদুগি অসাংবগি ময়ায়, তংখাইগি মফম্ অদুবু য়ূম্গি কারন্ তৌই। হায়রিব য়ূম্গি কারন্ অসি মফম্ খঙ্নব থম্গনি। মনী উখোক্তেন্দগি লম্জৈ ওয়্ঙোরক্পদ লম্জৈ মপান্ থোক্হল্লোইদবনি। থোঙ্জীন্ মনুংদ লম্জৈ মতোন্ন তাহন্গনি। মসি ওইরবদি লম্জৈ মপান্ থোক্প কৌদে। লম্জৈ মপান্ থোক্প কৌবদি মনীং উখোক্তেন্দগি ওয়্ঙোরক্পদ থোঙ্জীন্গি ৱাংমদ খূবোম্ অম করি অম হেন্দোক্ন লম্জৈ মতোন্ন তারবদি লম্জৈ মপান্ থোক্প কৌই। লম্জৈ মপান্ থোক্পদি ফত্তে।

## কারন্ মপান্ থোক্পা

লম্জৈন মপান্দগি ওন্সিন্বনে, মনীংলোম্দগি ওহোক্লক্পনে অনীগি মরক্ তংখাই অদুন তাব মফম্ অদুবু কারন্ কৌই। হায়রিব কারন্ অসিন থোঙ্জীন্গি মপান্দ তারবদি "অসি কারন্" কৌই। মনুংদ তারবদি "থোঙ্ কারন্" কৌই। কারন্ ময়ায়দ লোয়উ য়ুংফদে। য়োৎহ্লিং চন্ব নংঙি। য়ুম্গি ময়ুংগি তংখাই ঙসাই মথক্ত হায়খিব য়ুম্গি কারনন্ যাত্রাদগি মনুং চন্ব ফৈ। মপান্দ তারবদি মসিসু কারন্ মপান্ থোক্পা কৌই। য়ুম্গি কারনন্ মপান্ থোক্লবদি য়ুম্ অদুগি মপু, য়ুম্ মৈ চাক্প, য়ুম্ অদুগি মপু সিবনচিংব নংঙি। মরম্ অসিন য়ুম্গি কা য়াৎপদ কারন্ মপান্ থোক্প অসি কৃপ্ন মুন্ন য়েংহৌগনি। লম্জৈন যাত্রাদগি চাক্খুম্লোম্দ ওন্সিন্বদ লৈরঙ্ ময়ায়মক্তদ লম্জে মচীন্ন তারবদি য়ুম্ মৈ হৌই। ঝাৎপ অম নৎত্রগ হেন্দোক্প অম ফৈ।

কারন্গি লোইফম্দি চীংখৈ অসিনি। চীংখৈ অসিদ লাইনিংথৌ সনামহী অমদি সম্থোং অপান্বী ইমা ইবেম্ম অনীগি মীৎয়েংফম্ ওইংগদৌরিবনি। মরম্ অদুন লাইনিংথৌগি মীৎয়েংফম্ অসিন মপান্ থোক্ল লৈরবদি খুয়া তুসিৎপ ঝাৎলি অমদি লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগি মঙাল্ ফংবদ থীল্লি। কারন্গি অরোইব চীংখৈ অসিবু "কারন্" মফম্ অম কৌই। পরিং হুন্ব লোইদুন কারন্ নীংথিন তারব মতম্দ চীংখৈ কারন্গি মফম্সিদগি খুদোল্ অহুম্দং চৎখৎন কারন্গি মফম্ থম্হৌগনি। মসিবু কাবন্ মনুং চঙ্ব হায়ন কৌই।

মথক্ত হায়রিব কারন্ অসিদ খুদোল্ অহুম্গুম্ব হাপ্হৌদ্রবদি অমসুং চীংখৈ কারন্ মফম্ অসিন খর চঙ্সিন্ন লৈথোক্খ্রবদি "কারন্ মপান্ থোক্প" কৌই। কারন্ মপান্ থোক্ন সাগ্রব য়ুম্দ লৈব মীন চাওখৎপ থীল্লি। চীংখৈ কারন্ মফম্ অসি লাইনিংথৌ সনামহীগি থোঙ্নি। য়ুম্ সাবগি পরিং হুন্ব মতম্দ য়াম্ন চেক্সিন্ন য়েংহৌগনি।

## ইংখোল্ কারন্

ইংখোল্ অমগি মনুংদ ইংখোল্ কারন্গি মফম্ অসি ইংখোল্ অদুগি মনুংদ য়ূম্-কৈ সাব তারক্পদ য়াম্ন মরূ ওইব মফম্নি।য়ূম্ অম সাবগি পরিং হুনব্ তারবদি ইংখোল্ কারন্ হান্ন য়েংলগ কারন্গি মফম্ অসি মফম্ কদায়দ থম্গদগে অমদি তাহন্গদগে হায়ব কূপ্ন মুন্ন য়েংনৈ। ইংখোল্ কারনন তারিব মফম্ অদু য়েংলগ য়ূম্গি য়ূম্ফম্ অমদি কায়াৎ থিগনি।

ইংখোল্ কারন্ হায়বসি ইংখোল্ অমগি মনীংগি অরোইব লম্খৈদগি মমাঙ্গি অরোইব লম্খৈ ফাওবগি অসাংব ওঙ্খোক্লগ অপূনব অসাংব অদুগি তংখাই হায়বদি ময়ায় চপ্ চান ফংলিব মফম্ অদুবু ইংখোল্গি কারন্ কৌই। হায়রিব ইংখোল্ কারন্ অসি থম্নীংব মফম্দ থম্ব য়াদে। কারন্ অসি য়ূম্গি থোঙ্জীন্দ থম্বসু ফত্তে। সাইজীন্ ইচুম্ তাফম্দ থম্বসু ফত্তে, মাঙ্গোল্ ধারিদগি অঙাং ওন্থগল্লি। সূমাঙ্ ময়ায়গি খাঙ্ঙেন্ফম্দ থম্বসু ফত্তে ইমুংগি মী অসি-অনা তোয়গল্লি। য়ূম্ মনুংদ যাত্রা উরেপ্কি মফম্দ থম্লবসু ফত্তে, ইমুং-মনুংগি নুপী-অঙাং লাইওক্ তীল্ওক্তুন নাগল্লি। মমাঙ্ঙৈ ইপা ইপুসিং, অহল্-লমন্সিংগি হাক্তক্গি চৎনরক্পদি সাইজীন্ ইচুম্ তাফম্ চুরিদগি খূবোম্ অমগি চাং চৎথোক্লগ ইংখোল্ কারন্ থম্ব ফৈ হায়ন চৎনরক্ই। হৌজিক্সু হায়রিব মফম্ অসিদ থম্বন ফৈ হায়ন চৎনরি।

## য়োইমোংব কারন্

মনীংগি উখোক্তেন্দদি লম্জৈ ওঙ্খোক্লক্পন থোঙ্জিন্ য়ৌরম্দাই লম্জৈ মতোন্ন তাব মফম্দ চৈ অম য়ুংদুন থম্গনি। মাঙ্গোল্গি উখোক্তেন্দগি লম্জৈ ওন্সিল্লক্পদ হান্ন চৈ য়ুংলিব মফম্ অদু য়ৌগদব লম্ ফাদ্রব অদুদসু লম্জৈ মতোন্দ চৈ অম য়ুংগনি। য়ুংলিব চৈ অনী অদুগি ময়ায় অদুবু "য়োইমোংব কারন্" কৌই। হায়রিব কারন্ অসি মপান্

থোক্হল্লোইদবনি। কারন্দগি নোংপোক্লোম্দ খূবোম্ মচা অম ওল্লগ ফক্তোম্গি যূম্বী য়ুংগনি। অসুম্ তৌরবদি ফৈ।

## লাই কারন্

লাই কারন্ হায়বসি যাত্রা উরেপ্তগি মনীং উখোক্তেন্ য়ৌব ফাওবগি অসাংব অদু অনী থোক্ন থূপ্লগ তাব তংখাইগি মফম্ অদু লাই কারন্ কৌই। হায়রিব লাই কারন্গি মফম্ অসিদ লোয়উ য়ুংব তৌহৈদে, মৈ হৌফদে। পরিং হুন্ব মতম্দ লাই কারন্গি মফম্ অসিসু কূপ্ন চেক্সিন্ন য়েংহৌগনি।

## তাউরোইনাই কারন্

তাউরোইনাই কারন্ হায়বসি সাগদৌরিব যূম্ অদুগি অসাংব সরূক্ অদু অহুম্ থোক্ন থূপ্লগ তারিব মফম্ অদুবু তাউরোইনাই কারন্ কৌই। তাউরোইনাই কারন্গি মফম্ অসি খোয়দৌনি। মফম্ অসিদ লোয়উ য়ুংব তৌহৈদে। মরম্ অসিন লোয়উ য়ুংব কান্দ য়ুংগদৌরিব মফম্ অদু তাউরোইনাই কারন্ তাব্র-তাদব্র হায়ব নীংথিন পাথোক্লগ য়েংহৌগনি।

## নোংমদোন্ কারন্

নোংমদোন্ কারন্ হায়ব অসিদি সূম্ অনীদ লৈ। অব্রাংলোম্গি সূম্ অনীন কোম্হন্গনি অদুগ মখারোম্গি সূম্ অনীন চিল্হন্গনি।

## উসোই কারন্

মাঙ্গোল্গি উখোক্তেন্দগি লম্জৈ ওন্সিল্লক্পদ ফুঙ্গা য়ৌরগ লম্জৈ মতোন্ন তাব মফম্ অদুদ চৈ অম য়ুংলগ মফম খঙ্নব থম্গনি অদুগ মনীংগি উখোক্তেন্দগি চাক্খূম্ কা অসুক্ ওইহন্গে হায়ব অদু খঙ্ন লম্জৈ ওহ্বোক্লক্লগ হান্নগি মাঙ্গোল্ উখোক্তেন্দগি ওন্সিল্লক্খিবগি য়ুংলিব চৈ

**অদু য়ৌগদব লম্ ফাদ্রব মতম্দ লম্জে অদুন তাব মফম্দ চৈ অম য়ুংগনি। হায়রিব হান্নগি য়ুংলিব চৈগ অকোন্‌বগি য়ুংলিব চৈগ চৈ অনী অদুগি ময়ায়গি মফম্ অদুবু "উসোই কারন্" কৌই। উসোই কারন্ অদুগি নোংপোক্‌লোম্দ খূবোম্ অম ওল্লগ চাক্‌খুম্‌গি য়ুম্বী য়ুংলবদি উরুম্ থূপ্প কৌই। ইমুং অদু নুংঙাইন ঈংন পাল্লি, ফৈ। উসোই কারন্‌গি নোংচূপ্ থংবদ খূবোম্ অমগি লম্দ চাক্‌খুম্‌গি য়ুম্বী য়ুংলবদি য়ুম্ অদুদ মী মঙা সি।**

## য়ুম্‌লাইথোক্

য়ুম্ অম সাব মতম্দ সাগদৌরিব য়ুম্ অদু য়ুম্‌লাইথোক্ তাব তাদব কূপ্ন মাঙ্‌জৌনন য়েংহৌগনি। য়ুম্‌লাইথোক্ তারবদি ফত্তে। য়ুম্‌লাইথোক্ তাই-তাদে য়েংগে হায়রবদি য়ুম্ অদুগি ময়ুংগি খূদুপ্ মসীংগ মরাক্কি খূদুপ্ মসীংগ তিন্‌সিন্নগনি। তিন্‌সিন্‌বগি অতাব মসীংদুদ অমুক্ মসীং মাপল্ তিন্‌সিন্‌গনি। তিন্‌সিন্‌বগি তারক্প ফল্ অদুদ চয়োল্ অমগি নুমিৎ মসীং তরেৎন য়েন্‌থোক্‌পদ লেম্‌লিব মসীং অদুগি মতুং ইন্ন য়ুম্ অদুগি অফ ফত্তগি ফল্ লেপ্‌কনি। য়েন্‌বদ লেম্‌লিব মসীং অদু অম ওইরবদি য়ুম্দু পাগ্রা লূখ্রা তাব কৌই, ফত্তে। ব্লাকোং-সিংকোং য়াম্মি, ব্রা থোক্কল্লি। অরেম্ব মসীং অদুন অনী ওইরবদি য়ুম্দু পিবানি ফৈ। নুংঙাই-য়াইফব, লন্-থুম্ মরাং কায়ব ওইজে। মসীং অহুম্ লেম্লবদি ফত্তে। খৎন-চৈনব, মীব্রা-মৈসা তাব নংঙি। মসীং মরি লেম্‌লবদি য়াম্ন ফত্তে। সাসি-ঙাসি কল্লি, অব্রা-অনা নংঙি। মসীং মঙা লেম্বদি ফত্তে। মসীং তরুক্ লেম্লবদি য়ুম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ ঈনাক্-কৈরাক্ খুল্লি, লন্-থুম্ চঙ্ঙি ফৈ। সুন্য লেম্‌লবদি য়ুম্দু লাইগি লাইসঙ্ তারে। য়ুম্দু য়ুম্‌লাইথোক্ কৌই। য়ুম্ অদুদ মী অমত্ত লৈব ঙম্লোই। য়ুম্ সাব মতম্দ য়ুম্ অদুগি অফ-ফত্ত মসক্ খঙ্ন চেক্‌সিনন য়েংদুন সাগনি। য়ুম্‌লাইথোক্ তাদনব য়েংহৌগনি। লাইগি লাইসঙ্ সাব তারবদি সুন্য লেম্‌হন্‌গনি হায়বদি য়ুম্‌লাইথোক্ তাহন্‌গনি।

## খূদুপ্‌কি ব্রায়েল্

য়ূম্‌গি ময়ুং অমসুং মফৈগি খূদুপ্ মসীং তিন্‌সিল্লগ তিন্‌সিন্‌বগি অতাব মসীং অদুদ মসীং মাপল্ অমুক্ হাপ্লগ অতাব মসীংদ মসীং তরেৎন য়েন্‌ব মতম্‌দ ১,৩,৭ মসীং অহুম্ অসি লেম্‌লবদি ফত্তে। অদুগ মসীং ২,৪,৫,৬ মসীং মরি অসি লেম্‌লবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ অফব, চাওখৎপ, লন্-থুম্ মরাং কায়হল্লি, পুক্সি নুংসাংব অমদি চাদা-নাওদা মরাং কায়বনচিংব অফব ফংঙি।

য়ূম্‌গি ময়ুং অমসুং মফৈগি খূদুপ্ মসীং অদু তিন্‌সিন্নরগ তিন্‌সিন্নবগি অতাব মসীং অদুদ য়ূম্বু অদুবু পোক্‌প থৱান্‌মিচাক্‌কি মসীং তিন্‌সিল্লগ অতাব মসীংদুদ নিপাল্‌ন য়েন্‌বদ মসীং ১ লেম্‌বদি ফিদুপ্‌নি, ২ লেম্‌বদি মৈ হৌই, ৩ লেম্‌বদি ফৈ, ৪ লেম্‌বদি ফত্তে, ৫ লেম্‌বদি চিঙ্খাক্ ব্রাৎতে, ৬ লেম্‌বদি লাই চেল্লি, ৭ লেম্‌বদি অনীংব পাঙ্‌ঙি, ৮ লেম্‌লবদি য়ূম্বু সি।

য়ূম্‌গি ময়ুং মফৈ অনীগি খূদুপ্ মসীং তিন্‌সিন্নরগ অতাব মসীংদ য়ূম্বুবু পোক্‌প থৱান্‌মিচাক্কি মসীং তিন্‌সিন্নরগ মসীং মাপল্‌ন য়েন্দুন য়েংবদ ১ লেম্‌লবদি পু থাংএ, ২ লেম্‌লবদি চাউগল্ সাংগল্‌এ, ৩ লেম্‌লবদি মৈ হৌএ, ৪ লেম্‌লবদি অনাব কোক্‌ই, ৭,৮,৯ লেম্‌লবদি ফত্তে।

## ১০. যাত্রা

যূম্ অম সাবগি খাইদগি অহৌব অসি সাগদৌরিব যূম্ অদুগি যাত্রা হুন্‌বনি। যাত্রা হায়বা ৱাহৈসিমক্তি মৈতৈলোন্ নত্তে অদুবু হৌজিক্কি মীরোন্দ মীপূম্ খূদিংন সধারন্ ওইন খঙনব ৱারোল্ ওইব মবম্না লাইরিক্ অসিদসু "যাত্রা" হায়ব ৱাহে অসিন মপূং ওইন সীজিন্নরে। মৈতৈগিদি যাত্রাবু "মেন্ উরেপ্" নৎত্রগ "উহৌ উরেপ্" হায়ন খঙ্‌নৈ। অরিব লোন্দ "ঈহম্" হায়রগসু যাত্রাবু খঙ্‌নৈ।

যূম্ অম সাব মতম্দ যাত্রা হুনব্ হায়বসি তঙায়ফদব থবক্নি। মসিবু ইপা ইপুসিংগি হাক্তগি হৌন অমদি হৌজিক্কি মীরোল্‌নসু য়াম্ন অরুব, সোয়ব য়াদব অমনি হায়ন য়াম্ন থাজন অফব নুমিৎ থাবান্, অফব পূংফম্ খেন্‌ফম্ কূপ্ন য়েংনদুন যাত্রা হুন্‌বগি থবক্ পাঙ্‌থোক্‌নরি। সাগদৌরিব যূম্ অদুগি অফ-ফত্ত কয়া যাত্রা হুন্‌বদ লৈ। যাত্রা সোয়রবদি যূম্ মপু সিব, মৈহৌ লাংপোক্ নংব, অৱা তুরৈ-ইরৈ চন্দুন নুংঙাইব ঙম্‌দব, ৱাকোং-সিংকোং য়াম্ব, যূম্ অদুদ লৈব ঙম্‌দদুন যূম্ ইংখোল্ য়োন্‌ব, মচাক্ মথুম্ লৈন-লৈন

য়ূম্ সাব লোইসিন্‌ব ঙমদবনচিংব ফত্তব কয়া অম লৈ। মরম্ অসিন যাত্রা হুন্‌ব মতম্‌দ য়াম্ন চেক্‌সিন্ন তৌনৈ। অফব নুমিৎ থাবান্, পূংফম্ য়েংলগ হুন্‌গনি।

কনা কনাগুম্বন য়ূম্ সানীংলক্‌প মতম্‌দ যাত্রা লৈতে হায়দুন য়ূম্ হান্ন সারগ কোন্ন যাত্রা হুন্‌ব, সঙ্গোল্‌নি খনন যাত্রা হুল্লগ য়ূম্ সাবনচিংবগি চৎনবী লৈ। যাত্রা লৈতে হায়দুন য়ূম্‌দি লৈতব য়াদবনিন পাঙ্‌ন সানব পঙ্‌সা সাবদি য়াই অদুবু সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈরগ নুংঙাই য়াইফ তান্‌গে, চাওখৎকে, পুন্সি নুংসাংন পান্‌গে হায়ব তারগদি নিয়ম্ চুন্ন য়ূম্ সাব য়াব মতম্‌দ অফব নুমিৎ থাবান্, পূংফম্-খেন্‌ফম্ য়েংন কাঙ্‌লোন্ চুন্ন যাত্রা হুল্লগ নীংথিন য়ূম্ সাব ফৈ। চেক্‌কি নুংগি য়ূম্ সাব তারবসু ইহান্ হান্ন চেক্ নৎত্রগ নুং অম খিন্দুন সাগদৌরিব য়ূম্ অদুগি অহৌব ওইরিব অদু যাত্রানি। ৱাগি নৎত্রগ উগি সাব তারবসু ইহান্ হান্ন য়ুংব হৌরিব মখোঙ্ অদুন য়ূম্ অমগি অহৌবনি, যাত্রানি। য়ূম্ হান্ন সারগ যাত্রা কোন্ন হুন্‌ব তারবদি য়ূম্ অদু সাব হৌবগি মখোঙ্ নৎত্রগ চেক্, নুং, অদু যাত্রা মফম্ নত্তব অতোপ্প মফম্ অমদ মফম্ খঙ্‌হৌদন হৌখিব তাবনি। কোন্ন হুন্‌গদৌরিব যাত্রা অদুদি নিয়ম্‌দ য়েংলুরবদি যাত্রা চিংদ্রে। লুরিবদি কোন্ন য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈহৌগদৌরিব মী অদুগি পুন্সিদ অকায়-অতোই, অৱা-অনা, মীসি-মীনা নৎত্রগ য়ূম্ মূৎপনচিংব থোক্‌হন্নীংদব কয়া থোক্‌লক্‌প মতম্‌দদি নীংঙম্‌দব কয়া লাক্‌প য়াই। মরম্ অসিন হান্নন য়ূম্ সাগদৌরিব, য়ূম্বু ওইগদৌরিব মীসক্ অদুন চেক্‌সিন্ন খল্‌হৌব, খূক্‌উ সেল্‌হৌব ফৈ।

যাত্রা হুন্‌বগি অকূপ্প নিয়ম্ কাঙ্‌লোন্ কয়া তোপ্ন লৈ। হায়রিব কাঙ্‌লোন্‌সিং অসি মখাদ তোপ্প-তোপ্প অমমম্‌ত ওইন পীরি।

## কুরুগি সাজেল্

যাত্রা উরেপ্ ওইগদৌরিব উ অদুগি উমায় তেম্‌ব নুমিৎ অদুদ ফিরোই হোংদুন, ফিসেং সেৎতুন, মাঙ্‌লম্ ফৈজোম্ কুঞ্জা থাদদুন, খূদৈ সলাই

য়েৎতুন, কোক্ত ইন্নবব অঙৌব ফি অম ইন্দুন থা-থা অদুগি লৈসক্ য়েংন নাদ চিল্লগ যাত্রা উগি উমায় তেম্‌গনি। উমায় তেম্‌লম্‌দাইদ পাইজ থেঙ্গু অনীসু পায়দুন ফম্‌লগ মতম্‌দুদ অথেম্‌পোৎনচিংব থাদুন কৎলগ মখাগি লাইসোন্ অসি অহান্‌বদ অহুম্‌লক্ সোন্‌গনি। হন্ন-হন্ন সোন্‌গনি অদুগ উমায় তেম্‌গনি। অসুম্ তৌরবদি য়ুম্‌দু সোয়ব হৌনদ্রে।

**লাইসোন্ :–** ***" হে থেঙ্গু হে পাইজ নখোয় অনীমক্‌ন য়ান্‌ব য়ৈবদি, উ অসিদ য়ান্‌দেয়ে। উয়ুংগি মতোন্দ, হৈবোংগি, সনা খোংনাংগি মতোন্দ য়ৈবনে, য়ান্‌বনে। নঙ্গি নহদি তলা উপান্‌ন লৌখিরে, হো তক্ চম্ চম্‌ও।"***

মথক্কি লাইসোন্ অসি থেঙ্গু পাইজ অনীমক্ পায়দুন সোল্লগ যাত্রা উগি উমায় তেম্‌গনি। মহূ ময়াই লৈত্রবনি, চম্‌লবনি। লাইসোন্ অসিগি কান্নবদি লিন্ন চীক্‌প, হূইন চীক্‌প, থাঙ্‌ন তেন্ন অমদি তান থিন্‌ব, সোক্‌প মফম্‌দ অমদি তিংখংন য়ূব মফম্‌দ, অচীক্‌প মফম্‌দ হন্ন হন্ন সোন্‌বদ হূ কাররোই, চম্‌বনি। হূ পূন্নমক্ চম্‌ব ঙম্ব লাইসোন্নি। সৌন, তিংখংন য়ূবদি সৌ অমদি তিংখংদু মসক্ মমিং খঙ্‌ন সোল্লগন য়াম্‌ন থুন ফৈ। মহূ পূন্ন মক্ চম্মি। যাত্রা উমায় তেম্ব মতম্‌দ নীংগদব লাইদি "অন্‌জি" বু নীংগনি। খুরুম্‌জগদবদি পিসাতাউবু খুরুম্‌জগনি। অদুগ য়ুম্‌গি মপুবুসু নীংগনি। য়ুম্‌গি মপুদি য়োইমোংব কৌই।

## থেঙ্গু পাইজগি মমিং

থেঙ্গু হায়বদি হিংচাবগি মকোক্‌নি। মমিংন **"হুম্ থেংগুরুম্"** কৌই। **"উরূকোক্"** সু কৌই। পাইজ হায়বদি হিংচাবীগি ময়ানি। মমিংন **"চপ্-চপ্ চপ্পী নহা লাইথৌয়াং"** কৌই।

## থা ১২ গি লৈ মসক্

যূম্ অমগি যাত্রা উগি উমায় তেম্বদ চিন্গদব লৈ মসক্ থা-থাগি তোপ্ন-তোপ্ন লৈ। যাত্রা উমায় তেম্গদব মীসক্ন হায়রিব লৈ মসক্সিং খঙ্ন চিল্লগ যাত্রা উমায় তেম্গদবনি।

কালেন্ অমদি ঈঙা থা অনীদ ইমোম্ মনা চিন্গনি। ইঙেন্ অমদি থৱান্ থা অনীমক্ত মোইথাপ্ চিন্গনি। লাংবন্ অমদি মেরা থা অনীমক্ত লাংথ্রৈ চিন্গনি। হীয়াঙ্গৈ অমদি পোয়নু থা অনীদি লৈরি চিন্গনি। ৱাক্চীং অমদি ফাইবেল্ থা অনীদি লৈসং চিন্গনি। লম্তা অমদি সজিবু থা অনীদি তাইরেল্ মনা চিন্গনি।

### উমৈ উকোক্ তেম্ব

যাত্রা উরেপ্কি উ নান্ব লোইরগ উমৈ উকোক্ তেম্বদ উতোন্দ সময়া ফি অম থাগনি। হৈরুক্, পান, ধুপ, থাউমৈ, দক্ষিনা য়াওগনি। উতোন্ পাইজ থারম্দাইদ মীকুপ্ নাহুম্ খেন্ তোং য়েংগনি। নুংসাম্বর হোন্দোক্পদ পাইজ থারগ যূম্ মপুগি চেঙ্গৈ লন্গৈ ময়েং তাই। নুংসাম্বর পূংমায় তেম্ব কৌই। নুংসাম্বর হেক্ চিংসিল্লক্প মতম্দ নুংসাম্বর থিংলগ পাইজ থাগনি। নুংসাম্বর তৎপ মতম্দ পাইজ থারবদি নুংসাম্বর তৎপ কৌই ফত্তে। পাইজগি থাঙ্মৈন পাইজ পায়রিব উরুংবগি মসাদ থাব ফত্তে। যূম্লোম্দ চোংবদি ফৈ। থাউমৈদ, ধুপ্কি মৈদ তারবদি যূম্বু সি, ফত্তে।

### যাত্রা উমায়

যাত্রাগি পূংমায়দগি খূবোম্ অম চৎপদ নোংপোক্ থংবদ উমীৎ লৈহৈদে, তৌহৈদে, মী সি, যূম্গি মপু সি পূংফম্ খেন্ফম্ মতম্ চান অমদি ফিরেপ্ চুম্ন লেপ্ত্রবদি খূৎলৌ পল্লৌদে অমসুং যূম্ অদুগি মনুংদ লৈব মীদু ঈনাক্ খুল্লি, ঈংন পান্ব ওম্জে। উমীৎ থাংজীংলোম্দ ওন্বদি যূম্ মহী

ময়ায় কল্লি, ফত্তে। লাইসঙ্‌ ওইরবদি উমীৎ থাংজীংলোম্‌দ ওন্‌সিন্‌গনি। মী লৈনব য়ুম্‌ ওইরবদি উমীৎ অদু কৌব্রু মায়কৈদ ওন্‌সিন্‌গনি।

## যাত্রা উরেপ্‌ য়ুংফম্‌

য়ুম্‌ অম সাব তারবদি সাগদৌরিব য়ুম্‌ অদুগি যাত্রা হুল্লগ সাগনি। হুন্‌গদৌরিব যাত্রা অদু করম্ব মফম্‌দ হুন্‌গদগে নৎত্রগ যাত্রা মফম্‌ কদায়দ ওইগদগে হায়ব অকক্লব মফম্‌ লৈ। ওইনীংব মফম্‌দ হেক্ক যাত্রা হুন্‌ব য়াদে। কা মরিগি য়ুম্‌ অম সাব তারবদি যাত্রাগি মফম্‌ অসি য়ুম্‌ অদুগি অসাংব অদুগি মনীং মমাঙ্‌ থূপ্‌চিল্লগ মদুগি ময়ায় অদুবু য়ুম্‌গি কারন্‌ কৌই। হায়রিব য়ুম্‌গি কারন্‌ অদুগি নোংপোক্‌লোম্‌দ খূবোম্‌ অম ওল্লগ যাত্রা উরেপ্‌ য়ুংগনি। কা মঙাগি য়ুম্‌ সাব তারবদি যাত্রা উরেপ্‌ হুনফম্‌ অসি য়ুম্‌গি কারন্‌দগি তান্‌সিফম্‌ তু চঙ্‌বগি মখৈ যাত্রা উরেপ্‌ য়ুংগনি। য়াম্‌দ্রবদ থগায় অমগি ব্রাংম লেংদোল্‌ অমগি চাংদি থম্‌লগ যাত্রা মফম্‌ ওইগনি।

## লৈ চন্দন্‌ তৌব

যাত্রা উরেপ্‌ হুল্লম্‌দাইদ যাত্রা উরেপ্‌ ওইগদৌরিব যাত্রা উ অদুদ লৈ চন্দন্‌ তৌগনি। লৈ চন্দন্‌ চিল্লম্‌দাইদ মখাগি লাইসোন্‌ অসি যাত্রা উ অদুদ সোন্‌গনি।

**লাইসোন্‌ :–** *"যাত্রা হুন্‌বদি য়োইমোংবগ তাউথিংমাংগ অনীনে। মহেন্দ্র মমিংদি মি মনিক্‌ হুঁ তং লৈসং তরক্‌ কৌএ।"*

মথক্কি লাইসোন্‌ অসি যাত্রা উদ সোন্‌ব লোইরগ হ,র,স, হায়ব ময়েক্‌ অহুম্‌ অসি সোন্দুন যাত্রা উরেপ্‌কি উ অদুদ লৈ চন্দন্‌ চিল্‌হন্‌গনি।

## কোন্য়াই হুন্ব

যাত্রা উরেপ্ হুল্লম্দাইদ মখাগি লাইসোন্ অসি সোন্দুন সনা লুপা কোন্য়াই হুন্গনি।

লাইসোন্ :— *"পোইরৈতোন্ন খুন্দাঔদ, মোইরাং লৈখোঙ্ কায়রবদ, মোরিন লৈতাইখি। কুরুগি য়াথংনে। মোইরাং লৈতাইগে, পোল্লিবন লৈখোল্লি, মোরিয়ান লৈনেৎলি, মোরিসাব পাঙ্হোইবীনে।"*

হায়রিব লাইসোন্ অসি সোন্দুন সনা, লুপা, কোন্য়াই পু, য়োৎথী, য়াইঙং, হোংঙু, ফৌ খর, চামোর অঙৌব, চক্পী লাইসম্, নোংদার হায়রিব পোৎলম্সিং অসি যাত্রা উরেপ্ য়ুংফম্গি উখুন্দ থাদগনি। কোন্য়াই হুন্বগি অতোপ্প লাইসোন্ অমন-

লাইসোন্ :— *"হে ইমা লৈমরেল্ সিদবী, লৈমুরোল্ তরুক্মক্ত য়াহীপ্পী। লৈহাওরোল্ মঙামক্ত য়াতাবী, মালেম্ লৈম্না অঙাঙ্ব, কোরৌ নোংলুপান্ অঙৌবন নঙ্বু তাইরবনি হৌ উক্ ফরো।"*

যাত্রা উরেপ্ হুল্লম্দাইদ মথক্কি লাইসোন্ অনী অসিগি মনুংদ অপান্ব, সোন্নীংব লাইসোন্ অম খল্লগ সোন্দুন কোন্য়াই হুন্ব য়াই। য়াওগদব পোৎচঙ্-চৈজঙ্দি চপ্ মান্নে, অমতনি।

## নাহৈরোন্

*"হা উং, হা য়েং, খাখোং ইম্ন, চীংগোই নারল্ ইম্ন, কোংব মৈরম্ ঈরম্ ইম্ন, ব্রাইসেন্ ফৈপাক্ ইম্ন, নুংবান্ লুব্রাংখূবী থীক্সেং থাসেং ইম্ন ইপাম্ মাইব সেংনরবনে ইপু মাইব সেংলম্এ হা উং, হা য়েং। উহন্ উচন্ খিবিরো হাই।"*

নাহৈরোন্ অসিন যাত্রা হুন্‌বগি পোৎলম্ চৈরম্ পূম্ব তাইরেল্ মরোং পায়দুন নাহৈথোক্‌লগ কোক্‌থোক্ চাম্‌থোক্কনি।

## যাত্রা হুন্নব সেম্-সাব

যাত্রা উরেপ্ ওইগদৌরিব উ অদু নীংথিন নাম্থোক্ খোৎতোক্তুন অমদি উমৈ উকোক্ তেম্‌বনচিংব লোইরগ যাত্রা হুন্নম্‌দাইদ তৌগদব থৌরাং মসিল্‌দি অহান্‌বদ যাত্রা উ অদু ঈসিং অসেংব, অফবন ঈরুজথোক্‌পিদুন ফত্ত-হৌদি পক্‌প, অমোৎ-অকায়নচিংব সেংন চাম্‌থোক্‌পিগনি। অদুগ ফি অঙৌব অম সেৎপিগনি। সেৎলিব ফি অদুগি ওয়গি ফিবান্ন মথা থংন অদুগ য়েৎকি ফিবান্ন মথক্ থংন য়েৎওয়নন যাত্রা উদ য়েৎকনি। মথা থংব ফিবান্দগি খুদোল্ অহুম্ নৎত্রেগ খূবাক্ অমরোম্‌গি চাংদ চিংখৎতুন হৈনৌ মনা অহুম্ পুন্‌গনি। হায়রিব পূন্নমক্‌সি সেম্-সাব লোইরগ যাত্রা উরেপ্ য়ুংননব তৌরিব উখুন্ অদুদগি মাযওন্‌গি মতুং ইন্ন কাংফৈ ও ফৈদুন থম্‌লগ মদুগি মথক্ত যাত্রা উরেপ্ ওইগদৌরিব উ অদু থম্‌গনি। মসিগি মতুংদ মথাগি লাইসোন্ অসি সোন্দুন য়েৎলিব ফি অদুগি মথক্ত, নোংপোক্ থংবদ সনা চংনিং অম অৱাং থংবদ তাইরেল্ মচেৎ অম, নোংচূপ্ থংবদ যাচন্দন্ মচেৎ অম, মখারোম্ থংবদ উনিংথৌ মচেৎ অম হাপ্‌কনি। সোন্‌গদব লাইসোন্দি-

**লাইসোন্ :–** *"যাত্রাগি মমিংদি অচিব কৌএ। মতম্ অমদ উরেপ্ অপান্‌বসু কৌএ। যাত্রা পাবদি নোংমাই সীংজবনে। মমিংদি ঈখৈচাইব কৌএ।"*

## যাত্রা হুন্‌বগি পোৎচঙ্

যাত্রা হুন্‌বদ য়াওগদব পোৎচঙ্ চৈজঙ্‌দি মৈ ঈরাৎকনি। চেঙ্, থোয়দিং, লৈ, তিংথৌ, খূৎসু-খূৎলাই, যাত্রাগি ফি অম, উরুংব উয়ৈব মীদুগি য়েৎনব খুদৈ অম, অথেম্‌পোৎ অনী সেম্‌দুন অমন উকোক্ত অমন

উতোন্দ থাগনি। উকোক্কি অথেম্পোৎ অদুন য়ূম্গি য়ূম্বুন ফংজগনি। উতোন্গি অথেম্পোৎ অদুন য়ূম্ সাব মাইব অদুন ফংগনি। মসিগি মতুংদ মখাগি লাইসোন্ অসি সোল্লগ যাত্রা উরেপ্ পান্খৎকনি।

**লাইসোন্ :–** *"যাত্রা পাবদি নোংনাং ঈসিংচাইবনে। মমিংদি ঈখৈচাইব কৌএ।"*

**যাত্রা উঈন্**

য়ূম্ সাবগি যাত্রা হুন্ব মতম্দ থা-থাগি ওইন যাত্রা উ ঈন্গদব অকক্লব মায়কৈ লৈ। ঈন্নীংব মায়কৈদ হেক্ত ঈন্ব য়াদে। থা-থাগি ঈন্গদব মায়কৈ য়েংন হান্নন যাত্রা উ অদুগি উমায় অমদি উমীৎ নীংথিন য়েংলগ ফিরেপ্ চুন্ন কাংফৈ মথক্ত থম্গনি অদুগ পূংফম্ খেন্ফম্ চান যাত্রা উ ঈন্দুন যাত্র উরেপ্ য়ুংগনি। চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ অসিগি থা-থাগি ওইন যাত্রা উঈন্ লৈরিব অসি নোংথৌ লাইন য়াওন্বগি ফিথূপ্ য়েংলগ মাগ মায়য়োক্নদনব তুং থংব মায়কৈদগি য়াত্রা উ ঈন্বনি। **"নাকা পুরুস অত্রি"** কৌব পাখংবন য়াহীপ্তুন লৈরিব অদুদ মাগ মায়য়োক্নন যাত্রা হুন্ব মতম্দ পাখংবগি ময়াঙ্ সোক্ন হুল্লবদি য়ূম্গি মপুদ ফত্তে। যাত্রা হুল্লিব মাইব অদুসু সি। মরম্ অসিন যাত্রা হুন্ব মতম্দ থা-থাগি উঈন্ চেক্সিন্ন মুন্ন য়েংলগ মায়ওন্ খঙ্ন যাত্রা উ ঈন্গনি।

মখাদা চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ গি থা-থাগি যাত্রা উঈন্গি মায়কৈ পীরি।

হিয়াঙ্গৈ, পোয়নু, ৱাক্চীং থা ৩ অসিদি নোংথৌ লাইন মকোক্ অৱাং ওল্লি, মমৈন মখা ওল্লি, মপূক্ন নোংপোক্ ওল্লি, মনম্ন নোংচূপ্ ওল্লি। মরম্ অসিন হায়রিব থা ৩ অসিদ যাত্রা হুন্ব তারবদি যাত্রা উ মৈরম্ পাংন ঈন্গনি।

ফাইরেন্, লম্তা, সজিবু থা ও অসিদি নোংথৌ লাইন মকোক্ নোংপোক্ ওল্লি, মমৈন নোংচূপ্ ওল্লি, মপূক্ন মখা ওল্লি, মনম্ন অৱাং ওল্লি। মরম্ অসিন যাত্রা হুন্ব মতম্দ হায়রিব থা ও অসিদি যাত্রা উগি উঈন্ সঙ্গোং পাংন ঈন্গনি।

কালেন্, ঈঙা, ইঙেন্ থা ও অসিদি নোংথৌ লাইন মকোক্ মখা ওল্লি, মমৈন অৱাং ওল্লি, মপূক্ন নোংচূপ্ ওল্লি, মনম্ন নোংপোক্ ওল্লি। মরম্ অসিন যাত্রা হুন্ব মতম্দ হায়রিব থা ও অসিদি যাত্রা উগি উঈন্ নুংসিৎলম্ (কৌব্রু লাইজি) পাংন ঈন্গনি।

থৱান, লাংবন্, মেরা থা ও অসিদি নোংথৌ লাইন মকোক্ নোংচূপ্ ওল্লি, মমৈন নোংপোক্ ওল্লি, মপূক্ন অৱাং ওল্লি, মনম্ন মখা ওল্লি। মরম্ অসিন যাত্রা হুন্ব মতম্দ হায়রিব থা ও অসিদি যাত্রা উগি উঈন্ চীংখৈ মায়কৈ পাংন ঈন্গনি।

যাত্রা হুন্ব মতম্দ নোংথৌ লাইগি মায়ওন্ অমদি থা-থাগি যাত্রা উঈন্গি মায়কৈ খঙ্দ্রবদি যাত্রা উরেপ্ হুন্ব খূদিংমক্ত ময়াম্গি ওইন চীংখৈ পাংন ঈন্গনি। চীংখৈদি য়ুম্গি নিংথৌ, লাইনিংথৌ সনামহীগি মীৎলম্নি অদুন চীংখৈ পাংন যাত্রা উ ঈন্বদ থোইন অকায়ব লৈতে, মহৈ চপ্ মান্নে।

যাত্রা উ ঈন্খৎপ মতম্দ য়ুম্থুন যাত্রা উদ হঙ্গৎন য়েংখৎপ তৌহৈদে। খূৎন লৈপাক্ খব পায়রগ "হে মোইরাং লাইও" হায়দুন যাত্রাগি উখুন্দ থাদগনি অদুগ উখুন্ সুজিন্গনি। মসিগি মতুংদ উমায় য়েংগনি।

উহৌরোন্

" হেবু খুন্মাপূং লৈমাব অতোং অরেংব কুপ্ত্রেং ঙাংত্রেংবী ঙাংত্রেংব কুপমরিখা পায় ৱাক্মন তাইজরবনে কুজ লন্খাইবী লন্খাইব, থাজ লন্য়েন্বী লন্য়েন্ব মৈবিগ সনম্গ, উরেপ্ক চারগ, থৱায়গ

**নোংলোন্গ পোক্লিবী পোক্লিব নসু হেবুংথৌ হে ইবেন্মগ অনীমবু ফম্মি কান্গে লফাং থোন্নগে হে তল্লা অঙনব পামেল্ অরেম্বব নঙবু নপল্ পন্থৌ নিংথৌন চীংসা নাপোম্ অব্রাংবদ পোক্প পলেম্ নপা নমান ঈরোক্ অসূক্পদ সাব নঙবু নমু পোংবচান পামেল্ উরাই হক্তন ফৈককনন হোইখিজরবনে। নঙদি লেঙদবনে, ঐদি অচৎ অতৎপনে লেঙদন সঙবিও। সনা য়াইগ থা, লুপা য়াইগ চল্লবনে।"**

যাত্রা হুন্নব লাইসোন্

যূম্ অম সানবগি যাত্রা উরেপ্ হুনব মতম্দ মখাগি লাইসোন্ অসি হায়রগ যাত্রা উরেপ্ হুন্গনি।

লাইসোন্ :— *"হে যাত্রা উ নঙন হৌবদি পিসুম্ লোক্ত হৌএ। নঙগি নমিংদি মী মনিক্ কৌএ।"*

মীকূপ্ নাহম্গি খেন্

যাত্রা হুল্লম্দাইদ অফব মীকূপ্ নাহম্গি খেন্ফম্ য়েংলগ যাত্রা হুন্গনি। যাত্রা পূংফম্ চুন্ন, অফব খেন্ফম্দ হুন্খিব যাত্রাদি যূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ চাওখৎপ, নুংঙাইব, পুন্সি নুংসাংবনচিংব ফংজৈ। পূংফম্ খেন্ফম্ সোয়ন হুন্খিব যাত্রাদি যূম্ মপু সিব, নুংঙাইব চাওখৎপ ঙম্দব কয়া থোক্কল্লি যূম্ অম সাব হায়বসি যূমদুগি মনুংদ লৈরগ নুংঙাই য়াইফগে, পুন্সি নুংসাংন ব্রাংত-পাদন পান্গে হায়বগিদমক্ সানরিবনি। মরম্ অসিন যাত্রা হুনব মতম্দ যাত্রা হুনবগি অকূপ্প কাঙলোন্ খঙব, অহৈব মীবু যাত্রা হুল্হনব ফৈ।

যাত্রা হুল্লম্দাইদ পূংফম্-খেন্ফম্, নুংসাম্বর, মীকূপ্ নাহম্নচিংব কূপ্প য়েংগনি। যাত্রা হুনবিগদৌরিব মাইব অদুগি মীকূপ্ নাহম্ অমদি নুংসাম্বরনচিংব য়েংবত নত্তন যূম্ অদুদ লৈগদৌরিব যূম্গি যূম্মু অদুগিসু অফব মীকূপ্ অমদি নুংসাম্বরনচিংবসু য়েংগনি।

যাত্রা হুন্‌বগি খেন্‌ফম্‌ অসি মীকুপ্‌কি খেন্‌দ হুন্‌ব, নাহুম্‌গি খেন্‌দ হুন্‌ব, উচেক্‌ পাইবগি খেন্‌দ হুন্‌ব অসুম্‌ন মখল্‌ মখা কয়া থোক্ল খায়দোক্‌ই। খেন্‌ফম্‌গি খূদম্‌ হেক্‌ উবদ পুংফম্‌ খেন্‌ফম্‌ অদু নাম্বোক্‌হন্দন যাত্রা উরেপ্‌ হুল্‌হৌগনি। যাত্রা উরেপ্‌ হুন্‌বগি তোংঙান্‌-তোংঙান্‌ব খেন্‌ফম্‌সিং মখাদ তোপ্‌ন-তোপ্‌ন পীরি।

**(১) মীকুপ্‌কি খেন্‌ :-** মী, সা-সন্‌ নৎত্রগ থব্বায় পান্‌ব অমবু চঙ্‌লক্‌লবদি অফব মীকুপ্‌কি খেন্‌ফম্‌নি। নোংপোক্‌ অমদি অব্বাংলোম্‌দগি উচেক্‌ন পাইরক্‌প উব, তোংদুন লৈরব উরবদি অফব খেন্নি। অসিগুম্ব অফব খেন্‌ফম্‌দ য়ুম্‌গি যাত্রা হুন্‌গনি।

**(২) নাহুম্‌গি খেন্‌ :-** খোঞ্জেল্‌ অফব অমদি নুংসিব তাব, মী কৌবদ নুংসিব খোঞ্জেল্‌ন কৌব তাব, খোঞ্জেল্‌ অথুম্ব অমদি উচেক্কি নুংসিব খোঞ্জেল্‌ন খোংলক্‌প তারবসু অফব খেন্নি। যাত্রা হুন্‌বিরিব মী, মাইব অদুগ য়ুম্‌ অদুগি মপু ওইগদৌরিব য়ুম্বু অদুগ অনীগি হোল্লিব নুংসাম্বর তিন্নরবসু অফব খেন্নি।

**(৩) উচেক্কি খেন্‌ :-** নুংসিৎকি খেন্দি - নুংসিৎলম্‌দগি উচেক্‌ন মখারোম্‌দ পাইবনি। ঈসিংগি খেন্দি - মোইরাং লাইজিরোম্‌দগি উচেক্‌ন নুংসিৎলম্‌দ পাইবনি। অসিবগি খেন্দি - নোংচুপ্‌ মায়কৈরোম্‌দগি উচেক্‌ন নোংপোক্‌লোম্‌দ পাইবনি।

হায়রিব খেন্‌ফম্‌ ৩ অসিদি ফত্তব খেন্‌ফম্‌ ঙাক্তনি। খেন্‌ফম্‌ ৩ অসিগি খেন্‌দ যাত্রা হুল্লবদি মীসি-মীনা, অব্বা অনা নংঙি ফত্তে।

মহেন্দ্র খেন্দি - মৈরম্‌লোম্‌দগি উচেক্‌ন কৌব্রু মায়কৈ তম্ন পাইবনি। নিংথৌগি খেন্দি - অব্বাংলোম্‌দগি উচেক্‌ন মৈরম্‌লোম্‌দ পাইবনি। লৈপাক্কি খেন্দি - মখা মায়কৈরোম্‌দগি উচেক্‌ন অব্বাং মায়কৈরোম্‌দ পাইবনি।

হায়রিব খেন্‌ফম্‌ ৩ অসিদি অফব খেন্‌ ঙাক্তনি। খেন্‌ফম্‌ অহুম্‌ অসিগি খেন্দ যাত্রা হুল্লবদি য়ুম্‌ অদুদ লৈবদ পূক্লিং তপ্পি, ফৈ।

মৈগি খেন্দি - লীক্‌লম্‌দগি উচেক্‌ন মৈরম্‌লোম্‌দ পাইবনি। খেন্‌ফম্‌ অসিদ য়ূম্‌গি যাত্রা হুন্‌ব ফত্তে। হায়রিব খেন্‌ফম্‌সিং অসি য়ূম্‌গি যাত্রা হুন্‌বত নত্তন চৎথোক্‌ খোৎতোক্‌লম্‌দাইগি যাত্রা তৌবদসু য়েংগনি।

## যাত্রা হুন্‌ব লোইরগ তৌগদব

যাত্রা উরেপ্‌ হুন্‌ব লোইরগ তৌগদবদি সাগদৌরিব য়ূম্‌ অদুগি য়ূম্মুন ফম্মেন্‌গি পরিং ৱাংমদ কোয়হন্‌গনি। যাত্রা হুন্‌বিব মাইবন য়ূম্‌গি পরিংগি মনুংদ চত্তুন মখাগি লাইসোন্‌ অসি সোন্দুন ঈসিং খীক্‌তুন চাইথোক্কনি।

লাইসোন্ :— *"পরিং অসিগি মনুংদ লৈব তীল্‌ কাঙ্‌, ককচেং-খোইয়া পুম্নমক্‌ চৎলো কুরুগি য়াথংনি।"*

মথক্কি লাইসোন্‌ অসি সোন্দুন য়ূম্‌গি যাত্রা হুন্‌বিরিব মাইবন য়ূম্‌গি পরিং লাংসঙ্‌ন কোয়সিল্লিব য়ূম্‌গি য়ূম্ফম্‌ থুংন ঈসিং খিক্তোক্তুন মফম্‌ অদুদ লৈরম্ব থৱায় পান্‌ব তীল্‌-কাঙ্‌ পুম্নমক্‌ তাম্বোক্কনি।

পরিং ৱাংমদ কোয়রক্‌প য়ূম্বু অদুন য়ূম্‌গি পরিং ৱাংমদ কোয়রক্‌লগ পরিং মনুং নাক্‌থদ ফম্মেন্‌দ মমায় নোংপোক্‌ ওন্নগ ফম্‌গনি।

যাত্রা হুন্‌বিরিব মাইব অদুন মমায় নোংচুপ্‌ ওন্ন ফম্‌লগ মখাগি লাইসোন্‌ অসি সোন্দুন লৈতুম্‌ অম ওইরবসু লৈইন ওইরবসু অসিথোঙ্‌ থিংগনি।

লাইসোন্ :— *"য়ূম্‌ অসিগি মনুংদ য়াইফন্দুন লৈয়ু। নঙ্গি অসিথোঙ্‌দি কুরুন থিংলবনে।"*

হায়রিব থৌরম্‌ অসি লোইরব মতুংদ যাত্রা হুন্‌বিরিব মাইব অদুন য়ূম্‌ অদুগি য়ূম্বু অদুবু মরূপ্‌কি ৱাখল্‌ ওইন য়েংওইনন লেংগোন্নরগ য়ূম্‌ অদুগি য়ূম্ফম্‌ অদুদ কোয়মিন্নগনি।

## যাত্রা হন্‌ব লোইরগ অফ-ফত্ত য়েংব

যাত্রা হন্‌ব হেক্ লোইবগ য়াম্ন থুন পরপ্-পরপ্ যাত্রাগি মখোঙ্‌দ চঙ্‌সিল্লগ যাত্রা অদুদ খূৎন পায়রগ মখাগি লাইসোন্ অসি সোন্‌গনি।

**লাইসোন্ :–** *“ চীংদ খোংনাং হৌএ। তম্‌দ চোম্‌লাং পোক্‌এ। উতং কাপ্‌তু হুইগ থান মালেম্ লৈসেম্‌লে।”*

মথক্কি লাইসোন্ অসি সোল্লগ তুংলোম্‌দ খোঙ্‌কাপ্ অহুম্‌দং হন্‌দোক্‌লগ যাত্রাগি উতোন্দ মুন্ন য়েংবদ মসক্ অম উগনি। উরিব মসক্ অদু ফজরবদি য়াম্ন ফৈ। মসক্ অদু থীরবদি ফত্তে।

## যাত্রা উরেপ্‌কি অফ-ফত্ত

যাত্রা হন্‌ব লোইদুন উরেপ্‌ন লেপ্‌তুন লৈরব মতম্‌দ উরেপ্‌কি উতোন্ন পৈন লৈবগি অফ-ফত্তদি—নোংপোক্লোম্‌দ পৈরবদি লৈপাক্ নিংথৌন চাল্লি, ফৈ। মৈরম্‌লোম্‌দ পৈরবদি মৈহৌ লাংপোক্ নংঙি, মৈহৌ লাংপোক্ থোক্‌ই, ফত্তে। মখারোম্‌দ পৈরবদি য়ুম্‌গি মপু অসি-অনা নংঙি, ফত্তে। মোইরাং সম্বোংলোম্‌দ পৈরবদি হূরান্ চীন্‌থী নংঙি, পোৎমাঙ্-চৈমাঙ্ থোক্‌ই। নোংচূপ্‌লোম্‌দ পৈরবদি য়ুম্নু অদুগি মচা-মসু অসি-অনা নংঙি, ফত্তে। কৌব্রুরোম্‌দ পৈরবদি পাঙ্গল্ কল্লি। অৱাংলোম্‌দ পৈরবদি পুন্সি সাংঙি, ফৈ। চীংখৈরোম্‌দ পৈরবদি য়াম্ন ফৈ, ঈংন-তপ্ন পাল্লি, পুন্সি নুংসাংঙি, মচাক্-মরল্ ফংজৈ।

য়ুম্নুন নোংপোক্ অপান্‌ববু নীংসিংদুন যাত্রা উরেপ্‌কি মখোঙ্‌দগি মতোন্‌লোম্‌দ হঙ্গৎন য়েংখৎপদ যাত্রা অদু ময়ায় পোংতক্‌ন উরব অমসুং মতোন্দ পোঙ্‌থোক্‌ন উরবদি নুংসিৎকি খেন্‌ফম্‌নি। পৈ-ঙাম্‌ব, তুবনচিংব তৌগনি, ফত্তে। যাত্রা উরেপ্ অদু ঈরাৎ থৌনিরোল্ তৌদুন থৌনিগদবনি।

যাত্রা উরেপ্‌কি পূংজৈ অদুদি হক্‌চাংগি সিংলী তোল্লোম্বগি মসক্‌নি। হাইফেৎ য়েংবদ উব ফংদব অদুগ কোন্ন উরক্‌লবদি য়ূম্‌গি মপু সি। যাত্রা উরেপ্‌ অদুগি মখাদ থব্রায় পান্‌ব অম নল্লি হায়ব খঙ্‌গনি। যাত্রা উরেপ্‌কি পূংজৈ অদু চাউহল্লোইদবনি। পূংজৈদু চাউরবদি য়ূম্‌গি মপু মপাঙ্গল্‌ সোল্লি, সোন্দম্‌-নাদম্মি, ফৎতে।

যাত্রা হুন্‌ব লোইদুন উরেপ্‌ন লেপ্‌তুন লৈরব মতম্‌দ যাত্রা উগি উতোন্দ পুল্লিব ইপুন্‌, লীরুং তেন্‌ অদুগি ফিভম্‌ অদু য়েংবদ পৈহৌ-ঙাম্‌হৌ তৌন উরব, কৌব্রু, নোংপোক্‌, মৈরম্‌ হায়রিব মায়কৈসিংসিদ উকোন্ন তারব অমদি নুংসিৎকি খেন্‌ফম্‌ সোক্ল হুন্‌খিব ওইরবদি য়ূম্‌ সানব মপোৎ-মচৈ, মচাক্‌-মথুম্‌ ঈরৈ হেক্‌ লৈন য়ূম্‌ অদু সাব লোইব ঙম্‌লোই।

যাত্রা হুন্‌ব লোইরগ যাত্রা উতোন্‌গি পূংজৈ মতোন্দ উচেক্‌-ব্রায়া তোংদনব লীরুং তেন্‌ নৎত্রগ ইপুন্‌ মচা অম নন্‌সিন্দুন থম্‌নরিবনি। যাত্রা উরেপ্‌কি মতোন্‌দ মখোঙ্‌ মরি পান্‌ব থুম্‌মোক্‌-তায়রূক্‌ নৎত্রগ নামুংব পোৎন কুপ্‌সিন্দুন থম্ব ফৎতে।

## যাত্রা উমীৎকি অফ-ফত্ত

যাত্রাগি উমীৎতি মৈরম্‌দ লৈরবদি য়ূম্‌ মৈ হৌই। চীংখৈরোম্‌দ লৈরবদি য়ূম্বু ব্রায়। কৌব্রু অমদি অব্রাং মায়কৈদ যাত্রা উমীৎ লৈহন্‌ব ফৈ।

## পোক্‌প নুমিৎকি পক্লব যাত্রা উসক্‌

য়ূম্‌ সাগদৌরিব মী-মীগি পোক্‌প নুমিৎ খেৎনবগি মতুং ইন্ন যাত্রা উরেপ্‌ ওইননব উগি মসক্‌সু তোপ্ল-তোপ্ল লৈ। নিয়ম্‌ চুম্ন য়ূম্‌ সাগে হায়ব তারবদি মী-মীগি মসাগি মপোক্‌ নুমিৎ নুমিৎকি পক্লব উসক্‌ খল্লগ যাত্রা হুন্‌গনি। চয়োল্‌ অমগি মনুংদ লৈরিব নুমিৎ তরেৎনিদ পোক্‌প মীগি পক্লব যাত্রা উগি উসক্‌, উ মখল্‌ মখাদ নুমিৎ-নুমিৎকি ওইন পীরি।

১. **নোংমাইজিং পোক্‌প :** নোংমাইজিং নুমিত্ত পোক্‌প মীন য়ূম্‌ সাব তারবদি উইন্‌ নৎত্রগ ব্রাং কৌব উন যাত্রা উরেপ্‌ ওইব পক্লে।

২. **নিংথৌকাব পোক্‌প :** নিংথৌকাব নুমিত্ত পোক্‌প মীগি য়ূম্‌ সাগে হায়ব তারবদি মপোক্‌ নুমিৎকি পক্লব যাত্রা উদি থাংজি অমদি হৈক্রু উন পক্লে।

৩. লৈপাক্‌পোক্‌প পোক্‌প : লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিত্ত পোক্‌প মীন য়ূম্‌ সাব তারবদি মপোক্‌ নুমিৎকি পক্লব যাত্রা উদি থাংজি, হৈক্রু অমদি উইন্‌ পক্লে।

৪. য়ূম্‌সকৈস পোক্‌প : য়ূম্‌সকৈস নুমিত্ত পোক্‌প মীগি য়ূম্‌ সাব তারবদি মপোক্‌ নুমিৎকি পক্লব যাত্রা উগি উসক্তি ব্রাং কৌব উন পক্লে নৎত্রগ মসান পাম্‌ব উ অমন হেক্ত যাত্রা উ ওইব য়াই।

৫. সগোল্‌সেন্‌ পোক্‌প : সগোল্‌সেন্‌ পোক্‌প মীন য়ূম্‌ সাব তারবদি মপোক্‌ নুমিৎকি পক্লব যাত্রা উদি হৈক্রু নৎত্রগ উনিংথৌন যাত্রা উ ওইব পক্লে।

৬. ঈরাই পোক্‌প : ঈরাই নুমিত্ত পোক্‌প মীগি য়ূম্‌ সাব তারবদি মপোক্‌ নুমিৎকি পক্লব যাত্রা উদি সহি, থাউমন্‌ নৎত্রগ হৈমাং কৌব উন যাত্রা ওইব পক্লে।

৭. **থাঙ্জ পোক্প :** থাঙ্জ নুমিত্ত পোক্প মীগি য়ূম্ সাব তারবদি মপোক্ নুমিৎকি পক্লব যাত্রা উদি তাইরেন্ অমদি হৈবী পক্লে।

মথক্কি নুমিৎ তরেৎনিদ পোক্প মীগি নুমিৎ-নুমিৎকি ওইন পীরিব যাত্রা উরেপ্ ওইনব পক্লব উ মখল্সিং অসি নত্তব উগি মচু য়েংলগ যাত্রা উ ওইবসু য়াই। মখাদ নুমিৎ তরেৎনিগি মনুংদ তোংঙান্-তোংঙান্ব নুমিৎসিংদ পোক্প মীগি যাত্রা উ ওইবদ পক্লব উগি মচুসিং মখাদ তোপ্ন তোপ্ন পীরি।

১. **নোংমাইজিং পোক্প :** নোংমাইজিং নুমিত্ত পোক্প মীগি য়ূম্ সাব তারবদি মুন ঙাঙ্ব মচুগি উন যাত্রা উরেপ্ ওইব পক্লে।

২. **নিংথৌকাব পোক্প :** নিংথৌকাব নুমিত্ত পোক্প মীগি য়ূম্ সাব তারবদি অঙৌব মচুগি উন যাত্রা উ ওইব পক্লে।

৩. **লৈপাক্পোক্প পোক্প :** লৈপাক্পোক্প নুমিত্ত পোক্প মীগি য়ূম্ সাব তারবদি মপোক্ নুমিৎকি পক্লব উদি ঈ মচুগুম্ন ঙাঙ্ব মচুগি উন যাত্রা উ ওইব পক্লে।

৪. **য়ূম্সকৈস পোক্প :** য়ূম্সকৈস নুমিত্ত পোক্প মীগি য়ূম্ সাব তারবদি অসংব মচুগি উন যাত্রা উরেপ্কি উ ওইব পক্লে।

৫. **সগোল্সেন্ পোক্প :** সগোল্সেন্ নুমিত্ত পোক্প মীগি য়ূম্ সাগে হায়ব তারবদি অঙৌব মচুগি উন যাত্রা উ ওইব পক্লে।

৬. **ঈরাই পোক্‌প :** **ঈরাই নুমিত্ত পোক্‌প মীগি য়ূম্ সাগে হায়ব তারবদি অঙৌব মচুগি উন যাত্রা উরেপ্‌কি উ ওইব পক্লে।**

৭. **থাঙ্জ পোক্‌প :** থাঙ্জ নুমিত্ত পোক্‌প মীগি য়ূম্ সাব তারবদি অমুব মচুগি উন যাত্রা উরেপ্‌কি উ ওইবদ পক্লে।

যাত্রা ওইবদ ফত্তব উ

য়ূম্ অম সাবগি যাত্রা ওইনব উ খন্‌ব হায়বসি য়াম্ন চেক্‌সিন্ন তৌদব য়াদব অমনি। উগী উকোন্, উমীৎ, উসক্‌নচিংব নীংথিন, মুন্ন য়েংলগ যাত্রা উ খন্‌গনি। যাত্রা উ ওইবদ ফত্তব মখল্‌গি উসিংদি যাত্রা খক্ ওইরোইদবনি। যাত্রাগি উ ওইবদ ফত্তব মখল্‌গি উসিংদি - উচেক্ ময়াম্‌গি কায়দোংফম্ ওইব উ, উগি উমীৎ য়াম্ন য়াওব উ, অকায়ব নৎত্রগ অহোব উ, লেপ্‌কং কংব উ, লাই তোংব উ, লিন্ন য়েৎথ্রব উ, লাইফম্ নৎত্রগ মোংফম্দ হৌব উ, নোংলৈ নুংসিৎন হুম্‌দেক্লুন তেক্‌প উনচিংবন যাত্রা উ ওইব ফত্তে। চেক্, নূং ওইরবসু অকায়ব, ময়ি চৎপ, মচেক্ ময়া নাইব, ফিভম্ চুম্‌দবন যাত্রা হুন্‌ব ফত্তে। উইন্ন যাত্রা উ ওইরবদি থাংজিন যাত্রা পাব ওইব য়াদে।

যাত্রা মফম্

মৈতৈগি য়ুম্সারোল্‌গি মনুং চন্ন লৈরিব য়ুম্সারোল্ মখল্ খুদিংমক্কি যাত্রা হুন্‌ফম্, যাত্রা মফম্ তোপ্ন - তোপ্ন লৈ। য়ূম্ নৎত্রগ সঙ্ মখল্‌সিং অসিগি সাগদৌরিব কা মসীং খেৎনবগি মতুং ইন্ন যাত্রা মফম্ খেৎনৈ। মখাদ তোংঙান্ - তোংঙান্‌ব য়ূম্ নৎত্রগ সঙ্ মখল্‌সিং হায়বদি য়ূম্‌জাউ লাইখল্ তাব, য়ূম্ অফৈব, লাইসঙ্, মান্দোপ্, জগমোহোন্, মমাঙ্ সঙ্গোয়, মখা সঙ্গোয়, অৱাং সঙ্গোয়নচিংবসিংগি যাত্রা মফম্‌সিং তোপ্ন-তোপ্ন উৎলি।

১. **য়ূম্ লাইখন্ তাবঃ** মৈতৈ য়ুম্‌সারোল্‌দ কাঙ্‌লোন্ খ্বাইদগি কূপ্প অসি সঙ্‌বী সঙ্গাই, য়ুম্‌জাউ লাইখন্ তাবনি। হায়রিব য়ূম্ অসিগি যাত্রা হুন্‌ব তারবদি যাত্রা মফম্ অনী লৈ। খ্বাইগি ওইন অয়াম্বন য়ূম্ লাইখন্ তাব সাব মতম্‌দ মফম্ ১ হায়ন থারিব অসিদ ফক্‌লাং পক্ক য়ুংলিব লোয়বীদগি অখূব পুথোক্‌লগ সাব মতম্‌দ হায়রিব য়ূম্বীরেল্ অসিদ যাত্রা হুন্‌গনি অদুবু সীংকাপ্ নৎত্রগ ফৈথিং অমন য়ূম্‌গি মবাক্ থুংন লাক্‌লবদি যাত্রা মফম্ ২ হায়ন থারিব লোয়বী অসিদ যাত্রা মফম্ ওইবসু য়াই। হৌজিক্তি অয়াম্বন ফৈথিং নৎত্রগ সীংকাপ্ অমন য়ূম্ মরাক্ থুংন ফারগ যাত্রা মফম্ ২ হায়ন থারিব মফম্ অসিদ যাত্রা হুন্নরে। হায়রিব যাত্রা মফম্ অসি য়ূম্‌জাউ কা মঙাগি সাব তারবসু যাত্রা মফম্‌দি মান্নে।



খুৎয়েক্ - ৮

২. **য়ূম্ অফৈব :** য়ূম্ লাইখন্ তাব অসি হৌজিক্তি অয়াম্বন সানরক্ত্রে। মসিগি মহুৎত খা-ৱাং ফৈন সাব অফৈব য়ূম্‌ন নম্‌ন সানরে। মপূংদ কা অহুম্‌গিন অয়াম্ব সানরবসু কা মরিগি নৎত্রগ কা মঙাগি সানবসু য়াওই। কা অহুম্‌গি সাব তারবদি য়ূম্ মরাক্ থুংন ফৈথিং নৎত্রগ সীংকাপ্‌ন ফারবদি খুৎয়েক্ মসীং ৯ সুবদ যাত্রা মফম্ ১ হায়ন থারিবসিদ যাত্রা হুন্‌ব য়াই অদুগ অখূব য়ৈরবদি যাত্রা মফম্ ২ হায়ন থারিব অসিদ যাত্রা মফম্ ওইগনি। কা মরি নৎত্রগ মঙাগি সাব তারবদি ফৈথিং নৎত্রগ সীংকাপ্‌ন য়ূম্ মরাক্ থুংন



খূৎয়েক্ - ৯

লাক্লবদি খূৎয়েক্ অসিগি যাত্রা মফম্ ৩ হায়ন থারিব অসিদ যাত্রা ওইগনি অদুগ অখূব য়ৈব তারবদি যাত্রা মফম্ ৪ হায়ন থারিব অসিদ যাত্রা মফম্ ওইগনি। কা য়াৎপ মতম্দ কা অহুম্গি ওইরবসু কা মরি নৎত্রগ মঙাগি ওইরবসু যাত্রাগি অৱাং থংব কান কা অতৈদগি চাউব হেল্হন্‌গনি। য়ুম্‌গি কারন্‌ফম্‌গি মখা থংব সরাক্তগি অৱাং থংব সরাক্ন চাউব হেল্হন্‌গনি।

৩. **লাইসঙ্ :** লাইসঙ্ তাব তারবদি মসিগিসু হৌনবি মতুং ইন্ন যাত্রা হুল্লগ সাগনি। লাইসঙ্ সাবগি যাত্রা হুন্‌ব তারবদি লাইসঙ্গিসু যাত্রা হুন্‌ফম্ অকক্নন লৈ। লাইসঙ্ সাবগি যাত্রা হুন্‌ফম্‌দি খূৎয়েক্ -১০ সুবগি যাত্রা হায়ন থারিব মফম্ অসিদ হুন্‌গনি।



খূৎয়েক্ -১০

লাইসঙ্ সাব মতম্দ অয়াম্বন নোংপোক্ নৎত্রগ মখা ওন্ন সানৈ। নোংপোক্ ওন্ন সারবসু, মখা ওন্ন সারবসু যাত্রা মফম্‌দি চপ্ মান্নে।

৪. **মান্দোপ্ঃ** মান্দোপ্ সাব তারবদি লাইসঙ্গ মায়য়োক্ল ন, লাইসঙ্গি মমাঙ্দ সানৈ। মান্দোপ্কি যাত্রাদি লাইসঙ্ মনুংদ লাৎলিব লাইগি মীৎয়েংফম্ ওইব মফম্দ হুন্গনি। মান্দোপ্ সাবগি যাত্রা হুন্ফম্দি খুৎয়েক্-১১ গিদ, যাত্রা হায়ন থারিব মফম্ অসিদ মান্দোপ্কি যাত্রা হুন্গনি।



খুৎয়েক্ -১১

মথক্ত য়েক্লিব মান্দোপ্কি নোংপোক্ ওল্লিব মায়ওন্ অসি লাইসঙ্ন নোংপোক্ ওন্ন সাবগি ফিরেপ্নি। করিগুম্ব লাইসঙ্ন মখা ওন্ন সাব তারবদি খুৎয়েক্ ১১ গি নোংপোক্ ওল্লিব মায়ওন্ অসি মখারোম্দ ওল্লগ যাত্রাগি মফম্দি অদুম্ লেঙ্দন লৈগনি।

৫. **জগমোহোন্ ঃ** মান্দোপ্ সাব ঙম্নদ্রব মতম্দ জগমোহোন্ ওইন সাদুন মান্দোপ্কি মহুৎ সিন্দুন জগমোহোন্ ওইন সীজিন্নৈ। জগমোহোন্ সাব তারবদি খুৎয়েক্ ১২ গিদ যাত্রা হায়ন থারিব মফম্ অসিদ যাত্রা মফম্ ওইগনি।



খুৎয়েক্ -১২

জগমোহোন্ সাব মতম্দ অয়াম্বন কা অহুম্গি কায়াৎত সানৈ। কা অহুম্গি সাব তারবদি যাত্রা মফম্ ১ হায়ন থারিব অসিদ জগমোহোন্গি যাত্রা মফম্ ওইগনি। করিগুম্ব কা মরিগি সানবসু য়াওই। কা মরিগি কায়াৎত সাব তারবদি যাত্রা মফম্ ২ হায়ন থারিব মফম্ অসিদ যাত্রা হুন্গনি।

৬. **অৱাং সঙ্গোয় :** অৱাং সঙ্গোয় সাব তারবদি অয়াম্বন মসিসু কা অহুম্‌গি ওইন সানৈ। অৱাং সঙ্গোয় অসি সাব তারবদি মথক্কি খূৎয়েক্‌ ১৩ সুবসিদ যাত্রা হায়ন থাদুন কোয়সিল্লিব মফম্‌ অসিদ যাত্রা উরেপ্‌ হুন্‌গনি। অৱাং সঙ্গোয়গি কায়াৎসু যূম্‌ কা অহুম্‌গি কায়াৎক মান্নন অদুম্‌ য়াৎকনি।



খূৎয়েক্‌ -১৩

৭. **মমাঙ্‌ সঙ্গোয় :** মমাঙ্‌ সঙ্গোয় সাব য়াম্না লুই। দসা লাংফম্‌ ফৎত্রবদি মমাঙ্‌ সঙ্গোয় সাব ফত্তে। মমাঙ্‌ সঙ্গোয় সাব তারবদি অয়াম্বন কা অহুম্‌গি ওইন সানৈ।

কা অহুম্‌গি মমাঙ্‌ সঙ্গোয় সাব তারবদি খূৎয়েক্‌-১৩ অসিদ যাত্রা হায়ন কোয়সীন্দুন তাক্লিব মফম্‌ অসিদ মমাঙ্‌ সঙ্গোয়গি যাত্রা হুন্‌গনি। মমাঙ্‌ সঙ্গোয়গি কা য়াৎপদ অৱাং থংব কা অসি অসি-অনাগি থৌরম্দ সৈজা থাফম্‌নি। ময়ায় থংব কান কা অতৈদগি খ্বাইদগি চাউন থম্‌গনি। মথংদ খা ইথং থংব কান অৱাং থংব কাদগি খূবাক্‌মুক্তং ওইরবসু চাউহন্‌গনি অদুগ অৱাং থংব কান কা অতৈদগি খ্বাইদগি পীক্‌ন থম্‌গনি। মমাঙ্‌ সঙ্গোয় সাবগি কায়াৎক লৈননব যূম্‌ সাবগি কায়াৎক অদুম্‌ মান্নে।



খূৎয়েক্‌ -১৪

৮. **মখা সঙ্গোয় :** মখা সঙ্গোয় সাব তারবদি মসিসু অয়াম্বন কা অহুম্‌গি কায়াত্ত সানৈ। হায়রিব মখা সঙ্গোয় অসি সাব তারবদি মসিগি য়েক্লিব শূৎয়েক্-১৪ অসিদ যাত্রা হায়ন কোয়সীল্লিব মফম্ অসিদ মখা সঙ্গোয়গি যাত্রা উরেপ্ হুন্‌গনি। মখা সঙ্গোয় সাবদি য়াম্ন ফৈ অদুবু চহী অহুম্‌দগি হেন্ন থম্ব ফত্তে হায়বগি থাজনবী অমদি চৎনবী লৈ।




শূৎয়েক্ -১৫

## যাত্রা হুন্‌বগি অফব থাবান্‌সিং

যূম্ অম সাবগি খ্বাইদগি অহৌবদি যূম্‌গি যাত্রা হুন্‌বনি। যাত্রাগি মতুং ইন্ন সাগদৌরিব যূম্ অদুগি অফ-ফত্তগি মবম্ য়াম্ন লৈ। যাত্রা হুন্‌বগি নুমিৎ লেপ্প মতম্‌দ য়াম্ন চেক্‌সিন্ন অফব নুমিৎ, অফব থাবান্, অফব থৱান্‌মিচাক্ অমদি পূংফম্ কূপ্প, মুন্ন য়েংনৈ। যাত্রা সোয়রবদি যূম্ অদু ফত্তে। মরম্ অসিন যাত্রা হুন্‌ব তারবদি যাত্রা হুন্‌বগি অফব থাবান্ নীংথিন, চেক্‌সিন্ন য়েংলগ হুন্‌গনি। যাত্রা হুন্‌বগি অফব থাবান্‌সিংদি— **২, ৩, ৫, ৭, ১০, ১৮, ২০, ২২, ২৫, ২৮** হায়রিব থাবান্‌সিং অসি যূম্ যাত্রা হুন্‌বগি অফব থাবান্‌সিংনি।

## যাত্রা হুন্‌বগি অফব থৱান্‌মিচাক্‌সিং

যূম্ সাবগি যাত্রা হুন্‌বদ অফব থৱান্‌মিচাক্‌সিংন পুব নুমিৎসু নীংগিন চেক্‌সিন্ন য়েংলগ যাত্রা হুন্‌বগি নুমিৎ লেপ্‌কনি। থৱান্‌মিচাক্ ২৭ কি মনুংদ যাত্রা হুন্‌ব ফব থৱান্‌মিচাক্‌সিং তোপ্প তোংঙান্ন লৈ। যাত্রা হুন্‌বগি অফব

থৱান্মিচাক্সিংদি— ১, ২, ৫, ৭, ৮, ১১, ১২, ১৩, ১৪, ১৫, ১৭, ১৮, ১৯, ২০, ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৭ হায়রিব থৱান্মিচাক্সিং অসিন পুব নুমিৎসিংদ য়ুম্ সাবগি যাত্রা হুন্ব য়াই। থৱান্মিচাক্ ১৯ অসিগি মনুংদ অমুক্ হেন্না ফব থৱান্মিচাক্সিংদি ২৩, ২৪, ২৫, ২৭ হায়রিব থৱান্মিচাক্ ৪ অসিনি। থৱান্মিচাক্ ৪ অসিন পুব নুমিৎসিংদ চীংখৈ হুল্লক্প অঙন্ব মতম্দ, য়েন্খোং অহান্বদ হৌদুন য়ুম্গি যাত্রা হুন্ব য়াম্না ফৈ।

## যাত্রা ফূক্প

যাত্রা ফূক্প হায়বসি তঙায়ফদন তৌদব য়াদব মতাং লাকই। খুদম্ ওইন হান্না লৈনরম্লব য়ুম্ অম সীদোক্প, যাত্রা উরেপ্ হুন্বদ সোয়খিব হায়বদি নুংসিৎকি খেন্ফম্ সোক্ন হুন্খিব, পাখংবগি ময়াঙ্ সোক্ন হুন্খিব, মতম্ খরদংগি ওইন সাব য়ুম্ নৎত্রগ লুহোং-কৈহোংব, অসি-অনানচিংবগি সূমাঙদ খন্ব মান্দোপ্নচিংবগি মথৌ মঙম্ লোইরদুন হুন্খিব যাত্রা ফূক্প তারবদি কাঙ্লোন্ য়াওদন মফম্ মরাং খঙ্দন যাত্রা উরেপ্ হেক্ত ফূক্প য়াদে। যাত্রা ফূক্পগি মতাং লাক্লবদি মসিগি কাঙ্লোন্ তোপ্ন লৈ। হায়রিব যাত্রা ফূক্প অসিগি মমাঙ্ঙৈদগি চৎনরক্প কাঙ্লোন্ খর মখাদ পীরি।

১. **কোম্থারোল্ন ফূক্প :** কোম্থারোল্ সোল্লগ সনা-লুপা থাদোক্তুন যাত্রা উরেপ্ ফূক্পদি মখাগি কোম্থারোল্ লাইসোন্ অসি সোল্লগ ফূক্কনি।

লাইসোন্ :— *" হে গুরু তেক্সম্ সাংনু অপোক্ চাদা খংঙোই য়াংঙোইবী-ও! নসূ হেবুংথৌন নহাল্নোংদ (নুমিৎ মমিং হায়রগ) উহৌ উরেপ্ তম্বদ কোন্জল্ য়াইচন্খিববু ব্রাংলেন্ মীকূপ্ সোয়খিবন কোরৌ ঈকাই চন্খিবন উহৌ উরেপ্ নঙ্সু হৌদরে। উরেপ্ নঙ্সু লেপ্তরে। পামেল্ উহৌ হৌনব পিথ্রাইবীন লৌথোক্লে। খোংদ্রাইবীন উরেপ্ সিল্লক্লে হৌ ই হে গুরু।"*

মথক্কি কোম্বারোল্ লাইসোন্ অসি সোল্লগ সনা লুপা অদু থাদোক্কনি। মসিগি মতুংদ যাত্রা উরেপ্ অদু ফূক্কনি।

২. **সন্ন ফূক্প :** যাত্রা ফূক্প মতম্দ সন্ লাব অনীন পোৎপু পাল্লগ ফূক্প য়াই। অহান্বদ যাত্রা উরেপ্কি মখোঙ্গি লৈপাক্ অদু তৌথোক্তুন খোৎতোক্কনি। সন্ পোৎপু অম পাল্লগ থৌরী অমন যাত্রা উদ পুল্লগ সন্ পোৎপু অদুন থৌরী অদু চিংহল্লগ যাত্রা উদু ফূক্কনি। তুহন্ব মতম্দ নোংপোক্লোম্দ তুহন্গনি।

৩. **মূক্না যাত্রান ফূক্প :** যাত্রা ফূক্প মতম্দ মূক্না যাত্রান যাত্রা উ ফূক্হন্ব য়াই। অহান্বদ যাত্রা উরেপ্ অদুগি মখোঙ্গি অকোয়ব অদু তৌথোক্তুন লৈপাক্সিং অদু লৌথোক্কনি। অদুগ মূক্না যাত্রা অমন লোংখ্রৌ য়েৎলগ ওয়গি নীংগোংন হুন্গদবনি। লোংখ্রৌন হুন্ব মতম্দ যাত্রা উগি উতোন্ অদু নোংপোক্ ওন্ন তাহন্গনি। করিগুম্ব মূক্না যাত্রা ফংদ্রবদি খুল্ অদুদ লৈব খর অহল্ ওইব মী অমন ফূক্হল্লবসু য়াই।

মথক্কি যাত্রা ফূক্পগি কাঙ্লোন্সিং অসি সূমাঙ্দ মাল্দোপ্ খন্বগি যাত্রা য়াওন যাত্রা খূদিংমক্ ফূক্প য়াই। যাত্রা উরেপ্ ওইরুরব উ নৎত্রগ ব্রা অদু অমুক্ হন্ন যাত্রা উরেপ্ ওইনবদি করিসু অকায়ব লৈতে অদুবু নামুংব থবক্ত অমুক্ সীজিন্নবদি খক্ তৌরোইদবনি, ফত্তে।

## ১১. য়ূম্ পান্থৎপ

য়ূম্ অম সাননবগি অহান্ব তৌফম্ থোক্প পূন্নমক্ হায়বদি য়ূম্ফম্ খন্ব, পরিং লাংসঙ্ হুন্ব, কা য়াৎপনচিংব পূম্লোই লোইরগ য়ূম্গি যাত্রা হুন্ব লোইদুন যাত্রা উরেপ্ লেপ্লব মতম্দ অফব নুমিৎ থাবান্ য়েংদুন য়ূম্ পান্থৎপ হৌগনি। য়ূম্ পান্থৎপ হৌবদি য়ূম্বীরেল্সিং হান্না মাগি মাগি য়ুংফম্ থোক্প মথং-মনাও নাইন য়ুংব লোইরগ লোয়বী অমদি লোয়উসিং মাগি মাগি মফম্ য়েংন য়ুংগনি। অসুম্ন অতৈ-অতৈ লোয়খাঙ্, মায়গৈ, খাংঙেন্, সূক্তু, সনা য়ূম্বী, খাঙ্ঙবু, য়াঙ্বী, লোয়খোম্, হুম্দাং, উরা, য়ূম্ কূপ্পনচিংব য়ূম্ অম সাব হৌনবগি কাঙ্লোন্ মথং-মনাও কায়হন্দন য়ূম্ সাগনি। য়ূম্ সাব, য়ূম্ পান্থৎপগি অরুব, সোয়ব য়াদব চৎনরোল্, নিয়ম্ কয়া অম লৈ। য়ূম্ পান্থৎপদ হায়রিব অরুব চৎন-কাঙ্লোন্সিং অসি ঙাক্ন সাগনি। মখাদ য়ূম্ পান্থৎপগি অকূপ্প মরোল্সিং পীরি।

### য়ূম্ পান্থৎপগি অকূপ্প মরোল্

য়ূম্গি যাত্রা উরেপ্ন অৱাংলোম্দ তুথবদ ফক্লাং ৱাংম, ইচুম্ তাফম্দ তাব ফত্তে, নপ্তা পিদাব নংঙি। য়ূম্ অদু চহী ওন্দন য়ূম্গি মপু সি।

চাক্খুম্গি য়ূম্বীরেল্ ৱাংহন্ব ফত্তে, ৱাংলগ ইমুংগি নুপী মসা সোল্লি। মসিগ মায়য়োক্নরিব মৈরম্গি সূক্তু পুরিব য়ূম্বীরেল্ অদুসু ৱাংহন্ব য়াদে, ৱাংলগ য়ূম্গি মপু মসা সোল্লি।

যাত্রা পাব উখোঙ্গি উকোন্সু য়াম্ন লুই। মসিগি উকোন্ অসিন ইমুংদ তারবদি ইমুংগি মী তোয়ন নাগল্লি, ফত্তে।

নিংঙোল্ কাগি মোন্ মপাগি লোয় অদু হুম্দাং ওইরবসু খূহন্গনি। সগুন্থোঙ্ কৌই। সগুন্থোঙ্ অহুম্ সুই। মখা থংব সূক্তুগি অৱাংদ হান্নগি হুম্দাং অদুগ সূক্তুগগি মরক্ অদু মী লীৎপ চন্ন লাওরবদি মদুসু সগুন্থোঙ্ কৌই। মমাঙ্দগিসু মনীংদগিসু লম্জৈ ওন্সিন্বদ লম্জৈ অনীন চীল্লোক্লব মফম্ অদু মী চঙ্ব য়ান লাওরবদি মদুসু সগুন্থোঙ্ কৌই। সগুন্থোঙ্ পূম্নমক্ পূম্থিং থিংলবদি লন্ চঙ্দে। খরদং খূহন্ন থম্গনি।

মঙ্গোল্গি হুম্দাং অনীগি অৱাং থংব হুম্দাংন থোঙ্ ময়ায়দ তারবদি লন্থোঙ্ থিংব কৌই। সেল্ চঙ্দে। মপা খর খজিক্তুং সোয়নহন্গনি।

লৈমরেল্গি য়ূম্বী অদু ইমা লৈমরেল্ সিদবীগি মফম্নি। চাক্খুম্গি য়ূম্বীরেল্ অদু লৈমরেল্গি খোঙ্দাফম্নি। চাক্খুম্ লৈরঙ্গি নোংচূপ্ক অৱাংগদ হাপ্ল লোয় অদু লাওহন্গনি, লন্গি মফম্নি। সনামহীগি মখা নোংচূপ্ অনীগি লোয় খূন য়ুংগনি, লাই ঙাওদে। সনামহীগি মথক্ত হাপ্ল হুম্দাং নাম্ম পয়া পুল্লোইদবনি। য়ূম্গি মীওইসিংদ অৱা-অনা পীব ঙম্দে।

চেঙ্ফূগি লোয়বী অদুগ থংনব লোয় অদু হুম্দাং কোক্থোং নাগনি। লপ্লেন্ কাগি মোন্ মপাগি য়ূম্বী অদু মমিং ৱামীৎতাঙ্ ৱারুখোই কৌই। মদুদ লংফৈ-ইফৈ চৎথোক্লম্দাইদ সিন্নরম্লবদি অসি-অনা নংদে। মথংগি অদুগ খর লাওহন্গনি। মমীৎ মখারোম্দ ওল্লবদি ফত্তে। সূম্ মরিগি থাঙ্মৈ খরদং মঙোন্দ হাপ্কনি। লংফৈ-ইফৈ চৎলম্দাইদ মাবু খুরুম্জদুন, মঙোন্দ

সিন্নরম্লগ চৎলবদি মীরম্দ খুদোংথীব অসি-অনা নংলোই। লপ্লেন্ কাগি যাত্রাগ তাইনব, যাত্রাগি মনুং থংব হুম্দাং অদু য়ুম্দগি থীরক্পদ থাঙ্জ নোংমাইজিং তাব ফত্তে। অদুগ ওয়কোন্, য়েৎকোন্ য়েংগনি, খোয় লাক্ই, পোঙ্ঙি হায়দুন লীন করিন লাক্সীন্ব য়াদে, অফা-অপুন্ নংঙি, অসি অনা থোক্ই।

লপ্লেন্ কাগি খূয়াগি অখূবগ থংনব নোংপোক্ থংব লোয়গ অনী অদু হুম্দাংদ ওইরবসু, লোয়দ ওইরবসু খূহন্গনি। মদু অসিথোঙ্ কৌহি। লোয় উকোন্ মনীং ওন্গনি। করিগুম্বদ সূমাঙ্দ সোরাৎ সোল্লিঙৈদ ইমুংগি মী অম সিরবদি মদুদ পুথোক্কদবনি। মাঙ্গোল্গি খাঙ্ঙবু উচীন্ ওক্পগি মনাক্ত হাপ্প হুম্দাং অদু লী পুল্লোইদবনি। সনামহীন অব্রা-অনা পীব ঙম্দে। পুল্লবদি অফা-অপুন্ নংঙি, ফত্তে।

নাক্থ অব্রাংগি সূম্নে, সনামহীগি সূম্নে অনী অসি উমীৎ মায়য়োক্নহৈদে য়াম্ন কাপ্কল্লি, মী লৈব ঙম্লোই।

ফুঙ্গা লাইরুদি চাক্খুম্ কাগ লপ্লেন্ কাগ অনীগি মরক্ত য়ুংলিব য়ুম্বী অনীগি মথক্ত অখুবগি মথক্ত তোংব সনা য়ুম্বীগি মপাদগি নোংপোক্লোম্দ খূবোম্ মচা অম নৎত্রগ খূদোন্ নিপাল্ ওল্লগ তাব মফম্ অদুদ ফুঙ্গা লাইরু ওইনৈ।

মনীংথোঙ্ অমদি মমাঙ্থোঙ্ অনীমক্কি নাক্ য়েৎকি উখোঙ্ অনীমক্ন থোঙ্লোম্দ উকোন্ন কোন্সিন্গনি। মাঙ্গোল্গি ফম্মেন্ অমদি মাঙ্সোক্কি নাকল্ অনীমক্ত য়ুংলবদি উখোঙ্সিংগি উকোন্ ইমুংলোম্দ থম্গনি।

য়ুম্গি যাত্রা উরেপ্কি উকোন্ন চাক্খূম্লোম্দ ওন্সিন্গনি অদুগ যাত্রা উগি উমীৎন কৌব্রু মায়কৈ ওন্সীন্গনি। অব্রাং থংব মাঙ্গোল্গি সূক্তুন থোঙ্জাউগি মথক্ত নল্হৈদে, নল্লবদি মীসি মীনা নঙ্গল্লি।

লাই হুম্দাংন সনামহী কাচিন্দ হুম্দাংগি মমীৎ অনী অদুন লাইদ চপ্ মান্নন য়েংথদুন লৈহনগনি। থা অমগি মনুংদ ৪নি পান্ব থাবান্দ য়ুম্ সাবগি উ খিল্হৈদে। ৫নি, ২১নি অমদি ২৩নি পান্ব থাবান্দ সনা য়ুম্বি হাপ্হৈদে। ৮নি পান্বদ য়ুম্বি হাপ্হৈদে।

## উখোঙ্গি অরাও-অখূ

য়ুম্ অম সাবগি য়ুম্বীরেল্সিং, সূম্সিং, উখোক্তেন্সিং অমদি লোয়বীসিং য়ুংব লোইরগ মরক্কি লোয়উ য়ুংব মতম্দ য়ুংগদব উখোঙ্সিংগি অরাও-অখূসু মফম্ মফম্গি মতুংইন্ন খেৎনন য়ুংবগি অকক্লব কাঙ্লোন্ লৈ। লৈমরেল্ সিদবীগি লপ্লেন্ কান য়ুম্ অমগি কা পূম্নমক্কগি খজিক্ত ওইরবসু চাউহন্বগুম্ উখোঙ্ পূম্নমক্কগি লৈমরেল্ থম্ব মফম্ম খ্বাইদগি হেন্ন লাওহন্গনি। ইমুং মমৈ পূংন পাম্লি।

লাইনিংথৌ সনা কাগি সঙ্গোংদগি নোংপোক্লোম্দ য়ুংব উখোঙ্দি খূদোল্ অহুম্দং ওইরবসু লাওহন্গনি। সঙ্গোংদগি অরাং পাংন থংনন য়ুংব উখোঙ্‌ন উখোঙ্ পূম্নমক্কগি খূদোল্ অহুম্দং ওইরবসু খূহন্গনি। হায়রিব উখোঙ্ কারক্ অসি য়ুম্ অমগি সগুন্থোঙ্নি। মাঙ্গোল্ উখোক্তেন্ অনী য়ুংলিবদুগি মনুংদগি ফম্মেন্ থংব উখোক্তেন্ন নাক্থগি উখোক্তেন্দগি লাওহন্গনি, নাক্থগি উখোক্তেন্ন খূহন্গনি। নাক্থগি উখোক্তেন্ কারক্ অসি অসিবগি লম্বীনি, অসিথোঙ্নি। হায়রিব উখোক্তেন্গি কারক্ অসিদ অসিব পুথোক্ফম্নি।

সগুন্থোঙ্ লাওরবদি হূরান্ব চঙ্গল্লি, পোৎমাঙ্ চৈমাঙ্ তোয়ন থোক্কল্লি। নাক্থগি উখোক্তেন্ন ফম্মেন্গি উখোক্তেন্দগি লাওব হেল্লবদি মীসি-মীনা নংঙি। মরম্ অসিন লোয়উ য়ুংব মতম্দ মুন্ন চেক্সিন্ন কাঙ্লোন্সিং অসি য়েংন য়ুংগনি।

**য়ূম্বী মমিং**

য়ূম্ অম সাবদ য়ুংলিব য়ূম্বীসিংগি মমিং অমদি মথৌ-মওম্ তোপ্প -তোপ্প লৈ। মখাদ য়ূম্বীসিংগি মমিং অমদি মথৌ-মওম্সিং পীরি।

১. **ফম্মেন্গি সূম্ :** ফম্মেন্গি সূম্গি মমিংদি **"সাইতীল্ অতোন্ব"** কৌই। হূরান্ব চঙ্ব অমদি য়ূম্ সগুন্ তৌবদ হায়রিব সূম্ অসিদ ইমুংগি মী পূম্নমক্ সুম্জিন্ফম্নি।

২. **ফম্মেন্গি উখোক্তেন্ :** ফম্মেন্গি উখোক্তেন্গি মমিংদি **"লোক্লৌ পালাং ঈনম্খাঙ্"** কৌই। হূরান্ চীম্বী অমদি ফত্তব, য়েংথীনব মীন য়ূম্গি মীসিংবু থমাইদুন সুম্জিন্ফম্ ওইরিব ফম্মেন্গি সূম্বু সুম্ব ঙম্হল্লোই হায়রবদি ফম্মেন্গি উখোক্তেন্ অসিদ ঙাক্লনব সিন্নফম্নি।

৩. **মাঙ্সোক্কি সূম্ :** মাঙ্সোক্কি সূম্গি মমিংদি **" লৈরক্ অখূব"** কৌই।

৪. **মাঙ্সোক্কি উখোক্তেন্ :** মাঙ্সোক্কি উখোক্তেন্গি মমিংদি **"ইমাল্ ঙাইন নম্ঙাখোং"** হায়ন কৌই। কনাগুম্বন নুপী হায়ব লাক্পদ নৎত্রগ ব্রা হাযব লাক্পদ কাঙ্লোন্ খঙ্ন মিংখৈ সোন্দুন চঙ্সিল্লগ ফম্লবদি ব্রা হায়বদ মায় পাক্লব মফম্নি।

৫. **ফকতোম্গি য়ূম্বী :** ফক্তোম্গি য়ূম্বী অনীগি মমিংদি **"তরেং সাইপু সেন্তোয়ফম্"** কৌই। সেন্দোল্ অরিব লৈব, সিংদ্রব লমন্-থুন্মল্, পোৎ-চৈ, সনা-লুপা লৌখিবগি সেল্ থৌফম্, পোৎ থৌফম্ কাঙ্লোন্গি মফম্নি।

৬. **যাত্রা উরেপ্ :** যাত্রা উরেপ্কি মমিংদি **" লাংচেং চারা ঈরূথেৎ"** কৌই। য়ূম্গি উরেপ্পু লাংফম্ অচেংব লাকলবদ ইপা-ইপু অপোক্প খুরুম্দুন চাক্লেন্ কৎনব মফম্নি।

৭. **যাত্রা উরেপ্ পাব উখোঙ্ :** যাত্রা উরেপ্ পাব উখোঙ্গি মমিংদি "**লম্লোই নুংচান্ব**" কৌই। সা-লান্ চৎলম্দাইদ থরায়বু সিন্নফম্ মফম্নি।

৮. **লপ্লেন্ কাগি য়ুম্বী :** লপ্লেন্ কাগি য়ুম্বী অনীগি মমিংবু "**মোংব সরোং**" কৌই। মীন সিরম্দাইদ লম্বী লম্খাই ওইনব মফম্নি।

৯. **সঙ্গোংগি সুম্ :** সঙ্গোংগি সুম্গি মমিংদি "**লাংখৈ পুংময়োল্**" কৌই। লাইনিংথৌ সনামহীগি চীংখৈ মীৎয়েংফম্নি। পরিং লাংসঙ্ হুন্বগি অখৈব, অরোইব মফম্নি। সঙ্গোং চীংখৈগি কারন্ লম্য়ায় তাব মফম্দ সম্-না, অমাং-অসোই, লৃখাক্-চগুম্ তাহন্ব তৌহেদে।

১০. **কৌব্রু চিথেক্কি সুম্ :** কৌব্রু চিথেক্কি সুম্গি মমিংদি "**সারু লুক্তম্ হুন্ব**" কৌই।

১১. **মনীংগি উখোক্তেন্ :** মনীংগি উখোক্তেন্ অনীগি মমিংদি "**ইমু সিল্লম্ সীন্ব**" কৌই। অতোপ্প মমিং অমন "**ইমুফম্**" অমদি "**মপাতাউ নুংচান্ব**" হায়নসু কৌই।

১২. **লাইরুগি য়ুম্বী :** ফুঙ্গা লাইরুগি য়ুম্বীদ তরেৎ সেন্ফূ ওইনৈ হায়বগি য়ুম্বী অসিগি মমিং "**লোয়রেল্ কোংয়াং ঈচৈসু**" কৌই।

য়ুম্বীসিং অসিগি মমিংসিং অসিত নত্তন অতোপ্প মমিং খরদি ফম্মেন্গি খাঙ্ভবুগি মমিংদি "**লৈতিংখোম্ব**" কৌই। মাঙ্সোক্কি খাঙ্ভবুগি মমিংন "**মহারাব**" কৌই। লোয়খোম্গি মমিংদি "**মীখোম্লাং তনৌবী**" কৌই।

## য়ুম্বী অমদি লোয়উ য়ুংব

**য়ুম্বী য়ুংব :** য়ুম্‌ অম সাবদ য়ুংগদৌরিব য়ুম্বীসিংগি মথং-মথং অহান্‌ অকোন্‌ নাইন য়ুংননবগি অকক্নব কাঙ্‌লোন্‌ লৈ। হৌনীংব মফম্‌দগি হেক্ত হৌব, হাপ্নীংব য়ুম্বী হেক্ত পঙ্‌হাপ্‌ হাপ্প য়াদে। য়ুম্‌ অম সাবগি য়ুংগদব য়ুম্বী মখোঙ্‌সিংগি মনুংদ ইহান্‌ হান্ন য়ুংগদব য়ুম্বী উদি যাত্রা উরেপ্নি। যাত্রা হুন্‌বন য়ুম্‌ অম সাবগি খ্বাইদগি অহৌবনি। মথং য়ুংগদব অনীসুব য়ুম্বী উদি যাত্রা পাব উখোঙ্‌নি। অহুম্‌সুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি ফম্মেন্‌ সাইতিল্‌ তরেংনি। মরিসুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি মাঙসোক্কি সাইতিল্‌ তরেংনি। মঙাসুব য়ুংগদব উন ফম্মেন্‌গি সাইতিল্‌ তরেং ফক্‌তোম্‌ পুব তরেংনি। তরুক্‌সুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি মাঙ্‌সোক্‌কি সাইতিল্‌ ফক্‌তোম্‌ পুব তরেংনি। তরেৎসুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি মাঙ্‌সোক্‌কি মাঙ্গোল্‌গি খাংঙেন্‌ পুব উখোক্‌তেন্‌নি। নিপাল্‌সুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি মাঙ্‌সোক্কি মনীং থংবগি খাংঙেন্‌ পুব উখোক্‌তেন্‌নি। মাপল্‌সুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি ফম্মেন্‌গি মনীংথংব খাংঙেন্‌ পুব উখোক্‌তেন্‌নি। তরাসুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি ফম্মেন্‌গি মনীং থংব চিথেক্কি সূম্‌নি। তরামাথোইসুব য়ুংগদব য়ুম্বী উদি মাঙ্‌সোক্কি মনীং থংব চিথেক্কি সূম্‌নি।



খুৎয়েক -১৬

তরানিথোইসুব য়ুংগদব য়ূম্বী উদি ফম্মেন্গি মাঙ্গোল্গি খাংঙেন্ পুব উখোক্তেন্নি। তরাহুম্দোইসুব য়ুংগদব য়ূম্বী উদি ফম্মেন্গি মাঙ্গোল্গি চিথেক্কি সূম্নি। তরামরিসুব য়ুংগদব য়ূম্বী উদি মাঙ্সোক্কি মাঙ্গোল্গি চিথেক্কি সূম্নি। তরামঙাসুব য়ুংগদব য়ূম্বী উদি ফক্তোম্গি তরেং উ অসিন য়ূম্ অম সাবগি ঈকোন্ কোন্ন য়ুংগদব য়ূম্বী উনি। মথক্কি অসিন য়ূম্ অম সাবগি মরুওইব য়ূম্বী মখোঙ্ য়ুংগদব লোইরে।

**লোয়উ য়ুংব :** য়ূম্ অমগি য়ুংগদব মরুওইব য়ূম্বী মখোঙ্সিং য়ুংব লোইরগ মথং য়ুংগদব উদি মপূং ওইব লোয়বীসিং হায়বদি ফক্তোম্গি ফম্মেন্ অমদি মাঙ্সোক্কি লোয়বী অনী, যাত্রা উরেপ্ অমদি যাত্রা পাবগি অখূব পুথোক্লিব ফম্মেন্ অমদি মাঙ্সোক্কি লোয়বী অনী, মথংদ লপ্লেন্ কাগি য়ূম্বী অনীগি অখূব পুথোক্লিব লোয়বী অনী হায়রিব লোয়বীসিং অসি য়ুংব লোইরগ অতে মরক্কি লোয়উসিং য়ুংগনি। লোয়উ য়ুংবগিসু অহান্ অকোন্ নাইন য়ুংগনি। খ্বাইদগি ইহান্ হান্ন য়ুংগদব লোয়উদি যাত্রা উগি অখূব পুরিব লোয়বীগি মনীংথংব অনীসুব মখোঙ্দগি হৌন লোয়উ য়ুংব হৌগনি। অদুগ লোয়উ য়ুংব লোইগদবন যাত্রাগি অখূব পুরিব লোয়বীগি হেক্ থংনন মনীং থংব মখোঙ্ হায়বদি লোয়উ য়ুংব হৌখিব মখোঙ্ অদুগ থংনব মমাঙ্থংব লোয়উ অসিন খ্বাইদগি ঈকোন্ কোন্ন য়ুংব লোইগনি।

### হুম্দাং য়ান্ব

য়ূম্ অম সাবগি হুম্দাং য়ান্ব হৌগদব নুমিৎতি নোংমাইজিং নুমিৎতগি হৌগনি। অদুগ হুম্দাং য়ান্ব লোইসিন্গদব নুমিৎন য়ূম্ মপু অদুগি মপোক্ নুমিৎকি থংনব নুমিৎত ওইরবসু মপোক্ নুমিৎতগি থীবদ মসেম্ তাব নুমিৎত নৎত্রগ থংনব নুমিৎত হুম্দাং য়ান্ব লোইসিন্গনি।

য়ুম্ অমগি হুমদাং য়ান্‌বদ মাঙ্‌সোক্কি লৈমরেল্ কাদ য়ান্‌গদব হুম্‌দাং অনী অসিদি মবুক্ লাওন য়ান্‌ব ফত্তে, খর খূন য়ান্‌গনি। লোয়উ নক্ল য়ান্‌গনি। মাঙ্গোল্‌গি ফম্মেন্ অমসুং ফক্‌তোম্‌গি কাচিন্দ য়ান্‌গদব হুম্‌দাংদি কাচিন্ নক্‌ন হাপ্‌কদবনি। ফম্মেন্‌গি হুম্‌দাংদি অখূব পুব উগ মমাঙ্‌লোম্দ নক্‌নন য়ান্‌গনি। অতোপ্প অমন মনীং থংবগি সাইতিল্ তরেংগ অখূব পুরিব লোয়উ মমাঙ্ থংন লোয়উগ থংনন হুম্‌দাং য়ান্‌গনি। হায়রিব হুম্‌দাং অসি অসিথোঙ্ হায়ন কৌই। অতোপ্প অমন সনামহী কাচিন্‌গি মমাঙ্ থংবদ কাচিন্‌গ হেক্ থংনন হাপ্‌কদব হুম্‌দাং অসি হুম্‌দাং মসীং চন্‌দে। হুম্‌দাং অরেম্ব কৌই। মাঙ্গোল্‌গি মাঙ্‌সোক্কি সূম্ উগি মখা থংব সূম্ উগ থংনন হাপ্‌কদব হুম্‌দাং অসিন য়ুম্ অমগি হুম্‌দাং য়ান্‌বদ খ্বাইদগি ইকোন্ কোন্ন য়ান্‌গদব হুম্‌দাংনি। অসিব অসিথোঙ্ থিংব হায়ন কৌই।

## নুমিৎ তরেৎনিদ য়ুম্ হৌবগি উসিন্

চয়োল্ অমগি মনুংদ লৈরিব নুমিৎ ৭ নিদ য়ুম্ সাব হৌবগি উসিন্ হায়দুন য়াম্ল লুব কাঙ্‌লোন্ অম লৈরি। কাঙ্‌লোন্ অসিগি মতুংইন্ন য়ুম্ অম পান্‌খৎপগি য়ুংগদব উখোঙ্‌সিংগি মরক্ত নুমিৎ-নুমিৎকি ওইন য়ুম্ অম পান্‌খৎপগি য়ুংগদব উখোঙ্‌সিংগি মরক্ত নুমিৎ-নুমিৎকি ওইন উখোঙ্ অমগ-অমগ সিন্নরগ ফত্তব থৌদোক্ ব্রাথোক্ কয়া থোক্তনব অমদি লন্-থুম্, অরং-অপান্, সা-সন্নচিংব মখোঙ্ মরি পান্‌ব অমদি ফিজেৎ চাক্‌চানচিংব অফ-নুংঙাই ফংনব তৌহৌগনি। হায়রিব নুমিৎ তরেৎনিগি তৌগদব উসিন্ কাঙ্‌লোন্‌সিং মখাদ নুমিৎ-নুমিৎকি ওইন পীরি।

১. **নোংমাইজিং :** নোংমাইজিং নুমিৎত য়ুম্ সাব হৌরবদি ফম্মেন্ সাইতীল্‌গি ঈমাঙ্ থংবদ য়ুংগদব য়ূম্বী উগ মাঙ্‌সোক্ থংবদ য়ুংগদব য়ূম্বী

উগ অনী অসি সিন্দোক্নগনি। হায়রিব উখোঙ্ অনী অসি সিন্দোক্নরবদি য়ূম্ অদুদ লৈবদ মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্নচিংব ফংজগনি। করিগুম্বা সিন্নহৌদ্রবদি য়ূম্ অদুদ লৈবদ ইমুং অদুদ মীসি-মীনা নংঙি, ফত্তে।

২. **নিংথৌকাব :** নিংথৌকাব নুমিৎত য়ূম্ সাব হৌরবদি উমীৎ অম লৈগনি। হায়রিব উমীৎ লৈব উখোঙ্ অদুগ কৌব্রু পাংবদ য়ুংগদব তরেংগ সিন্দোক্লগনি। হায়রিব উখোঙ্ অনী অসি শিন্দোক্লরবদি সা-সন্নচিংব মখোঙ্ মরি পান্ব ফংজে। সিন্নহৌদ্রবদি হায়রিব উমীৎ অদুদ য়োৎপী অহুম্ তূম্লগ য়ৈসিল্লবদি ফত্তব পূম্ব কোক্ই।

৩. **লৈপাক্পোক্প :** লৈপাক্পোক্প নুমিৎত য়ূম্ সাব হৌরবদি মাঙ্সোক্কি ঈমাঙ্ সাইতীল্গি তরেংগ ফম্মেন্গি ঈমাঙ্ সাইতীল্গি তরেংগ সিন্দোক্নগনি নৎত্রবদি ফত্তে। হায়রিব উখোঙ্ অনী অসি সিন্দোক্লরবদি মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্ অমদি মচা-মমৌনচিংব ফংজৈ। করিগুম্বা সিন্নহৌদ্রবদি তরেং অনী অদুগি মরক্ত অমদ  নৎত্রগ অমদ উমীৎ অম লৈগনি। হায়রিব উমীৎ অদুদ য়োৎপী অহুম্ তূমলগ য়ৈশিল্লবদি ফত্তব পূম্ব কোক্ই, ফৈ।

৪. **য়ূম্সকৈস :** য়ূম্সকৈস নুমিৎত  য়ূম্ সাব হৌরবদি নোংচুপ্ থংব তরেং সাইতীল্গ সম্বোং থংব লোয়উগ সিন্দোক্নগনি, সিন্দোক্নদ্রবদি ফত্তে। হায়রিব উখোঙ্ অনী অসি সিন্দোক্নরবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ মচাক্-মরল্, লন্-থুম্, সনা-লুপা অমদি অরং-অপান্ চঙ্ঙি য়াম্ন ফৈ। করিগুম্বা সিন্দোক্নহৌদ্রবদি ইমুং-মনুংগি নহা অমদি অঙাং সি।

৫. **সগোল্সেন্ :** সগোল্সেন্ নুমিৎত য়ূম্ সাব হৌরবদি য়ূম্ অদুগি যাত্রা উগি ময়ায়দ অহোব মখূল্ অম লৈগনি। নোংপোক্ থংব য়ুংগদব

তরেংগ সিন্নগনি। সিন্নদ্রবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ ইমুং-মনুংদ অনা-অয়েক্ নংঙি, ফত্তে। করিগুম্বা সিন্দোক্নহৌদ্রবদি হায়রিব অহোব মখূল্ অদুদ য়োৎপী অহুম্ তূম্লগ য়েসিল্লবদি ফত্তব পূম্ব কোক্ই।

৬. **ঈরাই :** ঈরাই নুমিৎত য়ূম্ সাব হৌরবদি মাঙ্সোক্কি ঈমাঙ্ সাইতীল্গি তরেংদ উমীৎ অম লৈগনি। হায়রিব তরেং অসিগ নোংচুপ্ থংবদ য়ুংগদব তরেংগ সিন্নগনি। সিন্নদ্রবদি য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ মপূক্ মরিল্ তাউই ফত্তে। তরেং অনী অসি সিন্নরবদি ফিজেৎ-চাক্চা ৱাত্তে। করিগুম্বা সিন্নহৌদ্রবদি উমীৎ অদুদ য়োৎপী অহুম্ তূম্লগ য়েসিল্লবদি ফত্তব পূম্ব কোক্ই।

৭. **থাঙ্জ :** থাঙ্জ নুমিৎত য়ূম্ সাব হৌরবদি নোংচুপ্ চিথেক্কি খা থংবদ য়ুংগদব সূম্গ নোংপোক্ চীংখৈদ য়ুংগদব সূম্গ উখোঙ্ অনী অসি সিন্নগনি। হায়রিব সূম্ অনী অসি সিন্নরবদি মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্নচিংব ফংজে। সিন্নদ্রবদি মৈহৌ-লাংপোক্ নংঙি অমদি মচা-মসূ সি। করিগুম্বা সিন্নহৌদব তারবদি উখোঙ্ অনী অদুগি মনুংদ অমদ নৎত্রগ অমদ উমীৎ অম লৈগনি। হায়রিব উমীৎ অসিদ য়োৎপী অহুম্ তূম্লগ য়েসিল্লবদি ফত্তব পূম্ব কোক্ই, ফৈ।

হায়রিব মথক্কি উসিন্লোন্ অসি খঙ্হৌদদুন করিগুম্বা হান্ন য়ূম্ সাদুন লৈরুরবদি মাগি-মাগি সিন্নফম্ থোক্পা উখোঙ্সিং অসি সিন্দোক্নদুন ফত্তব, থোক্হন্নীংদব থৌদোক্-ৱাথোক্সিং থোক্ত্রিৎলৈদ উসিন্ কাঙ্লোন্ অসি তৌহৌগনি নৎত্রগন ফত্তব পূম্ব কোক্নব নুমিৎ-নুমিৎকি ওইন তোংঙান্ন পীরিব থৌরম্সিং অসি তৌথোক্কনি।

## য়ুম্গী কায়াৎসিং

য়ুম্গি কয়াৎসিংগি মসক্ মমিংসিং- ১



খুৎয়েক্-১৭

(১) সনা য়ুম্বী (২) য়াঙ্নম্ (৩) য়াঙ্বী (৪) থবাক্খাঙ্ অতেন্‌ব (৫) খাঙ্গুবু (৬) থবাক্খাঙ্ অতেন্‌ব (৭) সনায়ুম্বী খোঙ্তেন্‌ব (৮) লোয়খাঙ্ (৯) সূক্তু অতেন্‌ব (১০) থবাক্খাঙ্ অসাংব (১১) সনায়ুম্বী খোঙ্তেন্‌ব (১২) সনায়ুম্বী খোঙ্সাংব (১৩) সূক্তু (১৪) মায়গৈ (১৫) চীংখৈগি সূম্ (১৬) অখুব (১৭) অখুব (১৮) খাংভেন্ (১৯) উবা (২০) হুম্দাং (২১) লোয়খোম্ (২২) যাত্রা উরেপ্ (২৩) যাত্রা পাব (২৪) ফম্মেন্‌গি উখোক্তেন্ (২৫) মৈবম্‌গি সূম্ (২৬) মাঙ্সোক্কি উখোক্তেন্ (২৭) ফম্মেন্‌গি ফক্তোম্ য়ুম্বী (২৮) মাঙ্সোক্কি ফক্তোম্ য়ুম্বী।

## য়ুম্‌গি কয়াৎসিংগি মসক্ মমিংসিং- ২




খূৎয়েক্-১৮

(১) সূক্‌তু (২) সূক্‌তু অতেন্‌ব (৩) খাঙ্‌ঙবু উচীন্ ওক্‌প (৪) মায়গৈ (৫) লোয়খাঙ্ (৬) অখূব (৭) অখূব (৮) সনা য়ুম্বী খোঙ্‌সাংব (৯) সনা য়ুম্বী খোঙ্‌তেন্‌ব (১০) সনা য়ুম্বী খোঙ্‌তেন্‌ব (১১) পূংজৈ (১২) উহ্না উচন্ (১৩) খাগোক্ উচন্।

## য়ুম্‌গি কয়াৎসিংগি মসক্ মমিংসিং- ৩




খূৎয়েক্-১৯

(১) লোয়খোম্ (২) হুম্‌দাং চন্‌ব (৩) উরা থাব (৪) সেগা (৫) পন্দলী পুন্‌ব।

**সঙ্মায় :**



খুৎয়েক্-২০

য়ুম্ লাইখল্গি মথক্ অমদি য়াঙ্লেন্গি মখাদ য়ুম্গি মনীং অমদি মমাঙ্দ লৈব অহোববু মেন্সিল্লিব সরূক্পু সঙ্মায় হায়ন খঙ্নৈ। হায়রিব সঙ্মায় অসি মেন্বদি ইমোম্ নৎত্রগ তুম্নৌগি অসাংব ইগি সরূক্সিং নীংথিন সৎলগ পাক্ন, ৱাচেৎন তেপ্ চপ্লগ খা-ৱাংগি মপান্ অনীদ ইন ফৈ তারগ মতূম্ অনী নৎত্রগ অহুম্ তূন লাক্তুন সেম্ সারগ মেন্নে।

**সংদংখা :**



খুৎয়েক্-২১

মাঙ্গোল্ ফক্তোম্গি মথক্ খাঙ্ওবু নাক্-য়েৎ অনী অমদি য়াঙ্বীগি মখাদ লৈব অহোব সরূক্পু সংদংখা হায়ন খঙ্নৈ। হায়রিব সংদংখাগি অহোব সরূক্ অসিবু ৱা নৎত্রগ লীগি পয়ান য়েন্সীন্ মওংনচিংব মখল্ কয়াগি ময়েক্ থোক্ন ফক্ সারগ মেন্নে। কনাগুম্বন ফক্কি মহূৎত উপাক্ন

মেন্নবসু য়াওই। চিথেক্ নৎত্রগ কোনা কোন্‌জিন্দ পোলাং সারগ উচেক্ তোংবী, কৈ-য়েন্, খোই মহূম্ অমদি মিনচিংব কয়াগি মওং হক্ খোত্তুন সারগ ফজনব নপ্‌তুন লৈতেং-খোৎতেংনৈ। হায়রিব সংদংখা মেন্‌ব অসিদি অসুম্ন মেন্‌গনি হায়ব থোইন অকক্লব লৈতে। য়ূম্ সাব মী অদুগি হৈ-সিংবগি মখা পোন্ন মতম্ চঙ্‌ন নীংথিন হক্-খোৎতুন নান্ন সারগ য়েংবদ ফজনব হোৎনবনি।

**ইমুংগি অক্লব মফম্‌সিং :**




(১) লাইনিংথৌ সনামহীগি খুভম্ (২) লৈমরেল্ সিদবীগি খুভম্ (৩) লাইরুগি য়ূম্বী, ইমোইনু অহোঙ্ অচাউবিগি খুভম্ (৪) ফুঙ্গা মৈফম্ (৫) যাত্রা মখোঙ্, অতিংকোক্ সিদবগি খুভম্ (৬) থোঙ্‌ঙারেল্‌গি খুভম্ (৭) মাইব ফম্ (৮) চাক্‌খুম্ (৯) হৌদোঙ্ চাক্‌থাফম্ (১০) চেঙ্‌ফু থম্‌ফম্।

খুৎয়েক্-২২

## য়ূম্ হৌবগি অফব থৱান্‌মিচাক্‌সিং

লৈননব য়ূম্ সাব হৌব মতম্দ অফব থৱান্‌মিচাক্‌সিংন পুব নুমিৎসিং নীংথিন য়েংলগ য়ূম্ সাব হৌগনি। য়ূম্ হৌবগি অফব থৱান্‌মিচাক্‌সিংদি **২, ৩, ৫, ৮, ১১, ১২, ১৪, ১৬, ১৮, ১৯, ২১, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬** হায়রিব থৱান্‌মিচাক্ ১৫ অসিনি।

## অসিথোঙ্ থিংব

অসিথোঙ্ থিংবদি ঈসারোম্দ লৈই অহুম্ চিংগনি। অদুগ মখাগি লাইসোন্ অসি সোন্গনি।

লাইসোন্ :— *"কূমায় কূপ্, কূমায় থিং, কূমায় খুম্, হং সো সো হং তে তোন্ তম্ব, থোঙ্ভারেল্ন অসিথোঙ্, মংথোঙ্ ঙসিদগি হৌন নুমিৎ থা পাল্লিবমথৈ থিংলবনি। সনাগি লুপাগি সোজৈ লোল্লগে। ক্রুক্ ক্রুক্।"*

মথক্কি লাইসোন্ অসি সোল্লগ ইমুং মনুংদ অসি-অনা থোক্তনব অসিথোঙ্ থিংগনি।

## য়ুম্ কূপ্প হৌবগি অফব অমদি ফত্তব থব্রান্মিচাক্সিং

য়ুম্ সাবদ অতৈ-অতৈ হুম্দাং য়ান্ব লোইদুন উরা ব্রাচেৎনচিংব থাব লোইরগ য়ুম্ কূপ্প হৌব মতম্দ কূপ্প হৌনব অফব থাবান্ অমদি অফব থব্রান্মিচাক্ন পুব নুমিৎনচিংব নীংথিন য়েংলগ য়ুম্ কূপ্প হৌগনি। থব্রান্মিচাক্ কুন্তরেৎকি মনুংদ থব্রান্মিচাক্ ২২,২৩,২৪,২৫,২৬,২৭ হায়রিব মথোয় তরাক্ অসিন পুব নুমিৎসিংদদি য়ুম্ কূপ্প হৌব ফত্তে। অতৈ লেম্হৌরিব থব্রান্মিচাক্সিংন পুব নুমিৎসিংদ অফব নুমিৎ থাবান্ য়েংলগ য়ুম্ কূপ্প হৌগনি। মথক্কি থব্রান্মিচাক্ ৬ অসিন পুব নুমিৎসিংদি করিগুম্ব য়ুম্ সীব তারবসু নুমিৎসিং অসিদদি ফত্তে। অতৈ থব্রান্মিচাক্সিংন পুব নুমিৎসিংদ য়ুম্ সীব য়াব অফব নুমিৎ থাবান্ য়েংলগ সীগনি।

## য়ুম্ সাব লোইরগ অফ-ফত্ত য়েংব

য়ুম্ অম সাব পূম্লোই লোইরব মতম্দ সারিব য়ুম্ অদুগি অফ-ফত্ত য়েংব তারবদি য়ুম্ অদুগি ইমুংগি মাঙ্সোক্ কা লাওরবদি য়ুম্ অদু লাইন

ঙম্ব য়ূম্‌নি। য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈবদ ইমুংগি মীসিং তোয়ন নাব- য়েক্‌প তৌগনি অদুবু সিবদি সিরোই। য়ূম্মাঙ্‌গি ফম্‌লেন্ লাওবদি য়ূম্‌দু ফৈ, ঈংন-তপ্ন, মচাক্ মরল্ মরাং কায়ন পাল্লি। ইমুংগি ফম্‌লেন্ লাওরবসু ফত্তে। সিবদি সিদ্রবসু ইমুংগি মীওইসিং তোয়ন অনা-অয়েক্ তৌই।

## য়ূম্‌দ হাপ্‌প ফত্তব উসিং

য়ূম্ অম সাবগি মচাক্ মথুম্ লাঙ্‌বদ সাগদৌরিব য়ূম্ অদু উন সাব তারবদি য়ূম্ অদুগি মচাক্ ওইন সীজিন্নব অমদি হাপ্‌পদ ফত্তব উ মখল্‌সিং তোংঙান্ন লৈ। হায়রিব য়ূম্ সাবদ হাপ্‌প অমদি সীজিন্নবদ ফত্তব উ মখল্‌সিংদি:

১. মখোম্ থোক্‌প উ মখল্‌সিং।
২. উচেক্ ময়াম্ন কায়দোংফম্ ওইনব উসিং।
৩. নুংসিৎ সীৎপদ তেক্‌লক্‌প, নুংসিৎন থুদেক্‌প উসিং।
৪. মৈন চাক্‌খিবদগি লেম্‌হৌব উসিং।
৫. ব্রজ তাবদ সোক্‌খ্রব উসিং।
৬. সংঙায়সেন্ তাখিব উসিং।
৭. লাইগুম্ন ঈরাৎনরব উসিং।
৮. লাইগি মসাইকোন্‌দ হৌব উসিং।
৯. লাই-তীল্ তোংব উসিং।
১০. মীগি মোংফম্‌দ হৌব উসিং।
১১. লিন্‌ন য়েৎখ্রব উসিং।

মথক্কি উ মখল্‌সিং অসি য়ূম্ সাবদ হাপ্প ফত্তব উ মখল্ ঙাক্তনি। য়ূম্ সাব মতম্‌দ হায়রিব উ মখল্‌সিং অসি নীংথিন য়েংলগ হাপ্‌তনব, সীজিন্নখিদনব হোৎনগনি। উ মখল্‌সিং অসি য়ূম্ সাবদ য়াওখিব থোক্‌লবদি ফত্তে।

## য়ূম্ সাবগি মচাক্

মমাঙ্ডৈদগি হৌন য়ূম্ সাবদ সীজিন্নব পোৎচাক্ কয়া তোংঙান্ তোংঙান্ন লৈ। য়ূম্ সাবদ উ নৎত্রগ সন্নৈবী ৱা ঈতীংথোক্লগ য়ূম্গি মখোঙ্ অমদি অতৈ-অতৈ মৱাওইব মচাক্ মথুম্ ওইন সীজিন্নৈ। ফক্লাং খাব মতম্দ সীংউৎ অমদি ৱাচেৎন নীংথিন তেপ্ চপ্তুন খারগ লৈখোম্গ চৱা অকক্পগ তোৎসিন্নরব লৈপাক্ন ফক্লাংগি ৱাই তৈনৈ। মথক্ত সন্থী লৈঙোয় হাইরগ লৈমু পেক্তুন লৈমু খীৎলগ ফক্লাংবু ফজনব, নান্নব হাইনরম্মি। অদুবু হৌজিক্তি অয়াম্বন লৈমুগি মহূৎত সুনু ওইন হাইনরে। হুম্দাংদি অয়াম্বন খোক্ৱা ঈসিংদ ঈতীংলগ য়ান্নৈ। উরান সন্নৈবী ৱাগি ৱাচেৎন খূদোল্ অনী মখায় নৎত্রগ অহুম্লোম্ পাক্ন ঈৎলগ থানৈ। য়ূম্ কূপ্পগি মচাক্ন ইমোম্ নৎত্রগ তুম্নৌন অয়াম্ব কূপ্নৈ। পুন্নব মচাক্ন পয়া, কনম্ পয়া অমদি লীন অয়াম্ব সীজিন্নৈ। কনাগুম্বন য়ূম্ অদুগি মপুন্সি সাংনব, কুইন চৎনব অমদি হুবান্-চীঙ্খি সগুন্ তৌব ঙম্দনব ফক্লাংগি অকোয়বদ লৈরং তাখৎনৈ। অদুবু ঈসিং থূম্গন্ব মফম্দদি লৈরং তাখৎপ য়ূম্ সানদে। ঈসিং থূম্লগ লৈরং নীংখাইদুন য়ূম্ তেক্কল্লি।

হৌজিক্কি মতম্দদি অয়াম্বন নৌন য়ূম্ সাবদ উগি নৎত্রগ চেক্-নূংগি ঙাক্ত সানরে। চেক্-নূংগি সাব ঙম্দ্রবসু উগি য়ূম্ন অয়াম্ব সানবে। য়ূম্ সাবগি মচাক্সু অয়াম্বন ৱা, ই সীজিন্নদ্রে। উ অমদি য়ূম্ কূপ্পদ ইগি মহূৎত জিংঘন অয়াম্ব সীজিন্নরে। পয়াগি মহূৎত য়োৎপী নৎত্রগ তরা সীজিন্নরে। পৈসা পায়ব, ঈনাক্ খুন্ব কয়ান চেক্-নূং, য়োৎ, বিলাতিমাতিনচিংব চাওখৎলব মতম্সিগি অফব মখল্গি পোৎথোক্ কয়া সীজিন্নদুন ৱাং চাউরব, কা মসীং কয়া লৈব, মথোল্ কয়াগি ফজরব য়ূম্ কয়া সানরে। মসিদি মতম্গি য়াওল্ মতুং ইন্ন লম্বী-থোং ফরক্প, মপাল্ লম্গি অফব মখল্গি পোৎচাক্ কয়া পুসিল্লক্তুন লায়ন ফংব ঙম্নরক্প, কন্ব অমদি মপুন্সি সাংন কূইন চৎপ হেন্ব, সীজিন্নবদ নুংঙাইব, অমদি ফজব নান্ব হেন্ব, সানীংব মওংগি য়ূম্সা মখল্ সাব য়াব পূন্নমক্ অসিন পুরক্প অহোংব য়ূম্সারোল্গি য়াওল্নি।

# ১২. য়ূম্ সঙ্গাব

নৌনা সাব য়ূম্ অম সাব পূম্লোই লোইদুন য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈগদৌরিব য়ূম্ অদুগি য়ূম্নুরেল্ অমদি ইমুং মনুংগি মীওইসিংন সীজিন্নগদব পোংলম্ চৈরম্ পূম্নমক্ হোংজিন্দুন লৈব হৌবগি মপুং ওইব হৌনবী ঈরাং থৌনিনচিংব পাঙ্থোক্কুন তৌরিব থৌরম্বু য়ূম্ সঙ্গাবগি থৌরম্ কৌই। নুমিৎ অসিদ থৌরম্ অসিগি পাঙ্থোক্ফম্ থোক্প অমত্ত কায়দন, নিয়ম্ চুন্ন পাঙ্থোক্কনি। অসিগুম্ব সঙ্গাবগি থৌরম্ অসি পাঙ্থোক্পদ অফব নুমিৎ থাবান্ অমদি য়ূম্ সঙ্গাব য়াব অমদি য়াদব থা কূপ্ন মুন্ন য়েংদন হেক্ত য়ূম্ সঙ্গাব য়াদে।

## য়ূম্ সঙ্গাব য়াব য়াদব থা

চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ অসিগি মনুংদ য়ূম্ সঙ্গাব য়াব থা অমদি য়াদব থা হায়দুন খায়দোক্ই। অসিগুম্ব য়ূম্ সঙ্গাব য়াব য়াদব থা নীংথিন য়েংলগ সঙ্গাবগি থৌরম্ পাঙ্থোক্কুন য়ূম্ অদুগি মনুংদ নুংঙাই য়াইফন, পুক্নি নুংসাংন, নাদ য়েক্তন ইমুং মপুং ফান নুংঙাইন পান্ব

ঙম্‌নব কাঙ্‌লোন্ নাইন অমদি চুম্ন তৌহৌরগ নৌন সারিব য়ূম্ অদুগি মনুংদ হোংজিন্দুন লৈব হৌগনি। চহী অমগি মনুংদ য়ূম্ সঙ্গাব য়াব থাসিং অমদি য়াদব থাসিং তোপ্ন-তোপ্ন মখাদ পীরি।

**য়ূম্ সঙ্গাব য়াব থা :** চহী অমগি থা ১২ গি মনুংদ য়ূম্ সাব য়াব থা ৬ হায়বদি (১) ইঙা থা (২) ইঙেন্ থা (৩) মেরা থা (৪) হিয়াঙ্গৈ থা (৫) ফাইরেন্ থা (৬) লমতা থা হায়রিব থা ৬ অসিগি মনুংদ অফব থাবান্, অফব নুমিৎ অমদি খুদোং চাগদব থা নীংথিন মুন্ন, কূপ্ন য়েংলগ নৌন সাব য়ূম্ অদুগি মনুংদ লৈব হৌনব য়ূম্ সঙ্গাবগি থৌরম্ পাঙ্‌থোক্কনি।

**য়ূম্ সঙ্গাব য়াদব থা :** চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ গি মনুংদ য়ূম্ সাব য়াদব থাসিং হায়বদি (১) সজিবু থা (২) কালেন্ থা (৩) থবান্ থা (৪) লাংবন্ থা (৫) পোয়নু থা (৬) ৱাক্‌চীং থা হায়রিব থা ৬ অসিদি য়ূম্ সঙ্গাব য়াদব থাসিংনি। করিগুম্বা হায়রিব থাসিং অসিগি মনুংদ য়ূম্ সঙ্গাদব য়াদদুন সঙ্গাব তারবদি কয়া পাঙ্‌দে।

**সঙ্গাবগি তৌগদব থৌরম্**

য়ূম্ সঙ্গাবগি থৌরম্‌দি য়ূম্‌গি য়ূম্মাঙ্‌দ লাইজ ঈসায়ফু ঈরাংপুল্ অম লাইজ ঈসিং থন্ন হাপ্লগ খিন্‌গনি। ফুঙ্গাগি লাইরুদ ইমোইনু অহোঙ্‌বীগি ফিরোই অসুব অম, অথেম্‌পোৎ অম সেম্‌গনি। ফৌদাং লূক্ অচোন্‌ব অম থম্‌গনি। ঙারী ঙাতাং হাপ্‌কনি। ঙমু অচঙ্‌ব মঙা হাপ্‌কনি। হৈ-লৈ অয়াম্ব সুন য়াওগনি। ঈসায়ফূন লৈমরেল্ কাদ খিন্‌গনি। অথেম্‌পোৎ অম সেম্‌গনি। সরেং অম, ঙাতেল্ অহুম্, ঙাহৌ অহুম্, য়েনসাং-নাপী, মরোয়-মপাং য়াওন কৎকনি।

লাইনিংথৌ সনামহীদ অথেম্‌পোৎ অহুম্ সেম্‌গনি। লফোয় লফাং চঙ্ থোক্‌প মাপল্, ক্বা মনা ৯, সেল্ ময়েক্ ৯, থাউমৈ ৯, ফিরোই ফিঙাম্, অনম্-অথৌগি চেঙ্‌লূক্ ৩ হায়রিব পোৎলম্ চৈরম্ পূম্নমক্ অসি

সেম্ সারগ অনম্ অথৌ কোক্কনি, মৈ ঈরাৎ লাইসোন্ সোন্দুন মৈ ঈরাৎকনি। লাইনিংথৌ মিংখৈ সক্-সোন্দুন লাইনিংথৌ সনামহী ঈরাৎকনি। ধুপ্ থাউমৈ, খোইজু লৈখাম্ থাগনি।*

মতাং অসিদ য়ূম্ সারিব মী পিসাতাউন মাঙসোক্ত ফম্গনি। মাগি মমাঙ্দ খুৎসু-খুৎলাইনচিংব পূন্নমক্ লোইন থম্গনি। ফিরোই হোংগনি, অথেম্পোৎনচিংব থম্গনি। অদুগ য়ূম্দুদ লৈগদব মী অদুন ফম্মেন্দ ফম্গনি। য়ূম্দুদ লৈগদব অতৈ মী পূন্নমক্ন ইমুংদ লৈগনি। অমাইবন লাইসোন্ তীন্সোন্ সক্ সোন্ব লোইরগ কৎলিবসিং অদু থোং-থাক্তুন চান থক্নব তৌগনি। চাব থক্প লোইরগ চিথেক্ মরিগি সাইজীন্দগি ইকা ৪ সৎলগ চীংখৈদ ফুম্গনি। ইংখোল্ চিথেক্ত লৈপাক্ লৈতূম্ অম তৌরগ ইমা লৈমরেল্গি কাদ থম্গনি। অসুম্ন ঈরাৎ থৌনি তৌদুন চাব থক্প লোইরগ য়ূম্ অদুগি মনুংদ সীজিন্নগদব, পুসিন্গদব ফমুং-কাংথোন্, উপু-লাংবুনচিংব পূন্নমক্ পুসিন্দুন, হোংজিন্দুন লৈব হৌগনি।

## সঙ্গাবগি অফব থব্রান্মিচাক্সিং

চহী অমগি মনুংদ লৈরিব সঙ্গাব য়াব থা ৬ অসিগি মনুংদ অফব থব্রান্মিচাক্ন পুব নুমিৎ য়েংলগ নৌন সাব য়ূম্ সঙ্গাব ফৈ। থব্রান্মিচাক্ ২৭ কি মনুংদ য়ূম্ সঙ্গাব ফব থব্রান্মিচাক্সিংদি— ৪, ৫, ১২, ১৪, ১৭, ২১, ২৬, ২৭ হায়রিব থব্রান্মিচাক্ মখল্ নিপাল্ অসিনি।

য়ূম্ সঙ্গাব হায়বসি নৌন সাব য়ূম্ নত্তব হান্ন অতোপ্প মীওইসিংন লৈনরম্লব য়ূম্ অমবু অতোপ্প মীওইসিংন য়ূম্ অদুগি মনুংদ অমুক্ লৈব তারবদি ইনৌ নৌন য়ূম্ অদুবু অমুক্ হন্ন তৌফম্ থোক্প হৌনবী থৌরম্ তৌদুন সঙ্গারব মতুংদ য়ূম্ অদুগি মনুংদ হোংজিন্দুন লৈনৈ। অসিদসু নত্তন

---

* য়ূম্ সঙ্গাবদ সোন্গদব লাইসোন্সিংদি লাইরিক্কি মনীংদ য়াওব লাইসোন্গি সরুক্ত লোয়ন ফংগনি।

হান্ন লৈনরম্লব য়ূম্ অম মৈহৌ লাংপোক্ নংখিবদগি ইনৌ নৌন অমুক্ সেম্জিন্ সাজিল্লগ মদুগি মনুংদ হোংজিন্দুন লৈনবগিদমক্তসু য়ূম্ অদু নৌন সঙ্গাবগি থৌরম্ পাঙ্থোক্নৈ। অসুম্ন হান্নগি য়ূম্ অমবু অমুক্ নৌন সঙ্গাগে হায়ব তারবদি অনৌব, নৌন সাব য়ূম্ সঙ্গাবগি অফব থব্রান্মিচাক্ নিপাল্ অসিগি মথক্ত থব্রান্মিচাক্ ৮, ১৫, ২৩, ২৪ হায়রিব থব্রান্মিচাক্ ৪ অসিন পুব নুমিৎসিংদসু সঙ্গাব য়াই।

## ১৩. ঙাক্কদব লোনৃচৎ

**নুমিৎ চয়োল্ তরেৎমক্ত পোৎ পীথোক্হৈদব**

১. **নোংমাইজিং :** নোংমাইজিং নুমিৎত গুরুগী খূজিন্ন চাক্ ওইখি। মরম্ অসিন ফৌ পোক্ই। নোংমাইজিং নুমিত্তি ফৌগি মপোক্ নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদ মীঙোন্দ ফৌ পীথোক্প তৌহৈদে, ফত্তে।

২. **নিংথৌকাব:** নিংথৌকাব নুমিত্ত লৈপাক্ সেন্নবগি সীৎতোক্ নাম্থোক্প অদুন উফুল্ ওইখি। উফুল্ অদুন লসিং ওই। লসিং, ফিগি মপোক্ নুমিৎনি। মরম্ অসিন নিংথৌকাব নুমিৎত মীঙোন্দ লসিং অমসুং ফি পীথোক্প তৌহৈদে, ফত্তে।

৩. **লৈপাক্পোক্প :** লৈপাক্পোক্প নুমিৎত য়োৎ পোক্ই। লৈপাক্পোক্প নুমিৎ অসি য়োৎকি মপোক্ নুমিৎনি। মরম্ অসিন নুমিৎ অসিদ মীঙোন্দ য়োৎকি পোৎলম্, য়োৎন সাব পোৎ পূম্নমক্ পীথোক্প তৌহৈদে।

৪. **য়ুম্সকৈস:** য়ুম্সকৈস নুমিৎতি লৈপাক্কি মপোক্ নুমিৎনি। মরম্ অসিন নুমিৎ অসিদ মীঙোন্দ লৈপাক্ পীথোক্প তৌহৈদে, ফত্তে।

৫. **সাগোল্সেন্:** সগোল্সেন্ নুমিৎত সেন্ অমদি লীক্ পোক্ই। সগোল্সেন্ নুমিৎ অসি সেন্ অমদি লীক্কি মপোক্ নুমিৎনি। মরম্ অসিন মীঙোন্দ সেন্ অমসুং লীক্ পীথোক্প তৌহৈদে, ফত্তে।

৬. **ঈরাই:** ঈরাই নুমিৎত সনা অমদি লুপা পোক্ই। মরম্ অসিন নুমিৎ অসি সনা লুপাগি মপোক্ নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদ মীঙোন্দ সনান সাব পোৎ-চৈ, লীক্-কোল্ অমদি লুপাগি পোৎলম্ চৈরম্ পূম্নমক্ পীথোক্প তৌহৈদে, ফত্তে।

৭. **থাঙ্জ:** থাঙ্জ নুমিৎত উ-ৱা, থৱায় পান্ব পূম্নমক্ পোক্ই। মরম্ অসিন নুমিৎ অসিদ উ-ৱা, মী অমদি থৱায় পান্ব মখোঙ্ মরি পান্ব জিবনচিংব মীঙোন্দ পীথোক্প তৌহৈদে, ফত্তে।

**ফৌগৈদ ফৌ হাপ্চিন্বগি থাবান্ অমসুং নুমিৎ**

লম্দম্ অসিগি মীওই কাঙ্লূপ্ ফূরুপ্সিংসি চেঙ্ চারগ হিংব মীওই কাঙ্লূপ্সিংনি। মরম্ অসিন মমাঙ্ঙৈদগি হৌন লৌউ-সিংউ তৌদুন ফৌ চেঙ্ লোক্সিন পৈসিন্দুন চহী অমগী চানব লাঙ্সিন্বগী থবক্ অসি মরু ওইব সিন্ফম্ অম ওইন তৌদুন লাক্ই। চহী অমগি চানব ফৌ পৈসিন্দুন থম্নব মফম্বু ফৌগৈ নৎত্রগ কোৎ হায়ন খঙ্নৈ। ফৌগৈ নৎত্রগ কোৎত ফৌ হাপ্চিন্ চন্সিন্ব মতম্দ চৎনবী থাজনবী অম ওইন অফব থাবান্ অমসুং নুমিৎ য়েংবসু চৎনরক্ই। ফৌ হাপ্চিন্বগি অফব থাবান্ অমসুং নুমিৎসিংদি:

**থাবান্ :** ৫, ৭, ১০, ১১, ১২, ১৬, ১৮, ২০, ২১, ২৫, ২৬ হায়রিব থাবান্সিং অসিনি।

**নুমিৎ :**

**নিংথৌকাব** - নিংথৌকাব নুমিৎত ফৌ চন্‌বদি ফৌন স্নজীংগুম্ ৱাংন পৈসিন্ হৈজিল্লবসু ময়েং তাখিব খঙ্‌হৌদে। মরম্ অসিন নিংথৌকাব নুমিৎত ফৌগে নৎত্রগ কোৎত ফৌ পৈসিন্ চন্‌সিন্‌ব তৌরোইদবনি।

**লৈপাক্‌পোক্‌প** - লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত ফৌগে নৎত্রগ কোৎত ফৌ চন্‌সিন্‌ব, হাপ্‌চিন্‌বদি য়াম্ন ফৈ।

**য়ুম্‌সকৈস** - য়ুম্‌সকৈস নুমিৎত ফৌগে নৎত্রগ কোৎত ফৌ হৈজিন্ চন্‌সিন্‌বদি য়াম্ন ফৈ, চীঞ্জাক্ ৱাংতে।

**সগোল্‌সেন্** - সগোল্‌সেন্ নুমিৎত ফৌগে নৎত্রগ কোৎত ফৌ চন্‌সিন্‌বদি অসি-অনা নংঙি, ফত্তে।

**ঈরাই** - ঈরাই নুমিৎত ফৌগে নৎত্রগ কোৎত ফৌ হাপ্‌চিন্ চন্‌সিন্‌বদি ফৈ, সনা-লুপা লেপ্‌প ঙম্‌জে।

**থাঙ্‌জ** - থাঙ্‌জ নুমিৎত ফৌগে নৎত্রগ কোৎত ফৌ চন্‌সিন্‌বদি য়াম্ন ফৈ। লন্ মরম্ তরেৎ লেপ্‌সিন্‌ব ঙম্‌জে।

**পোৎ পুসিন্‌ব ফত্তব নুমিৎ**

চয়োল্ অমগি মনুংদ লৈরিব নুমিৎ তরেৎনিদ য়ুম্‌দ পুসিন্‌বদ ফত্তব পোৎলম্‌সিং নুমিৎ নুমিৎকি ওইন লৈ। মমাঙ্‌ঙৈদদি কাঙ্‌লোন্ অসি মী অয়াম্বন চৎনরম্মি। হায়রিব নুমিৎ তরেৎনিদ য়ুম্‌দ পুসিন্‌ব ফত্তব পোৎলম্‌সিংদি :

১. **নোংমাইজিং :** ধাতুন সাব পোৎলম্‌সিং নোংমাইজিং নুমিৎত য়ুম্‌দ পুসিন্‌ব ফত্তে।

| | | |
|---|---|---|
| ২. | **নিংথৌকাব :** | নিংথৌকাব নুমিৎত যুম্দ থাব্রায় পান্ব জিবসিং পুসিন্ব ফত্তে। |
| ৩. | **লৈপাক্পোক্প :** | লৈপাক্পোক্প নুমিৎত চান-থক্নব অচা-অথক্কি পোৎলম্সিং যুম্দ পুসিন্ব ফত্তে। |
| ৪. | **যুম্সকৈস :** | যুম্সকৈস নুমিৎত য়োৎন সাব খূৎসু-খূৎলাইসিং য়োৎপাক্, থাঙ্, থাঙ্জৌনচিংব পোৎসক্সিং যুম্দ পুসিল্হৈদে, ফত্তে। |
| ৫. | **সগোল্সেন্ :** | নিংথৌকাব নুমিৎকুম্ন সগোল্সেন্ নুমিৎতসু থব্রায় পান্ব জিবসিং যুম্দ পুসিন্ব তৌহৈদে, ফত্তে। |
| ৬. | **ঈরাই :** | ঈরাই নুমিৎত সেৎন-চানব পোৎ-চৈ ফিরোল্নচিংব পোৎলম্সিং যুম্দ পুসিন্ব ফত্তে, তৌহৈদে। |
| ৭. | **থাঙ্জ :** | যুম্সকৈস নুমিৎকুম্ন থাঙ্জ নুমিৎতসু য়োৎন সাব পোৎলম্-চৈরম্ পূম্নমক্ যুম্দ পুসিন্ব ফত্তে, তৌহৈদে। |

**কৈথোঙ্ হাংব তৌহৈদব থাবান্ অমসুং নুমিৎ**

চহী অমগি চানব ফৌ হাপ্চিন্ চন্সিন্দুন থম্লিব ফৌগৈ নৎত্রগ কোৎকি থোঙ্ হাংলগ ফৌ চেঙ্ খাইবগি থাবান্ অফ-ফত্ত কয়াসু লৈ। কোৎতগি নৎত্রগ ফৌগৈদগি ফৌ খাইনিংঙি হায়দুন খাইনিংব নুমিৎত হেক্ত কৈথোঙ্ হাংলগ ফৌ চেঙ্ খাইব য়াদে। অসিগুম্ব কৈথোঙ্ হাংব য়াব অমসুং য়াদব থাবান্সিং মখাদ তোপ্ তোপ্ন পীরি।

**কৈথোঙ্ হাংব ফত্তব থাবান্সিং :** থা অমগি মনুংদ ১,৮,৯ অমদি ২৭ নি পান্ব থাবান্সিংদি লাই মরিন চায়, কৈথোঙ্ হাংব তৌহৈদে, ফত্তে। থাবান্

৩,৪ নি পান্‌বদি লাই অনীন চায়। কৈথোঙ্ হাংব ফত্তে, তৌহেদে। থাবান্ ২,৭,১০,১৬,১৭,২১,২২ অমদি ২৬ নি পান্‌বদি লাই অহুম চায় কৈথোঙ্ হাংব ফত্তে।

**কৈথোঙ্ হাংব ফব থাবান্‌সিং :** থা অমগি মনুংদ ৫, ৬, ১৩, ১৪, ১৫, ১৮, ১৯, ২০, ২৩, ২৪, ২৫, ২৮, ২৯ অমসুং ৩০ নি হায়রিব থাবান্‌সিং অসিদি কৈথোঙ্ হাংব ফব থাবান্‌সিংনি। কৈথোঙ্ হাংদুন কোৎ নৎত্রগ ফৌগেদগী ফৌ চেঙ্ খাইগে হায়ব তারবদি মথক্কি থাবান্‌সিং অসিদ কৈথোঙ্ হাংলগ ফৌ চেঙ্ খাইগনি।

**কৈথোঙ্ হাংব ফব নুমিৎসিং :** চয়োল্ অমগি মনুংদ লৈরিব নুমিৎসিংগি মনুংদ কৈথোঙ্ হাংব ফব নুমিৎসিংদি নোংমাইজিং, লৈপাক্‌পোক্‌প, য়ূম্‌সকৈস, থাঙ্‌জ হায়রিব নুমিৎসিং অসি কৈথোঙ্ হাংব ফব নুমিৎসিংনি। নোংমাইজিং নুমিৎত মপুগি ওইনদি কৈথোঙ্ হাংবদ ফরবসু মীঙোন্দ ফৌ চেঙ্ পীথোক্‌পদি পীথোক্‌হেদে।

**কৈথোঙ্ হাংব ফত্তব নুমিৎসিং :** চয়োল্ অমগি মনুংদ নিংথৌকাব, সগোল্‌সেন্, ঈরাই হায়রিব নুমিৎসিং অসিদদি কৈথোঙ্ হাংব ফত্তে, তৌহেদে। নুমিৎসিংসিদ কৈথোঙ্ হাংলগ ফৌ চেঙ্ খাইরোইদবনি, তৌহেদে।

থা অমগি মনুংদ লৈরিব থাবান্‌সিংগি মনুংদ ৪,৬,৭,৮,৯,১০, ১৩,১৪,১৫,১৬,১৭,১৮,১৯,২০ হায়রিব থাবান্‌সিং অসি ঈ খুদেং লৈ। থাবান্ নুমিৎসিং অসিদ অপোক্‌প খুরুম্ব, লাই হৱাউবনচিংব লাইগী ওইব থবক্ থৌরম্‌সিং তৌব ফত্তে।

**থাসি মায়কৈ**

**সজিবু, থৱান্, পোয়নু :** চহী অমগী মনুংদ থা অহুম্ অসি চীংখৈ মায়কৈদ থাসি মায়কৈনি।

**কালেন্, লাংবন্, ব্রাক্চীং:** থা অহুম্ অসিন অৱাং মায়কৈদ থাসি মায়কৈনি।

**ইঙা, মেরা, ফাইরেন্ :** থা অহুম্ অসিন নোংচুপ্ মায়কৈদ থাসি মায়কৈনি।

**ইঙেন্, হিয়াঙ্গৈ, লম্তা :** থা অহুম্ অসিদি কৌব্রু মায়কৈদ থাসি মায়কৈনি।

**তৎনব নুমিৎ**

তৎনব নুমিৎ থোক্প হায়বসি মহৌসা ঙল্লিঙৈদগি হৌন ইপা ইপুসিংন য়াম্ন চেক্সিন্ন ঙাক্তুন লাক্প চৎনবী অমনি। তৎনব নুমিৎসিংদ য়ুম্ সাবগি যাত্রা হুন্ব, ফি-রোল্ সেৎন চানব লৈব অমদি য়ুম্দ পুসিন্ব, সা-সন্ লৈব, মমল্ য়াম্ব পোং-চৈ লেপ্সিন্ব, অফব থবক্নচিংব তৌনদে। চহী অমগি মনুংদ লৈরিব থা ১২ গি তৎনব নুমিৎসিংদি -

**সজিবু, থব্রান্, পোয়নু :** থা অহুম্ অসিদি নোংমাইজিং অমসুং নিংথৌকাব নুমিৎ অনী অসি তৎনৈ।

**কালেন্,লাংবন্,ব্রাক্চীং :** থা অহুম্ অসিদি ঈরাই অমসুং য়ুম্সকৈস নুমিৎ অনী অসি তৎনৈ।

**ইঙা, মেরা, ফাইরেন্ :** থা অহুম্ অসিদি লৈপাক্পোক্প নুমিৎ তৎনৈ।

**ইঙেন্, হিয়াঙ্গৈ, লম্তা :** থা অহুম্ অসিদি সগোল্সেল্ অমসুং থাঙ্জ নুমিৎ অনী অসি তৎনৈ।

**লাইজাউ লৈব**

লাইজাউ লৈব মায়কৈদ চৎথোক্ চৎসিন্ তৌব ফত্তে। থক্-খাদ লৈব মতম্দ অৱাংব উনচিংব কাব, পুথ্রি নৎত্রগ গুহানচিংব তৌব অমসুং

কূম্ব ফত্তে। থা অমগি মনুংদ তোংঙান্‌ তোংঙান্‌ব নুমিৎসিংদ লাইজাউ লৈব মায়কৈদি -

থাবান্‌ ১,৬,১১,১৬,২১,২৬ অসি নোংপোক্ত লাইজাউ লৈ।

থাবান্‌ ২,৭,১২,১৭,২২,২৭ অসি মখাদ লাইজাউ লৈ।

থাবান্‌ ৩,৮,১৩,১৮,২৩,২৮ অসি নোংচূপ্‌ত লাইজাউ লৈ।

থাবান্‌ ৪,৯,১৪,১৯,২৪,২৯ অসি অৱাংদ লাইজাউ লৈ।

থাবান্‌ ৫,১০,১৫,২০,২৫,৩০ অসি থক্‌-খাদ লাইজাউ লৈ।

**লাইচা**

| *থাবান্‌* | *লাইন চাব* | *লাইন লৈব* | *ঈ খুদেং* | *অপোক্‌প খুরুম্ব, লাই হরাউব, সনামহী খুরুম্ব* |
|---|---|---|---|---|
| ১. | লাই | মৈদ | লৈতে | ফৈ |
| ২. | য়েন্‌ | লাইরুদ | ,, | ,, |
| ৩. | ঙানু | কাংখদ | ,, | ,, |
| ৪. | হূই | থোঙ্‌জিন্দ | লৈ | ফত্তে |
| ৫. | ওক্‌ | সূমাঙ্‌দ | লৈতে | ফৈ |
| ৬. | সন্‌ | ইংখোল্‌দ | লৈ | ফত্তে |
| ৭. | ইরোই | ঈসিংদ | ,, | ,, |
| ৮. | সগোল্‌ | লম্‌জাওদ | ,, | ,, |
| ৯. | সামু | লৌবুক্ত | ,, | ,, |
| ১০. | মী | ইমুংদ | ,, | ,, |
| ১১. | লাই, কৈ | মৈদ | লৈতে | ফৈ |
| ১২. | হূই | ফুংগা লাইরুদ | ,, | ,, |

| থাবান্‌ | লাইন চাব | লাইন লৈব | ঈ খুদেং | অপোক্‌প খুরুম্ব, লাই হরাউব, সনামহী খুরুম্ব |
|---|---|---|---|---|
| ১৩. | ঙানু, হামেং | কাংখদ | লৈ | ফত্তে |
| ১৪. | হূই | থোঙ্‌জিন্দ | ,, | ,, |
| ১৫. | ওক্‌ | সূমাঙ্দ | ,, | ,, |
| ১৬. | সন্‌, হৌদোং | ইংখোল্‌দ | ,, | ,, |
| ১৭. | ইরোই | ঈসিংদ | ,, | ,, |
| ১৮. | সগোল্‌, মী | লম্‌জাওদ | ,, | ,, |
| ১৯. | সামু | লৌবুক্ত | ,, | ,, |
| ২০. | মী | ইমুংদ | ,, | ,, |
| ২১. | লাই | মৈদ | লৈতে | ফৈ |
| ২২. | মী,য়েন্‌ | লাইরুদ | ,, | ,, |
| ২৩. | সামু,ঙানু | কাংখদ | ,, | ,, |
| ২৪. | হূই, হঙোই | থোঙ্‌জিন্দ | ,, | ,, |
| ২৫. | লাই,ওক্‌ | সূমাঙ্দ | ,, | ,, |
| ২৬. | মী, সন্‌ | ইংখোল্‌দ | ,, | ,, |
| ২৭. | লাই | ঈসিংদ | ,, | ,, |
| ২৮. | সগোল্‌ হূই, ঈ | লম্‌জাওদ | ,, | ,, |
| ২৯. | সামু | লৌবুক্ত | ,, | ,, |
| ৩০. | মী, লাই | ইমুংদ | ,, | ,, |

**য়ূম্‌দ পুসিল্লক্‌প পোৎ-চৈসিংগি থক্ষম্‌**

থায়ন ইপা-ইপুসিংগি হাক্তক্তগি হৌন য়ূম্‌দ পুসিল্লক্‌প পোৎ- চৈসিং তোপ্প-তোপ্প মাগি-মাগি থক্ষম্‌দ থম্‌বগি চৎনবী অমদি থাজনবি কয়া

লৈরক্‌ই। মৈতৈ য়ুম্‌জাউ লাইখল্‌ তাব য়ুম্‌ অমগি মনুংদ তোংঙান্‌- তোংঙান্‌ব পোৎসক্‌সিং খূৎসু-খূৎলাই, ফি-রোল্‌, কোল্‌-লীক্‌ অমদি সেন্‌-থুম্‌ ফংলক্‌প, পুসিল্লক্‌পসিংগি থম্‌ফম্‌ অকক্লব লৈ। হায়রিব পোৎ- চৈসিং অসিগি অকক্লব থম্‌ফম্‌ মখাদ পীরি।

১. ফম্মেন্‌গি সূম্‌গি মমিং অমন থাঙ্‌জহন্‌ব কৌই। ইমুং মনুংদ খূৎসু-খূৎলাই পুসিল্লক্‌প মতম্‌দ হায়রিব সূম্‌ অসিদ ঙাদুন থম্‌লগ সীজিন্নগনি। অসুম্‌ তৌরবদি খূৎসু-খূৎলাই মাঙ্‌ব-তাব হৌনদে, য়াম্ন ফৈ।

২. চীংখৈগি সূম্‌গি মমিং অমন ফিজহন্‌ব কৌই। য়ুম্‌গি মনুংদ ফি-রোল্‌ অহন্‌ব পুসিল্লক্‌প মতম্‌দ হায়রিব সূম্‌ অসিদ সিন্নরগ সেৎ ইল্লবদি নীংব থুংঙি, মৈন করিন চাক্তে, মীন ফি অদু হূদে অমদি মাঙ্‌ব-তাব হৌনদে, ফৈ।

৩. কৌব্রু পাংবদ লৈব সূম্‌গি মমিং অমন কোন্‌সহন্‌ব কৌই। য়ুম্‌গি মনুংদ পুসিল্লক্‌প কোল্‌-লীক্‌, অরং-অপান্‌গি পোৎসিং হায়রিব কৌব্রুগি সূম্‌ অসিদ হান্ন সিন্নরগ সীজিন্নরবদি ফৈ।

৪. সছোংগি সূম্‌গি মমিং অমন সেন্‌জহন্‌ব কৌই। লংফৈ-ইফৈ চক্তুন, মপান্‌-ঈপান্‌ থোক্তুন সূজ নোম্‌জরুরগ, তান্‌জরুরগ ফংলক্‌প সেল্‌-থুম্‌ পূন্নমক্‌ হায়রিব সূম্‌ অসিদ হান্ন সিন্নরগ যাত্রা উরেপ্‌কি অখূব পুরিব লোয়বী অদুদ সেল্‌সিং অদু থম্‌গনি। হায়রিব লোয়বী অসি সেল্‌গি পূক্কেফম্‌নি। অসুম্‌ তৌরবদি সেল্‌ চৎপ হৌনদে, নুংঙাই য়াইফন, সেল্‌-থুম্‌ , মরাং পায়ন পান্‌ব ঙম্‌জৈ।

মথক্কি য়ুম্‌দ পুসিল্লক্‌প পোৎ-চৈসিংগি থম্ফম্‌সিং অসি নীংথিন মফম্‌ খঙ্‌ন সীজিন্নদ্রবদি ফত্তে, অমাঙ্‌ব কয়া থোক্‌ই।

# ১৪. মান্দোপ্ খন্‌ব

মান্দোপ্ হায়ব ৱাহৈ অসি সংস্কৃত্‌কি ৱাহৈ ''মাণ্ডপ্'' তগি থৈথরক্‌প ৱাহৈনি। মৈতৈগি অরিব লোন্দদি মসিবু ''মরোংবসঙ্'' হায়ন কৌনরম্বগি ৱাফম্ মৈতৈগি অরিব লাইরিক্ ''পাখংব লাইহুই'' দগি খঙ্‌ব ঙম্মি। হৌজিক্কি মতম্‌দদি মৈতৈ লাইনিঙ্ পাক্ সন্ন চৎনরক্‌পগ ঈরোইনন হান্নগি মীতোপ্‌কি মরোল্ ওইব মান্দোপ্‌কি মহূৎত ''ঈরুম্ সঙ্‌লেন্'' নৎত্রগ ''সূমাঙ্ পাক্রে'' হায়ন খঙ্‌ন হায়নরে। সম্ন ''সঙ্‌লেন্'' নৎত্রগ ''সোন্নপুং'' হায়নসু অয়াম্বন সীজিন্নৈ।

মান্দোপ্ খল্লগ অসি-অচঙ্‌গি থৌদোক্ থৌরম্ পাঙ্‌থোক্‌নরিবসি মনিপুরদ কয়া য়াম্‌ন ঙল্লিঙৈ নৎত্রগ করম্ব মতম্‌দগি হৌরক্‌লবগে হায়বগি মতাং নৈনব তারবদি ''পাখংব লাইহুই'' কৌব অরিব লাইরিক্ত খৃষ্টগি ৩৩ সুব চহীদ ফম্বাল্ তোংদুন নিংথৌ ওইখি হায়ন লৌনরিব মনিপুর ইতিহাসকি অহান্‌ব নিংথৌ মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল্ পাখংবন লম্‌লেন্ কোন্‌বিরাগি

লম্‌দম্‌দগি ঈরিল্ তুরেল্‌গি তৃখূল্ মরম্ লীন লাক্‌লগ হন্‌জীং চীংমৈ ইন্ন কূম্‌লক্‌তুন কংলাগি মোংব নোংহুম্‌সঙ্‌দ "মরোংবসঙ্" (মান্দোপ্) খল্‌লগ ফম্বাল্ তোংবগি থৌরম্ পাঙ্‌থোক্‌খিবগি রারম্ লীখূল্ ফংব ঙম্মি। হায়রিব রাফম্ অসিন তাক্‌পদি য়াম্‌দ্রবদ খৃষ্টগি অহান্‌ব চহীচাদগি হৌন মৈতৈসিংন মান্দোপ্ খন্‌বগি চৎনবী অমদি কাঙ্‌লোন্ লৈরে হায়ন লৌব য়াই।

মান্দোপ্ খন্‌ব হায়বসি মপূং ওইন অসিবগি থৌরম্, অচঙ্‌বগি থৌরম্ অমদি লাইগি থৌরম্ হায়রিব মরম্ অহুম্ অসিগ মরী লৈনব হীরম্‌সিংগিদমক্ খন্‌নৈ। অসিবগি থৌরম্‌দ অস্তি লৌখৎপ (অষ্ঠি সঞ্চয়) নৎত্রগ মঙানি লৈহন্ তম্‌ব, সোরাৎ (শ্রাদ্ধ কর্ম) নৎত্রগ লান্‌ন থৌরম্, সম্বৎস্বর (শম্বৎশ্বরিক্) নৎত্রগ কুম্‌ওন্ ফিরোই অসিনচিংব পন্‌ব য়াই। অচঙ্‌বগি থৌরম্‌দ যজ্ঞ নৎত্রগ নাহূৎ নারেংগি থৌরম্, লুহোংব অমদি লাইগি থৌরম্‌দ লাই হরাউব, জগোয় রাস, সন্‌সেন্‌ব অমদি গৌরলিলানচিংব থৌরম্‌সিংগিদমক্ত মান্দোপ্ খন্‌নৈ।

মান্দোপ্ ময়ায়দ যাত্রা হুল্‌লগ মখোঙ্ নিপাল্‌ন অকোয়বদ য়ুংলগ পূন্‌ন মখোঙ্ মাপল্‌ন খন্‌ব সঙ্‌বু "মান্দোপ্" হায়ন খঙ্‌নৈ। ময়ায়দ মখোঙ্ য়াওদন মতাইদ যাত্রা হুল্‌লগ খন্‌ব সঙ্‌বুন "মণ্ডলি" হায়ন খঙ্‌নৈ। হায়রিব মণ্ডলি হায়ব মখল্ অসিদি লাইগি থৌরম্‌সিংদ অয়াম্‌ব সীজিন্নৈ। মৈতৈগি অসিব অমদি অচঙ্‌বগি থৌদোক্ থৌরম্‌সিং পাঙ্‌থোক্‌নবগীদমক্ সূমাঙ্‌দ খন্নরিব সঙ্‌দি ময়ায়দ যাত্রা হুল্লগ অকোয়বদ মখোঙ্ নিপাল্ য়ুংলগ খন্‌ব মান্দোপ্‌ন মপূং ওইন সীজিন্নব ঙাক্তনি।

## মান্দোপ্ মখোঙ্ অমদি ভাবোক্ ফম্‌ফম্

মৈতৈগি অসি-অচঙ্‌গি থৌরম্ অয়াম্বগি সূমাঙ্‌দ মান্দোপ্ খন্‌বদ ময়ায়দ যাত্রা হুল্লগ অকোয়বদ মখোঙ্ নিপাল্ য়ুংলগ পূন্‌ন মখোঙ্ মাপল্‌গি

খন্নৈ। হায়রিব মান্দোপ্কি মখোঙ্ মাপল্ অসিগি খেৎনব ৱাখল্লোন্ অনী লৈ। অমন হিন্দু লাইনীংগি (গৌর ধর্ম্ম) ৱাখল্লোন্দ য়ুম্ফম্ ওইব অম। অদুগ অনীসুবন মৈতৈ লাইনীংগি ৱাখল্লোন্দ য়ুম্ফম্ ওইব অম। হিন্দু লাইনীংগি (গৌর ধর্ম্ম) ৱাখল্লোন্দ মান্দোপ্কি মখোঙ্ নিপাল্ অসি সখি নিপাল্নি হায়ন লৌনৈ। সখি নিপাল্ অদুদি (১) বিসাখান চীংখৈগি মখোঙ্ (২) ললিতান অৱাংগি মখোঙ্ (৩) সুদেবীন কৌব্রু লাইজিংগি মখোঙ্ (৪) রঙ্গদেবীন নোংচূপ্কি মখোঙ্ (৫) চম্পকলতান মোইরাং লাইজিগি মখোঙ্ (৬) চিত্রান খাগি মখোঙ্ (৭) ইন্দুরেখান মৈরম্গি মখোঙ্ (৮)তুঙ্গবিদ্যান নোংপোক্কি মখোঙ্ অদুগ মান্দোপ্ ময়ায়দ য়ুংলিব মখোঙ্ন শ্রীনরান্গ কৃষ্ণগ অনীনি হায়ন লৌনৈ।

মৈতৈগি লাইনীং লম্বীগি ৱাখল্লোন্দদি মান্দোপ্কি ময়ায়দ হুল্লিব উহৌ উরেপ্ন (যাত্রা) তাইবং মপু সিদব, মোইরাং লাইজিগি (মীৎলম্) মখোঙ্ন থাংজীং, মখাগি মখোঙ্ন ম-লাইয়িংথৌ, মৈরম্গি মখোঙ্ন ন-লাইয়িংথৌ, নোংপোক্কি মখোঙ্ন ঙং-লাইয়িংথৌ, চীংখৈগি মখোঙ্ন ক-লাইয়িংথৌ, অৱাংগি মখোঙ্ন হ-লাইয়িংথৌ, কৌব্রু লাইজিগি (লীক্লম্) মখোঙ্ন পাফল্ লাইয়িংথৌ অদুগ নোংচূপ্ থংব মখোঙ্ন য়-লাইয়িংথৌনি হায়ন লৈ।

পাখংব লাইহুই কৌব লাইরিক্ত মান্দোপ্ মখোঙ্ মাপল্ অমদি মথক্ত ফৈরি-লাক্লিব চাক্লেন্, খাঙ্ঙবু, খাংঙেন্নচিংব ওইখিবসিংগি মরম্ ফংব ঙম্মি। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখংবন কংলাদ ফম্বাল্ তোংবদ খন্খিব মরোংবসঙ্গি (মান্দোপ্) মখোঙ্ মাপল্দি (১) কৌব্রু অসূপ্প (২) চীংঙু হন্গোই নিংথৌ খোইয়ম্ লাংবুম্ অরিব (৩) থাঙ্ৱায় মারহন্ নিংথৌ ওংজা চীংমাব (৪) চীংঙু উতীন্ উকাং নিংথৌ (৫) খোইয়ম্ ৱাংব্রেন খান চাউব

(৬) সেল্লোই নূংখোংব লংমাই নোংলাউব (৭) চীংঙু খোংনাং অরিব (৮) কংলৈ পাফল্‌ অরিব (৯) চীংঙু মালেম্‌ লৈসেম্‌ব মখোয় মাপল্‌ অসিনি।

থৌবি লৈফান্‌বী, ভাংভোই লৈরাম্‌বী, থৌবি লৈখোম্‌বী, ভাংভোই কাজাওব হায়রিব মরি অসিন চাক্‌লেন্‌ ফাংখোঙ ওইখি। অতিংঙা য়াইবীরেল্‌, থব্রা তীল্‌লী য়াই মরু, চীংঙু য়াইবীরেল্‌ অমম্‌ব মরিন খাংলেন্‌ কাংফে ওইখি। থৌবি লৈমচা, সেন্‌গোইরেং অনীন সৌরা উথক্‌ তোংখি। চীংঙু নোংথৌ সরারেল্‌ অহুম্‌ন নম্‌খাঙ্‌ সৌরা ওইখি। থব্রা মপী য়াইমরু লেঙ্‌দবন সৌরা ফান্‌খোঙ্‌ মাপল্‌ সুব মরোংবসঙ্‌বু (মান্দোপ্‌) মথক্‌ কূপ্‌নখি।

অসিব অমদি অচঙ্‌বগি মথৌ মওম্‌ পাঙ্‌থোক্‌নবগিদমক্‌ মিংখৈ সক্‌ সোন্‌ব নৎত্রগ সংকির্ত্তন্‌ অম লেপ্‌প তারবদি সূমাঙ্‌দ খন্‌গদৌরিব মান্দোপ্‌ অদু যাত্রা হুন্দব য়াদে। মান্দোপ্‌ অম খন্‌ব তারবদি খ্বাইদগি ইহান্‌ হান্‌ন য়ুংগদব মখোঙ্‌দি যাত্রা উরেপ্‌নি। মান্দোপ্‌ অম খন্‌বগিসু খন্‌গদৌরিব মফম্‌ অদুগি পাক্‌-চাউবগি মতুং ইন্‌ন মান্দোপ্‌কিসু অসুক্‌ পাক্‌হন্‌গে, অসুক্‌ চাউহন্‌গে হায়বগি মতুং ইন্‌ন পরিং নীংথিন তিংলগ যাত্রা উরেপ্‌ অমদি য়ুংগদৌরিব মখোঙ্‌সিংগি মফম্‌ নীংথিন য়েংন য়ুংগনি। মখাগি অয়েক্‌প খূৎয়েক্‌ মসীং ২৩ সুবগি ময়ায়দ যাত্রা হায়ন থারিব মফম্‌ অসিদ মান্দোপ্‌কি যাত্রা হুন্‌গনি। মান্দোপ্‌ খন্‌বগি যাত্রা মফম্‌দি তুল্‌সিবুঙ্গি খা থংব সরাক্ত থম্‌গনি। অতৈ অকোয়বদ য়ুংগদব মখোঙ্‌ নিপাল্‌দি (১) মোইরাং লাইহিজিগি মখোঙ্‌ (২) মখাগি মখোঙ্‌ (৩) মৈরম্‌গি মখোঙ্‌ (৪) নোংপোক্‌কি মখোঙ্‌ (৫) চীংখৈগি মখোঙ্‌ (৬) অব্রাংগি মখোঙ্‌ (৭) কৌব্রু লাইহিজিগি মখোঙ্‌ (৮) নোংচূপ্‌কি মখোঙ্‌ হায়রিব মখোঙ্‌ নিপাল্‌ অসিনি। মখাদ মান্দোপ্‌কি মখোঙ্‌ অমদি ফম্‌ফম্‌সিং উৎপ খূৎয়েক্‌ অম উৎলি।




খুৎয়েক্-২৩

(১) মান্দোপ্ মপু নৎত্রগ ঈরুম্ মপু (২) নোংচুপ্ ভাবোক্ (৩) বৈত (বৈদ্য) নৎত্রগ মাইব (৪) মোইবুং খোংব (৫) মখা ভাবোক্ (৬) নোংপোক্ ভাবোক্ (৭) অৱাং ভাবোক্।

সূমাঙ্দ মান্দোপ্ খন্দুন পাঙ্থোক্নরিব অসি অচঙ্গি থৌরম্সিং তোংঙান্-তোংঙান্ব অমদি মফম্ মতম্গি মতুং ইন্ন ফম্গদৌরিব ভাবোক্ (মিংখৈ তাবিব) সিংগি ফম্ফম্ তোপ্ন তোপ্ন অমদি হোংদোক্-হোংজিন্ কয়া অমগি অকৃপ্প কাঙ্লোন্সিং লৈ। অদুবু য়াম্ন হেন্ন কৃপ্থন নৈনরুরবদি য়াম্ন পাক্ চাউখিগদবন সূপ্নগি মপূং ওইবসিংতমক্ লাইরিক্ অসিদ লৌখৎলে। মিংখৈ সক্-সোন্ব সংকির্ত্তন্ অম লেপ্পগি মান্দোপ্ অম খল্লবদি থৌরম্ অদু পাঙ্থোক্প মতম্দ মান্দোপ্ মপু নৎত্রগ ঈরুম্ মপু অম লৈগনি। হায়রিব মান্দোপ্ মপু নৎত্রগ ঈরুম্ মপুগি ফম্ফম্দি মথক্কি খুৎয়েক্ত মসীং ১ হায়ন থারিব মফম্ অসিদ ফম্গনি। থৌদোক্ খুদিংমক্ত মসিগি ফম্ফম্ অসিদি লেঙ্দব মফম্নি। অতে অসিবগি থৌরম্সিংদ মসীং ৩ হায়ন থারিব মফম্ অসিন বৈত (বৈদ্য) নৎত্রগ মাইব ফম্গনি। মসিগি মাইব অসিন লৈপাক্

মাইব নৎত্রেগ খম্‌নুং মাইব হায়ন খঙ্‌নৈ। অদুগ অৱাংদন নিংথৌ মাইব ফম্‌গনি। মথক্কি খূৎয়েক্ত মসীং ৪ হায়ন থারিব মফম্‌ অসিন মোইবুং খোংবগি ফম্‌ফম্‌নি। মসিদি থৌথোক্‌ অমদি মফম্‌ মতম্‌ খেৎনবগি মতুং ইন্‌ন অহোংব কয়া লাক্‌ই। হৌজিক্তি মৈতৈ লাইনীংগ মরী লৈনন পাঙ্‌থোক্‌প থৌরম্‌ অয়াম্বদ মোইবুং খোংব য়াওনদ্রে।

ভাবোক্‌ নৎত্রেগ মিংখৈ তাব লাক্‌পিবসিংগি ফম্‌ফম্‌ অসিসু নোংচূপ্‌, মখা, নোংপোক্‌ অমদি অৱাং মায়কৈ মরিগি ভাবোক্‌ মকোক্‌ অমমম্‌ লৈগনি। মৈতৈগি লাইনীং লম্বীগি মতুং ইন্‌ন মোইরাং লাইজিদ থাংজীংন মকোক্‌ ফম্মি, খা মৈরম্‌দ ৱাংব্রেন্‌ন মকোক্‌ ফম্মি, নোংপোক্‌ চীংখৈদ মার্জিংন মকোক্‌ ফম্মি। হায়রিব ফম্‌ফম্‌সিং অসিগি লাই মসক্‌ খঙ্‌ন লাইগি মহূৎ সিন্‌ন ফম্‌ফম্‌ অদু লাইবক্‌ কৎলগ চঙ্‌সিন্দুন ফম্‌নৈ। মনিপুরগি হিন্দু লাইনীংগি চৎনবীদ মান্দোপ্‌ মপুন মাধবেন্দ্র পুরি অদুগা ভাবোক্‌ মকোক্‌ন গদাধরনি হায়ন লৌনৈ।

ফম্‌ফম্‌গি মতাং অসি থৌদোক্‌ থৌরম্‌ অমদি মফম্‌ মতম্‌ খেৎনবগি মতুং ইন্‌ন ফম্‌ফম্‌ হোংলক্‌প অমদি অচৌ মচা থাক্‌ খেৎনবগি মতুং ইন্‌ন হায়বদি নিংথৌ, মহারানি, মন্ত্রিনচিংব অঙম্‌ অথৌসিং, নিংথৌ মাইব, সেনাপতি, যুবরাজ, লৈম সীজনচিংবসিং য়াওন পাঙ্‌থোক্‌প থৌরম্‌সিংগিদি অকূপ্‌প নিয়ম্‌ কাঙ্‌লোন্‌ তোপ্‌ন লৈরি। লাইরিক্‌ অসিদদি ফম্‌ফম্‌গি অকূপ্‌প কাঙ্‌লোন্‌সিং হেন্‌ন পাক্‌-চাউন নৈনদ্রে। সুপ্লগি মীচম্‌ মীয়াম্‌গি পাঙ্‌থোক্‌নরিব অচম্‌ব থৌরম্‌সিংগিত য়েংলগ লৌখৎলে। মরম্‌ অসিন ভাবোক্‌ নৎত্রেগ মিংখৈ তাবিবসিংগি ফম্‌ফম্‌ অসি নোংচূপ্‌ ভাবোক্‌, মখা ভাবোক্‌, নোংপোক্‌ ভাবোক্‌ অমদি অৱাং ভাবোক্‌ হায়ন সম্‌জীন্‌লে।

## মান্দোপ্‌কি যাত্রা হুন্‌ব

**কনাগুম্বগি ইমুং অমদ অসিব অমদি অচঙ্‌বগি মথৌ-মঙম্ পাঙ্‌থোক্‌নব সূমাঙ্‌দ মান্দোপ্ খন্‌ব তারবদি মিংখৈ সক্-সোন্‌বগি থৌরম্ নৎত্রেগ সংকির্ত্তন্ অম লেপ্‌কদবনিন অফব নুমিৎ অমদি পূংফম্ খেন্‌ফম্ য়েংলগ যাত্রা অম হুন্‌গনি। যাত্রা হুন্‌বগি মথং মনাও নাইন তৌগদব কাঙলোন্‌দি লাইরিক্ অসিগি মমাঙ্‌গি সরুক্ত যাত্রা হুন্‌বগি কাঙ্‌লোন্‌গ মান্নে। মান্দোপ্‌কি ওইন খর খেৎনব, তৌদব য়াদব নিয়ম্ খরদি মখাদ পীরি।**

মান্দোপ্‌কি যাত্রা হুন্‌ব মতম্‌দ যাত্রা উরেপ্ অদু তুলসিবুঙ্‌গি মখা থংবদ থুংগনি। যাত্রা উরেপ্ ওইগদৌরিব রা অদু মতাং তরেৎ নৎত্রেগ থাপলদ কক্‌কনি। মাগি রামীংদা নিংখৈ ওনগনি অদুগা উকোনদা ইমুংলোমদা ওনশানগনি। লেপ্‌ককক তাইনব মখা খংব রামীং অদু নৈপালগা খুদোল্ মহুন্ নৎত্রেগ খূবাক অমগি চাংদ রাংন থমগনি। অকোয়বদ মুং লৈব মখোং নিপাল্‌দাগি যাত্রা উবেপন খুদোল্ অমা অহুম্‌দং ওইরবসু রাংতনগনি। চিথেক্ মবিগি মখোঙ্ মবাগ মনুংদ মৈবম্ চিথেক্‌ত য়ুংব মখোঙন অতৈদাগি খুদোন্‌বী মকৈ মরেপ্ অম রাংন লেপ্‌তনগনি। যাত্রা উরেপ থুংখৎপগি উঈন্‌লোন্‌দি মথক্তে হান্‌নন য়াওব্রব যাত্রা উঈন্‌গি কাঙ্‌লোন্‌গ মান্নে। সূমাঙ্‌দ মান্দোপ্ খন্‌বগি যাত্রা হুন্‌ব মতম্‌দ সোন্‌গদব লাইসোন্দ -

**লাইসোন্ :—** ***" হে লাইনিংথৌ কংলৈ অপান্‌ব। কংলৈ নঙ্‌গি পূংসি উহৌ উরেপ্ তম্‌জগে। মপারি সূক্‌তনব মমোম্ সোয়দনব উরেপ্ নঙ্‌বু তম্‌জরি। উমীৎ উতাং তীন্‌য়েৎ লাইয়েৎহন্‌বীগনু। কোরৌ নোংমগিদমক্তু উরেপ্ থৌরাংজরিএ। মতুং থৌথোক্ তোয়হন্‌বীগনু।"***

মথক্কি লাইসোন্ অসি সোল্লগ থা থাগি উঈন্‌লোন্ য়েংলগ যাত্রা উরেপ হুন্‌গনি। যাত্রা হুন্‌ব সোয়রাবাদি মতুং থৌদোক্ তোয়গনি, ফত্তে।

সংকির্ত্তন্ নংত্রগ মিংখৈ সক্-সোন্ব লোইরম্দাইদ মান্দোপ্কি মথক্ কূপ্লিব অদু সরূক্ খরদং ওইরবসু হাইদোক্কনি লোয়নন মান্দোপ্কি পুল্লিব পয়া অদু অমত ওইরবসু থোক্লগ মিংখৈ সক্-সোনব নংত্রগ সংকির্ত্তন্ অদু লোইসিন্গনি। খল্লিব মান্দোপ্ অদুগি মথৌ মঙম্ লোইরব মতম্দ মান্দোপ্ অদু সীদোক্প তাবনিনা মান্দোপ্কি যাত্রা অদুসু ফূক্তব য়ারক্তে। যাত্রা ফূক্প মতম্দ হেক্ত তরাই-তরাইন ফূক্প য়াদে কাঙ্লোন্ নিয়ম্ চুম্ন ফূক্কনি। যাত্রা ফূক্পগি কাঙ্লোন্দি লাইরিক্ অসিগি মথক্কি সরূক্ত হান্নন য়াওখ্রে।

## ১৫. লাইসোন্

য়ূম্ অম পরিং লাংসঙ্ হুন্বদগি সাব লোইদুন য়ূম্ অদুগি মনুংদ হোংজিন্দুন লৈগদব সঙ্গাব নুমিৎকি থৌরম্ ফাওবদ চঙ্গদব ঈরাৎ থৌনিসিংদ সোন্গদব লাইসোন্সিং অমদি মতম্ মতম্গি তাইবং মীওইবগি হিংলিঙৈ পুন্সি লাংফম্ অচেংব, অৱা-অনা তারব মতম্দ ঈরাৎ থৌনিজনব অমদি ঈংন তপ্ন, নুংঙাই মরাং কায়ন পান্নব, মচাক্ মরল্ চঙ্নব ঈরাৎ থৌনিসিংগি লাইসোন্ মথং-মথং মখাদ পীরি। য়ূম্ সাবগি মরম্দ সীজিন্নগদব লাইসোন্সিংগি সীজিন্নফম্ হান্নন মথক্ত মতাং-মতাংগি ওইন পন্থ্রবনি।

**লাইসোন্ অহান্ব**

লাইসোন্ অসিদি লাইসোন্ তীন্সোন্ পূন্নমক্ হৌদ্রিঙৈদ ইহান হান্ন সোন্গদব লাইসোন্নি।

**লাইসোন্ :—** *"হুং হৈ, হুং হৈ। কোরৌ নোং লৈতরিঙৌগি নোং লৈরক্‌প, মালেম্ লৈতরিঙৌগি লৈরক্‌প, মালেম্ লৈবু সেম্‌ব, কোরৌ নোংবু সেম্‌ব, ঈরেংব লাইও তাও-ও। খোইয়ুম্ পুব লাইও তাও-ও। নপল্ থোংনাং য়াংসারিক্‌ন ইনুংব সীংখোঙ্ য়াকা হৌরবনে। উতং কাপ্‌তু হুইগ থা, য়েংদৌ উরোং য়ুংঙৈদ মসূমাঙ্ মৱায়লাং তীংদাইব য়াংদাইব, তীংফাৎপ য়াংফাৎপ, মীচীল্ মিপাউ হক্‌থী সোইনাই, ৱারেম্ লাল্লেম্ পূম্নমক্তি ফুথোক্‌লগে সেংদোক্‌লগে হা উং, হুং হৈ, হা উং, হুং হৈ, হা উং, হুং হৈ।*

কোরৌ কোক্‌প কোক্ কোক্ কোক্‌ও। কোক্‌থোক্‌চাম্ নঙ্ন চাম্‌ও। লৈৱাকোক্‌ন কোক্‌ও। ইমা খাবি লৈরেল্‌হন্‌বী, অমাই-মরাং লাংসাবী, লৈম সেংমাবী, লাইসেংলবনে। ফুরানুপী লাইসেংও, নমিং তাঙ্ন খঙ্এ হায়বগি লাংঙানুবী কৈবী কৌএ। কোরৌ ইপান কোক্‌লবনে। মালেম্ ইমান লাইসেংলবনে। হা হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।"

মথক্কি লাইসোন্ অসিগি মখাদি "ঈরু লাইসোন্" গি " কোরৌ মচি ঈ" তাথগনি।

**ঈরু লাইসোন্**

"হয়ি হয়া হে, হে কোরৌ মচি ঈ, ৱাংবল্ মনাও ঈ, কাসা লান্‌নং ঈ, খাক্‌প পুরৈরোম্‌ব পুরাং নাগব খোক্‌মরোক্কি ওন্দেব, খোক্‌মরোক্কি ওন্ন হল্‌ৱাইব থোংনাং নানিরোংব ফেংকাই ঈ, লৈতূম্ নূংদুম্ ঈ, নূংমু নূংঙৌ ঈ, অৱাং কৌৱু অসূপ্ন য়ারক্‌তগি সীছু-ঈ, লোক্ মাপল্‌দগি সীছুরক্‌প ঈ, অরাম্‌বম্ ঈদি ৱাইচৎ ঈ, অসাংবম্ ঈদি ৱাইকেম্ ঈ, নোংথৌ সোরারেল্ অরিব মরিক্‌পি মরিক্‌প, সন্‌গোন্‌বী সন্‌গোন্‌ব, ইবেন্ পিথ্রায় খোংদ্রাইবী, কাসা অসেম্ অসা হৈবী নঙ্ন *সেম্‌লম্‌ও সাবিরম্‌ও।* হা উং হা য়েং।" অহুম্‌লক্ হায়গনি।

## অনম্ অথৌ লাইসোন্

"উং হৈ, উং হৈ, উং হৈ গে। য়োইগ মেন্গ য়াইগ থৌরী থৌয়া লাং, থৌরী থৌচল্ লাংবু থৌরী থবা পোংথৌ তম্মে, থবা মাবু লান্নংদে। নুমিৎ পোংথৌ তম্মে নুমিৎ মাবু লান্নংদে। য়াৱা কোন্খাঙ্সাগি পোংথৌ মথং পীজগে। কুম্জা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাল্লো থৌগে ঙান্নরে তেনরে।

লহান্নোং মোংব তূদেংনোং খোংদেংনোং তূদেং খোংদেং নোংগিবু, থৌরী থৌচল্ লাং, থৌরী থৌয়া লাং, থৌরী থবা পোংথৌ তম্মে, থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মে, নুমিৎ মাবু লান্নংদে, য়াৱা কোন্খাঙ্সাগি পোংথৌ মথং পীজগে, কুম্জা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাল্লো থৌগে ঙান্নরে তেনরে।

লহান্নোং তেক্পী মওক্চা, কাওরেল্ মসন্চা, কায়রৈ ময়েন্চা, পোং খূকায় সাকাইবনা ফিজি ফিনাতোন্ন হূম্লম্ নম্লম্ববু, থৌরী থৌচন্ লাং, থৌরী থৌয়া লাং, থৌরী থবা পোংথৌ তম্মে, থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মে, নুমিৎ মাবু লান্নংদে, য়াৱা কোন্খাঙ্সাগি পোংথৌ মথং পীজগে, কুম্জা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাল্লো থৌগে, ঙান্নরে তেনরে উং হৈ, উং হৈ, উং হৈ।"

## য়ূম্দাই নাক্সেং লাইসোন্

"মাঙ্সোক্ মদাইম, ফম্মেন্ মদাইম, য়াতংদ কোন্দংদ, তকুতু ইদাইম সেংখোং নারিন্ব পরৈ হাউঙা মাগি থুনাম্ব নাঔব, নফম্সেং নফান্সেং, নখোঙ্কান্ নরাল্লি, চাসোংফম্ নাউসোংফম্, মাঙ্গোল্লাং ননুংলাং, নসূমাঙ্ নথেন্মাঙ্গি কাওম সুমারোংবু থরৈ লেম্লৈ মাদ তারসনো হা উং, হা য়েং।"

লাইসোন্ অসি নাপী সীংবী, নাপু নাসেল্, উখোক্ ৱাখোক্, তাইরেন্ পুংফাই পায়দুন সোন্‌গনি। লাইজ ঈরম্ তরেৎকি ঈসিংন পুন্নমক্ সেংদোক্‌প য়ারে।

**অতাই লাইসোন্**

*" হে কোরৌ নোংথৌরেল্ও তাইগে, সোরারেনবু তাইগে, পাখংববু তাইগে, পুরাং নাগববু তাইগে, মরিক্‌পি মরিক্‌প নঙ্‌বু তাইগে, সন্‌গোন্‌বি সন্‌গোন্‌ব নঙ্‌বু তাইগে, ইবেন্ পিথ্রাই খোংদ্রাইবী অসেম্ অসা হৈবী নঙ্‌বু তাইগে, ৱাত্রে সিন্‌হৈবী উত্রে সিনহৈব নঙ্‌বু তাইগে, ৱান্‌হৈবি ৱান্‌হৈব নঙ্‌বু তাইগে, লৈম য়োয়রেন্‌ব নিংথৌ চারন্‌ব নঙ্‌বু তাইগে, ওয়থাঙ্-ও য়েৎথাঙ্-ও লীরী লীফাংবি নঙ্‌বু তাইগে, পাখং য়োয়রেল্ তোম্‌পোক্‌প নঙ্‌বু তাইগে। হা উং, হুং হৈ, হা য়েং তাইরবনে।"*

**মৈ ঈরাৎ লাইসোন্**

*" চক্‌মোম্ খাম্বী মৈত্রেং অরাব, মৈসূৎ মৈবা মৈ, তেক্ তেক্ থৌদু মৈ, চক্‌প মৈরিং মৈ, মোংব মৈরিং মৈ, কম্‌বী নাউরৈখু খোইজু তোল্‌লোং লৈখাম্ ৱায়ন মৈ, সৱাং য়ুফাও মৈ, পোইরৈ খুল্লিং মৈ, থাঙ্‌সূৎ মৈসেং মৈ, থৌদু নূংথং মৈ, পামেল্ উরিংকোন্ খোম্‌ন মৈ,তাইবং নমু য়োক্‌ন মৈ, খাম্‌বী মৈবুল্ থান্‌ন মৈ, লম্‌জাউ খাম্‌বী ৱায়ন মৈ, থাঙ্গ লৈকাই পোইন মৈ, মৈরীক্ মৈজাউ য়াইওই মৈ, নয়ুৱা চীংখোঙ্ পোইরৈতোল্‌ন খুম্বোক্‌ঙৈদ মৈতৈ লৈম লৈনাউতাবীন তাইবং খুল্লিং মৈ, অয়াঙ্‌লৈম লেম্‌থোং মৈ, পুচেং কোক্‌প মৈ, লাংচেং খম্‌ব মৈ, চক্‌প নুবী ফূবী মৈ, হেম্‌চেং নুবী ফূথ মৈ, চেগাই কাগুপ্ মৈ, চৱা তাংসঙ্ মৈ, তৌমু তৌহৌ মৈ, সীংকল্ নোংফাই মৈ, লম্‌বু তুবু মৈ, তরেৎ লাইকম্ মৈ, হেম্‌ব পাম্‌চাক্ মৈ, সদু তেক্‌চাক্ মৈ, থাঙ্‌গ উপী তারল্ মৈ, লপ্‌লেন্ কা চক্‌প মৈ পীনৌও হায়ন নদাইরেম্‌ন মৈরা খুত্ত পায়ন মৈসূৎ থক্ত থোংন সম্বোং*

মৈরী য়ায়দ চন্ন খাম্বী মৈনিজববু লনকুবিও। খাম্বী পায়ম পিবুক্নুংদ হরাউ মথোই তোংবীও। হন্ন হন্ন পুনেম্জরি তাথীবিগনো।"

## য়ুম্ সঙ্গাবগি লাইসোন্

"অতিংকোক্ অতিয়া সিদববু পুরুম্ন, খূবাক্ চাংজৌ তরাম লোন্ন হন্ন হন্ন পুরুম্জরি। হে কুরু লাইয়িংথৌ থোংনাং ঈসিংচাইব, লীসীং চাম চাইব, সাইওন্ লীসীং ওন্ব ওম্ব লাইয়িংথৌও। মপোক্ খোইরা য়াল্লক্প মোংব য়ুম্জাউ কারেল্ মাপল্গি মনুংদ, কোছোঙ্ থিংলিব লাইয়িংথৌ। কোছোঙ্ খূদিং লাংথাক্প, লৈরক্ সাথৌব, খোংবাল্ লাংয়ান্ব, ব্রারক্ নিংনাং অপিখক্, হূই নহা খ্বাঙ্নৌব, অফ-ফত্তব ব্রায়েল্লিব লাইয়িংথৌও লীক্লাইরেল্। সূমাঙ্দ লৈরগ নমিংদি সূমায় অপান্ব নিংথৌ কৌএ। থোঙ্জীন্দ লৈরগ নমিংদি থোঙ্ঙারেল্ কৌএ। সংদংখাদ লৈরগ নমিংদি কোরৌহন্ব কৌএ। ফুঙ্গা লাইরুদ লৈরগ নমিংদি ফুঙ্গা লাইরুহন্ব কৌএ। সছোঙ্ কা কাজাউ য়ারিব সনা ফম্বাল্লাংদ ব্রাওন্ব । নমিংদি সনা মোরিহন্ব কৌএ। হে কুরু ননাইন খূবাক্ চাংজৌ চেপ্ন লোন্ন পুনেম্জরি তাথীবিগনো।

হে লাইয়িংথৌ অসূপ্পও! পরিংগি মপুদি মার্জিংনে। ফৌদাংগি মমিংসু মার্জিংনে। মমিংদি নোংখীক্ নোংনাং মৈনাইব কৌএ। মমৈন পরিং ওইরে। লৈপাক্কি মপুদি য়োইমোংবনে। মমিংদি কুরুম্লেন্ লৈসেম্ব কৌএ। যাত্রাগি মপুদি অতিয়া সিদবনে। খেন্গি মপুদি মানে। মমিং সনা ঙাংতুরেং অসিব কৌএ। অহুইবগি মমিংদি তোসা নিংথৌ হুইব কৌএ। সঙ্কাব মপুদি সনামহীনে মামিংদি উইতেন্ব পিরাংনু পিসানু লময়ান্ব কৌএ। হে মুবি, মুব কোন্ কোন্ নরান্ মোংব সঙ্কারে।"

লাইসোন্ অসিদি য়ুম্ সঙ্গাবদ নত্তন সনামহী মহীরেল্ খুরুম্ব, তাইবংমীগী ঈরাৎ উসিন্নচিংবগিসু য়াম্ন কান্নব লাইসোন্নি। পুন্সি য়ৈথোক্কনি।

## সনামহী তেংথা লাইসোন্

'"চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ। হয়া হে, হে চীংঙু লাইয়িংথৌ অরাং ফাংলৌ লাইমখোম্নব,চীংঙু য়াইবী মতূম্মগি অতিংঙা উংলৈ তিং অথুম্নদ তাইবঙ্ অপকমা পূম্নমক্তন কজেং থাঙ্খোক্ তুকুম্নবু চাজল্ হৌরকপ লাইয়িংথৌ। কোরৌরক্কি তম্থরক্প, ৱাংবল্লাক্কি খাইথরক্প নুংনাং দগাংথক্ত লাইজ ঈরোইনন তরং ঈপাক্থক্ত সেক্মোম্ কাইবিলেল্বু পরিং লেপ্তম হন্নব, অমম্ মখৈ লৈতব, অতিংঙা সেংলৌ মীংথোঙ্ থিংবদগি নরিং য়াইবী কাওগুম্ লম্হৌরক্প, কোরৌ ফান্দ ফম্দোংব, চীংঙু য়াইবী ফম্জাউব, থৱায় তীল্লী য়াইবিবেল্ সিদবও! খোইমোম্ সনা নখোঙ্খাদ মান্বী দূদুপ্ মূকমু লৈতোল্ কোন্ন কাওবি চিগ লূক্ থবাং চাংজৌ চেপ্নন লোয়া পুকম্জাবক্কে।

খোইমোম্ লাইয়িংথৌ! তাইবং নমু সংসঙ্ লোন্দিম্নব, চীংঙু য়াইবী লোন্জেল্ লাল্নন কোরৌ অৱাংববু তাইখংলক্প, ৱাংবল্ তাইসিন্নব, নোংপোক্ সনা চীংদোল্পল্, য়াই মরুদ ফম্ফম্ন, পামেল্ উ পুন্সিরদ কায়দোংব, নতীক্ গুম্খৈ খঙ্দব খোইরা লীহৌ নাইদব নঙ্খু কোরৌ চম্মিথাঙ্গুম্নবু নপা য়েং, ৱাংবল্ নোংমীৎতাঙ্গুম্ববু মতম্ থল্নন তেংথাজবক্কে।

হে খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ সম্বোং নিংথৌ অপান্নব, নচুবু মৈগি নচু ওইব, নমিংদি তরেৎ থোন্নবদগি অনী লৌথোক্লগ মঙা থোন্নব। মঙাদগিসু য়াম্মল্লে হায়দুন অনী লৌথোক্লগ অহুম্ থোন্নব। অদুসু য়াম্মল্লে হায়দুন অনী লৌথোক্লগ অম থোন্নব। নমিং রো কৌব লাইয়িংথৌ নঙবু ননাইন পুনেম্জরি তাথীবীগনো কুবিও।

সম্বোং নিংথৌ অপান্নব, মৈগিদো মচা য়োয়রেম্ন। সম্বোং কাদ লৈরিব,চোথে লূবাক্ত পোক্প চোথে লূবাক্ত য়াইথিন্ন, চোথে লূবাক হাংঙে যাহৌবিরো। ননাইন থৌনি ঈৱাৎ থৌনিরোল্ হুন্গনিয়ে।"'

লাইসোন্ অসি লোইরগ অতাই লাইসোন্ন লাই পূন্নমক্পু তাইরম্গনি। অতাই লাইসোন্দি হান্ন মথক্ত য়াওখ্রবনি।

## লম্মীংলোন্

*" খুনুংন লৈনুংন, খানুন ঙানুন, নহান নুবীন, য়াউব্রাঙৈ ফুথোংঙৈ ব্রান্থোংঙৈ। ফৌসুঙৈ ফৌসুথোক্ ফৌরা থোক্ঙৈ, পুল্লাং লুরোই থোং, লাইজ ঈপান্ ব্রায়, ইমু ময়োন্ সৎ, লৈরায় হুইসোল্ কা, মচেম্ মনীং তাউ, মোইথাপ্ মোইরেং মতাউঙৈ, হৈকোয় মসীংসু, লাইয়েক্ ফিফম্ ফঙৈগি সরোয় লাল্লোই মতিল্ঙৈগি তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।*

*পোইরৈন কংলৈন, উরা লাইজিক্ন খোইনাই ওম্পূক্ন, চেংলৈয়াং থাউদৈসু হাওচেংয়াং নম্বুসু, চেংলৈ উনুংতা হেম্চেং খাবৈপূং লাংজ লৌপুংফৈ, খোম্মিতোক্ উঙাম্পৈ, চাক্ব্রাইবি হাওতল্ ব্রাইরি, ব্রাইতোল্, থাঙ্গু যুচেং, কৈখু কৈরেন্, লিংবি ব্রাইচা লীক্লি ব্রাথা লীব্রাপোক্, তাংখম্ সোয়বি সোয়য়াম্ মতাঙৈ, সরোয় লাল্লোই মতিল্ঙৈগি পান্নরে সেংনরে তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্সেংলবনে লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।*

*হিসোইন লাল্লোইন উম্তুঙৈ ব্রাউতুঙৈ, মীনাইঙৈ নাইনাইঙৈ সোয়কাই খম্কাইঙৈ, ঙারা ঙাসং য়াংঙৈ, সোল্লম্ পাইরম্ মচৎঙৈ, ইরক্ লম্লক্ মকেঙৈ, সরোয় লাল্লোই মতিল্ঙৈগি পান্নরে সেংনরে তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্সেংলবনে লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।*

*লৈচেম্ হাওতম্পান্, চানেম্ য়ুনেম্পান্ থোংগ্রাই মেন্দংলাক্প লেংন কোংব চীংনাংখু চীংঙারেন্, সজিক্ লোন্মন্ থুম্বি লৈহৌ ব্রাখা লৈতেং চীংগোই নারন্ থোং খোং কারন্ থৌবান্ ঈখোংকাই, কারোং ঙাইখোং মতাঙৈ চীন্লেন্ মায়কোইরেন্ লারাক্ খাঙ্তৈথোম্, ব্রাইরং*

খোইনিঙ্‌মেন্, কানক্ খাংতোম্ লাক্‌ঙৌদ সরোয় লাল্লোই মতিল্‌ঙৈগি পান্নরে সেংনরে, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে, লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

খুরায় অঙৌব য়ীম্‌খু য়ুম্‌লেন্‌ব, চক্‌প লম্বু কোন্‌খাং লাইজাউব, য়াওরৌ কংদাথেন্, নরৈঙাম্ ময়ায়রম্ সন্‌কংলম্, নুংখোং নুংলাউবি, ফুরোইচীং ঙারংয়ান্, থোংক্রাম্‌বী মাক্তং উরান্ কৈরাউ পোইরৌ হাম্‌বোইরৌ, সিখোং লেংখু লেংলেন্ তাঙৌদ চীন্‌লেন মায়কোয়রেন্ লারাক্ খাঙ্‌দৈথোম্, খোইনীংমেন্ কানক্ খাংথোম্ লাক্‌ঙৌদ, সরোয় লাল্লোই মতিল্‌ঙৈগি পান্নরে সেংনরে, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

ৱাংখৈ অপোক্‌প ফৌরায়াং লাইকোক্‌সু লৌরেম্বম্ তোংনেম্বম্‌ন পোক্‌প, পনম্ য়াংকোক্‌প সাচেল্লম্, কোংব হিকু হিপাল্ খাখোং লাইখোং পারা সীংথি তাক্‌ন লিন্‌চীক্, মূৎলৌ ঙাংলৌ, চীংথম্ চাউপোক্ কোইচীং কোইমহৌ, তোক্‌প য়েন্‌ফৈচীং, খুন্‌জান্ ঙানু হাইচেক্‌প, য়াৱা তাঙৌদ সরোয় লাল্‌লোই মতিল্‌ঙৈগি পান্নরে সেংনরে, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে লাইসেংলবনে, হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

খাঙ্‌সূ অতাম্‌ব লান্‌সীংনব নরম্ ফাইরোংব, চীংখোঙ্‌সুম্‌ব কেক্রুপাৎ, কাসান সন্‌কংলম্, মৈতেংঙু উরা কোম্বৌব লুরোইচীং, চীংমৈরোং, য়াংঙম্‌থেল্, অসৈ ৱাংবী, চীরীক্, চীংবল্, হংগেন্, পৌসীং, কৌব, কৌনু, ঈরেং, ঈথম্, সীংমৈ, উমৈ মখাম্‌ঙৈ, হিয়াঙ্ হিরেল্ মতাঙৈ, সরোয় লাল্লোই মতিল্‌ঙৈগি পান্নরে সেংনরে, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

উমু খুপুংকোই থেংগাইন, খূমন্‌চা মাইব সুম্ব, লম্‌বাল্ খোইবোক্‌পাৎ লৈমেন্ তাকোইপাৎ, খোইজু লৌমোন্‌পাৎ, পিতিংকোই লান্‌বিচা তলা উয়োক্‌কোন্, নিংথৌ সোপাইব উরিংকোন্, সীংথা লৈথোম্

কক্‌লৌ তাউথোং, লোইজিং লোইয়া তাঙৈদ সরোয় লাল্লোই মতিল্‌ঙৈগি পান্নরে সেংনরে, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

লেম্‌লৈ খূমীং ইব, খূদাং য়াইখুব, য়াংলৌ নহামাঙ্, উরিপোক্ খোংসাংয়াল্ তাক্‌য়েন্ নোংথিল্ উচিং লাংজীং, পেরে সারে, লাক্‌চম্ ফিফৌ, নৌব্রা খোইমোম্ চুম্‌বান্ মাথা সজিরৌ, উংলৌ কাংঙপূং চীংবা, খাবি নম্‌বোল্ তাঙৈদ সরোয় লাল্লোই মতিল্‌ঙৈ, পান্নরে সেংনরে, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

খ্রাই খোং মরিল্,লাইতোন্ হেম্‌সা, নম্‌বুল্ ব্রাইনৈ, চীংঙা পিসুম্ হৈবোক্ নারিল্ তৌরিংব, লন্‌য়াই সারেল্ য়াঙ্গোই লোক্‌তাক্, হাওতাক্ তাক্‌ম থাঙ্গ কারাং খুমাইতেক্ চক্‌পী লৈথোম্ তাঙৈদ সরোয় লাল্লোই মতিল্‌ঙৈগি পান্নরে সেংনরে, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

য়াইস্কুল্ থোংলেল্ য়াইচম্‌পাৎ, মুতুব্রা হৈরাংগোয়, হৈস্নাম্ নাম্‌জাউব, কক্‌ব্রা তিনবান্ লাংথবাল্ লিলোং থারোং তাপুংব চেগাইকৈ কৈমায়সাং সওম্‌পল্ ঙাহৈ ফিবৌ লৌখূ অচন্‌ব, নোংয়ায় লৈকোয়পূং, উচিব্রা খোইদোম্‌পাল্, কাক্‌লেল্ সোয়, ফৌগাক্‌চাও পুম্‌লেল্ হাপসা, ঈথায় পুনেম্‌চীং, সুগুনু ঈব্রায়তা, সরোয় লাল্লোই মতিল্‌ঙৈ, তীল্ লৈরগনো লাই লৈরগনো, তীল্‌সেংলবনে, লাইসেংলবনে হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

## পূংখন্‌বলোন্

"ঈচীক্‌সি ব্রাকোং নিংথৌবন ব্রাইকোক্ লম্‌মহল্ তোংএ। চেক্‌নম্ ফানম্‌বন কোংগোই ঈনম্‌সি তোংএ। থাঙ্গুঙ য়ৌখাল্‌ন খুন্‌ফম্ ঙাংচেং তোংএ। নুংবাল্ লাইরেল্‌চাম্‌বন কৌব নাপচিক্ তোংএ। পামং হৈরেম্‌বন

য়ুচিং থাঙ্‌গুপাৎ তোংএ। নুংবাল্‌ পুন্সিব লুব্রাং নাদবন কক্‌লৌ তাউথোং তোংএ। কক্‌লা হেম্‌চেংন লামবী সন্‌সেল্‌ তোংএ। লৈপূং চারান হোংঙা কৈসি তোংএ। থমং হৈরোইনাইন চীংথাঙ্‌ ফোল্লাংমৈ তোংএ। তিন্‌পাল্‌ চক্রখোক্‌ন থোম্‌বরৌ লাই কংলা তোংএ। পাসি চীংগাংবন খাবী নম্‌বোল্‌ তোংএ। পাসি খোইয়োই য়াংখৈ হাওমন থাঙ্‌গুপুঙ্‌ তোংএ। পাসি চুকোক্‌ লাইহাৎপন ফুবা ফৌওইচীং তোংএ। লৈম হাওরৈম নিংথৌ ফান্‌তেক্‌ সোক্‌লাইবন চক্‌প হাওর লম্‌লাং তোংএ। কুকি অহোঙ্‌বন লোইজীং চীংজাউ তোংএ। লাইকি অচাউবন লোইরেল্‌ খুন্‌বিলোক্‌ তোংএ। খুয়োল্‌ খুন্‌মাবন থাংজীং চীংমৈ তোংএ। লাইরেল্‌ খম্‌দৌবী খম্‌দৌবন চীংঙা লৌখোং তোংএ।

চোন্‌মৈবী চোন্‌মৈবন পিসুম্‌ চীংলুকোক্‌ তোংএ। ঈচিক্‌ঈ লোংখোন্‌বীন লম্‌বুল্‌ পূংজাউ তোংএ। ঈহৈ পোপ্‌তেক্‌ন লাহোসম্‌ তুরেল্‌ তোংএ। তোত্রো পিতো মৈসাংন চেগাইপোক্‌ লৈয়াথৌ তোংএ। কক্‌চাই তাংব্রাইন কৈবি লম্‌মহল্‌ তোংএ। চোথিক্‌লেল্‌ খুবিন খোইব চীংনাংলেল্‌ তোংএ। মেন্‌তু পূক্‌মাব ঙাননু থাঙ্‌চাবন কংলৈ লমমহল্‌ তোংএ। তুবু হৈরোইনাইন কোন্‌থাপাল্‌ তোংএ। অব্রাং অকোং তত্তবী অরায় কংদবীন খোম্‌পিতোৎ উঙাম্‌পৈ তোংএ।

খাব ফান্‌দোংবন তোংজেং ফক্‌ময়ুং তোংএ। মোরিয়া ফম্‌বাল্‌চান তিল্‌বাল্‌ লৈরেম্‌খোক্‌ তোংএ। হাওখোং সিনাইখুন চীংথাঙ্‌খু চীংথাংহল্‌ তোংএ। লংমাই থিক্‌লেন্‌ মাইরেংন সজীক্‌লোল্‌ মখৈ তোংএ। লংমাই কুম্‌ব নাউসংন লংমাই খুন্‌নীং খুন্‌মাঙ্‌ তোংএ। তারিয়া লিখন্‌তোরান কৈরাউ চীংলাইবক্‌ তোংএ। তানথোং লোন্‌নাইবন ব্রাসা খন্‌ফৈ তোংএ। তোংমরিংবন পোইরৌ হাম্‌লৌ তোংএ। অব্রাং লম্‌দুবুনে।"

**মায়কৈ তরাগি লাইমিং**

*"হে ইপু থোংনাং নিংথৌ, থোংনাং চীংবু তাল্‌ন খন্‌ব, থোংনাং সল্‌লৈ চীং, লিন্দু য়াঙ্‌তেক্‌চীং, মেন্দে নিংথৌ চীং, সোরাব মেন্দে নূংগোয়চীং, নীংন কৈসিচীং, লৈখম্ সুম্‌দোম্‌পোক্, হাওনু লাঙৌবী লাঙৌব, খাংথোম্ লম্‌য়েংচীংবু তাল্‌ন খল্‌ব, নফৌন নঙাল্‌পাল্, নহৈ নরোংপাল্‌বু তৈন সেম্‌বীরম্‌ও।*

*হে ইপু হঙ্গোই নিংথৌ সল্‌লম্ মঙান্‌ব, কাম্‌ব সল্‌লম্‌ব! মনা তিংন পোংনু লৈমচা, নমু পোংদি থা তরা, সমোক্ থা তরা, সগোল্ থা তরা, সন্দং থা তরা, ইরোই থা তরা, হামেঙ্ থা মঙা, ওক্ থা মঙা, হূই থা অহুম্, য়েন্ থা অনী, ঙানু থা অনী, খুনু থা অম, মীরম্ পোংলম্ সল্‌লম্ ওক্‌লম্ লম্‌বু তৈন সেম্‌বীরমও।*

*সেন্থি নপু পারাউ থোংজাউ লাইরোক্‌লেল্ অচন্‌ব, খোইমোম্ লাইমীংখু ফুম্‌নরম্, লাইৱাং নাতারম্, খুরোই হাওর লম্‌লাংদোংবু তাল্‌ন খল্‌ব লাইয়িংথৌ! নফৌ নঙাল্‌পাল্, নহৈ নরোংপাল্‌বু তৈন সেম্‌বীরম্‌ও।*

*হে ইপু কৌবরেল্‌ও! কৌব লৈমচা কৌনু লৈমচা, কক্‌য়ায় ফম্‌থিব, সংলৌ নাকম্‌ব, তেক্‌পীচীংনে। তেক্‌পী খাবুক্ তাংলৈচীং, মনাই তাব ইৱা পল্‌চল্‌লম্, সেক্‌ৱাই তাউদল্‌পোক্‌পু তাল্‌ন খলব, নফৌ নঙাল্‌পাল্, নহৈ নরোংপাল্‌বু তৈন সেম্‌বীরম্‌ও।*

*হে ইপু সম্ভোং নিংথৌ চাউবসু কোয়রেল্ নিংথৌ কোয়রেল্ অহুম্ থোন্‌কৎপদ ৱাতেম্ব! পোৎপি পোৎথাংনে সীংজঙ্ খায় নিংথৌ মঙল্‌ব পল্‌মরু চেঙ্গোয় ওইনম্‌চীং, সনা লুথোংপাল্, লৈময়ায় থম্‌বাল্ নোংসারৌ, চীংয়ায় সান্‌দোং ঈ, কেগে সীংচল্ খায়বু তাল্‌ন খন্‌বও! থাঙ্গ তোন্‌ব নিংথৌ, মোইরাং লৈতোল্‌লৈম খাংনাউপূং, কেগে চাউব পূংদ য়াংলৌ লৈপাম্‌ব, নফৌ নঙাল্‌পাল্, নহৈ নরোংপাল্‌বু তৈন সেম্বীরম্‌ও।*

হে ইপু নোংখোংব ! সেল্লোই মপু তাল্‌ন খন্‌ব! সেল্‌লোই নাক্‌পক্‌ম, লংমাই চীংসাম সেল্লোই তুকুপ্ পুল্লৈচীং, সেক্‌চীং চীংদোল্‌পোক্‌পু তাল্‌ন খন্‌বও! নফৌ নঙাল্‌পাল্ নহৈ নরোংপাল্‌বু তৈন সেন্বীরম্‌ও।

হে ইপু উতীল্ নিংথৌ উকাং নিংথৌও! থৌখু ব্রাক্‌নে থৌসুক্‌ন তিল্‌লে লল্‌ন তিল্‌লে। থম্‌ন তিল্লে, ফৌন তিল্লে, চাক্‌ন তিল্লে। তুবু চীংবু তাল্‌ন খন্‌বও! নফৌ নঙাল্‌পাল্, নহৈ নরোংপাপ্‌বু তৈন সেন্বীরম্‌ও।

হে ইপু মহৌ নিংথৌ! মহৌ ফৌগি ফৌদ, নিংথৌ মহৌ ফম্‌দোল্ লোল্‌বু তাল্‌ন খন্‌ব! মান্‌বী নূংতেক্‌মন থুম্‌নাউ ১০০ সু হুপ্‌ন নোয়গি নোয়মল্লে। লাইরেল্ তাউরোইনাইবু ব্রাংলৈ য়ুকৌহন্‌খিএ। লাপোৎ সীংপোৎ মঙাসু চেন্‌গি চেন্‌সিন্‌খিয়ে। পাংগি পাংসিন্‌খিএ। নহা নুবী নুংদ পাক্‌ন তাইন চাক্‌য়েন্‌হৌরবগি হন্‌ব লূক্ থুংদরব, হন্‌নু লূক্‌ক থেক্‌তরবগি পাক্‌ন তাইন লিন্‌গাম্ লাইগাম্ লাইবু লায়থুংলে। ফুইতিংঙা তংকাচনু, তংকানুবী, ফুইতিংব্রাক্‌ন, হৈরেম্‌ব্রাক্‌ন, হৈরেম্‌সিংন, ফুইনিংব্রাক্‌ন, ফুইনিংসিংন লৈগি নোংগি মরী থিন, মান্‌বি নূংতেক্‌মন খীক্‌মরোক্‌ন খীক্‌পদি, পোক্‌মরোক্‌ন পোক্‌পদি মপোক্ অনীরক্ পোক্‌এ, মহৌ মহৌ পোক্‌এ।

মহৌ ফাইবোক্‌চীংদ তোইবী তংকাচনু ফুইতিংব্রাক্‌ন হন্‌ব লূক্‌থুংলবগি হন্‌নু লূক্‌ক থেক্‌লবদ, লিনগাম্ লাইগাম্ লাইসু লাইকোক্‌লে। লাইকোক্‌চীংদ মহৌ ফুইতিংলোল্ য়াব্রান পুব চীং, কোন্‌খাংন তাউবচীং, লোক্‌তু খোম্‌তুন, লোক্‌লেম্, লাল্‌লেম্‌ন সেন্ব চীং, সাম্ব থাঙ্‌থোম্‌ন তাউবচীং, মনূং কৈদাইচীং, মহৌ ফাইবোক্‌চীংবু তাল্‌ন খন্‌ব লাইয়িংথৌও! নফৌ নঙাল্‌পাল্‌বু তৈন সেন্বীরম্‌ও।

মোইরাং থোইয়াদি থোইয়া তরা খঙ্, ঙাম্‌মোইবীদি অহুম্‌ব, থোইম থোইয়াসিংও! মোইবি ব্রানল্‌লো মোইবিসিংও সরুক্‌সু থোইবিও থোইয়া নমায় ঙন্‌গনো, ননা হুম্‌গনো, সন্থৌ য়াংব মীৎয়েংনন খময়েংনবিগনো, অথীদি অথী নঙ্ খোম্‌বীও, অরায়দি অরায় নঙ্গন থেম্‌বিও, খাবী ঈচীল্‌লেল্

*অমাই ইয়াথংনে। মোরি ঈচীল্লেল্নে, মোরি ইয়াথংনে। ঐদি নমাই খোম্দোল্নে, খাবী খোম্দোল্নে, খাবী ঐবু লোল্লম্দে য়াওরম্দে হায়গনো। মীরোল্ পোংলোল্বু ফংলম্দে য়াওরম্দে হায়গনো, সল্লম্ ওক্লম্বু ফংলম্দে হায়গনো, হৈকু লাকুরোল্বু ফংলম্দে য়াওরম্দে হায়গনো, মমী য়াম্ববু মমী থিবিগনো, মনাই য়াম্ববু মনাই থিবিগনো। ফুঙ্গা তরাউ য়াম্ মসল্ মওক্ য়াম্ মহূই ময়েল্ য়াম্ববু য়াব্রা লাইবু ফাবিগনো। থীক্তৌ থাদৌ লাই, অওক্ অচৎ লাই, লোক্লাং তিল্লাং লাইবু ফাওবিগনো।*

*হে ইপু মহুই নিংথৌ! মহুই হুইথোক্প পাঙল্ লাইবু তাল্ন খন্ব! পাঙল্ থারুক্ মেন্দং লাইবু তাল্ন খন্বও! নফৌ নঙাল্পাল্ নহৈ নরোংপাল্বু তৈন সেম্বীরম্ও। নিংথৌ নঙ্বু পাউ তাক্পনে, সঙ্গৌ য়াংবি মীৎয়েংনগনো, পোংথৌ য়াংব মীৎয়েংনবীগনো, অথীদি অথী নঙ্ থেম্বীও। পারী পুরীখোয় মেন্দে মেল্লাংখোয় লাইজ ঈফূৎ থোক্পগুম্ববু মেন্দুম্ মেন্সিন্গে, তাইদুম্ তাইসিন্গে। অপোক্ অপান্ব, তাইচঙ্, মেন্চঙ্ব নঙ্বু কোরৌ কায়াকে হা হুং হা য়েং, হা হুং হা য়েং, হা হুং হা য়েং।"*

## হৈসোই ইপান্ থাব লাইসোন্

*" চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্ম চীংঙু নতৈ ননাওগি নকুম্ কুম্বিগি কুম্গাউদ, নথা থাসীংগি থাকাউদন থম্লা লাইরাপাল্, চমু চঙৌপাল্, তোংলেং লৈসংপাল্গি, লাইবুংথৌ মাপল্মক্ লাইরুবা তরেৎমক্ সরোয় হুম্ফুমাথোইমক্ নখোয় পূম্নমক্পু হাওমল্ য়েৎ ওয় কোন্ফব, ঙাইরোং সিংমীৎ নম্ফব, কাসান হায়নিংসিংন সোন্মোন্ য়াম্মে সীন্সুনুবীন পীখৎখি পীখৎসিং, ঙামরানুবীন পীখৎখি পীখৎসিং খম্দিংনুবীন পীখৎখি পীখৎসিং, হূই য়েল্ লম্সিং নাইববু ফান সিংন হৈসোয় ইপাল্ থারবনে হা উং হা য়েং, হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।"*

## য়ুম্‌জাউলৈম ঈরাৎ লাইসোন্

*" মোংব থাঙ্‌গ য়ুম্‌জাউলৈম য়াইফবী, মোংব য়ুম্‌জাউ কারেল্ মাপল্‌মক্‌ত হেন্‌মোইবী! য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ লাইয়িংথৌ সনা কানে। য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ তরা চউম্ কানে। য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ নে নে য়াহীপ্ কানে। য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ ফদিবি মৈরিং কানে। য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ ইমোইনু অহোঙ্‌বীগি কানে। য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ লৈম অরেম্বী খোঙ্‌হাম্ কানে। য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ অঙৌব পুরৈরোম্ব কানে। য়ুম্‌জাউ কারেল্ অমদ লাইয়িংথৌ পাখংব চৎলম্ ফান্‌সাং কানে।*

*হে ইবেম্ম নয়ম্‌ন লৈত্রেং ওইরিবী, নতুন নোংথাঙ্ ওইরিবী, নয়েং পান্‌থোইবী নঙ্‌ন নসূ হে ইবুংথৌ হে ইবেম্মসিংবু কুবিও। খয়োম্ লাগ সনা পুয়োক্ লাংগোন্‌বিও। লাইরুপ্‌লেন্ সিদবী হায়হৈদব ব্বারম্ অচেৎপবু হায়রক্কে। হোঙ্‌নেম্ লুব্বাং নিংথৌ পুম্সিবগি মনাওয়োক্ খরুং য়ুমোইসেন্‌বম্ চনু তরা চাক্‌নিঙ্ খাক্‌ন চাক্‌সৌবী, ব্বাংলৈ য়ুনীং খাক্‌ন য়ুসৌবী, লেম্‌লৈ ঙানীং খাক্‌ন ঙাসৌবী, সারেল্ সাতৈ সেংন সাসৌবী, পিয়াখল্ লৈরোল্ তরেংমক্‌তগি নোইনু থুম্‌ন য়াকারক্‌পী, সরেল্ সা পাখং তরেৎ, সানুরা তরেৎন য়াকারক্‌পী, লেম্‌লৈ ঙারুপ্‌মনসু লোই হারক্‌পী খোয়নৌ নতা নঙ্‌গ লোয়নরিবীদি হৈবোক্‌লৈম কোঙ্‌য়াম্বী, লাংজীংলৈম তখেম্বী, চীংঙালৈম পিয়াইনু, ফুঙ্গা লোঙ্‌জুম্ অহুম্‌মক্ত ফম্‌লবদি ফুকোইনু, ব্বান্‌কোইনু কৌএ। সনা কোম্লৌরেল্ নঙ্‌ন সৌগৎপিও।*

*য়ুম্‌জাউ কারেল্ মাপল্‌মক্ত হেন্‌মোইবী। ইমাঙ্‌লোল্‌ন কৌরগ ইমিঙ্‌লোল্‌ন তাদবী। ইমিঙ্‌লোল্‌ন কৌরগ ইমাঙ্‌লোল্‌ন তাদবী। লুমাং চগো য়েৎলম্ লৈরগ পন্‌থৌ হায়ন পাউদোইবী। লৌব্বাই হামুল্ লৈরগ কুরু হায়ন পাউদোইবী লুতুং সম্‌জী চগো ওয়রম্ লৈরগ পলেম্ হায়ন পাউদোইবী। অচি তৎতবী অরায় কংদবী। অখোং তৎতবী ইমা নঙ্‌ন পুয়োক্ লাংগোন্‌বীও। কারেল্ মাপল্‌মক্ত হেন্‌মোইবী ইমা-ও হন্ন হন্ন পুরুম্‌জরি ঈব্বাক্‌মন।"*

## কোন্য়াইরোল্ লাইসোন্

*" হৌ মোংব য়ুম্‌তৌ সাংহৌ লম্‌লেন্‌বু অনী থোক্‌ও, তুনেম্‌বু অহুম্ থোক্‌ও। তম্‌পাক্‌লোন্ মঙামক্ লৈমুরোল্ তরূকমক্ লৈখাবী লৈরাম্বী, অপোক্ চনু খম্‌বাই য়াম্বাইনু তম্পাক্ লৈসূক্ লৈসোয় য়াম্বি, ঐবু সীজব লাইয়িংথৌ নিংথৌরেল্ অথৌব চীংঙু নখোঙ্‌খাদ নসূ হে ইবুংথৌ, হে ইবেম্মসিংন পু থোইগে, পা থোইগে, কবোলাক্ ময়াংলাক্ মিরেল্‌পাল্‌গ মীয়াইরেল্‌দোং পুন্সি নুংসাংন হায়হৈ লৌহৈন পান্‌গে হায়বগিদমক্ কোরৌ নোংলুপাল্ অঙৌবন লুপা কোন্‌গ চল্, মালেম্ লৈম্না অঙাঙ্‌বন সনা য়াইগ চন্ থারবনে হৌ ফাও-ও।"*

লাইসোন্ অসি হায়রগ কোন্য়াই হুন্‌গনি। সনা লুপাদু খূৎ য়েৎকি খূবাক্ ময়ায় খর চৎখৎন হাপ্‌কনি। চংবি লা ময়ায়দ হুন্‌গনি। লারী নন্নদ্রবদি ফৈ। য়েৎ ওয় কায়দন তারবসু ফৈ।

## পোংনিং লাইসোন্

*" কুম্‌ম্না কুম্‌লিক্‌লাইন অবাং কৌব চীংথংলাংদ কুম্ ওইখিব কুম্, পোক্‌পীন পোক্‌পীহল্, তাইরোংন তাইরোংহল্, কেগে য়াংখোংজম্ নিংঙোল্‌বীন লাংলেন্ কোংয়াং মচৈসূন ফৈন ওন্‌বী, মকুম্‌ম্না খোইনাইজম্ নিংঙোল্‌বীন খোয়ম নারোল্‌নুংদ লাংচেং তোল্‌গ পক্‌ন, কাওরেল্ সল্ খোঙ্গুল্‌দ মীৎয়েংবীন মীৎয়েংহৌব কুম্, চেক্‌লা তলদুম্ ওইবন লৈতাং সোক্‌ন তাল্‌ন, পামেল্ উহৈ চান ঙাওনৈব কুম্‌দ হূপ্‌লেল্ নাপূং মৈরোঙ্ থরোন নূংগাংসা হৈকক্‌ন নারেংথোং, থাংজিংন কেবাক্ থোক্‌ন হৌহৈব কুম্‌দ কুম্‌ম্না কুম্‌লিক্‌লাইন কুম্‌বী মনোং ওইব কুম্‌বু কুম্ নোংদম্‌বু তম্‌লি, থা নোংদম্‌বু তম্‌লি।*

*সেনোংমৈনে, পানোংমৈনে, কারিহেল্‌নে, কারাহেল্‌নে,* হায়গুনো, কাসা ব্লাল্‌লো, লাইব্লা ব্লাল্‌লো, খোংঙা ব্লাললো। কাসা তিল্‌লিও,

খোম্‌লিও সারিও, মাঙ্‌দ চৎলিব য়াবা তাল্‌ন ফেন্‌বীও, য়াবা কোন্‌খাঙ্‌ লাই, থীক্‌তৌ থাদৌলাই, অওক্‌ অচৎ লাই, লোক্‌লাং তিন্নাং লাইবু কাসা নঙুন তাল্‌ন ফেন্‌বিও।

কাসা তুংদ ইন্‌বী, কাসা লান্‌তেক্‌মাবী, থুম্‌তেক্‌মাবী, কারোং কা হাইবি, সকক্‌ সোয়কুমাবী, ফাওকু চাককুমাবী, লনকু থুমকুমাবী, কাসা নঙদি লোন্‌কোইবীও। লোক্‌লেন্‌বী লোক্‌ও কাসা নপাউ চাউগুনো, নাথি নাপী তোক্‌কুনো হা য়েং, হা উং, হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ।

## অপোক্‌লোন্‌ লাইসোন্‌

" কংলৈবু লম্‌মহল্‌ও। লম্‌নেমবু অনী থোক্‌ও। তুনেম্‌বু অহুম্‌ থোক্‌ও। লৈমুরোন্‌বু তরাক্‌ থোক্‌ও। লৈহাওরোন্‌বু মঙা থোক্‌ও। লৈখাবী লৈরাম্‌বী অপোক্‌ চনু থোংঙাই য়াংঙাইবী তম্‌পাক্‌ পোক্‌পী, তম্‌পাক্‌ লৈসূক্‌ লোন্‌য়াম্‌বী, তম্‌পাক্‌ক পোক্‌পীগ তিংথৌগ হূপ্‌লা হারাগ কোন্দে সেম্‌বগ চান ইমিগ তোংলেং লৈসংগ সিংগ্রেং লংঙজৈগ য়াংলা থৌবোম্‌গ সদু য়েংদৌগ তৌমু তৌহাও চরোৎ ফাইবংগ তেংন নুমোইগ পোক্‌লিবী নঙবু নেম্‌সিক্‌কে। মনেম্‌ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্‌ থোক্কে।

য়েন্‌কোংয়েন্‌ চূপ্‌য়েন্‌ চাম্‌য়েন্‌ চেংকুপ্‌ পান্‌দোং উচীনা ৱান্‌সাব য়েংখুরৈ তেক্‌তেক্‌পান্‌ সংলৌ ৱাংকন্‌ অকন্‌ব য়েন্‌ থরাম্‌ নাপাক্‌পগ পোক্‌লিবী নঙবু নেম্‌সিক্কে। মনেম্‌ মতাই থোক্কে। মতাই ননেম্‌ থোক্কে। হৈকক্‌ থাংজিং থরো লেন্‌ফু খোংদুম্‌ মাইরেন্‌ কৌখা কক্‌লা ঙাচক্‌ কোমোন্‌গ পোক্‌লিবী নঙবু নেম্‌সিক্কে। মনেম্‌ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্‌ থোক্কে।

হূইচীন্‌ হূইয়া মেল্‌লি সেরাং লৈসোক্‌ থোন্‌কম্‌ হাওরৈ ফোলাং কোন্‌বী কোয়াং পাংগোং নাউতু চীংহাও লৈসং কোক্‌লেন্‌ লুসি ঔরী উরাগ পোক্‌লিবী নঙবু নেম্‌সিক্কে। মনেম্‌ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্‌ থোক্কে।

উপী উরেন্ তন্মু তল্হাউ হিয়াঙ্ হিরেন্ উখোক্ থাংথোং ফৈজা ফৈঙৌ মিসি থাংয়ান্ সৈই কূহী উপন্ লেংতা উনিংথৌ তৈমরেং উয়িন্ খাল্গ পোক্লিবী নঙ্বু নেম্সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

লীথিক্ লীরেন্ হুম্পোক্ সাগন্ য়াইরী থায়ুং লীরেন্ য়াইথম্পোং ঈরোক্ অনী পাফল্লি চীংসাং অনী লাম্থরী পন্সা থোংসারী পল্লোই থোং লোইরিগ পোক্লিবী নঙ্বু নেম্সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

তরা তোংনুথী লীক্সি খারোথী য়াইসেন্ য়াইফৌ চুজাক্ চাহৌ পুমান্ লাংমান্বী চেঙ্মি ফৌগাক্ মোরসি মাক্তং ফৌরৈম ফৌনিংথৌ ইরোইয়া কৈতেক্পীগ পোক্লিবী নঙ্বু নেম্সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

চীংফৌ তম্ফৌ চয়ীন্ মূক্লাং চানান্ চংলৈ হৱাই ঙৌজা থোয়দিং কাপাক্ কোক্নোং খোম্নোং পানফুক্ পান্ফোই সিংখা সিংথুম্ সৌগ্রি ময়াংব তীল্হৌ চনম্ থাংপাক্ মেমান্ লীনাই খোইনাইগ পোক্লিবী নঙ্বু নেম্সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

ঙারা ঙাসিং খৌরেন্ খৌরাং য়াংকন্ সুজা সরেং মৈহন্ ঙারেন্ কোক্পাক্ পেংবা মুক্লাং ঙারোয় সেন্ ঙাথী ঙাৱা তেন্লোং সম্ফা ঙারিন্ তোংজেং ঙাখা ঙম্হায় নোংজেং ঙাতূপ্ নোংলাই কুম্জেং কোক্ফাই থরোই খৌজাউগ পোক্লিবী নঙ্বু নেম্সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

মীচঙ্ মীখোম্ হূইমোম্ য়েন্মোম্ সগোল্ সামু সামুক্ ইরোইগ পোক্লিবী নঙ্বু নেম্সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

য়ীম্‌সা লম্‌সা তোক্‌প কাম্‌ব সায়ু লৈরাং নুওক্ পাইবং খুপিং খুপাই য়োংমু য়োংসেন্ খৈরোয় উপেংগ পোক্‌লিবী নঙ্‌বু নেম্‌সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

সেক্‌পী সেম্‌বাং কাক্ চরোইতু চরোই য়াম্‌বী উপোং খারাগ পোক্‌লিবী নঙ্‌বু নেম্‌সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে। লৈরুম্ নোংলুম্ তীন্‌ফা কাক্‌ফৈ কক্‌চেং খোইয়াগ পোক্‌লিবী নঙ্‌বু নেম্‌সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

লিন্‌সূক্ লিন্‌দেং চীংলাই তম্‌লাই খাউরৌ তাংলৈ তিন্‌পুন্‌নাপুন্ হংকোক্ নারীন্‌গ পোক্‌লিবী নঙ্‌বু নেম্‌সিক্কে। মনেম্ মতাই থোক্কে। মতাই মনেম্ থোক্কে।

## উমংলোন্

১. **নচি লাইয়িংথৌহন্‌ব :** নচিবু তাইচীক্‌কে, লাইয়িংথৌহন্‌ব সনা হিহোন্‌ব, কম্‌বোং খারম্‌পাৎপু ৱাতেম্ব, থাঙ্‌গু লাইরেম্‌পাৎপু ৱাহম্ব, ঈরোক্ অসূপ্‌পবু থোন্‌কৎপ, চীংসা নাপোম্ অৱাংববু মনাক্ নেৎন ফোয়থব, সাবন্ কংলৈথক্ত হিহোন্‌ববু খূমু নৌসাদ তৌরাং তেক্‌সোংদ য়েন্‌পোৎ লীখাওদ, লিল্‌হা ঈচেল্ নাইদব, লাইজ ঈপাক্‌থক্ত লম্‌জেন্‌ববু খূৎয়ায় চোৎত খুদোন্ নাইদব, সেন্‌বী লৈহেন্নববু ইঙেন্ নোংফাইদব, কায়রৈ য়েন্‌মৈ সীৎপবু য়েন্‌হৌদ, তেক্‌পি ওক্‌পী চঙ্‌ববু ওক্‌খাঙ্‌দব, কাওরেল্ সল্‌লক্ চঙ্‌ববু সল্‌হৌদব, মরুম্‌বী খোইমোম্ লাইরেম্ম পেৎনু তম্‌নু উসোংলৈম লম্‌লাং নিংথৌ চনু লিরি থরাম্বগুম্বি লোক্‌য়ায় তাম্ব তোংগুম্বী, চাংখ্রং অরন্‌বদ ঈসোক্‌পবু ঈরীত্তবিবু লুম্‌নব, মপারি অমুদোন্ লৈরাব লাই পাখং মঙাইরোয়বু য়াহৌব, লাইরুরা অকেৎলোইবু থৌনেক্‌প, সেল্লোই লৌথোংখোং থোংখোঙ্ চীংলাংমৈদ নূংবী মনা হুৎন থৌনাব, খোইমোম্ লাই নূংখিন্‌বু তম্‌হন্‌ববু পারিনব, মমাইব থিংনোং চাউরোং সুজা মমা লৈরোং সুজা

*মঙুজুম্বন মঙ্ফাওথবদি খোইমোম্ ঐবু মান্বি য়াংতক্প, কাওরেল্ চীগোন্বন তাইররো কোন্জন্ন য়োংচন্ন সংগে চন্ন তেন্বী চন্ন থাংদরৈন তাদরৈন ঐবুব তাইররো। কম্বোং খারম্পাৎ ব্রাম থাদববু ব্রাম থাবিগে, থাঙুঙ লাইরেম্পাৎ উম লিংদববু উম লিংবিগে, সাবন্ উ ব্রা ই হৌদববু উ ব্রা ই হৌবিগে, পোইরৌ হিম লাম থাদববু হিম লাম থাবিগে হায়ন মঙ্ফাওব, মৈদিংঙু লোইনাই থব্রান্থাব হুয়েন্ লাল্লোয়নব পোইরৌ হিথাব লম্লাং লম্থোক্প, হুয়েন্ লান্নিগিদি নোংয়াই হাওদরাইব হাওদ কোয়ব, অরোল্ লীকন্ব য়াইথিং কৌরোংসু নিংঙোল্ কোল্লুসুবু কায়ন হুন্ব, মৈদিংঙু সেন্বি খাগেম্বগ হুয়েন্ লাল্লোয়নব, কবো কিয়াং ঙম্ব চাউব সুম্জাই ফাব মরোয় লোয়নরিবদি থোংনাং কারন্চা অচঙ্ব, ফৈমরিং তন্ব্রাক্প লম্য়াই সিংগন্ পোংসু মীকন্ থৌনাববু লোয়নরিব, চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ন অকন্ অয়াঙ্ কন্দরিঙৈ হান্ন অকন্ অয়াঙ্ খিল্হন্ব নঙ্বু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে।*

২. **নচি খানিংথৌ মোংবহন্ব :** *নচি খানিংথৌ মোংবহন্ব লাল্লোই খন্ব মরুম্বী খোইমোম্ লাইরেম্ম হাওনুখু হাওনুহন্, লাইতোংখু লাইতোংহন্ন য়েন্য়োম্ খোম্হান্গ সিংপাক্ মায়তৈগ চদুম্ চঙান্গ হোঙ্নেম্ চাউনেৎক মেরা মেন্দোংগ সাচুং লাল্লংগ লাংহৈবী কাক্লেন্ মীঙম্ববু কায়ন হুন্বীবু লুম্নব, মমাইব অপক্মান মঙ্ফাওথবদি মান্বী চক্লৈ কাও কাওরেন্ লেংবসন্, মচন্ সিরা কোংতিংনু ফামন্ মুক্মু হাইমৈচোন্, মান্বী অমুব কাওরেন্ চীন্গোয়নব তেক্পী সম্লেন্পান্দগি মরেম্ কবুম্ মিংনাইব ফান ওক্ কায়রৈ পূংথী য়েন্থী য়েন্ন ঐবুব তাইররো, হাওন মঙ্ফাওদব মৈদিংঙু লোইনাই থব্রান্থাবগ হুয়েন্ লাল্লোয়নব নোংয়ায় অরুব খূমন্ তারম্ববু ব্রাংদৈ য়াংব থোংঙাইসূবু কায়ন হুন্ব মরোয় লোই ফৈরিবদি খুন্বি কাবদ ফৈজা কাপ্তরেংচা লাইজ ঈপুক্ খায় ইমু তোংগ চিংন থৌনাববু লোয়নরিব নঙ্বু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্ থোক্কে।*

৩. **চীংবন্ য়োইনাউহন্ নাউহন্ অহন্‌বঃ** *চীংবন্ য়োউনাউহন্ নাউহন্ অহন্‌ব, হৈরী লীসিং নেন্‌ব খোইসিং চাইব, থাঙ্‌ব্রায় ঙম্‌বন হৈরী চাঙৌব খোইসিং লুপাংববু কায়ন হুন্‌ব, হৈরেম্ খুন্‌জান্ ঙম্ব, ঙাংখ থোংখিল্ চায়ব, মেন্দে তেল্‌ব্রায়ব, মকু অতেংব খুনবি কাবদ ফৈজাবু সোংকিবগি কাওরেন্ সন্‌য়াঙ্‌থক্ত হেন্‌মোইববু কায়ন হুন্‌ব, মরুম্‌বি খোইমোম্ লাইরেম্‌ম খুন্‌দোং নাউসং চনুবু লুম্‌নব, মপারি অথিং কৈহৌব সুম্‌তারৈ ঙাংতারৈ চৈর তেন্‌থাবগ নাহুৎ নারেংগ মীৎলেং নারেং তম্‌হন্‌ববু পারিনববু পারিনব, মমাইব খাব লাংথংচা কবো ব্রাল্‌লৌরেম্বন মঙ্‌ফাওথবদি, উরাপ্ লম্মহল্ লম্‌লেন্ পোংহৈথা, ঙান্‌ব চাজন্‌ব্রায়, খাঙ্‌লা য়ৌরুম্‌ব্রায় ফুনান্ তেল্‌হৈব মচীংসাংবু থেংগোইব, থোংলেন্ ব্রাংখৈরাক্‌প মফৌ সায়ায় চেন্‌ব য়ারৌ সাকারম্, ব্রাংখৈ লীখুন্‌পূংবু ফৈন লাম্‌ন ব্রাতেম্ব, মৈদিংঙু সেন্‌বি খাগেম্বগ হুয়েন্ লাল্লোয়নব কবো মুংখোং ঙম্ব, থামুং ফাব মরোয় লোয়নরিবদি, হাওব চেংব খম্‌লৌ লাইতোন্ নোংয়ায় সাগু তাইরোংমন্‌গি চীংখম্ চাউপোক্‌ক মূৎলৌ ঙাংলৌগ পূম্‌ন চন্‌ন লম্‌ওক্‌চরিব, অকল্ অয়াঙ্‌ব সক্‌উ সাউদববু লোয়নরিব নঙ্‌বু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে।*

৪. **খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ খম্‌লাংব :** *খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ খম্‌লাংব য়াংলৌ খন্‌ব মরুম্বি খোইমোম্ লাইরেম্‌ম সঙ্গোং হুইমুলৈম, মঙাং নিংথৌ চনু, থোংনাং মোইবুং পোত্তম্‌লোই, লিক্কোল্ খাউজাউলোই, পসোৎ ফিরাক্‌লোই, ক্কা য়াচুলোইবু লোইয়াবিবু লুম্‌নব মপারি নূংপাক্‌ঙম্ব, হাম্‌লৈ ফাব, তিমারিবগি য়াংলোন্ হাব, সোংবু মরাৎ ঙম্ব, থোল্‌লান্ ফাব, নমু খেরাম্ব, লম্‌য়াই য়ুম্‌চঙ্‌থৌ, কেগে মোইরাং সাম্‌ব তোংনুসুবু ফাব, পোইরৌ হিথাব, কম্‌বোং পায়াকোৎ সিন্‌হৈব ফানববু পারিনব, মমাইব চাকোয়ান মঙ্‌ফাওথবদি উরিপোক্ খোংসায়ান্ ফৌরায়াং অচন্‌ব, নোংদা লাইরেন্ পাখংব মিংবু মিংনপুঙ্ক মবেন্ লাইসরাসিংবু সিংনপুং, খময়েং ঙায়েংখোং লম্‌বাং ফেল্লুম্ ফেৎমমাঙ্ য়াংলৌ নহামাওবু ফৈন লাম্‌ন ব্রাতেম্‌ব, মৈদিংঙু*

*কোঙয়াম্‌বগ হুয়েন্ লাল্লোয়নব, ইঙেন্ চাকুম্‌লোক্‌কি ময়াং মাইব সম্‌লোইব থিংগুরাক্‌প ব্লাসক্‌প, অফেরাজা থাঙয়ান্ কন্‌ব লাক্‌ক সুম্‌তাউগ অরিং অরাংতাউবু কায়ন হুন্‌ব, ময়াম্ব নিংথৌ ফাব মৈদিংগু সেন্‌বি খাগেম্বগ হুয়েন্ লাল্লোয়নব, কবো কিয়াং গুম্ব চাব্রাইরিক্ ফাব, মরোয় লোয়নরিবদি কম্‌বোং লোইরাংখু লোইরাংহন্ সাংখু সাংহন্‌নাউ, অকোয় অসাউব, সক্‌উ সাউদববু লোয়নরিব নঙবু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্ থোক্কে।*

৫. **হোঙ্‌নেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুল্লিব :** *হোঙ্‌নেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুল্লিব, নুংবান্ সাকৎচীংগি য়োইঙন্‌ব, লুব্রাং লাংহৈচীংগী য়োইচান্‌ব, চারোন্ মঙা নেম্‌সিন্‌ব, সূরোল্ তরুক্ তান্‌ফংব, পাখং কুম্‌জিং লোম্দি লোনখোং মঙা ব্রায়সীন্‌ব, নুরা কুম্‌চিং লোন্‌দি লোন্‌খোং তরুক্ তান্‌ফংব, ফাত্রে নেম্‌সীন্‌ব, য়াম্‌ত্রে চাইসিন্‌ব, হূইতোক্ পাক্‌লৈ চীরীক্ য়োংফাংলৈ, চহুই কাঙব লৈ কৌব নুংবু চীংগি তাংলেম্ব, কাল্‌লাই অচঙ্‌ববু কায়ন হুন্‌ব, নুংবান্ মপাচা লুব্রাং ময়েল্লুন ব্রাক্‌য়ে ফান্‌পক্ লৌদ্রিঙৈদ তলা উকু হন্ন ব্রাক্‌য়ে ফান্‌পক্ লৌহন্‌ব, হিয়াঙ্ নাপল্ থোংগ তম্বিব, লৈকূ য়ুইনব লৈরায় খম্‌খাঙব, তুরেল্ লাতাউব, লৈরায় হিকুম্ হিকা চাক্‌ক তান্‌ফংব মরুম্বী খোইমোম্ লাইরেম্ম হাওকুলৈম লম্‌দং নিংথৌ চনু লম্‌দং সেরন্‌বন পোক্‌পী, থীক্‌লেন্ তম্‌ফা গুানুরোন্ থোংগাইব চনু, ঈরেম্ তাইদল্‌লৈম মোইনু চনু খূৎয়ায়চেন্‌বি নাউথোং কায়বী সেন্‌ব পোক্‌পী চীংয়ায় গুানুনুথুম্‌বী সেক্‌মোম্ নাউসংকায়সুং তালোই তূন থোইব, লুম্‌লেন্ তরানিপাল্ লুম্‌নব, মমাইব কৌব মিয়োম্বন মঙ্‌ফাওথবদি লুব্রাং মকুবিচীং মোংব য়ূম্‌জাউমান্ য়াংলা হৈতুপ্‌পোক্, সংদিং লান্‌ফৌচীংবু থেঙ্গোইনব, চীংখোঙ্ চুম্ব কেক্রুপান্ কাসান সাকৎলম্, মৈদিংগু উরাকোন্থৌব লুরোইচীং, চেংলৈ লম্মহল্‌বু ফৈন লাম্‌ন ব্রাতেম্ব, মৈদিংগু তেল্‌হৈবগ হুয়েন্ লাল্লোয়নব, খুন্‌জান্ নিম্দুম্‌বন ব্রাগি হৌনখিএ।*

*লৱাই পোন্‌বী অচাখোন্‌গি থারক্‌ য়োইথোং ঙাই, হন্‌ব কোন্‌খুনাও, হন্‌নু কোন্দোং ঙাইবু কায়ন হন্‌ব, মৈদিংঙু সেন্‌বি খাগেম্বগ হুয়েন্ লাম্লোয়নব, কবো কিয়াং ঙম্ব চাবায়রীক্ ফাব মরোয় লোয়নরিবদি সরা কৈফাগে, কৈসঙ্গব হুয়েন্ লান্‌ফাগে খোম্‌লেন্ মঙ্খৈনব লান্‌মিংদব, থিংব কৈথৌ কায়খম্ব, কোন্দে কোনৌমাই, হাওকু তেক্ল নম্ব, মরেম্ তোংলান্ ওন্‌ব, নুংবান্ ময়ুম্‌নাক্‌পু লুৱাং মসাইকোন্‌বু লৈন চেন্‌সীন্‌ব, লৈথিন্ নোংথিল্‌য়াং হাওকু চৱাইয়াং অকন্ অয়াঙ্গ সকউ সাউদববু লোয়নরিব নঙ্গবু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্ থোক্কে।*

৬. **খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ চখাব লাংমৈরেম্ব :** *খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ চখাব লাংমৈরেম্ব, লান্‌লোই পান্‌জুমব, মরুম্‌বী খোইমোম্ লাইরেম্ম লাইতোন্‌লৈম সনারেম্বী, খুমন্ খাথা লাইথারোই, লীক্‌সং লীক্‌ঙাঙ্‌লোই, ফিবোং চামিলোইবু লুম্‌নব, মমাইব লাংমৈবন মঙ্ফাওথবদি লোল্লোই য়াসিক্ সিখোম্ মতোন্, মরোয় য়াথং খোম্‌বচা, পাউব তুচোংৱায়, ময়াম্ন মঙন্ হাংলৈবদি তাইনলম্, লংমাই চনু কাইরৈম খুন্‌থুংদবী লংন নূং, চীংঙুলৈম ওক্‌সোংপুংবু ফৈন লাম্ন ৱাতেম্ব, মৈদিংঙু তেল্‌হৈবগ হুয়েন্ লাম্লোয়নব, তুসাং হিনাম্ থাব, হন্‌ব নাউসেক্ য়াম্ন হৈরেম্ কদাম্ব ঙাতম্ব, খম্‌লাং মখিচাম্ব লাংগোই সগোল্ লোইব, খুন্‌জান্‌লৈম খম্‌লাংতাউবিবু কায়ন হন্‌ব, তুসাংঙাঙ্গন পুংদোই তান্‌ফংব মৈদিংঙু সেন্‌বি খাগেম্বগ হুয়েন্ লাম্লোয়নব, কবো কিয়াং ঙম্ব, থমুং ফাব, মরোয় লোয়নরিবদি কাবেবী কাবেব ঙানৌ থুম্‌নৌ তা, পোইরৈ সীংখায় হুম্‌ফুমাথোইমক্ত সীংনাং চোম্‌জাউ সূব, কবাক্ তেন্‌দোং হাইব, অকন্ অয়াঙ্গব সকউ সাউদববু লোয়নরিব নঙ্গবু তাইগে হাই মতাই মনেম্ থোক্কে, মনেম্ মতাই থোক্কে।*

৭. **হে পিথোংলেন্ য়াই :** *হে পিথোংলেন্ য়াই কাইরৈম কাইরংসু হুইয়ায় খন্‌বী লৈচোন্ হাওতম্‌ব চানেম্ য়ুনেম্ব থোংগ্রাই মেন্দংলাক্‌পন পোক্‌পী, মপাম্ লাংদোম্ মৈহৌঙে, খোইমোম্ লাইয়ৈ ফাবী ময়েংন নানম্‌ৱায়*

*মপান্‌ন নোংপাইরায়, হৈরাঙ্‌ন পাউসোন্‌রায় মুংবিন অসৈরায় থরাম্‌ন নোংসাবায় মুংবিপাং তাইথিকোন্ নীংনপাং নাউসেক্‌কোন্, য়েন্‌পং পাংসাং তোংগোন্‌ন তাংকোং চৈন ওৎন খোম্‌হান্‌বী কৌব কৌদাইরোই মৈদিংঙু নাউথিংখোংদ ফৌয়াই চায়াইরৈবু লৈন চেন্‌সিন্‌বী, মৈদিংঙু পোইরৈ লান্‌থাবদ হৈতৌ মোংথারোই কোক্‌পবু খোম্‌হান্‌লোই, সারু হুকান্‌লোইবু লোইয়াবী অমুবী লৈয়াংপী লৈরিক্‌পী সম্‌খোম্‌বী থরা লৈফম্ লৈয়াংপী অকোয় অসাওবী সক্‌উ সাউদবীবু লোয়নরিবি নঙবু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্ থোক্কে।*

৮. **লাইয়িংথৌ মুরা নিংথৌ অতোন্‌ব :** *খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ মুরা নিংথৌ অতোন্‌ব মরুম্‌বী খোইমোম্ লাইরেম্ম চীন্‌ফুরোন্ লাইতোংখু মঙজুম্‌বীবু লুম্নব, মপারি লৈয়ান্ খুন্‌নৌসিবন খম্‌নুং চাথাংলাম্‌বগি য়াইফু চেপ্‌ন হৈববু উরম্‌এ লৈমু য়েন্‌থী মান্‌ববু তুংহন্‌নন হুল্লম্‌এ। লৈন সিরে লৈসি উরাং কাথোন্‌নববু পারিনব, মমাইব থোংঙাইবন মঙফাওথবদি লম্‌বান্ খোইগোক্‌পাং লৈমোন্ চাগোইপাং, খোইজু লৈমোন্‌পাং, পিতিংকোই লাম্‌বিচা উয়োক্‌কোন্, নিংথৌ সোপাইবগি তলা উরিংকোন্‌বু থেংগোইব খ্বা য়োংয়ান্‌ফম্ নাইফা থান্‌ফম্‌মাঙ লৈচোন্ মথান্‌ফম্ চক্‌প পুম্‌সাইখোং খোংগাপাক্ লান্‌জম্‌রায়, রাংনুলৈম চীন্‌ওন্‌খোং চেংলৈ লম্মহন্‌বু ফৈন লাম্‌ন রাতেম্ব, মৈদিংঙু সেন্‌বি খাগেম্বগ হুয়েন্ লাল্লোয়নব কবো কিয়াং ঙম্ব খম্‌চেংলৈম খম্‌জাই ফাবী খামরন্ নিংথৌ চনু হক্‌ম লান্‌মিংনাইবী চীন্‌ফুরোন্ হাওরোক্‌স্, রাংগোন্ মরৈমাবী মুতুচনু সনা লাংমৈরেম্‌বীবু কায়ন হুন্‌ব, মৈদিংঙু সেন্‌বী খাগেম্ব হুয়েন্ লাল্লোয়নব কবো কিয়াং ঙম্ব, লৈম ফাব মরোয় লোয়নরিবদি য়েন্‌থাক্ তোংথিন্‌ব খুরায় কোক্‌চা, খুরায় কাজা মাংরাই তুংরাইব অকোয় অসাউ সক্‌উ সাউদববু লোয়নরিব নঙবু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্ থোক্কে।*

৯. **লাইহ্রিংথৌ থাঙ্ব্রায় মার নিংথৌ :** *খোইয়ুম্ লাইহ্রিংথৌ থাঙ্ব্রায় মার নিংথৌ চীংঙু ওঙ্জা চীংমাব, ওক্লেন্ নয়া কানব, লাইরেন্ নতোং পৈনব চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ন ব্রায়েন্ থৌদা তম্ব্রিঙৈদ ব্রায়েন্ থৌদা তম্বিব, লৈকোয় সগোল্ অপাইববু পাইখিরনে হায়ন মখোঙ্ মসা থেক্র ব্রারক্ থৌবাউ তম্বিব, য়াওরৌ সজিতেং অতেংবগ নমু পোংগ মাম্নগনি হায়ন চীরেন্ কোক্থোংন, য়ারেন্ থারুক্ন, পান্ব য়েক্তম্ন কৈরেন্ য়াতম্ন, পাল্লো হায়ন থৌদম্বিব তাউজীং হৈবাউচঙ্ নমু পোংনাউ চঙ্ন ওঙ্ও হায়ন থৌদম্ব, তরা তোংনু লীক্সি খারোন্ য়াইসেন্ য়াইফৌ চুজাক্ চহাউ য়াংলি সুংলি, হামুক্ কৈগাবী, চেঙ্মি ফৌগাক্ক ইরোইয়া কৈতেক্পীগ মোরসি নাউরম্তোন্ ফৌরেম ফৌনিংথৌদি কদাইদ পাল্লো হায়ন থৌদম্বনো। লংমাই লৌখৈনুং লৌরী সেন্দাইনুং খোংবান্ চাম্লৌ লা তরেৎলক্ত লৌখোং নম্ঙান কাইথেৎ খোঙ্তিন্নন, মপান্ হুইতু তুদন মায় য়াম্চেং কৌন, কৌরোঙ্ সান থোইদিং থৈঙান্ন পাল্ও হায়ন থৌদম্বিব, চীংফৌ তম্ফৌ চইন্ মুক্লাং কোক্নোং খোম্নোংসু, থবি মাইরেন্ সিংখা সিংথুম্ পান্ফুক্ পান্ফোই হব্রাই ঙৌজা লীনাই খোইনাই খোংদুম্ মাইরেল্ সৌগ্রি ময়াংব তীল্হৌ চনম্দি কদাইদ পাল্লো হায়ন থৌদম্বনো। চীংলেন্ মনাক্ তম্বদ নাক্তং সারোন্ হুন্ সীংজঙ্ উরাই হাই, পামেন্ উমৈ তূপ্ চক্মোম্ মথি নাই মান্বি মরাঙ্ হৌন হাউনা নারোন্ সংপদ ওঙ্ও হায়ন থৌদম্ব, মরুপ্পী খোইমোম্ লাইরেম্ম চীংলোই তম্লোইবী, তোন্বুঙম্বী লৈসক্ কাজাউ য়াবিবু লুম্নব, মপারি মেন্দেঙস্ন মরাম্ব চীংসোম্ন তোলোংখোম্নবু পারিনব মমাইব খয়োই করিয়ান মঙ্ফাওথবদি থাঙ্ব্রায় লৌহন্চীং য়েন্নান্ লম্নুংসি, ওক্থোক্ লম্মহন্ মৈদিংঙু খম্লাং অতোন্বন সান্থূপ্চীং অকোরান সাকম্ব্রায়, নাউরেম্তোন্ন ব্রান্থোংব্রায়, তরা য়োইগাবন তাউজীং হৈকন্ব্রায়, অমু খ্বাংবন লৈসংব্রায়, নিংঙেন্ খুন্জাম্বন মৈদিংঙু খম্লাং অতোন্বন নাউথেম্চীং, অব্রাং থাঙ্ব্রায় লৌহন্চীংবু থেংগোইনব, নিংথৌ মংজিং নুংসোইলৈম লাইখোংতেন্বী, নিংথৌ*

*কূরাওব চনু মহীলেন্ খাবি লেংনাউ মোনবি মরম্খে, য়াইথোং লম্মহনবু ফৈন লাম্ন ব্লাতেম্ব, মৈদিংঙু খাগেম্বগ হুয়েন্ লাপ্লোয়নব পূম্ন ওম্ব, থোন্ব লৈসিন্বু ফাব, কবো কিয়াং ওম্ব মুরুপ্প ফাব মরোয় লোয়নরিবদি থিংবা মরাম্চা লাইথাঙ্ হূইয়োম্ সান চীংসাং সারাউ লান্নাবদি খোন্ব তল্লিব, অকোয় অসাউব সক্উ সাউদববু লোয়নরিব নঙবু নেম্সিক্কে, মনেম্ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্ থোক্কে।*

*খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ কৌবরেন্ অহন্ব, লাইজ ঈথাব ইমু খল্ওন্ব, ঈঙা চাইজিব মরুম্বী খোইমোম্ লাইরেম্ম থৌদু নুংনাংলৈম থীক্লেন্ থান পান্বিবু লুম্নব, মপারি লোক্প নিংথৌ পান্জুম্ব কৌব উল্লেন্ চাইব সোংলেন্ লান্থববু পারিনব, মমাইব খাবী তেংমাই থীন্ব মমা লিন্সুলৈমন পোক্প লোইয়ুম্ সংগাইব্রা পুখ্রন্ তেংমাই থীন্বন মঙফাওথবদি অব্রাং কৌব চীংলাংমৈ ফিবুন্ নূংথং সুবী সুরৌচীং, কম্বি ফুবাল্ লোইবী লোইরৌচীং, খম্লাং নাউরেম্পান্ মখূরোল্, লাংগোই মোইসা অপান্ব সামু অঙৌব থোকন্রম্, মমা অখোং কৈনম্বুসু অকোং খাঙ্সূরাক্পম্ নিংঙোন্বী, কৌব লাংলোইওম্বী হুয়েন্ লকা ফাবী লম্লোই তাই, লোইয়ুম্ব লম্থোন্বন চুম্লাং খোক্লোয়পোক্পু থেংগোইব য়াইথোং নাউসৌপাৎ, কম্বোং নৌ হিরান্ তাক্ন থান্বী হিথাঙ্খোং লাংবন্ খোইনীংমান্বী পাউমেন্খোং চাম্লাক্প মহিথেন্, লাইজ পুঙ্গোয়ব মকাইফম্বু ফৈন লাম্ন ব্রাতেম্ব, মৈদিংঙু পোইবৈ খুন্জাউবগ হুয়েন্ লাপ্লোয়নব, ব্রাইনেম্ খুন্নেন্ খুঙ্গং তরুক্ ওম্ব, হুয়েন্ লান্য়াম্ ফাব, মরোয় লোয়নরিবদি চীংদ সেম্ব তরামক্ চীংসেম্ মান্সেম্ব অকোয় অসাউব সক্উ সাউদববু লোয়নরিব নঙবু তাইগে, হাই মনেম্ মতাই থোক্কে, মতাই মনেম্ থোক্কে।*

মথক্কি লাইসোন্ অসি লোইন সোন্দ্রবসু উমংলোন্ মাপল্মক্কি মিংলেন্ মাপল্খক্ত সোল্লগসু থোইন কায়ব লৈতে। মহে চপ্ মান্নে।

লোইরব

## মতেং লৌখিব লাইরিক্‌সিং ঃ

১। যুম্‌সারোল্‌ খুৎই লাইরিক্‌ মখল্‌ ৮ (নিপাল্‌)।

২। সুবিকা মখল্‌ ৪ (মরি)।

৩। থেংগ্রাখেল্‌ সুবিকা।

৪। সুবিকা গ্যা।

৫। যুমসারোল্‌- এন, জি, কুঞ্জচন্দ্র সিংহ।

৬। উমংলাই খূন্দা, ভোল্যুম্‌- ৩৭/২৮ (চেফোঙ্‌)।

৭। মৈতৈ লৈমা, ভোল্যুম্‌- ৬ (চেফোঙ্‌)।

৮। যুম্‌থোঙ্গী পাঞ্জি।

৯। জ্যোতিষ তম্নবা লাইরিক্‌।

১০। কংলৈখোল্‌ (চেফোঙ্‌)।

১১। সাহিত্য (চেফোঙ্‌)।

১২। পাখংবা লাইহুই- নাউরোইবম্‌ ইন্দ্রমনি।

১৩। সঙ্কীর্ত্তন বিচার- চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

১৪। পুৱারী খাবী থিরেন্‌ থৌনিরোন্‌।

---





নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি চহী কয়াগি মমাঙ্দগি হৌন মৈতৈগি অরিব খুৎই লাইরিক্সিংবু থিজিন্ খোম্জিন্‌ব অমসুং নৈনব পাম্জব মীসক্ অম ওইবত নত্তন মৈতৈগি নাৎ অমদি মনিপুরগি অঙন্‌ব মতম্‌গি ইতিহাসকি থৌদোক্ ৱাথোক্ কয়া থিজিন্ হুম্জিল্লি মীসক্ অমনি। ডি.এম্. কোলেজদগি বি.এ. পাস তৌরব মতুংদ পুনা ইউনিভর্সিটিদগি হিষ্টরিদ এম্.এ. পাস তৌখি।

হৌজিক্ হৌজিক্ মনিপুর হিষ্টরিকেল্ সোসাইটি, মনিপুর রিসার্চ সোসাইটি, অরিব থিজিল্লূপ্, নহারোল্ সাহিত্য প্রেমি সমিতি, ওল্ মনিপুর মেডিটেটরর্স এসোসিএসন্ অমদি কমিটি ওন্ রাইতিং দ হিষ্টরি ওন্ টেরিটোরিয়েল্ ইন্তিগ্রিটি ওফ মনিপুরনচিংব লমদম্ অসিগি লনাই সংস্থান্ কয়াগি মেম্বর ওইরি অমসুং কল্চরেল্ রিসার্চ সেন্তর, মোরেগি এডভাইজর ওইরি।

মনিপুর ষ্টেট আর্কাইভস, মনিপুর ষ্টেট আর্কেওলোজি অমসুং মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনচিংব সরকারগি ওফিসসিং অমদি খোগেন্দ্রজিৎ রিসার্চ কমিতি, মনিপুর; মনিপুর হিষ্টরিকেল্ সোসাইটি, মনিপুর; মনিপুর লাইব্রেরি এসোসিএসন্, মনিপুর; মোইরাং থাংজিং সেবা মণ্ডল্, মোইরাং; পোৎসঙবম্ সাগৈ অপূনব লূপ্, ইম্ফাল্; রাইটর্স ক্লব, নম্বোল্; এফ.এ.সি.ই. ইম্ফাল্; ইন্তিগ্রেটেত পিপল্স প্রোগ্রেসিভ ইউনিয়ন্, ইম্ফাল্; ওল্ মনিপুর কলম্‌নিষ্ট ইউনিয়ন্, মনিপুর; কংলা কন্‌ব লূপ্, কৈসাম্পাং; মনিপুর লেঙ্গোএজ এন্দ লিটরেরি দেভেলপ্মেন্ট সোসাইটি; ইউনাইটেড ক্লবস এন্দ মৈরা পায়বী ওর্গেনাইজেসন্; এন্.আর.; ইন্‌ষ্টিট্যুট ওফ্ মনিপুর ষ্টডিজ, ইম্ফাল্ ; কৈবা কুপম ফরুম ওফ্ ৱাহেংবম্ সাগৈ; জেনরেল্ বোমাসিং মেমোরিয়েল্ ত্রষ্ট, ইম্ফাল্; লাইশংথেম খোরিফাব থৌগল্ লূপ্, নম্বোল্‌নচিংব লনাই ওর্গেনাইজেসন্‌সিংনা সীন্‌ব সেমিনাব, সিম্পোজিয়ম্ অমসুং লেক্চর কয়াদ তোঙান্ তোঙান্‌ব হীরম্‌সিংদ অইচে কয়া পাখ্রে অমদি ঙাঙ্খ্রে লোয়নন লম্দম্‌সিগি উমংলাই খুন্দা, খোঙ্গুল্ লীব, ধর্ম্ম পাউজেল্, অনৌব য়াওল্, সনথোঙ্, সাহিত্যগি পাউ, ৱাখল্‌নচিংব অখন্নব চেফোঙ্ কয়াদ তোঙান্ তোঙান্‌ব হীরম্‌সিংদ মতম্ মতম্‌গি ৱারেং কয়া ইদুন ফোঙ্খ্রে। নুংতিগি ফোঙ্‌ব পাউগি চেফোঙ্ কয়াদ মতম্ মতম্‌গি ওইব ৱারেং কয়াসু ইখ্রে।

হান্ন অইবগি মৈতৈ য়ুম্‌সারোল্, বিধি নোংদম্ব, পাখংব লাইহুই, পেন্‌লোন্ তেংথানচিংব লাইরিক্সিং ফোঙ্দুন খ্বাই মীয়াম্দ খুদোল্ তম্খ্রে লোয়নন অইবগি "মৈতৈ য়ুম্‌সারোল্" লাইরিক্ত নহারোল্ সাহিত্য প্রেমি সমিতি, ইম্ফাল্‌ন খৃ: ১৯৯৯ দ চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত্ অচৌব সনাগি মেডল্ পীদুন ঈকাই খুম্নবিখ্রে। হৌজিক্ হৌজিক্ অইব অসি মনিপুর সরকারগি কর্মচারি অম ওইন মনিপুর ষ্টেট আর্কাইভস ওফিসত থবক্ তৌরি।